# মণিপুরী জগোই সেমিনারগী

নৈনখিবা মশক—

১৯৭১


সম্পাদন তৌবা

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ





মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী

ইম্ফাল।

**Manipuri Jagoi Seminargi Neinakhiba Mashak—1971**

***(Proceedings of the Seminar on Manipuri Dance—1971)***

অফোঙবা—
মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী
ইম্ফাল।

অহানবা শাথোন
ফেব্রুযাবী ১৯৭৫
কপি—১০০০




মমল—লুপা ৭০'০০

নম্ফম—
ভাগ্যবতী কার্য্যালয়,
চূড়াচাঁদ প্রিন্টিং ৱার্কস,
ইম্ফাল।

# মাহৈ খরদং

ইং কুমজা ১৯৭১ গী ওক্টোবরগী তাং ২৪ দগীনা ৩০ ফাওবা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমীনা মণিপুরগী শিক্ষাবিভাগ, শ্রীগোবিন্দগী পালা লোযশংগী তেংবাংগা লোযননা নুমিৎ ৭ নি চুপ্পা মণিপুরী জগোইগী সেমিনাব অমা ফমখি। মণিপুবী জগোইগী তোঙান্ তোঙানবা মশকশিং—থাং-তা, লাই হবাউবা, সঙ্কীর্ত্তনগী ঈশৈ, চোলোম অমসুং পুং, গোষ্ঠলীলা, রাসলীলা, চীং অমসুং তমগী লোকগীত অমসুং লোকনৃত্যশিং— যনা নীংথিজনা কুপ্পা নৈনখি। মপানগী শীংথানরবা পণ্ডিত অমসুং কলাকাবশিং যাওখি। নুমিদাংগী শরুক্তা ঈশৈ জগোইশিং উৎখি। অসিগুম্বা সেমিনার অসি জাতিগী সংস্কৃতিগী ইতিহাসতা অতাওবনি।

অসিগুম্বা সেমিনাব অসিদা পাথে.রুখিবা চে-শিং অমসুং নৈনখিবা রাযমশিং অদু অযাম্বদি টেপ বেকোর্ড তৌহৌই। অসিনা তৌখিবা সেমিনাব অদুগী মপুংফাবা রিপোর্ট অমা শাগৎনবা সেমিনারগী ডাইরেক্টর— শ্রীনীলকান্ত সিংহদা শিন্নখি। ফোঙদোকপগী মতাংদা য়ানবা মতুংইন্না মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমীনা ফোঙবা হাযনা তাখি।

অসিগুম্বা লাইবিক অসি ফোঙজবা যাহন্বীবা— জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমীগী কর্ত্তৃপক্ষবু থাগৎচরি। বানানগী মতাংদা অশোয-অঙাম খরদি চুমথোকচরি, অসিমকপু চিংথহৌবা কযাগী-দমকসু ভাকপীনবা নীংশিংজরি।

প্রকাশক

# হীরম-লামায়

১। মণিপুরী জগোই সেমিনার ১৯৭১ ইং রিপোর্ট—১—১৫
[ নৈনখিবগী শন্নপ্না মওং, থাঙ্-তা, লাই হরাউবা, মণিপুরগী জমগী অমস্থুং চোংগী খুন্নুং ঈশৈ, সংকীর্তনগী ঈশৈ, সংকীর্তন চোলোম, সংকীর্তন-পুং, গোষ্ঠ লীলা, রাস লীলা, তাখিবা রায়েপশিং, ষ্টেট কলা একাডেমী লিংখৎপদা নুংঙাইবা ফোংদোকপা, সনা কোনুংগী লোইশঙ্দা শক্তি হাপ্পা, মণিপুরগী ফোক লোর রিসার্চ ইনষ্টিট্যুট লিংবা, জরাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমি চাউখৎহনবা, পুং-ঈশৈ জগোইগী সংস্থানশিংদা সরকারনা মতেং পীবা, জগোইগী খুৎথেক শাথেকী মমিং-মথা লেপ্পা, স্কুলশিংদ পুং-ঈশৈ-জগোইগী ক্লাস থম্বা ]

২। মণিপুরগী থাঙ্-তা— ১৬—২৪
[ লৈমরোন-থেংগো, (থাঙ্-তা), থেংগোরোন, ফিজেং, থেংগোগী মহৈ, মশক নাইবা লাই খরগী খুংশু লৈশেমলোন অমস্থুং জগোই, জগোইগী শাথেকা থাঙ্ তাগা মান্নবা শন্নক ]

৩। লাই হরাউবা— ১৪—৩৩
[ লাই হরাউবগী মথল, ফিজেংত খেন্নব, লাইরোল অমস্থুং শান্নবা খেন্নব, লো খোনব পেনা, মাইব, লাই হরাউবগী খোঙচৎ ডিমোনষ্ট্রেশনগী শন্নক ( জগোইন উৎপা )—হকচাং শাগৎপ, ঈকৌব, খয়োন, ঈহাইফু, লৈয়োম, হীরীলং, কোনয়াই ঈশায়ফু, ঈকৌবগী খোঙ্, লুক থাব ]

৪। মৈতৈ জগোইগী খুৎথেক— ৩৪—৪৬
[খুৎ নামগী জগোই খুৎথেক—লাইচিং খুংথেক, লৈনা খুংথেক খাঙ্ খুংথেক, পান্থোম খুৎথেক, চিরাইশাবা খুংথেক, কোকটি

খুংথেক, খুহুম খুংথেক, নাকচি খুংথেক, লৈশাং খুংথেক, লৈহেক খুংথেক, লেংনোন খুংথেক, খুকউ খুংথেক, লাইচিং খুংথেক, মিং খুংথেক, খুংনীংখুংথেক, চম্প্রা ওকপী খুংথেক, নাকোঙ্ খুংথেক, লৈপোম্বা, খুজেং খুংথেক, খুংনাউবী খুংথেক, নাতোন শূমাং খুংথেক, মরু পোকথায়রবা খুংথেক, খুংনীংথৌ খুংথেক, খুং অনিগী জগোই খুংথেক—নোংদাই লৈতাইরোন খুংথেক, লৈপেক খুংথেক, লয়াই খুংথেক, খোযদৌ শাবা খুংথেক, য়া শাবা খুংথেক, চীনবান শাবা খুংথেক, লুখম শাবা খুংথেক, হুকচাং লাংবুম, য়াঙ্ শাবা খুংথেক, হরায় হাপ্পা খুংথেক, লৈম্নুং খোঙ্লেন খুংথেক, থরায় নিবা খুংথেক, খুজেং লৈবী খুংথেক, হকুপ খুংথেক, চুকয়ংবা খুংথেক, থবাক শাবা খু থেক, ভানকম শাবা খুংথেক, খোৗরীতোংদম খুংথেক, লেংপাক শাবা খুংথেক, থরায় হাপ্পা খুংথেক, চীরোঙ-চীরেন খুংথেক ]

৫। খুনুং ঈশৈ ( মণিপুরী লোকগীত )— ৪৬—৫৯

[ ঈশৈনা হৌরকপা, মণিপুরী খুনুং ঈশৈ, ঈশৈগী মখল, পেনা, পেনা যন্ত্রগী মওঙ্ মতৌ অমসুং শারিবা চঙ্‌ইবা পোং-চঙশিং, শৈশক-কাঙ্লুপ, লাইরোল, রাধী পরিং নত্রগা কাব্য শকপা, হৈবোল লৈরোল, পেনাগী চংনবী শৈশকশিং, রাগ তৌবা, হেপাল পাবোং শিকপ লোন, লৈমরোল শেরোল, কালেন শৈজিং, পাম্হোইবী শৈরোল, হেপ্‌লী থাঙ্বৈ, জাং শৈশক, খোংজোম পর্ব্ব, থবক শিম্বা কোন্নবা ঈশৈশিং, মরু-ওইনা নৈনগদবা খরা ]

৬। কবুই জগোই অমসুং ঈশৈ— ৬০—৮২

[ জগোই ঈশৈ হৌরকফম, চাহ অমদা চংলিবা থাগী মমিং অমসুং কয়ম্বা থাদা কবি কবি হরাউকুম্মৈ তৌবা, য়ুম পানবগী

থবক ইনথাং শু-নোম্বনা, লাপ্তকুমলু, কত্থু ঈশৈ, লাও-লেওলু ঈশৈ, মীওইবগী ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবক, মাহুৎপগী জগোয় ঈশৈ, লমলোনলু, লুচেনলু, চপালু, কাইরোং লোনলু, কৌও-ঈশৈ, চহিগী হুয়াউ কুম্মৈ, নত্তু কয়োন পুইলু, পাথং-ফাল হজিনবদা শব্দবা ঈশৈ, তন্নাংকাই শুমৈ বানরুমৈ, অহানবা কৈজেংউং ঈশৈ, লুহুয়েও—( ঈশৈ মথং মথং ), জগোয়গী ফিজেং-লৈতেং মরম, জগোয় ঈশৈগীদা শিজিন্নবা যন্ত্র, জগোয় শাবগী মওং, চপালাম জগোয়, মখোম লাম।

৭। সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ— ৮৩—১০৮

[ ঈশৈগী হৌরকপা, সঙ্গীত মথল অনি, কয়মা সংকীর্ত্তনগী মূর্ত্তি শাগৎখি, সংকীর্ত্তনগী গুণ অমসুং কান্নবা, সঙ্গীত রাগ, রাগিণী, সঞ্চার, নিতি লীলাদস, মূরলী হরণ, নায়িকা মথল ৮, মণ্ডপ, মণ্ডলী, নিমন্ত্রণ, মণিপুরগী ঈশৈ, মণিপুরী রাগ অমসুং তালদা শাস্ত্রনা য়ুম্ফম ওইনবা ]

৮। নট চোলোম— ১০৯—১৪০

[ মৈতৈ লৈবাক্তা জগোই হৌরকপা, অনৌবা ঈখায়, নট পালা, চোলোম হৌরকপা, গঠন, চোলোমদা অভিনয়, হকচাং ইপোম, চোলোমদা খোঙথন, তিনতাল ফফন, তাল ফম্ফম, অকনবা তাল যম্ফম, ফম্ফম অহুমগী করতাল খুৎপায়, করতাল খীংবা, করতাল মপূন, করতাল মশেক, অখেৎপী, অথৎপী, অনীকপী, রাজমেল করতাল, চোলোম ফিরেপ, খু-থন, থোংখোঙ, রাজমেল চোলোম মওঙ, লয়চৎ, গতি, চোলোম মখল, মথং মথং চোলোম চাওখৎলকপগী মওঙ, চোলোম মখল অনি, গৌরচন্দ্রিকা, শৈশক-ক্রম, ফিজেং লৈতেং শীজিন্নবা যন্ত্র, করতাল, চোলোমদা ৩। ৩ চৎপী শাজং, নট গোপোমদা তালগী মচাং, দুইতাল, তত্ত্বগী মাযকৈ—]

৯। সংকীর্ত্তনগী পুং— ১৪১—১৫৭

[ পুংগী হৌরকফম, পুংগী মখল মওঙ্, রাগ হৌবগী মরম, তালতত্ব, পুংগী মরম, মৃদঙ্গধ্বনি নির্ণয়, রাগ অচৌবা, যোল নাম, অষ্টনাম ছয়নাম, একনাম, গুরুঘাট, পঞ্চতত্ব, জীব সঞ্চারিণী, বড় সঞ্চার, গৌরপদ মেল, বেড়িঘাট, কার্ত্তিক-সঞ্চার, রাগস্বর হুঙ্গিনবা, তিনতাল মচা, রাজমেল, মেলহৌ, লম্বীঘাট, ঘাট, সেতুঘাট, অথাবা ]

১০। মৈতৈ নট-পালাগী তালদা শাস্ত্রগা শম্নপ্না চাংদম্নবা— ১৫৮—১৬৮

[ তালগী মশক, কাল প্রাণ, ক্ষণ, অঙ্গপ্রাণ, ক্রিয়াপ্রাণ, জাতি প্রাণ, লয় প্রাণ, কলা প্রাণ, মার্গ প্রাণ, যতিপ্রাণ প্রস্তারপ্রাণ, মাণ, বর্দ্ধমাণ ]

১১। গোষ্ঠ-লীলা— ১৬৯—২০৬

[ শ্রীমদ্ভাগবতকী গোষ্ঠ লীলা মওঙ্, লীলাগী মওঙ্, ক্রমদা থক-খা ওন্নবা, গোবিন্দগী গোষ্ঠ লীলা ক্রম, গোষ্ঠ লীলাদা রস, কৃষ্ণসখা মখল ৪, সখ্য রতি, বাৎসল্য-রতি, ঈশৈগী শরুক, জগোই,—গোষ্ঠ ভঙ্গী অচৌবা, গোষ্ঠ বৃন্দাবন পরেং, গোষ্ঠ লীলা কনানা হৌদোকখি, গুরু প্রণালিকা, পাত্র-পাত্রি অমসুং ফিজেৎ লৈতেং, মান্নদবা অমসুং চুমথোক্নীংবা থরা, গোয়াল আরতি, শঙ্গোম শুম্বদা মমাশাবী য়াওবা, ফি নত্রগা শেল থাবা, ফিজেৎ লৈতেংদা থোশানদবা, ধেনুকাসুর অমসুং মাগী চরশিং, পোৎলোই শূবনা কায়রকপা, ঈশৈ থুগায়বা, হেংনখিবা লাইরিকশিং। ]

১২। রাস লীলা— ২০৭—২২৬

[ জগোইগী হৌরকফম, ধর্ম্ম তিময়কপা, মণিপুরগী জগোই রাস হৌখিবা, জগোই রাস কৎপগী মরম, রাস, মণিপুরদা রাস

কংপগী নিয়ম, কুঞ্জরাস, নিত্যরাস, কুঞ্জরাস দিবারাস, রাস-শিংগী মত, জগোই রাস পুথোক্পিরম্বা নিংথৌরোল, জগোই রাসদা করি করি ভঙ্গী শাবা, জগোই রাসকী মথল, রাস শান্নকম, রাস মণ্ডল, পূর্ব্বরঙ্গ, গৌরাঙ্গ ভাবি, মণিপুর জগোই রাসকী মত, রাসকী ঈশৈ শৈরেং, জগোই রাসকী রস, জগোইনা কোংদোকপা, অনৌবা মওঙ্ খরা, অনৌবা ষ্টেজদা জগোই উৎপা, জগোই রাসকী মরুওইবা মথং মনাউ, ফিজেৎ— রাসকী ফিজেৎ, কৃষ্ণ পোৎলোই, নূপী পোৎলোই, নিত্যরাস ফিজেৎ, অনৌবা মওঙ্ খর।

১৩। An Approach to Manipuri Dancing— 1— 6

১৪। Ballet in Manipuri— 6—19

১৫। Manipuri Dance Seminar 1971 (A Report)— 21—38

১৬। Manipuri Dance Seminar & Arts Festival (Oct. 25—Oct. 30, 1971) Programme—

১৭। Appendix A— i—ii

১৮। Participants in the Seminar —iii—xvi

১৯। সেমিনারদা নৈনখিবা শরুক্কী শমম্পা মওং— ১—২৬

# মণিপুরী জগোই সেমিনার—১৯৭১ ইং
## রিপোর্ট

জবাহরলাল নেহেরু মণিপুর ডান্স একাদেমীনা মণিপুরগী শিক্ষা বিভাগ অমসুং শ্রীগোবিন্দজীউ পালা লোয়শঙগী মতেংগা লোয়ননা ইম্ফালদা ১৯৭১ ইংগী ওক্টোবর তাং ২৪ দগীনা ৩০ফাওবা চহোল অমগী সেমিনার ফমখি। সেমিনার অসিগী নৈনখিবা মশক্তি—মণিপুরী জগোইগী মশক কন্না - থাঙ-তা, লাই হরাউবা মণিপুরগী তমগী অমসুং চিংগী খুনুং ঈশৈ (লোক-গীত) সংকীর্তনগী পুং ঈশৈ অমসুং চোলোম, গোষ্ঠলীলা অমসুং রাস লীলাগী মশক চপচানা পুথোকপগা লোয়ননা কমদোনা হোংলকইবা সমাজগা ঈরোয়ননা কায়দনা থমগদগে অসিনি।

মণিপুরগী মহুংদগী পণ্ডিত, কলাকার, অমসুং ঈশৈ-জগোই-পুংগী ওঝা, ৩০০ লোম হেন্না প্রতিনিধি ওইবীনবা বার্ত্তন তৌবদা প্রতিনিধি ২৫০ বোমদি লাওখি। মপানগী ও না—দিল্লী, বোম্বে, নোংচুপবঙ্গ, মাদ্রাজ অমসুং আসামদগী মণিপুরী জগোইগী ওইবা মমিং চৎলবা পণ্ডিত অমসুং কলাকার ১৭ বার্ত্তেন তৌবদা প্রতিনিধি ৮ থক লাকুনা লাওরখি। অসিগী মথক্তা মণিপুরগী শীংথানরবা মীওই অমসুং ওঝা কয়াসু ওবজার্ভর ওইনা সেমিনার অসিগী নৈনবগী শরুক্তা লাওহুনা তিল্লখি।

সেমিনার অসি ওক্টোবরগী তাং ২৪গী অহুক্তা মণিপুরগী উপরাজ্যপাল শ্রী ডি. আর. কোহলিনা হৌদোকখি। গুরু মৈস্নাম অমুবী সিংহনা সভাপতি ওইখি। শ্রী এন, তোম্বী সিংহ এম. পি. শীল্লিবা কমিটিগী চেয়ারমেননা নৈনগদৌরিবা বিষয়শিং শন্দোক্লা তাকখি। হুমিং

আসিমক্কী নুংথিল পুং ২ তাবদগী তোঙান তোঙানবা বিষয়দা নৈনবগী সভা হৌখি। তাং ৩০ গী অয়ুক্তা সেমিনারগী ডাইরেক্টর, প্রোফেসর শ্রীনীলকান্ত সিংহনা নুমিৎ ৬ নি চুপ্পা নৈনরক্লিবা অতুগী মচং ওইবা রিপোর্ট পুথোক্লুনা সভাদা য়েৎনবা লৈতনা য়ানরবা মতুংদা য়ারেপ (রিকোমেণ্ডেসন) ৮ থক য়ারেপকী ড্রাফটিং কমিটিনা পুথোক্লুনা য়ানখি। নুমিৎ অসিমক্কী নুংথিলদা বিদায়গী সভাদা কুমারী সবিতা মেহতানা বিদায়গী ভাষণ পীখি। শ্রীচিংগাংবম কলাচাঁদ শাস্ত্রীনা সভাপতি ওইখি। নুমিৎ ৬ নি অসিগী সভাশিংগী তোঙান তোঙানবা সভাপতিশিংদি মথাগী অসিনি—

তাং ৪ গী নুংথিল (বিষয়—থাঙ-তা): ওঝা লাইয়েনমযুম দামু সিংহ
... ২৫ .. অয়ুক (...লাই হরাউবা): পণ্ডিত মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ
... ... ...নুংথিল (... ... ...): পণ্ডিত থোঙাম মাধব সিংহ
... ২৬ কী অয়ুক (খুনুংগ ঈশৈ অমসুং জগোই): (ক) ওঝা পরশুরাম (শেকমাই)
... ... ...নুংথিল (সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ): ওঝা নিংথৌজম চাউবা সিংহ
... ২৭ ...অয়ুক ( ... চোলোম): ওঝা থাংজম চাউবা সিংহ
... ... .. নুংথিল ( ... পুং ): ওঝা নাউরেম ধ্বজ সিংহ
... ২৮ ...অয়ুক ( ... ... ): ওঝা লৈচোনবম কোইরেং সিংহ
... ... ...নুংথিল (গোষ্ঠ লীলা): গুরু অমুদোন শর্ম্মা
... ২৯ ...অয়ুক (রাস লীলা): গুরু হাওবম অতোম্বা সিংহ
... ... .. নুংথিল ( ... ... ): ... ... ... ...

---

## (ক) নৈনখিবগী শমল্লপা মচং

(মণিপুরী জগোইগী সেমিনার ১৯৭১)

১ মণিপুরদা অহানবা ওইনা তৌখিবা মণিপুরী জগোইগী মায়কৈ কয়া—থাঙ-তা লাই হরাউবা, মণিপুরগী খুনুং-ঈশৈ, সংকীর্ত্তনগী পুং

ঈশৈ, চোলোম, গোষ্ঠ-লীলা অমসুং রাস-লীলাগী হৌরককম, চংথ-রকইবা মশক (পরম্পরা) অমসুং হৌজিক ওইরিবা ফিবমগী মতাংদা মুমিং ৬ নি চুপ্পা নৈনখি। নৈনখিবা শরুক অসিদা থায়নগী মশক থিজিনবদসু নত্তনা কমদৌনা অশেংবা মশক অসি হোংলকইবা সমাজ,। ঈরোয়ননা ঙাকদগে হায়বসিসু মপুং ওইবা রাকম অমা ওইখি। অকুপ্পা ময়োলদি পুথোক্কুনা পা-নখিবা চে ১৪না মুক্কম ওইরগা থোরকপা রাফম কয়ামুক্কী মপুং ওইবা শরুক খরদা প্রতিনিধিশিংগী সভানা ফোংদোক্লিবা মত অমসুং য়ানখিবা মশক খরা উৎখি।

## থাঙ-তা

থাঙ-তা হায়বসি মৈতৈগী লিরবা অমসুং মগুণ লৈরবা লৈশেম-ঙৈগী ওইরবা সংস্কৃতি মশক অমনি। মসিদা থেঙ্গোরোল ৯, খোশা-রোলনচিংবা কয়া লৈরিবা অসিনা মৈতৈগী লিরবা সংস্কৃতিগী থরায় ওইরি। লাই হরাউবগী জগোই-রাসকী অমসুং পালা-চোলোমগী মশক কয়ামুক্তা থাঙ-তাগী খুৎথেক অমসুং শাথেক্কা নকশিন্নবা কয়া উবা ফংই হায়বা প্রমাণ তৌখি। খরগী মত-তা থাঙ-তাগী খুৎথেক শাথেক্কী মৈতৈ জগোইগী খুৎথেক শাথেক খরমথৈদি লাকই হায়বা থাজরবসু সভানা হৌজিক কাওবগী নৈনবগী মতাংদদি—অমনা অমদগী লৌনবা নত্তে, মান্নবা শরুক কয়া থেংনবতনি হায়না মত ফোংদোকখি।

থাঙগা তাগা কনানা হানবগে হায়বগী মতাংদা মত খরা খেন্নখি। অসিমকপু পুয়াগী অমসুং লাইরোলগী প্রমাণ কয়াদগী অনিমক অসি চপ মান্নবা লিন্নবনি হায়না য়ানখি। প্রতিনিধি অমগী মত-তা—তা-না থরায়নি, থাঙনা হকচাংনি হায়বা চেংনা থাজবা মত অমদা অনিগী নক্কবা থানবা য়াদবা মরীসি প্রমাণ তৌখি।

## লাই হরাউবা

লাই হরাউবগী থায়নগী মশক অমসুং হৌজিকী ওন্নকইবা মশক নৈনবদা— থায়নগী মশকী অরাংবা দর্শন অমসুং লিরবা সংস্কৃতিগী মশক

পুখোকপগা লোয়ননা হৌজিক্কী শিথরকইবা মশক অসিদা ছুংশা থীবা ফোঙদোক্লখি। হৌজিক্কি লাই হরাওবু কুম্মৈগুম্মা লৌনরকপা, থোইদোক্লস্ বেঙ-নচিবা মতমগী লাক্লিবা যন্ত্রশিংগী ছন্দনা থোক্লকইবা অকায়বা মগুণ, জগোইগী খুৎথেক-শাথেক অসি থিংগদবনি হায়না অকনবা মত ফোংদোকখি। থোইদোক্লস্ মাইবী-লোইশঙ অমস্তুং পণ্ডিত লোইশঙগী শক্তি চাউহন্দুনা অমস্তুং কায়রকইবা অসি মতমগী চেন্থরকইবা ঈচেলদা অসি ফাওবদি য়াই হায়বনচিংবা কয়া—নীংথিজনা লেপথোক্লহন্দুনা মাঙথরকদ্রিবা মশক অসি কনগদবনি হায়না মত ফোঙদোকখি। অসিগীসু মথক্তা হৌজিক ফাওবদা কায়ত্রিবা থায়নগী ফজবা মশক থরসি তুংগীদমক কনহৌনবা ফিল্ম লৌথুনা অমস্তুং টেপনচিংবদা ঈশৈ—লাইশোন কয়া রেকোর্ড তৌগৈগদবনি হায়না মত ফোঙদোকখি।

লাই হরাউবগা মরী লৈননা মৈতৈগী জগোই-খু থেক্কী মতাংদা লাই হরাউবদসু মৈতৈগী ওইবা মমিংদা শীজিন্নরম্বা, চৎনরিবা ভারতকী অভিনয়গী শাস্ত্রদা তাকপা হস্তক কয়ামুকসু লৈরি হায়না প্রমাণ তৌখি। হায়রিবা খুৎথেকশিং অসি চপচানা হৌজিক ফাওবা শীজিন্নরবদি য়ানবা মমিংশিং অসি ইশিন্দুনা থম্বা ফাওবা দরকাররনি হায়বা মত ফোংদোকখি। অদুবু সংস্কৃত মমিং তাক্কা শীজিন্নবগী মতুংতা মৈতেয়োনগী মমিংশিং শীজিন্নগদবনি শাস্ত্রগী মমিংদা অসি অসি লৈ হায়বা ফাওবদি য়াই হায়না মত ফোংদোকখি। প্রতিনিধি অমনা হৌজিক ফাওবদি খুৎথেকশিংগী মমিং অসি মৈতৈ জগোই তম্বীবদা শীজিন্নদবন হৌজিক্তা নৌ-হৌনা পুশিনবদা থেঙনবরা হায়না চিংনবা পোকখি। অসিমকপু থায়নগী লৈজম্বা পোৎ ওইবনা অমস্তুং থৌদোকনস জগোইগী পকু-খোকপা মশক—নৃত্য নাট্য অমস্তুং বেলেনচিবদা মমিং মথাগা কোয়না শীজিন্নবা য়াবা মখে মৈতৈগী তোপ-তোম্বা টেকানকতা শীজিন্নবা হোৌবা য়ারে হায়না মত ফোংদোকখি।

## মণিপুরগী তময়গী অমসুং চীংগী খুনুন্নুং ঈশৈ

মৈতৈগী পেনাগী শৈশক্কী মশক কয়'মুক লৌহৌনা থেংনবদা সভান্না' অপেনবা পোকখি অমসুং থরগসু হেন্না কূপশিন্না থিহ্নুনা চপচানা স্বরলিপি ফাওবা ভৌতুনা মশক লেপথোকপা অমসুং শাগে খায়দোকপা দরকার ওইরে হায়না লৌনখি। খ্'বগী খঙনবা লোক-গীতপু মণিপুরীদা হায়বদা, মমিং কয়া থোক্লরকপদা খুনুন্নুং ঈশৈ হায়বনবু থন্না হেন্না চূনবন্না হায়না সভানা মত ফোঙদোকখি। অসিগুম্বা থিজিনবা ( রিসার্চ ) অসিদা হিন্দু ধর্ম্ম চঙলক্লিদ্রিঙৈগী মমাঙ অমসুং চঙলক্লবা মতুং হায়না থিজিনবসু কান্নগনি হায়না মত ফোঙদোকখি।

পেনাগী শৈশক্কসু নত্তবা খোংজোম পর্ব্ব অমসুং মোইরাং-শাইগী শৈশক্লচিংবা মওঙ কয়াসু কূপশিন্না থিজিনবা অমসুং স্বরগী মশক্কগী খুনুন্নুং ঈশৈ কৌগদ্রা নত্রগা পরম্পরাগী ও'বা মশক কৌগদ্রা হায়ব-নচিংবা রাফম কয়াসু কূপশিন্না থন্নবা দরকার ওইরে হায়না মত ফোঙদোকখি। থোইদোক্লসু ময়েক্কী মতাংদা হৌজিক কালগী রাহৈ কয়া, পেনাগী অমসুং খোংজোম পর্ব্বগী ওঝাশিংনা শীজিন্নরকইবা অসি চুমদে হায়নসু মত ফোঙদোকখি।

কবুই জগোই অমসুং ঈশৈগী ওইবা মশক্কা লৈরম্বা কূপথ্রবা ঈশৈ অমসুং জগোইগী মখল কয়াসি উবদা সভানা অওকপগা লোন্নননা নৈনখি। নহা'ন্দদি হৌজিক জগোই-ঈশৈ থৌশানরক্লে হায়বগী পেন্দবসু ফোঙদোকপগা লোয়নননা লৈরিবা খুনুন্নুং-ঈশৈ কয়াগী মন্নুংগী ভাব অমসুং অর্থ অমসুং বৈজ্ঞানিক ওইবা মওঙদা খায়দোকপা মশক অমা দরকার ওইরে হায়না মত পীনখি। থ্ থেক শাথেক্কা হেজিনবা মশক অমসুং মন্নুংগী থৌশিন্না খঙদবদগী থোরকপা ফজদবা থরসু শেমদোক্লদবনি হায়না য়ানখি। কবুইগা মৈতৈগা থান্নগী ওইবা সংস্কৃতিগী মশক্কি যাম্নমক নকশিনবা মন্নী লৈনৈ হায়নসু সভানা মত ফোঙদোকখি।

## সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ

মণিপুরী সংকীর্ত্তনগী ঈশৈগী শরুক্তা মৈতৈতগী ওইবা শৈহেক শৈদা অমসুং মৈতৈগী খুনুংনুং ঈশৈগী শৈহেক্কী মশক কয়া চঙ্গলবসু ঈশৈগী য়ুম্ফমদি শাস্ত্রীয় ওইবা রাগগী মশক্কি হায়না সভানা য়ানখি। চীনদগী ওইনা তন্নবা ঈশৈগী মশক ওইবনা চহি চনিরোমগী মনুংসিদা শকপদা খেন্নরকপা অমসুং মপুং ফাদবা খরা য়াওরবসু হিন্দুস্থানী অমসুং কর্নাটিক-কী ঈশৈগী পরম্পরা ( স্কুল ) অনি লৈরিবা অসিগুম্না মৈতৈগী সংকীর্ত্তনগী শৈশকসু অহুমশুবা স্কুল অমা ওইনা দাবী তৌবা মতম ওইরে হায়না মত ফোঙদোক্লখি। অদুগা মৈতৈগী—সংকীর্ত্তন-শৈশক অসি মপান্দগী তম্লুবা নত্তে ; লাইওম্লবা ওঝাশিংনা, ওল্লকইবা ধর্ম্মগা ঈরোয়ননা পুথোক্কপিরম্বনি হায়না সভানা য়ানখি। নৈনবগী অরোইবা ওইনা হিন্দুস্থানী নত্রগা কর্নাটিক-কী শৈশক্কা মান্নবা মান্নদবা থিবদসু নত্তনা লৈঙ্গরিবা মশক অসি শেংনা উত্লুনা মৈতৈগী রাগগী শৈশক্কি অসিনি হায়না বৈজ্ঞানিক ওইবা মওঙদা থিহুনা প্রমাণ তৌগদবনি হায়না মত ফোংদোকখি।

## সংকীর্ত্তন-চোলোম

মৈতৈগী সংকীর্ত্তনদা য়াওরিবা কুপ্পবা অমসুং ফজরবা চোলোমগী মশক কয়া উবদা সভানা য়াম্নমক অপেনবা পোকখি। থোইদোক্লসু শা-উচেক্কী শাজংতগী লৌবা চোলোমগী ফজরবা মশক্তা সভানা য়াম্না মুংঙাইবা পোকখি। চোলোমনা উৎলিবা জগোইগী মশকসি চুম্নগী মতৌ তম্বা নত্তে -মণ্ডংগী থরাম্নগী মশক অহু জগোইগী খুৎথেক-শাথেক্তা হাপ্পনি হায়না য়ানখি। অদুবু অসিগুম্বা চোলোম অসি গোহায়ম্বশিংনা ইতৌ তৌনরক্কবদসু নত্তনা তম্মরক্তে হায়না মুংঙাইতবা ফোঙদোক্লখি। অমুকসু সংকীর্ত্তনবু ফজনা ঙাক্কে হায়রবদি দোহায়না চোলোম জরবদসু নত্তনা পালা খুদীংমক্তা চোলোম তমদবা য়াদে হায়রবা

অকনবা মতম্ম ফোংদোকখি। অসিগুম্বা সংকীর্ত্তনদা মতমগী ঈরাংনা পুংশিল্লকইবা অকায়বা পুন্নমক অসি খিংননবা হোৎনগদবনি হায়না মত ফোংদোকখি।

## সংকীর্ত্তন—পুং

সংকীর্ত্তনগী পুংগী শরুক্তা লৈরিবা রাংলবা মৈতৈগী থায়নগী পরম্পরাগম্ম মরী লৈননা থমলিবা ধ্যান অমস্তুং লাইনীংগী মশক অসিদা সভানা অপেনবা পোকখি। থোইদোকস্ম রাগ অহৌবদগীনা সংকীর্ত্তনগী লোইশিনবা ফাওবদা চংথরিবা ভাব অমস্তুং রস অসি করি অমতা কায়হন্দনা থমগদবনি হায়রবসি সভাগী মতনি। অরিবা শাস্ত্রগী ওইবা লাইরিক থরগী প্রমাণদা হৌজিক্কী লৈরিবা-রাগ অচৌবা হৌবগী পুংলোনগী মশক্তা খেন্নবা থরা উরবস্ম মন্থ চুমথোকলোইদবনি—লাইরিক্তা প্রমাণ ওইদে, চংনবীনা প্রমাণ ওইগদবনি হায়বা মত ফোংদোকখি।

রাজমেলগী দুইতাল অচৌবগী মাত্রা মশীংদা সভানা খেন্নবা মত ফোংদোকখি। রাজমেল হায়বসি 'রাজমিলনং' হায়বদগী থোরকপনি অমস্তুং তাল অমরগী মমিং নত্তে হায়বদি য়ানখি। অদুবু রাজমেল দুইতালগী মতাংদদি শ্রীগোবিন্দজীগী পালা লোয়শঙগী ওঝাশিংগী মত ওইনদি, মাত্রা নিপন ওইকম থোকই হায়না অকনবা মত ফোং-দোকখি। রাকম অসি থান্নগী ওঝাশিংগী কোর্বেক করানস্ম সাক্ষী ওইরি হায়নস্ম মত ফোংদোকখি। রাকম অসিদা প্রতিনিধি থরনা মাত্রা ৭ কী ছন্দনি রাজমেল হায়বসি হায়না অকনবা মত ফোংদোকনি। চুরগী লাইরিক্কী প্রমাণ নত্তনা চপচাবা য়ৈনহুনা মায়কৈ অনিমক্কী ডিমোনষ্ট্রেসন তৌনহুনা সভাদা উংখি। নাকল অনিমক্কী মত হোমেং-ঙবা মরমনা অস্তুম্না লোইশিনবদা সভানা য়ামখি---পালা লোয়শঙগী ওইবা ওঝাশিং অমাংগী মততি মাত্রা ৮ নি; অসিমকপু মাত্রা ৭ নি হায়না য়ানীংদবা অকনবা মত ফোংদোকপা ওঝাশিং থরস্ম লৈরি।

খরগা অমুক কুপশিল্লা নৈনহনা অতোপ্পা পুন্নমক্তা য়ানবা মত অমা লৈত্রি হাওবদি অসুম হায়না খন্বদা সভানা হয়াউনা য়ানখি।

পুংগী তাল-লিপি ( নোটেশন ) গী মতাংদা হিন্দুস্থানী পদ্ধতিদা চংকদ্রা নত্রগা কর্নাটিক পদ্ধতিদা চংকদ্রা হায়বগী য়াফমদা কুপ্পা নৈনখি। মৈতৈ পুংগী শাস্ত্রীয় ওইবা যুমফমদা অনিমক্কী নকুবা মশক লৈরি হায়না য়ানখি অমসুং অসিমক্তা শাস্ত্রীয় ওইবা প্রমাণবু চেংশিলহল্লি হায়না হংঙাইবা পোক্লনি। তাল লিপিদা লঘু গুরু শীজিন্নবনা কর্নটক-কী মত চংপা নত্তে, থাযনগী ওঝাশিংনা শীজিন্নবা শাস্ত্রগী লাইরিক্তা লঘু গুরু য়াওবা ঙাক্তনি হায়না প্রতিনধি অমনা মত ফোঙদোকখি। প্রতিনিধি অমনা ধর্ম্মগা নকশিন্নবা বাংলা কীর্ত্তনগী তাল শাস্ত্রগী মায়-কৈদসু খরগা হেন্না কুপশিন্না থিজিনবা চুমী হায়না মত ফোঙদোকখি। পুন্নমক অসি অমুক্তসু হেন্না কুপশিন্না নৈনবগা তোপ তোপ্পা মণিপুরী তালগী তাল-লিপি অমা পুন্নমক্তা য়ানহনা পুথোকপা চুম্মী হায়না সভানা মত ফোঙদোকখি।

## গোষ্ঠ-লীলা

গোষ্ঠ লীলাগী মশক কুপশিন্না নৈনরবা তুংদা কোনুংদা হৌজিক-মক চথরিবা পরম্পরাদগী খেন্নবা কয়া খুন্নক্তা শান্নবদা লৈরিবশিং অসি চুমথোকপনা চুম্মী হায়না য়ানখি। ফি, শেল থাবা অমসুং ফিজেং লৈতেংদা কায়বকইবা কযাগু থিংফম থোকই হায়না মত ফোঙদোকখি। গোষ্ঠ লীলা হাযবসি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমগী অহুন্নাইদগী ওইকম থোকই হায়না প্রমাণ পুথোবকপা অসিদসু সভানা য়ানখি।

জগোইগী শকক্তা—উপলৈ অমসুং ঘটকী জগোইগী মশক্তা শ্রী৺গোবিন্দজীগী পরম্পরাদগী থম্বা খেন্নবা উরিবা অসি চুমথোকপা চুম্মী হায়না মত ফোঙদোকখি। মত খেন্নরিবা ওঝাশিং খন্নদি — অসিমক্তু হায়রগীনি হায়না য়েংখি প্রতিনিধি অমনা খেন্নরিবা অনিমক

ঊইল থেন্নবা ওইনা থম্লম্ না হায়না মত পীখি। অসিমক্তগু হৌজিক্তমক শ্রীগোবিন্দদা চৎনরিবা অমস্তুং শারিবা জগোইগী মশক অসিমদি কায়হন্দনা থম্না অচুম্বা ওইগনি হায়বা রাকমদা সজানা য়ানখি।

## রাস-লীলা

রাস লীলাগী হৌরকপগী রাকমদা লাই হরাউবদগী চৎথরকলিবা মশক অমস্তুং মথং মথং ওইরকলিবা বিকাশকী মশক থিজিনবদা চিথরৌবা ওঝা গুরু কয়াবুম্ পুথোকপা চুম্মী হায়না সজানা মত কোওদোকখি। জগোইগী থুৎথেক শাথেক্তা মৈতৈগী থাঙ-তাগী থুৎথেক শাথেক্তা মায়বা নকশিন্নবা কয়া ডিমোনষ্ট্রেসন তৌবদা সজানা য়ানীংবা উৎখি।

জগোইগা নক্তশিন্নবা মুদ্রা (ওঝা শিংগী রাইহেদা 'হস্তক') গী মতাংদা নৌহৌনা নৈনখি। মৈতৈ-জগোইদা মুদ্রাগী মায়কৈদা পওখি থিজিনবা অমস্তুং মীগী শাস্ত্রগা মান্নদ্রগা মান্নবা হোৎনবগী মাযকৈদা পওচও চওশিনবা চুমদে হায়না মত কোও দাকখি। 'ইহার হায়বা মান্দনা য়াম্না হায়বা' হায়বসি মৈতৈগী জগোইগী থম্নাযনি হায়না সজানা য়ানখি। খোঙজিনা (ঘুঙুরনচিংবা) তাম্না পীবা চুমদে অমস্তুং হিন্দুস্থানী যন্ত্রনা ঊশৈগী মতুং ইনবা—ওঝাশিংগী মাক্তা ফমহ্নদা খবগা নৈনদ্রবদি ফজদে হায়বসিদা সজাস্ন য়ানখি। রাসকী ওইবা জগোইগী মশক্তা পোৎ-লোইগী শন্নক্তা—থায়নগী মৈতৈগী ওইবা কয়া চওখিবা অসি কুপ্না খিজিনগদবনি হায়না মত কোওদোকখি। সংস্কৃত-শাস্ত্রগী ওইবা রাকম খাজনম্ জগোই রাসকী মশক তাক্তপা ওমলোই অরিবা লাই হরাউবগী মায়কৈদম্ থিগদবনি হায়না সজানা য়ানখি।

জগোইগী শন্নক—বেলেগী মতাং নৈনবদা মত থম্না থেন্নখি। রাস লীলা, লাই হরাউবম্ থায়নগী ওইবা বেলেগী মশক্কি হায়বা প্রতি-

নিখি অমগী মঙ-তা—মসিদি 'নৃত্য-নাট্য' কৌগদবনি, বেলে হায়রবসিদি য়া-ওাঙদবা নো'চুপতগী চঙলকপা আর্ট—( Abstract Art ) অমনি হায়না সভানা য়ানখি। মণিপুরী জগোইগী পাক্লবা খুংথেক শাথেক্কী পুরেন্দগী বেলে পুথোকপদি য়াম্মক খুদোং চায় হায়রনম্ব সভানা য়ানখি। মৈতৈ জগোইদা—অম্বুম অম্বুম শম্নবগুম চথরিবা শাথেক অসি মৈতৈ জগোইতগী ওইবা তোপ তোপ্পা মশক্কি হায়না য়ানখি।

ভঙ্গী শাবগী মতাংদা নৈনবদা মপুং ওইবা ওঝাশিং খরনা য়াজ-মেলবু মাত্রা ১৪ ওইহনবদগী থোরকপা—খরা শাংদোক্লা শারকপা—য়াকমদা নৈনখি। ওঝা অমনা শাস্ত্রীয় ওইবা মশক—থোইদোক্লসু মৈতৈ ওঝাশিংগী য়েৎ-ওয় কায়দনবা মশক্কুগী থোকহনখিবনি হায়না মত ফোঙদোকখি। থোকহল্লিবা মশক অসি তালগী মাত্রাগী মশীংনা থোক-হনবনি হায়বা সভানা উখি। অসিমকপু থায়নগী মশক্কি য়ারিমথৈদি হোংদোকপা চুমদে হায়রবসিনা সভাগী মত ওইনা লৈখি।

## (খ) তাখিবা য়ারেপশিং—

জরহরলাল নেহেরু মণিপুর ডান্স একাদেমীদা থাগৎপা –

হন্দক্কী সেমিনার অসিনা মণিপুরী জগোইগী ওইবা চাউরবা মীয়ৎ ৭ নিগী সেমিনার অমা জরহরলাল নেহেরু মণিপুর ডান্স একা-দেমীনা শীন্দুনা নীংথিজনা পাংথোকপা অসিদা য়াম্মক অপেনবা ফোঙ-দোক্লি। অসিগুম্বা সেমিনার অসিনা মণিপুরী জগোইগী মাম্নকৈ কয়াগী ওঝাশিং, কলাকারশিং অমসুং পণ্ডিতশিংগী য়াখলদা য়াম্মক খন্নহনবা অমসুং নৈনবগী কান্নবা অমসুং থুংঙাইবা অমা শোয়দনা পোকহল্লে হায়না উই।

অসিগুম্বা সেমিনার অসি নেহেরু-একাদেমীনা খয়গা তোয়না তৌদুনা মণিপুরী জগোইগী চংথরক্লিবা পরম্পরা অসি ঙাকপানসু

নত্তনা অনৌবা ফজবা মশকস্থ যোকহনগনি হায়না হন্দকী সেমিনার অসিনা থাজরি।

## ষ্টেট কলা একাদেমী লিংখৎপদা হুৎশাইবা কোৎদোকপা

—হন্দকী সেমিনার অসিনা মণিপুরগী ওইবা ষ্টেট-কলা-একাদেমী অমা লিংখৎনবগী থবক চখরক্নুনা ঈশৈ, জগোই, থিয়েটার, ললিত-কলা অমস্থং সাহিত্যগী ওইবা অপুনবা সংস্থান অমা মণিপুর সরকারনা লিংখৎলকপা অসিদা য়াম্নমক অপেনবা ফোঙদোকলি। অসি-গুম্বা একাদেমী অসিনা মণিপুরগী ঈশৈ-জগোইগী ওস্তাশিং অমস্থং কলাকারশিং কয়াগা তিন্নস্থনা, মণিপুরগী মফম পুম্নমক্কা চাইস্থনা লৈরিবা কলাগী সংস্থানশিং চাউখৎহন্দুনা অমস্থং থায়নগী সংস্কৃতিগী লংলবা মশক কয়াস্থ পুথোকপগী মায়কৈদা চঙশিন্দুনা মণিপুরী সংস্কৃতিস্থ ময়ম কয়াদা ভাম্থোকহল্লকনি হায়না আশা তৌরি।

## সনা কোন্নুংগী লোইশঙদা শক্তি হান্না

ঙসি ভিল্লিবা মণিপুরী জগোই অমস্থং ঈশৈস্থ মুংশিজবা খঙহৌবা পণ্ডিত, গুরু অমস্থং কলাকারশিংনা মতমগী মতুংইন্না ওল্লকলিবা অমস্থং হোংলক্লিবা জগোই-ঈশৈ অসিগী মাঙথরকদবা মাল্লবা ফিবম অসি ফুপ্না নৈনরে। ঙসি ফাওবদা মণিপুরী জগোই ঈশৈস্থ য়োকপিস্থিবা, কল্লিবা অমস্থং অচুম্বা মশক লেপলিবদি সনা-কোন্নুংদা লৈরিবা লোয়শঙশিং অসিনা ওইরি। অসিগুম্বা লোয়শঙশিং অসিস্থ মতমগী মতুংইন্না হোং-লকলিবা রাজনীতিগী অহোংবা লাকপদগী হায়না লৈরম্বা শক্তি, কান্ন-বনচিংবা অহু মাঙশিল্লকদবা, হস্তরকদবগী ফিবম উরকলি। অদুস্থ মণিপুরী জাতিগী সংস্কৃতিদি মাঙহনবা য়াদে; সমাজ অমস্থং চৎমবী কয়াবু হেক হুন্দোকখিবা য়াদে, মণিপুরী জাতিগী মহুংদা চৎনরিবা—

তোকপা য়াম্রবা জাত-কর্ম্ম, মেরকর্ম্ম পুম্নমক্না পুং-ঈশৈ-জগোই শকপা, শোনবা তঙাইফদনা চঙলিবনি। মরম অসিনা মণিপুরী জাতিগী য়ুগ কয়াগী পুনশিগী মশক উৎলকলিবা জগোই ঈশৈশিং অসি মতিকচানা ঙাক্না থম্নবা অমম্তুং অয়েপ্পা মশক্তু কন্নুনা থম্নবগীদমক হৌজিক হৌজিকমক সনা কোম্মুংদা লৈরিবা লোয়শঙশিং অসি লেঙদনা কাম্ম-হন্দনা থম্বা অসি, তঙাইফদবনি। অসিগুম্বা লোয়শঙশিং অসি থম্বা য়াম্নবা অমম্তুং শেন-থুমগী ক্বিবম অসি য়েংশিনবীনবা মণিপুর সরকারনা চহিগী বজেৎকী শেনফম খরদি কাইথোক্নুনা থহীবনা চুমলক্রবা থম্নজে। মসিগা লোয়না লোয়ননা হৌজিক লৈরিবা সনা কোম্মুংগী লোয়শঙশিং—পালা-লোয়শঙ, পণ্ডিত-লোয়শঙ, মাইবা-মাইবী লোয়শঙ, পেনা লোয়শঙ, গারোৎনচিংবা অসিদা মতিক চানা হৈশিংলবা, লৈবাক্না শক-খঙনরবা ওঝা গুরুশিং পুম্নমক য়াওগন্নবা শীনখিবা অমম্তুং লোয়শঙগী নিয়ম কান্নুন-নচিংবস্ন মতমগা চানবা মওঙদা খরদং শেমদোকপিবা পামজে। লোয়শঙশিং অসিনা মুন্না খন্নহনা লেপ্পরবশিং অহুগী মতুং ইন্না জগোই-ঈশৈ, পালা-চোলোম, পুং-চোলোমনচিংবা মহৈ (কলাবিদ্যা) পুম্নমক তুংগী নহারোনশিংনা তমজহৌনবা, তৈজহৌনবা মণিপুরগী স্কুলশিংদা অহৈবা ওঝা হাপ্পিহনা তম্বীহন্নবা শীনখিবা অসিমকন্থু পামজরি।

## মণিপুরগী ফোক-লোর রিসার্চ-ইনষ্টিট্যুৎ লিংবা

মণিপুরী হায়রিবা জাতি অসি তোঙান তোঙানবা কাঙলুপ কয়ামরুমনা তিম্নরগা শাবনি। তোঙান তোঙানবা কাঙলুপ খুদীংমক, মশা মশাগী মতিকচাবা লোন, সাহিত্য অমম্তুং কলাগী ওইবা সংস্কৃতি লৈজে। অসিগুম্বা সংস্কৃতি অসিদা য়ুম্ফম ওইহনা কাঙলুপ খুদীংমক্কী অপুনবদা মণিপুরী সমাজগী য়ুম্ফম ওইহনা লৈরিবনি। মতমগী য়াঙন মতুংইন্না অসিগুম্বা য়ুম্ফম অসি খরমখৈদি কায়শিল্লক্লে হায়বসি

থগৎলে। মসিনা অহুম চথখিবা ভাগরবদি মণিপুরীশিংগী অশেংবা মপাক অমা থুংখিরক্লগনি।

অসিগুম্বা কাংশিল্লকলা অসি য়াম্রিকমথৈ থিজিনবা অমসুং মণিপুরী-শিংগী মপাক অমা মাগুরুদনবা সেমিনার অসিনা ফোক-লোর রিসার্চ ইনষ্টিট্যুৎ অমা লিংবা চুমই হায়না লৌই। হায়রিবা ইনষ্টিট্যুৎ অসিগী মপুং ওইবা থবক্তি—

(ক) অরিবা মণিপুরী জগোই অমসুং ঈশৈ থিজিনবা অমসুং থিরক্তনা কংলকপা অমসু মতম মতমদা ফোংদোকপা।

(খ) হৌজিক হৌজিকমক চৎনরিবা লোকনৃত্য ( ফোক জগোই ) অমসুং ঈশৈগী চাং অসি হন্থদনা চাওখৎহন্নবা হোৎনবা। মসুগা লোয়-ননা য়ারিবমথৈ থিজিন্দুনা কংলকপশিং অদুগী পরিংদা চুমথোকনবা হোৎনবা।

(গ) হায়রিবা ইনষ্টিট্যুৎ অসি রিসার্চ-সেন্তর ওইবদা নত্তনা তম্ফম ওইহুনা—রিসার্চ-স্কোলার অমসুং অতম্বা অনিমক্তা স্কোলারসিপ পীননবা থৌয়াও ভৌবা।

(ঘ) মসুপা মরী লৈনবা লাইব্রেরীগা তিন্নবা ম্যুজিয়ম অমা হাং-দুনা, জগোই-ঈশৈগী অরিবা অনৌবা লাইরিক—য়ারিমথৈ থোমজিনবা অমসুং অনি অসিগী ( হায়বদি জগোই-ঈশৈ ) অকংবা হৌজিক্কী অরিবগী মপাকমথৈ, ফোটোগ্রাফ, মোসন-পিকচর অমদি টেপ রেকোর্ড তৌদুনা থমজিনবা।

## জবহরলাল নেহেরু মণিপুর ডান্স একাদেমি চাউখৎহনবা

হৌজিক নেহেরু ডান্স একাডেমি অসি জগোইনা মপুং ওইবা একাদেমি অমনি। একাডেমি অসি মপুং কারা অমা ওইরবা অরাংপা অত্তে লৈরিবা হিরমশিং অসি হাপচিন্দুনা ক্লাস মথীং হেনগৎ-নবা সংগীত-নাটক-একাডেমিদা থগুহনবা চুমই হায়না ওসিদী সন্তানা

লেপ্লরে। জগোই ডিপার্টমেণ্টকী ক্লাসতি মপুংফানা লৈরে। সংকীর্তনগীদি ডিপার্টমেণ্ট ওইনা লৈত্রি। ডিপার্টমেণ্ট অমা ওইনা লৈনবা পুংগী, চোলোমগী, ঈশৈ অমসুং মাগগী ক্লাস অহুম অসি হাংনবা ওসিগী সভানা লেপ্লরে। জগোইগা মরী লৈনবা থাঙ অমসুং তাগী অমদি অখোংবা যন্ত্রগী ( পেনা অমসুং বাঁশীগী ) ডিপার্টমেণ্টসু লৈত্রি। ডিপার্টমেণ্ট অসি লৈহনবা, থাঙ-তাগী অমসুং অখোংবা যন্ত্রগী ডিপার্টমেণ্টসু হাংবা চুমই, হায়না ওসিগী সভানা লেপ্লরে।

মায়েপ অসিগা মরী লৈননা চুমগী জগোইগী সার্টিফিকেট অমসুং ডিপ্লোমা পীবদসু নত্তনা ঈশৈগী, পুংগী, চোলোমগীসু সার্টিফিকেট, ডিপ্লোমাশিং পীগদবনি।

## পুং-ঈশৈ জগোইগী সংস্থানশিংদা সরকারনা মতেং পীবা

পুং-ঈশৈ-জগোই তম্বা সংস্থান কয়ামুক মণিপুরগী মফম মক্কমদা লৈ। কলাবু নুংশিবা মীশিংনা য়াম্না রানা অমসুং কন্না হোৎনজ্না সংস্থানশিংসি হৌজিক হৌজিক য়াম্না রানা হিংলি। রানা হিংলবসু কলাগী অম্মাংবা থাক্কী পোংথোক্তি ফজনা থোয়কই। মসু লৈবাক প্রজানা উহনা লৈরিবা অসিনি। সংস্থানশিং অসি লৈবমা মণিপুরগী কলাশিংবু হিংহনবা অমসুং চাওখৎহনবদা য়াম্না মতেং ওইগনি। অদুবু শেল-থুমগী অরাংপা কয়া লৈবনা সংস্থানশিং অসিনা কলাগী সেবাদি নীংবা থুংনা তৌজবা ঙমদ্রি। হায়রিবা সংস্থানশিং অসিদা সরকারনা মশিংতা ওইনা মতেং থর থরদি পীরি। মতেং থরা অসিনদি সংস্থানশিং অসি চালাইবদা রানা থোকই। মরম অসিনা পুং ঈশৈ-জগোই তম্বীরিবা সংস্থানশিংদা সরকারনা মতিক চানা মতেং পীবিবা চুম্মী হায়না ওসিগী সেমিনার অসিনা অকনবা মত ফোংদোকলি।

## জগোইগী খুৎথেক শাথেকী মমিং মথা লেপ্পা
## ( Technical Dictionary on Dance )

মণিপুরী লাই হরাওবা অমসুং রাসকী জগোইদা শীজিন্নরিবা খুৎথেক শাথেক পুম্নমক অসি খোমজিন্নগা মৈতৈগী চপচাবা মমিংশিং অমসুং মদুগা কোন্নবা চপচাবা অর্থ পুথোকপা অভিধান অমা কোওদোকপা হৌজিকমক মতম চারে। অসিগুম্বা খোমজিনবা অসিদা মমিং মথা লৈতবা করিগুম্বা খুৎথেক শাথেক য়াওরগদি অখণ্ড অহেংগী বোডি অমনা কুপ্না নৈনরগা অনৌবা মমিং শেম্বসু দরকার ওইরে হায়না সেমিনার অসিনা লৌরি। মসি পুথোরবা সরকারনা অমসু' মরী লৈনবা অথোবিটিশিংনা য়াব-মথৈ থুনা থবক অসি পায়থৎপা চুম্মী হায়না সভানা লেপ্পরে।

## স্কুলশিংদা পুং-ঈশৈ-জগোইগী ক্লাস থম্বা

মৈতৈ সমাজগী পুন্সীগা মতম পুম্নমক্তা তৎনা-থানবা য়াত্রবা পুং-ঈশৈ-জগোই অসি থায়নদি লৈকাই খুন্দীগী শীলুপ পালা লিংদুনা সংকীর্ত্তনগা মরী লৈনবা থবক পুম্নমক অতোপ্পগী মতেং লৌদনা মথোয়-তনা অহুম্মক তৌরম্মী। কন্নথবা শী'লুপকী চৎনবী অসি মুখরক-পদগী কলা অসিগী মমি শামথরফপা ওইরি। শী'লুপকী চৎনবী অসি লৈনা লৈনা সায় চূড়াচাঁদ মহাবাজগী মতমদা স্কুল স্কুলশিংদসু কোয়না চৎপা ওঝাশিং থমদুনা পালি নাইনা অঙাংশিংবু তম্বীহল্লমী। হুজিক্তা অনৌবা তময়থৎলকপা মীগী মশী, য়ায়া হত্থরে। মমৈদদি শরূক য়াবীনবা মী কংদদুনা কলা অসি পুং মুং মুংখিবা য়াবা মওত অমা লেংনা উনরে। অসিগুম্বা ধর্ম্ম অমদি পুন্সীগা তৎনবা য়াত্রবা পুং ঈশৈ-জগোই ( চো-লোমগী শরূক যাওনা ) গী ক্লাস অমা স্কুলশিংদা অযাবা য়েংদুনা সর-কারনা থম্বীবা চুম্মী হায়না সেমিনার অসিনা মত ফোওদোকলি। ইতি—

শ্রীনীলকান্ত সিংহ ডাইরেক্টর—
মণিপুরী জগোইগী সেমিনার
৩০। ১০। ১৯৭১ ইং

# মণিপুরগী থাঙ-তা

লম অসিগী য়েলহৌঙৈদগী হৌনা থাঙ তা, পূং ঈশৈ-জগোই হায়-কসি ফিবম ফিরেপ থোঙলোন খুৎলোন তাঙ্গা মেজা মিংয়েং নায়েংদা অমগা অমগা য়াম্না নক্কবা মরী লৈনৈ। কনাগুম্বা নিপা অমা থাঙদা মতম্বা অহুগা তাদি শুকখঙ মখঙত্রবা অহু ওইরবদি চিন্নবা মতমদা খোং-লোম কুপশিনবা য়াংলকই। অহনা থাঙ হৈবা মী অয়াম্বনা খন্নদা ওই-রবসু তা খৌশাবা হৈনৈ অহুগা তা হৈবা ওঝা অরাম্বনা থাঙ হৈত্তবা পঙনা থেংনদে। অনী অসি পূন্না হৈত্রবদি ওয় রেং শুদবক্তম থোকই। শা লান্দা অমদি য়েকনবদগী মশা কন্নবগীদমক্তা শীজিন্নবা ময়াম্না অনী অসি থানবা য়াদবা মহৈ ওইনা থোকই।

থাঙ হাইবদা খূং য়েংনা থাঙ পায়রগা খূং ওয়না চুঙ্গোয় পায় নত্রগা থাঙ অনী পায়তুনা হাইবসু চংনৈ। তা খৌশাবদা খুং য়েংনা তা পায়, ওয়না চুং পায়। মৈতৈরোন অশিবদা তাবূ তিমেন চুংবূ ময়োং কৌই। তা হায়বসি য়েকনবদা খিন্নবা মচিন তুম্বা য়োংনা শাবা খুংজাই অমনি, মখোক য়াম্না শাংই। শীজিননকমগী মকুং ইন্না মশক মওং তোঙান তোঙাল্লি। মহুদি থৌগন তা ( মহারাজগী সনা থৌগন চংপদা পায়বা ) শপোল তোংবা লাম্মীনা পায়বা তা, তাপাক, খংনং তা, কৈ চনবদা শীজিন্নবা লম্বু ( মসিদি তা অতৈজগী চাউবা হেল্লি ) শাম্বু তানবদা শীজিন্নবা লাংশোই।

চুং অমসুং চুজোয় অসিনা য়েক্লবনা ফুরকপা খিল্লকপা য়াল্লকপা মতমদা হকচাং শোক্কনবা ঙাকথোকপদা শীন্নিজৈ। থাঙ-তা অসিসু হকচাং [illegible]সু শীজিরৈদি হায়রবু মক ওইবদি মীতোন্দা য়ানবা খিনবা খীখ্[illegible]বদা শীজিরৈ। থাঙ তা-দা নত্তনা পুং-ঈশৈ জগোই অসিসু থোঙ[illegible] খুৎলোন থোঙফম চোংথোকপা চোংশিনবা ফিবম

ক্ষিরেপ মিংরেং নায়েং কয়াদা অমগা অমগী মান্নবা কয়া য়াওই। হায়রিবা থাঙ-তা পুং-ঈশৈ জগোই অসিগী হৌরকফম থিবদা লৈশেম নোংশেমগী মায়ী লাংবিক্তা ভোঙানবা খয়া খয়া লৈরবম্ম মখোয় অসিগী হেন্না নকশিন্নবা মরি মখোং উবা ফংই।

## লৈশেমলোন—থেংগৌ (থাঙ-তা)

তাইবংপানবগী মপু মাঙবা ভুম্বা নাইদবা শিদবা লাই-অতিংকোকনা (গুরুশিদবনা) মচা অতিয়া শিদববু লৈপাক শেম্মো হায়না শীথরক্কএ হায়দুনা অতিয়া শিদববু মমিং অশীবা হায়না কৌখি (পুদিন)। তাইবংপানবগী মপু গুরুশিদবা হায়বসি মঙাম্দি নোংথাঙ কুপ্পগুমই, মহাক্কি নূপী নূপা মরক ওই, লৌরাইবা হামুন নৈরগা গুরুগী মশক ওই, লুনাঙদা শমজিন চিন্নগা নিপাগী মশক ওই, লুতুংদা শমজিন নৈরুসা পজেমগী (নূপীগী) মশক ওই। [থিরেন মৈরুম লীবা] শিদবা লাই অসিনা মহাক্কী (হকচাংগী) য়েত্তগী অশীবা, ওয়দগী কোজিন তিং-থোকপা, মাওদগী হারাবা, তুংদগী লৈকুপকোং তাথোকখি। গুরুশিদবনা অশীবদা পারি ইবুংঙো অহুন নও কোরৌ নোংঙৌও, মালেম লৈশেমও হায়বদা অশীবনা ঐবু লৈশেম নোংশেমও হায়রবদি করম শেমগদবনো হায়না তাইবংপানবগী মপুদা হংলবদা গুরুশিদবনা হায়খি হে অশীবা ঐবু য়েংও হায়দুনা ময়া কাথোকখি। গুরুশিদবগী মপুক মনুংদা লৈরম্বাময়াম অদু উবদুনা অশীবনা য়ায়া কিরদুনা গুরুদা খুরুমদুনা ময়া উমশিনবিরো হায়দুনা গুরুনা ময়া উমশিনখি। গুরুশিদবগী মপুক মনুংদা তিংলিবা শিংলি পাফনগী মরক্তা য়েকলিবা ময়েকশিং অদু য়েংনা শেম্মো হায়না তাকপদগী অশীবনা থেংগৌ শান্নুনা লৈপাক শেমখি। হায়রিবা অশীবনা মতোমদা শেম্বা ঙমলোই হায়দুনা মাঙোন্দগী লাইবং-থৌ পুথোকখি। হায়রিবা লাইবংথৌশিং অসিনা লৈশেম্বদা থেংগৌ শাখি। লাইবংথৌ—লৈশাতাউ—নোংশাতাউ—লৈথোমতউ নোং-থোমতাউ —মরিনা থোঙজোং অহুমলক চোংম্লুনা লৈহৌ থেংগৌ শাখি।

চক্কমরিংবা, ভাংমরিংবা, লৈপুরিংবা, নোংপুরিংবা লাইবংথৌ মরিনা নোংখৌ থেংগৌ শাখি। খোঙচোংদি মণ্ডারক চোংখি।

**থেংগৌরোন :—**

লৈশেমলকপদা লাইপাথং মাপন্না ( করিগুম্বা লাইরিক্তা তরেৎনা লৈনেংঙৈদা থোকখিবদি :—

কাওনা কাওনা নেংলকই হায়ত্না **অকাও থেংগৌ** কৌখি।

চোংনা চোংনা নেংশিল্লকই হায়ত্না **লৈফন** থেংগৌ কৌখি।

চোংথোক চোংশিন নেংতনা লাকপনা **লৈচাই** থেংগৌ কৌখি।

চোংশিন চোংশিন লৈনা লৈনা নেংতনা লাকপনা **নোংফন** থেংগৌ কৌখি।

শিক্লা শিক্লা নেংতনা লাকপনা **লৈকক** থেংগৌ কৌখি।

চোংথোক চোংথোক লৈনা লৈনা নেংতনা লাকপনা **লৈনেং** থেংগৌ কৌখি।

চোংনা চোংনা, নিক্লা নিক্লা নেংতনা লাকপনা **অতান** থেংগৌ কৌখি।

চোংশিন চোংশিন নিক্লা নিক্লা নেংতনা লাকই হায়দনা **লাংকক** থেংগৌ কৌখি।

থেংগৌ-লাথাপি-থম্বান্নাওরা মেন শাবা **অথম থেংগৌ** শাবদা শোয়রবদি মচা-মশু শুক্তা শোইদাদে, মশা লাইথুং থুংই। থেংগৌগী চুংনা লৈমরেম্মি থাঙনা তুবী চীরোং য়াশবা **থাঙককলেন** য়াশবা কৌই।

**ফিজেং :—**

অথম থেংগৌ শাবা চীংগোন থেন কাবদা শেংকদবা ফিজেন্তি—**নীংথম শমজিন খুদাংয়াই খুবোম য়াই শিরোনবা থোঙ্গ্রাই** মথক মথা লাংমৈ পুংলেনবা, মতু লৈথাম পজেং থোনা মথক্তা থোনবা ফীরান নাম্মাথক্তা নাম্ম থেংপা নিংথৌফি, তাজিন শায়াং তাঞ্জপ। হায়ন্রিবা ফিজেংশিং অসি শুদবনা শারবদি মহাক পুন্সিদে, লৈমা নিংথৌগী কক্তে লৈপাক খায় তৌহৈদে চাকতোন ফিদোম লোম্বা কৌই। লৈপাক শেম্বা

লোইরবদা পাখংবনা কেন্দ্রপাল্লা চীংগোন থেন কাপ্পুনা অথম থেংগৌ শাখি। খুইগী পাখংবগী হাৎনবৈদা পাখংবমা খুইবু মস্তক কক্লুনা শাশিং চামা ফারে লানশীং চামা ফারে, হায়দুনা চীংগোন থেন কাপ্পুনা অথম থেংগৌ শাখি, নাকথ লাগী কৌদুনা য়েনবুম হুইয়োই চনখি। খুইগী মথরায়না য়াকখোং ( yellow fittern ) ওইখি। য়োইমোংবা তাউথিংমাং মচীন মনাউ অনিনা ফাকয়েন মীওম্বা ফাবা লোইরবদা শাশীং চামা ফারে লানশীং চামা ফারে হায়না তাউথিংমাংনা শরিক পান্দা থেন কাপ্পুনা অথম থেংগৌ শাখি। য়েনবুম হুইয়োই চনখি। অনুম তৌনা নিংথৌয়োন মথং মথং থেংগৌ শাখি। লাইনিংথৌ খাগেম্বগী সনা হাক্তক্লা অথোম ময়োম্না অথম থেংগৌ শাখি। মহারাজ গরিবনিরাজ সনা হাক্তক্লা অপোং সোয়োংখাইবা থোংজেন য়াংখৈরাকপনা অথম থেংগৌ শাখি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র সনা হাক্তক্লা অঙোম গোপীনা লাইরিক লাইগু পুয়মক শেম্বদা পেল্লে হায়দুনা অথম থেংগৌ শাহনখি। মথংদা য়াংখৈ পণ্ডিত গোপীরামনা পাচ হুনবা ওইরবদা অথম থেংগৌ শাখি।

## থেংগৌগী মহৈ ঃ—

অকাণ্ড থেংগৌনা খমলবদি চাক-ঙা হোক্তিও। লোংফম থেংগৌনা খমলবদি লৈপাক নিংথৌ পুকচেল তিন্নদে, নিংথৌ মপুক শাউই। লাংকক থেংগৌনা খমলবদি শা-লান মথে লাংক্তি। লৈচাই থেংগৌনা খমলবদি লৈপাক তাক ফায়এ, নিংথৌ শি। লৈনেং থেংগৌনা খমলবদি লৈপাক মরা ভপএ। অচোং থেংগৌনা খমলবদি মতিন মরাই কললি। অন্তান থেংগৌনা খমলবদি নিংথৌ পুক্তিএ। লৈথম থেংগৌনা খমলবদি লৈপাক মরা ভপএ। তাম্বোঙ লেমথোঙ ময়ুং মফে পাকনা পাল্লি নিংথৌ পুক্তি।

তৌন শিদবনা চাকশৌ মগীগুমনা ফুমিং খুদিং শৌদুনা শেমলকপা য়াম্লাকনা মথম্না জৈনথায়য়রবগা পোকখিবনা মন্নানা শীংজং-য়োৎ ওইখি।

× × × মানাক অশাংবনা থাঙশাং কবাক থাঙ ওইখি—মমিংদি হায় কুপলেন ফিরোক থাঙ কৌএ। ফিরোক থাঙ কৌবদি × × × নোংথাঙ কুপলবগা লৈচিনবু থাঙ অতুনা হাইদোকুনা নোংথৌবু শেংহল্লে, মতুংগী ফিরোক থাঙ কৌএ। নাকলু মোইফাং তোল্লা থাঙশাং মারি ওইখি। মমিংদি মপা থাঙ কোংযিপা কৌএ। × × × × তীন শিদবগী মরৈনা পুরুপ থাঙ কৌই। × × × তীন শিদবগী মমৈনা থাঙ তেম শাবনে কবো লৈতেং মওঙনে। × × × পান্থোম য়েংনা তরুং থাঙ ওইখি। কবোদা পীখি। চকোংনা থাঙজৌ ওইখি। × × × য়ুপংনা খাংগু তা ওইখি। (থাঙলোন থাঙচং)

লম অসিদা লৈবা শলাই তরেং অসিগী থাঙ মশক মমিং তোপনা লৈ। মতুদি :—

১। পুরুক থাঙ— অঙোম শলাইগী ২। তোনকরুপা—খুমনগী
৩। লাইথাঙ চিনাইবা—ঙানবা শলাইগী ৪। চকথাং— নিংথৌজাগী
৫। য়েনখা মতোকশাবা—মোইরাং শলাইগী ৬। তোন্দুম্বা—লুয়াংগী
৭। খুম্থোঙ থাঙ শবাং লৈশাংথেমগী ( শলাই থৌনিরোল )

## মশক নাইবা লাই থরগী খুৎশুদি : –

থাঙ তেমশাবা– থাংজিংগী থাঙ, পুরুপ থাঙ—অপানবগী থাঙ, তরুং থাঙ্গা কবাক থাঙ তেম শাবগদি—গুরুগী থাঙনি, হৈজ্রাংনে, ঙুং-শম্বনে, নাউকন থাঙনে, য়েন্থাঙনে—লৈমরেন শিদবীগী থাঙনি, থাঙজৌ—খরায়েনগী থাঙনি, চৈগু থাঙ—মার্জিংগী থাঙ চপথাঙ—অতিয়াগী থাঙ, খাংগু—পোইরৈতোনগী খুৎশু। (থাঙলোন থাঙচং )

মৈতৈ নিংথৌ খরগী থাঙ—মৈদিংঙু নাউফংবগী (খৃঃ ৪২৮—৫১৮) থাঙদি কপস্রলেং কৌই। মৈদিংঙু শমৈয়াংগী ( খৃঃ ৫১৮—৫৬৮) থাঙদি অনীনি—অমনা খোমলেন তোংবা কৌই, অমনা মিতোংতুপ কৌই। উয়াংকোম্থোবগী থাঙদি অনীনি—অমনা লৈরুখোম্বা কৌই, খোঙতেকচাগী থাঙদি অনীনি—য়ুরা কাবা কৌই। ( নিংথৌরোনগী থাঙ )

## লৈশেমলোন অমসুং জগোই

গুরুশিদবনা অতিয়া শিদববু লৈপাক শেম্মো হায়না শীথরকএ হায়রদুনা অতিয়া শিদববু অশীবা কৌখি। অশীবদা গুরু শিদবনা পল্লিং লাংশও উরোং লাইশোন শীংকাপ মভামক শুনা তাকপীরবদা গুরুনা তাক-পীবা লাইশোন অদু অশীবনা শোন্দুনা কোংগোন অয়াম্বা পোকএ। মথংদা অমুক শোমবদা ইশং পোকএ। মতুংদা কংশীক কঙজাউ পোক তরঙ লাইজা ঈপাকথক্তা ( ঈশিং মথক্তা ) অশীবনা মিরেনগী লাংগুম (মিরাংগুম) পল্লিং লাংশওবা উকাকময়রোং স্নাম্না লৈশেম নোংশেম হৌরে। মাগী পাম্নে ওইনবা অহুমমু-গা অরৈরুগা অনী পোকলে। অহুমমুনা হুমলেন মুংশিৎ পোকএ। অরৈরুনা হামলেন লৈচিন পোকএ। হুম-লেনগা হামলেনগা ( লৈচিমগা মুংশিংকা ) নিপা নুপী ওইনা ওঙনরে। ঈশিং তরঙদা ১। কল্লিনে ২। কন্নানে ৩। নোংদম খুবনে ৪। নোংম্বায় মরি ওনবনে ৫। চৌরা মপান থাবনে ৬। তরঙ খোইমুচানে ৭। পিশাতাউনে তরেৎ পোকএ। অতিয়া শিদবনা পল্লিং মন্নায়দা কন্নগা লৈপাক্তি কদাইদগী লোশিগে হায়না তৌকম খঙ-দনা মুংবঙনা লৈবা অদু গুরুনা খঙলদুনা তরঙগী মথাদা লৈথখিদুনা ঈশিং মনুংদা থেংগু পোকএ। অদুগা গুরুনা থেংগুগী মথক্তা কমলে। অশীবনা ঈশিং মনুংদা কল্লি লৈবগে হেংগে হায়রদুনা লৈথরকপদা ঈশিং মনুংদা গুরুগা থেংনরে। গুরুনা কদৌবা লাকপনো হায়রবদা অশী-বনা লৈপাক নিগে লাকইবনি হায়রবদা গুরুনা অদুদি নখুৎ নতুংলোম ওন্থোকলগা গুরুগী খোয়দগী নয়ানা চিকুনা লৈপাক খজিক্তুং লোখো হায়রদুনা লৌরবদা গুরুনা লৈপাক অদু থেংগুগী মথক্তা শেম্মু হায়রদুনা অশীবনা থেংগু তোংদুনা ঈশিংদগী কাওপৎলকলে অদুগা লৈপাক শেম্বা হৌগৎলকপদা লৈপাক মনুং ওইনবা হায়রবনা চাইথাদুনা লৈপাক অদুনা লৈচিন ওইগ্রে। মথংদা অশীবনা ঈশিংদা তাউরিবা ময়াম অদু অমুক খোমজিল্লে। মাগী খুরাদগী নুরা তাদুনা ওাপ্রুম (mudeel) পোকএ। অশীবনা ওাপ্রুমগী মশোক্তা তোংদুনা গুরু তাম্না চংখিদুনা অমুক্তা

লৈপাক নিরুম্নে। অশীবগী মতেং ওইনবা লৈখোম তাউনে, নোংখোম তাউনে, লৈপাতাউনে, নোংশাতাউনে মরি পোক্রে। মরি অসিনা লৈহৌ থেংগৌ শাহুনা লৈপাক শেমখি। হারাবনা অমুকম্ব চাই খাইরে। হন্দক চাইখাইরিবসিনা উন ওইথ্রে। মতুং অগুদা অশীবনা মাগী খুয়াদগী তাখোকতুনা কোবী পোকএ। অশীবনা কোবীবু গুরুদা থাহুনা লৈপাক নিহল্লুই। গুরুনা কোবীদা লাইশোন অমম্ব তাকপীরে অহুগা লৈপাকম্ব পীরহুনা কোবীনা লৈপাক অহু মকোক্তা থোংনা পুহুনা লৈপী তোমশোন মরিন ফাংনা কাখৎলক্কুনা অশীবদা লৈপাক অহুগা লাইশোল অহুগা শিন্নরে। অশীবনা লৈপাক অহু চাইথোক্কুনা গুরুনা কোবীদা তাক্লকপা লাইশোন 'লৈপী তোমশোন নপ্ফা" হায়না শোন্দুনা লৈপাক অহু নীংথিনা শেমলিঙৈদা হারাবনা অমুকম্ব থুগাযগে হায়না তৌবা অহু গুরুনা উরহুনা রাখল তৌরগা গুরু মহাক্কী মখোয়দগী খোয়নৌ কৌনা মিৎ নাঙ্গাগী মশক্কুন্না গুরুনা মাগী মিৎলুব্রমদা কোথোকলে। মমিংদি ওইরে মিৎয়েংশেন মি মি মিয়েংশেল কৌএ। গুরুনা খোয়নৌ মিয়েংশেল ও অশীবনা লৈপাক শেম্ববু হারাবনা হৌজ হৌজ য়ৈখায়রে। মহাক্কা য়ৈখায়বা ওমদনবা নঙনা হারাববু কাউহল্লো হাইনা খুনিংথোদগী নোংথোঙ লৈমা পুথোকলে। ইমোম নোংথাঙ লৈমা নঙদি নহু নিংথৌ অশীবনা লৈশেমঙৈদা লাইজ্জা ইপাকথক্তা (ঈশিং মথক্তা) নমু মীপূক শুনা (মীগী পুক্লিং হূনা) শান্নর হায়না থৌদাখি। লৈপাক শেম্বহু থুগাইগে হায়না হারাবনা লৈথিঙ্গায়গে লাকপদা লাইজ্জা তরওথক্তা নমু মীপুক হুবী তম্বা নোংথাঙ লৈমবু উরবদা কনানো মোমহু চেংলৌ শকহেনবী পায়মা খোয়জঙবী তিল্লাং খোয়দাবী ও হায়না হুংবব্ য়োম্নবু নোংথাঙ লৈমা নমু মীপুক শুম্বীনা থেক্ক থেকপা মথক্তা থেক্করাজা ঈফুনা নৌগ লৌবা মথক্তা চরে মকাফোং মাল্লৌ মীমাঙ তাক (ফজবা ফীজোম্না ফিক্কেং লৈতেংহুনা) মিৎমৈ তোরানথা খোয়রুম মোমোন নোকনা চীনগোই ঐবু পাউশন্নরবা (ঐবু থুংশি রাহৈনা করেম্নরবা) নঙহুম কনানো? পজোম পঙ্হৌ কনানা পোকপনো? য়োয়বু ঐদি পঙ্হৌ পানাইদবী পজোম

পীনাইরবী, কোলোয় মিংনাইরবীদি ঐনি হায়রমলগা ঈশিং তমলেনদুংদা থ্ পখরে। ঈশিং তমলেনদুংদগী মৈত্রে খানিকনা খাৱৌ থাঙ-শেংনমা কাওরকলে। হারাবনা নোংথাঙ লৈমগা রা অওক অথোং তৌনা তাওনা শানতুনা পান্তরল্লরিঙৈদা অশীবনা লৈশেম নোংশেম্বা লোইচুনা লাইবংথৌ নোংদম খুবগা নোংদম লেংবগনা লৈরোই থেংগৌ শাখি, লাই পাখং তন্নেং লাই হুরা তরেংপু নোয়না তমদনহন্দুনা হায়বদি জগোই শাহন্দুনা লৈরোই নোংলোই ঈশৈ শকখি।

## জগোইগী শাথেক্কা থাঙ-তাগা মান্নবা শরূক

জগোইগা থাঙ তাগা থানবা মাদবা, য়াম্না নকশিন্নবা মরী লৈনৈ। মণিপুরদা চংনরিবা জগোই মরু ওইবা মথন অনীনি। মচুদি : লাই হরাউবগী জগোই অমসুং রাসগী জগোই। লাই হরাউবগী জগোই তাংকক অমগী লোইশিল্লকপা মতাংদা লাইখিংথৌ লাইরেম্মা খুরুম্বদা খুজেংলৈবী তৌচুনা জগোই থোকলিবা মী অচুনা খুরুমলগা মানা শান্নিবা জগোই অচু লোইশিল্লি। বাসগী জগোইদসুং হবুঙো হকেম্মাবু খুরুম্বদা গোপীশিংনা খুজেং লৈবী তৌরগা খুরুমচুনা জগোইগী তাংকক অনা লোইশিল্লি। লাই হরাউবদা শীজিন্নরিবা খুজেং লৈবী অসিগা রাসদা শীজিন্নরিবা খুজেং লৈবীগা মওং খুজেং মরৈ মরাক চপ মান্নে। থাঙ হাইবদসু খুজেংলৈবী শীজিন্নে। খুজেং লৈবী হায়বসি থাঙ তৌবশিংনা তমদবা য়াদ্রবা নিয়ম অমনি। খুজেং অঃপকী মতিক নৌরগা থাঙ হাইবদা য়েংবদসু কজে অচুগীসু মথক্তা মী অনী লাম্বা তৌনচুনা থেংনরকপা মতমদা খুজেং খরা হেন্না নোবা মী অচুনা খুজেং নৌদবা অচুদগী খুদোংচাবা লোবা হেল্লি মরম অচুনা থাঙ তম্বদা খুজেং নৌ-ননবগীদমক্তা মমা ঙৈদগী হৌনা খুজেং লৈবী অসি তমদবা য়াদবা অমা ওইনা তমনৈ। অচুনা খুজেং লৈবী হায়বসি থাঙ হাইবদা লাই-হরাউ-বগী জগোইদা অমদি রাসগী জগোইদা ইশি শীজিন্নরে। শীজিন্নরিবা খুজেং লৈবী অসি লা হরাউবদা অমসুং রাসগী জগোইদা শীজিন্নবদি

খুজেং লৈবী খুংলোন অমত্তা শীজিন্নে অহুগা থাঙ হাইবদা শীজিন্নবা খুজেং লৈবীনা খুৎলোন অনী শীজিন্নে। থাঙদা শীজিন্নরিবা খুজেং লৈবী অহনবী অসিদি জগোইদদি শীজিন্নদে। থাঙদদি খুজেং লৈবী অসিগা কোন্নবা খোঙলোম খোউথাং লৈ, মচু কায়বা য়াদে। খোঙদি য়েংকী খুৎনা মথক থংবা মতমদা য়েংকী খোঙ থাংগৎকনি, য়েংকী খুৎনা থক্কগী থারোমদা হাইথবগা ঈরোয়ননা য়েংকি খোঙ অহু লৈপাক্কা থাগনি। ওয় খোঙ খুৎসু অসুন্না তৌগনি। খোঙফমদি মাঙদা চঙশিনবা তুংদা হন্দোকপা খোঙফম অনী চৎপা য়াই। খোঙফম অহুম—থা মচেৎ শাবা খোঙফম অহুম ফুংগা নুংহুম শাবনচিংবা খোংকম করাদা শীজিন্নবা য়ায়। জগোইদদা নত্তনা পালাগী চলোমদা, পূৎ চোলোমদা অমসুং ফীবমদা থাঙ তাগী ফীবম করামকুমগা মান্নবা য়ান্না য়াওই। পুংগী খোংখোঙ শাবা, ঘাট তাবা পুংগী বাক লৈবদা থাঙ্গা মান্নে।

[ ওঝা তরঙ্গ, ওঝা দামু, ওঝা চনস্বম বীরহরি অমসুং ওঝা পরশুরামনচিংবা অখঙ অহৈগী সব-কমিটি মেম্বরশিংনা পুথোকপীরক্লগা শ্রীখেলচন্দ্র সিংহনা ইথোকপা অমসুং ওক্টোবর ২৪ গী নুমিদাংবাইরমদা পাখিবা ]

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

## লাই হরাউবা

(ওক্টোবর ২৫ অয়ুক)

লাই হরাউব হায়ব অসী তাইবঙপানব মপুন লৈশেম নোংশেমলমচৌগী থবক অদু লাইশিংন খূংন থেকতুন উৎপ, জগোই শাক্নু তাকপ, চীন্নু শকপ-শোনব, ভাঙবন খঙহল্লি। লাই হরাউব অসী মখল অহুম খোঙল থান্নোকই :—কংলৈ হরাউব, মোইরাং হরাউব অমসুঙ চকপ হরাউব—অহুম অসিনি। লাই হরাউব মখল অহুম অসী অমগ

অদুগ মায়দে, থেন্নৈ। কংলৈ হয়াউবা; য়ুমজাউ পাকন-ন লাইরেন মথেক চংলী। লাই হয়াউব লোয়রগ মুক্না লমজেল তৌই। লাইরোই লুমিংত ঔগ্রি হংগেল শকঈ। অদুগা মোইরাং হয়াউবদ তিললু-লাইক লাইরেল মথেক চংলী। লাই হয়াউব্রিঙৈগি মচুংদ মুক্না, লমজেন তৌঈ। অদুগ ঔগ্রি হংগেল-ন থোং চিংব কুমতদ শকঈ। কংলৈন চহী খুদিঙ লম থোবঈ, মোইরাংন কুম অম লম থোকঈ, কুম অমন থোং-চিংঈ অদুগ কুম অমন য়ুম ক্ষমঈ। চকপ হয়াউবদ লাইরেল মথেক চংডে, অদুমনদি ওইরগ লোয়শঙ কোয়ব হায়ব অমদি তৌঈ।

কংলৈ, মোইরাং অনীন লাই ঈকৌরগ লাইচুংদ পুশিললী অদুগ চকপ হয়াউবন হেক পুশিনদে। ঈক্কারকপ মতমদ লাইশঙদ লৈব মীন পুঙগি মপু, খোংগি মপু পুরক্লবয়া হংলগ লাকলিবা কাঙবুন পুরকলে হায়রগ পুশিললি। অসিত নত্তুন লাইরোন মশান্নদসু থেন্নৈ। মাসীন লাই হয়াউব মখল অদুমগি থেন্নবনি। অদুগ লাইশিংগি মচুংদসু থেম্নব য়াওরি। লাই পূর্ণমক নোংপোরোন থেন্নৈ। লাই হয়াউব তমবদি সনা কোন্নুংগি মাইব শঙলেনদ মাইবন মাইবদ, মাইবীন মাইবীদ অদুগা পেনান পেনা শকপদ তমঈ। অসুম তৌন লোইশঙ অসীগি মথাদ মাগি মাগি শঙক্ষমদ ( Department ) মথং মথং তম্নকপন ওসি ফাওব চংথরি।

লাই হয়াউব অসী ইহান হানবদা লাই ময়ামন নোংপোকপু লাইগী নিংথৌ সোরারেন হাপ্ন মতমদ লাই ময়ামন লৈ লাংলগ শায়খিব অদুগি মতৌ অদু তমদুন খৃষ্ট মাঙ শতাব্দী 4 গি অদুরাইদ খাব লৈরেল খৈন হোদোক্সদগি ( পানথোইবী খোঙ্গুল ) মথং মথং লাক্কপন ওসিগি অসী ওইরবনি। লাই হয়াউব অসি মঙঙ খর খর হোংলকপন ওসিগি মশক অসী তারবনি। মমাঙৈঙদ হয়াউবদা ভাঙনব য়া, লাইমিং লাইশোন, থুংথেক অদূমক হোংব য়াত্রবসু মতম মতম অদুগি হোংদব য়াত্রব মরুওইবদি ফিজেংনি। ফিজেং হোংলকপগি মচুং ইম্ন পোংচঙদসু হোংলকঈ। থুদম - শয়েল কংপ হায়ব অসী

য়াহয়দি হোংগ্রি, পোংতি মছুং শিনখিবন য়ামগ্রে। লাইশিং অসীগী মমুংদ লাইনিংথৌ খোয়রীফাব ঙা ক্বৎপ য়াদে। পুরৈরোম্বা, কবোক ক্বৎপ য়াদে।

ফিজেৎত খেন্নব—হৌজিক জাতি পুম্নমককি মমুংদ ফিজেৎ অসী খেন্নরকলে। মীওইবন ফিজেৎ খেন্নরকপ মতুংইন্ন লাইদ কৎপ ফিন্থু খেন্নন কৎলে। খেন্নরিব মওঙদি মক ওইব ফিগুম হোংগ্রবস্থু মচাকত খেন্নগ্রে। থায়নপি নীংথম শমজিন কজেংলৈ, কনেক ইনফিন-চিংব অসী হৌজিকমক খেন্নয়ে। মখোয় অসী মীতৈগি থুংনম নাইধ লংন শাবমঙী। হৌজিকন মীরৈবাককি মচাকন শাখয়ে। লাইরেম্মগি কনেকত থায়নপি কানক কনেক, পুমথিং কনেক, হিশা কনেক, লাইফি-কানক-নচিংব অদু হৌজিকত অয়াম্ব লৈত্রে। লাইরিকত লৈব মাইবীগি ফিজেৎতি 'কোনজ্রে চরৈ-ফিঙৌ-শেৎপী-খাবী' হায়। মসীন মাইবীগি ফিজেৎতি ফিঙৌনি হায়ব তাকঈ। অদবু হৌজিকতি রেশম ফুরিং অশংব লীৎলে, খামেন চংপা ফি ইললে। নাইনগি মছুংত হাইবায় (নায়ানবী ন শিন্দুন খেন্নহললে। হৌজিকত মৈতৈ লশিং ফি লৈত্রে। মীরৈবাককি লংন শাব কিনি, ইনফিস্থু নুপীগি শিল্ক, ক্রেপনচিংবন শিল্লে। মাসীন তাবদি মশান খেন্নব তারবনি।

লাইরোল অমসুং শান্নবদ খেন্নব—হৌজিক শান্নবিব লাই হরাউব অসী লাইরোল, জগোই, ঈশৈ অসিদস্থু ফিশেংত খেন্নরকপগুম মথং মথং থেন্নরকঈ। হরাউবগি শান্নব মওঙস্থু মতমন য়াদবদগি তোক-খিবস্থু য়াওরকলে। খুদম-মম ঙৈওদ লাই নুপী থিব হায়ব অম য়াও-রমঈ। মাদু মাইবীন কাওজয় পায়দূন মমায়দ ফিন কুপশিল্লগ মমিং উইশিন্দুন কোয়ন চৎলগী থিবদ কাওজয়ন কোৎপ নুপী অহু লাইগি নুপীনি হায়দুন ফিরোন অথেনপোং পি, মানস্থু লাইদ ঙমজব পোং কৎলী। মাসী লাই কৎলৈ থোকপ কৌঈ। হৌজিকতি মাসী তৌনদে, খোয়রীফাব লাইগি থৌনিরগ তোক্লয়ে। অসীন থৌনিবোনগি থৌয়মদ কায়বনি। অদুগ জগোইদ খেন্নবন খুংথেকত হেনজিন্ন থেকপ, লাইহৌবগি লাই-

চিংথোকপদ কা হেন্ন হকচাং চেপথব—উপথব-নোনথব, হাইবনচিংব অসী হেনজিনব মগুঙ গাক্ত উরে। লাইরিকত লৈব মপোপ কান্নদব অদূ থুগায়হুন ঐথোয়গি লাই হরাউবগি জগোই—খুৎ শেম ভাহল্লে। মাসী পুংলোন্ন কায়হনবনি। হৌজিক হরাউরিব লাইফম অয়াম্বব থায়নগি হরাউপুংগি মহুৎত ধুলোকন শীজিন্নরি। হান্নগি পুংদগি ধুলোকন খুংখৎ থুব হেললি। অদূন পুঙলোনগি মতুংইন্ন জগোই শাব হওনবন খুংথেক-শাথেক, খোঙথাং ইকুল মরম পুন্নমক্ত খেন্নহনবনি। মমাউঙ্গ-দদি হরাউপুঙগ যাঁশি পেনাতগ হরাউরমঙ্ঙী। মতম অদুন হকচাং ইপোম কান্নদন ইঙন শাবমঙ্ঙী। হৌজিক হকচাং ঈবাঙ হওন ঈথক ঈফেনদ জগোই শাখ্রে।

লোংখোনব—লাই হরাউবদ লোংখোনব য়াওরিব অসি গা কানব খোনব নত্তে। শান্নরিব লাই অহুগি থবায়ন, শান্নবদ শোন্নখিব য়াও-হুন, মফম থঙদন লৈহৌব য়াওরন্নবস্থ ফাজিন্দুন লাইকোনদ খোনজিনবগি থবকনি। পেনান লোং খোনব মতমদ মিকৌন্নোল খোংঙী। মতম অসিদ শাব জগোইদ লাওব য়াব মতমগী খুংথেক অমস্যুঙ খোঙথাং য়াওদন ইঙন শাগনি। অদূবু হৌজিকতি চোংতুন অমসুঙ চেন্ন চেন্ন খোনহুন লাই হরাউবগি ফিভম থুগায়রি। মাসীগুমব অওনব অসী মাইব, মাইবী, পেনা খোংবশিংগি তমশিনব য়াৎপননি অমসুং মথোয়গি তমফমশঙ (School) মতিক চাদবন থোকপনি। মমাউঙগি নিংথৌশিংন পাল্লিউদ লাই হরাউব অসী লৈবাককি ধর্মগি মরু অমসুং কলচরগি মকনি হায়হুন য়ামন চেকশিন্ন ভাকলমন্নদগি মন্নন-নাই অহৈব উঝাশিংদগি তোপন তোপন তমনখিবদগি উঝাশিংগি অমগ অমগ মোত খেন্নরকপদগি কলচরদ কায়রকপনি, খোঙলোন খুংলোন খেন্নরকপনি। মাসীন পেনাদস্থ মরোল মান্নদবনি। মাইবী অসি মশান শঙলেন, লংমাই, ফুন্না হায়ন অহুম থোকপন লৈহন, লাইশোলদ শেন্ন-রবস্থ জগোইগি খুংথেক শৈশকতি মান্নগদবনি। অদূবু সেথোকন থবায় য়াওখিদবা উঝান মতিক চান লৈতবদগি খেন্নরকপনি।

**পেনা**—মীতৈগি পেনা হায়ব যন্ত্র অসী গুরু লৈমরেলগি মশকনি হায়নৈ। অহানবদ পেনা অসী খোম তুমবান ওইরগ চয়জিং মাশান ওইরমঙৈ হায়। অতুদগি মযাম ওইব মতমগি পেনান চয়জিনে যোৎ, শরীকনা শেল, শমৈ, উমেক, উতোং, তেওখলন রা, চুমবুলন তয়েঙন নাইব লং, পেনা মকুন মাকুন ওইরমঙৈ। হৌজিককি পেনা মওওন—শরীকন শীথ্রাই, মকুন মুবীন ওইদুনা অয়ামবন শীজিননরি। মাসী মওওদ মান্নরবসু পোংশকত খেন্নরি। মসিদ নংত্তন পেনা শকপন শকপ ঈশৈদ লুরব লাইরোল শৈশকতা উঝাশিং লোল খওদবন মী-রৈবাকক্কি লোল কয়া য়াওন শকলি। মাসী চাওখংলকপগি মতুংদ হাপকৎলবনি হায়গদবদ মীতৈগি কলচরতুম মাওনব মরম অম ওইন্নি। লাই হরাউবগি মতুংদ লৈশেমবগি মরম তাকপা হোইরৌ, হয়া, জগোইন হওরকপগি মরু তাকপ অনোয়রোল কায়হৈত্রব শৈশক অসী তমব মাং-পদগি অয়ামব পেনা খোংবন শকপ ওমনদরি। শকপ ওমব মী লৈতব নংতে, অদুবু তাওনদি লৈরে। অদুগ মণিপুরগি মমিং চংলিব পেনা খোংব উঝাশিংদি লাই হরাউবগি মরমদ থৌওইবীদবন হৈতে। মখোমদি মোইরাংগি থোইবী-খম্বগি ঈশৈশৎদ হৈনবনি। লাই হরাউবদ থরায় য়াওব উঝাশিংন তমফম হুংজফম তাওবন লাইরোলগি মরমদ মামন মান লাইগি থৌগল তৌরি। পেনা হায়ব অসী মীতৈগি থাদোকপ য়াদরব লৈশেমবদগি লোয়নরকলব, লাই হরাউবন মুৎওরিবমখৈ লৈ-হৌরগদব যন্ত্রনি। করিগুমব মতিকচাব তমফম অম অথরিটিন শেমবিদরবদি পেনা খোংবা মীংথরকপগ লোয়নন খুংলোন, শৈশক-নচিংব মাংলক্কন নোংম নোংমগি মাওথরকপ নংত্তন চাওখৎলকপগি মরম উদে।

**মাইব**—লাইহরাউবদ মাইবগি মথৌদি লাই হৌব-লোইব, ভীনলাক লাইশক খওন কোনয়াই থাব, লৈ ভুনব, লাইশোন-ভীনশোন তৌব মাইবগি মথৌনি। মখোয়ন অশোয়-অভাম থোক্কনব য়েংশিললি। মাসিদ অরুবদি মাইবন মতিক চান তমফম লৈতব, উঝা লৈরবসু মীতৈমচেক খওদবন

তমবগদ খুদোং চাদব মীন মাইবগি থবক তৌবদগি মাইব মায়দব-তগি থায়নগি শৈশক শৈথা কম্নাবু থুগায়হুন মশান হৈনব শৈশক্ত শকহুন তাবদ হন্নাউবগি লাইরোল অদূ পূমওল ওন্নন তাহনলী। অহুগ মশান শকলিব-শোললিব অদূগি মহুংগি রাখল খনথব রাংপ-দগিসু হন্নাউববু উন্নিব মীশিংবু কন্নি তৌন্নিবনো হায়ব অদূ ভাব তাহনবদ রান থোকই। হৌজিককি মতমগি মাইবশিংদি থৌগল কায়দনব হন্নাউ-বগি মন্নম খন্নদং খঙলগ হন্নাউব মাইবন অয়ামবনি। মাসিন্না লাই হন্নাউবগি চাওখৎপগি অচৌব পল অম ওইন্নি।

**লাই হন্নাউবগি খোঙচৎ**—লাই হন্নাউবগি থবক অসিসু পৃথিবীগি খোঙচৎ মতুংইনন চাওখৎপ, শিথব মতম লৈতব নৎতে। খৃষ্ট মাঙ মরিশুব শতাব্দীদ লৈ লাংব চাকলোন কৎপন মপুঙ অহুদ নোং-থাঙলৈম জগোই, পানথোইবী জগোইন চাওখৎপ মতুংইন্ন লাইশিংন তৌথিব থবক, মীওইব শাব, মথোয়ন পানব ঙমনব য়ুমশাব, পাম য়ানহুন মহয় মন্নোং থাব, ফি শাবনচিংব ফাওব উৎতুম হন্নাউন্নে। অহুদগি খৃষ্টগি অহানব শতাব্দীদ নোংতা লাইরেল পাথংবন পানব মতমদ পুঙ-ঈশৈদ চাওখৎলবসু মতুংদ অনিশুব শতাব্দীদগি হৌনা লাই হন্নাউব অসী য়ামন থীন শিথখি। অহুদগি খৃষ্টাব্দ ৭ শুব শতাব্দীদ পানব নাওথিংখোং সনা হাকথকতগি অমুক চাওখৎলকপন ১৬ শুব শতাব্দীদ পানব খাগেমব মহারাজ সনা হাকথকত অমুক মপুংফান চাওখৎলন্নে। মাঙখন্নব লাইন্নোলনচিংব খোমজিল ইশিললমঙ্গী। অহু-দগি খৃষ্টগি ১৮ শুব শতাব্দীগি অহৌবদ পানবা মৈতিঙু গন্নিবনিরাজ মহারাজ সনা হাকথকত লাই হন্নাউব অসী নমথখিবদগি মশা ইবুংঙো জয়সিংহ (ভাগ্যচন্দ্র) মহারাজ সনা হাকথকত য়ামন কন্ন থিজিন-বীহুনা থমবীরমঙ্গী। অদূমনদি ওইরগ যুগ পুন্নকপ মওঙ অমদ চৎথিবন লোলয়ালন মপুঙ ওইন অশৈ, অমাই, মাইবী লোয়শঙ অহুম-মক্কত চঙশিললমন্নন স্বর্গীয় বোধচন্দ্র মহারাজ সনা হাকথকতদি লাই হন্নাউবদ 'হন্নি হে নারায়ন, রাম কৃষ্ণ নারায়ন' হায়ন শকনন্নমলে। হৌজিক্তি

থায়নগি মায়ী কাম্নদনব হোৎনব্রি। লাই হরাউবগি মওঙ অসিদ লোল অমসুঙ কিজেংত ওনবগ লোয়নন শাথেক হেংলে। অদূগি মথক্ত ধুলোক অমসুং বেংগুন, শৈশক খৎপ, খোঙথাং কিংবত নৎস্তন লাই হরাউকম, লাইশঙনচিংবদ শেম শাব্রিব মওঙ কল্লা অসীন মরম ওইদুন থায়নগি লাই হরাউবগি পনদব মাদরব মাইবরোলগ খুৎথেক খরদগ ঙায়হৌত্তন মমৈথঙদদি নিঙথিন ঙাকশেনব শোলহৌরবদি য়াসন-চিংব অতোপ্প জগোই কয়ামুক্ক মরূপ ওইবদগি মীতৈ লাই হরাউবগি খুৎথেক জগোইনচিংব অসী পুমমাঙমক মাঙদরবমু অয়েংব মীম, কয়মব জগোইন মপুঙনো হায়ব অসী পূক্লিঙদ চিংননিঙঙাই ওইরকপ য়াই। বেঙগি খোঙথাংগ পানথোইবী জগোইগ য়েকনব ওইরবসু হরাউব খুদিঙদ তংতন থেংনববনিন শোয়দন তিনরকপ তাই।

## ডিমোনষ্ট্রেশনগি শরূক ( জগোইন উৎপ )

১। হকচাং শাগৎপ, ২। পানথোইবী জগোই, ৩। ফিদম জগোই ( লাইবঙথৌ + লাইরূরা )

মথাদা, মরু ওইব 'লাই ঈকৌবগি' অকুপপ মরোল খর নৈনরি মথুদি—

**ঈকৌব**—লাই হরাউবগি অহানবদ তৌগদব থবকতি 'লাই ঈকৌব'নি। ঈকৌবদ য়াওব মক ওইব পোৎচঙদি—খয়োম, ঈহাইফু, লৈয়োম, হীয়ী-লং, কোমযাই, ঈশায়ফু অসীন মকনি।

**খয়োম**—মঙ্গংদ কোনয়াই হাপ্প, লাংথৈ মতোল ৩ থেৎপ, য়েরূম ১ গ লায়োস অহুমন চেঙগ য়োম্বব, পযান পুনবময়োমবু খয়োম কৌই।

**ঈহাইফু**—ঈকৌবদ লৈয়োম হাপনব লা-মচেংন লৈমা হাপ্প হীয়ী লংনে পুনব চক্কুবু ঈহাঈফু কৌই।

**লৈয়োম**—লা-ন য়োম্ব, লাংথৈ মপোপ ৯ অমসুং ৭ পু লৈয়োম কৌই।

**হীরী লং**—ঈহাই-ফুগা লৈয়োমগ শম্নবা লংজা ৯ মা ফাইব অমসুং লংজা ৭ ন ফাইব, লম অনী শাংব লং অনীবু হীরী-লং কৌই।

**কোনয়াই**—সনাগ লুপাগ অনীবু কোনয়াই কৌই।

**ঈশায়ফু**—ঈকৌবদ হয়াটব লোইদ্রিব ফাওব খিন্নব ঈশিং শোকনব চফু অদুবু ঈশায়ফু কৌঈ।

ঈকৌবদ য়াওরিব খয়োমন মুমিৎ-থানচিংব করি অমত লৈতরিদ্রেদ তাইবঙ-পানব মপুন ঈশিং তব্বগুদ কব্বম লৈব, অদুগ লৈশেম্নন কব্বম ভৌন শেমখিব হায়ব অদূ উৎলি। খয়োমদ য়াওব য়েন্নমন তাইবঙ মপুন তাইবঙ পানব শেমদ্রিদ্রেদ মথনত লৈরিদ্রেগি ফিভম উৎলি। য়েক্রম মহু দ সনা লুপা, কোনয়াই হাপ্নন মতম অদুদ গুরুগী মশাদ গুরু লৈমম্রেল পূন্ন লৈব তাকই।

লাংথৈ্র মতোল ৩ থেৎপন গুরুগি মশাদ লৈশেমব, লৈওাকপ, লৈতাকপ ও মক লৈ-গুমন লৈব উৎলি। চেঙন—গুরুন লৈব মফমদ মশিঙ নাইদব পৃথিবীগুমন তাইবঙপান কয়ান য়োমদূন লৈব তাকঈ। অদুগ লা ৭ ন য়োমবন গুরুগ কোম্নন হওপ্রব, ওইরিব, ওইরকলব মতম ৩ ন য়োমদূন মতমগি মথা পোন্ন লৈব তাকঈ। অদুগ তাইবঙ মপু গুরুগি মশাদ লৈরিব পুন্নমক অসী করিগুম্ব পাংগল অমন অমগ অমগ ফাজিন্নহুনা থম্ব খঙহল্লি।

ঈ হাইফু অনীনি। মাসীন তাইবঙ মপুন শেমব অসী লৈপাক নিংথৌ অনী শেমঈ। অনীমক চফুগুমন মতুম তায় হায়ব উৎলি।

লৈয়োম অসীন তাইবঙপান শেমবগি মরূদি লাইবঙথৌ ৯, লাইবরা ৭ ন মক্রোক ওইন শেমখিব তাকঈ। লৈয়োম অমন লাইনিঙ-থৌগিনি, অমন লাইরেম্মগিনি। লাইনিংথৌগি লৈয়োমদ গুরুগি লাংথৈ্র মপোপ ৫. লাইবঙথৌগি মপোপ ৯—পূন্ন ১৪, টপ্‌ন থাব লারোল ৩ ন য়োমঈ। লাইরেম্মগি লৈয়োমদ লোংন থাব লারোল ৩ ম লাংথৈ্র মপোপ ৭ য়োমঈ। গুরুগি লৈপোপ ৫ ন গুরু লৈমম্রেল অমগুমি

তাকই। মপোপ ৯ ন গুরুদগি লাইবঙথো ৯ পুথোকপ, লাইরেম্মগি লৈপোপ ৭ ন লৈমরেলদগি লাইরেম্মা ৭ পুথোকপ উংলি।

ঈশায়ফু়ন তাইবঙ জীব পুন্নমক অসী ঈশিং ম্নারা ওইবী লৈমরেল শিদবীদগি থোকখিব অহুগ লেঙদবী লৈমরেলনি হায়ব তাকলি।

ঈকোবগি থৌওঙ—লাই-খেমগৎলমদাংদ মাংবীন লৈয়োম অনী অদু ঈহাইফু পুল্লিব হীরী লংন পুল্লপ হীরীচয়দ পুম্ন অহুমলক য়েৎলগ থূৎ য়েৎন পায়গনি। মচিল অনীন ঈহাইফূদ মতোল অমমম পুনগনি। মাইবীন মখুৎ ওয়ন শরীক খিঙলগ লৈয়োনচু লাই তোংড্রিব কাওব ঈশিংদ চুপ চুপ লূপকনি। মাইবীন লাইতোংলেবতদ লৈয়োম অনী অদূ খাইদোক্লগ লাইনিংথৌগি হীরী-লংন লাইনিংথৌগি লৈয়োমদ য়েৎলগ লাইনিংথৌগি ঈকৌফূদ হাপকনি। অদুগুম লাইরেম্মগি লৈয়োমসু লাইরেম্মগি ঈকৌফুদ হাপকনি। মাসী মাইবন লাইয়িংথৌগি মাংবীন লাইরেম্মগি লৈয়োম হাপকনি। মাসী লোইরগ লাইশঙ য়োনব কারকপবু 'হিকাব' কৌঈ। লাইমাঙ য়োরবদ ঈশায়ফু পুবী নুপীগি ঈশায়ফূদ ঈকৌফূদগি লৈয়োম লওথোক্লগ হাপকনি। নুপী অহুন হীরী-লং অহু পুল মপানগ পায়মিন্নংনি। লং অদূ লৈপাকত ভাবা ম্নাদে। লাইশঙ য়োরবদ মাইবন লাইনিংথৌগি লৈয়োম-হীরী অদূ লওথোকলগনি, মাইবীন লাইরেম্মগি লৈয়োম হীরী লওথোক্লগনি। অহুগ লাইয়িংথৌগি হীরীদ কাংরোয় শুব নীপা অহুম, লাইরেম্মগি হীরীদ কোকশেং শেংপী, খাওজেং-শেংপী নুপী অহুমন পায়রগ মাইব মাইবীন মাঙ থান, মাইবন হি লাউহুম চৎলগ ফমদেংলিব লাইপি থোয়দওদ লৈয়োমন শোক্কনি। লাইনিংথৌগি লৈযোমন লাইনিংথৌদ লাইরেম্মগি লৈয়োমন লাইরেম্মদ শোক্কনি। মসিবু লাই থরায় হাপ্প কৌঈ।

লাইগি থরায় হাপলগ মাইবীন লৈযোম অদূ থোকলকগ লাংয়িংথৌগি লৈয়োমদগি গুরুগি লৈপোপ ৫ ন লাং অনীং মরুক্ত থমংনি। মসীবু নমঙা-লৈ কৌই। লৈপোপ ৯ ন লাংয়িংথৌগি মাঙদ হুক্কচাংগ

থেংলম থমগনি। লাইরেম্মগি লৈয়োমগি লৈপোপ ৭ম লাইরেম্মপ থেংলেন মাঙদ থমগনি। অতুগি মতুংদ নমঙা-লৈগি লৈপোপ ৩ না লাই-নিংথৌ, লৈপোপ ২ ন লাইরেম্মদ থমগনি। লাইনিংথৌগি মাঙদ থমখিব লৈ ২ অহুন য়েংত লৈব লাইবঙথৌ ১ দ অময়ম থমগনি। অতুগ লাইরেম্মগি মাঙদ থমখিব লৈ ৭ ন ওয়দ লৈব লাইরুরা ৭ ডা অয়মম থমগনি। মাসিবু লৈহুনব কৌঈ।

মথক্ত হায়খিব পুম্নমক অসিবগি মখাগি অসী থডব ওমঈ। লাই থেমগৎপ মতম্দ মাইবীন লৈয়োম অনী পুম্ন পায়বন ঈশিং ঙম্বঙব গুরু-শিদব মথনত ঈশিং ঈপাক্ত লৈরগঈ হায়ব ভাকঈ। ঈকৌয়গ লৈয়োম অনী থাইদোকপন গুরু মথনতন লৈশেমলমদাইদ নীপা অম, নুপী অম অমী থোকখিব উৎপনি। মাতু নমঙা-লৈন লাইনিংথৌ-লাইরেম্মদ গুরুগি লৈপোপ মডান থাইখিব অহুনসু ভাকঈ। অতুগ লাইনিংথৌগি লৈপোপ ৯ ন লাইবঙথৌ ৯ দ থাবন গুরুদগি লাইবঙথৌ ৯ থোকপ, লাংরেম্মগি লৈপোপ ৭ ন লাইরুরা ৭ ত থা-বন লৈমরেনদগি লাইরুরা ৭ থোকখি হায়ব ভাকপনি।

লূক্‌-থাব—লাই হয়াউবদ লাইদ কংনব থাব লা-বু লুকথা-লা কৌঈ। লা অদু মকম চা-না থাহুন পোৎ কংনব তৌববু লুকথাব কৌঈ। কমদেংলিব লাইগি কানখোও ৪ গি মনাক্ত লা ৪ লোংন থাংনি। লাই অনীগি মখা কাল ময়ায়দ লাতোন ১ উপ্ন থাগনি। মাদুবু 'চনিঙ' কৌঈ। লাই মমাঙদ লা ৩ তাইহুন পাকন থাগনি। মাদুবু 'লুকলেন' কৌঈ। লাইবঙথৌ ৯ গি লান উপ্ন থাগনি। লাইরুরা ৭ কি লা-ন লোংন থাগনি। লা উপ্‌ন থাব লুক্ত লফোয় উপ্‌ন হাপকনি। লা লোংন থাব লুক্তম লফোয় লোংন হাপকনি।

[ পুথোকপিবা—শ্রীচন্দ্রসিংহ পণ্ডিত অচৌবনচিংবা সনা কোজুং লোয়শঙগী পণ্ডিতশিং ]

পণ্ডিত শ্রীকুলচন্দ্র সিংহ

# মৈতৈ জগোই খুৎথেক

( ওক্টোবর ২৫ সুংথিল )

মৈতৈ জাতিগী য়েসহৌডেদগী লৈরক্লবা 'লাই হরাউবা জগোই'দা জগোই-খুৎথেক ( নৃত্যহস্ত ) কয়ামরুম মরাং কায়না লৈ। জগোই খুৎথেকশিং অসিনা শীজিন্নবা য়াবা হায়বদি বিনিয়োগ তৌবা খুৎথেক অমনা অতৈ কয়া করিদা ভাব অর্থ ফোংদোক্লুনা অভিনয় তৌবদি কয়া কয়া তৌরমদরে। লাই হরাউবা জগোই অসিদা মতাং মতাংগী খুৎথেক কয়ামরুম লৈ, মখুদি—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | মাইবীগী লাইচিং জগোই খুৎথেক—মশী' | ১১ | } পুল্লা ১৩৩ |
| ২। | লাইবৌ হকচাং শাবা জগোই | ৬৪ | |
| ৩। | যুমশারোন— | ১৯ | |
| ৪। | পামহাই— | ৩৯ | |

মপুং ওইনা জগোই খুৎথেক ১৩৩ অসি পুল্লা লৈ। মসিদা শারুম থেরয়বস্তু খুৎথেক মান্নবা কয়াস্তু য়াওই।

খুৎথেকশিং অসি মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ পণ্ডিত অচৌবনা ( পণ্ডিত লোইশঙ ) তম্বীরকই অমসুং থায়নগী 'মৈতৈ-লাই হরাউবা' লাইরিক্কগী পণ্ডিতমক্লা ইথোকপিহুনা এগ্রোন্দা পীবিখি।

অমনা পণ্ডিত লোইশঙগী শ্রীগুরির'নবম কুলচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত-ভগী লাই-হরাউবা অসি খর মথৈদং ভমজে। পণ্ডিতকী 'মৈতৈ-লাই হরাউবা' কৌবা লাইরিক্কস্তু মথক্তা হায়জরিবা জগোই খুৎথেকশিং অসি নীংথিনা ময়েক শেংনা য়াওরি। জগোই খুৎথেকশিং অসি থেং-মজক্লবদা মসিনা মৈতৈ জগোইগী "নৃত্য-হস্ত" হায়বস্তু ওইবা য়াক্ল-শদয়া হায়না পুক্নিংদা য়াম্না থাজবা সুংঙাইবা অমা কাওজখি। অস্তুনা জগোই খুৎথেকশিং অসিগী মস্নুংদগী ভগবান নন্দিকেশ্বরগী "অভিনয়

দর্পণ’’দা য়াওরিবা নৃত্যহস্ত, অসংযুত হস্ত অমসুং সংযুক্ত-হস্তশিংগা মায়বা থয়া মথৈদং থনগৎচন্না অয়ুগুম্বা মৈতৈ-জগোই-খুৎথেক থয়া অমুগী শীজিন্নকম (বিনিয়োগ) ভোজবনি। মসিদগী অহেনবা অমদি অয়াংপা কয়াম্ অখণ্ড অহৈশিংনা পাউভাক শীবিরবদি থোইবা হেন্না মুংওাইজগনি। হায়রিবা অসিগুম্বা মৈতৈ-জাতিগী ওইবা জগোই খুৎথেকশিং অসিগী পুক্কৈ অসি থেংনজরবদগী মৈতৈ-জগোইগী ক্ষেত্রদা মতিক চাবা জগোই খুৎথেক ময়াং কায়না অমদি য়াম্ভনা লৈ হায়বসি ঐগী থাজজবনি। মথাদা খুৎ নামগী অমসুং খুৎ অনিগী জগোই-খুৎথেকশিং শীজরি—

## খুৎ নামগী জগোই খুৎথেক (অসংযুত হস্তাঃ)

লাইচিং, নৈনা, খাও, পাম্বোম, চিরাই, কোকচি, খুদুম, নাতোন, লৈশাং, লেংদোন, খুকউ, লাইচিং, মিৎ, খুনীং, চম্প্রাওকপী, নাকোও, লৈপোম, খুজেং, খুৎনাউবী নাতোন শুমাও, মরু-পোকথায়বা, খুৎনিংথৌ—অসিনচিংবা জগোই খুৎথেক অসি লাইবৌ জগোই খুৎথেকশিংদগী খুৎ নামনা শীজিন্নবা য়াবা থনগৎচবনি, মশীং—২৩ নি।

১। **লাইচিং খুৎথেক**—(পতাক)— খুৎপীদগী খুৎনাউবী কাওবা খুৎচাশিং নপ্পগনি অমসুং খুবাক তিংগনি—অসিবু ‘লাইচিং-খুৎথেক’ কৌই। **শীজিন্নক্রম**—নোং, বন, অহিং তুমেন, আতিয়া, অয়াংবা, ককথংপা, মুংশিং, ভূম্বা, মতিক মণ্ডপ, থৌজাল, থাবল, মুমিৎ-মণ্ডান, আইন কনবা, পাজল-কনবা, শাউগনবা, ইথক-ইপোম, থোং, থুমেকপা, লম্বী চৎপা, চপমান্নানা থনবা, হুকচাংদা তৈবা-নানবা, ভূমিগ নৈমু, ইশাগী কায়বা, উনা, চূড়োয়, মোকপা, নিংথৌ, অসুম অসুম তৌবা, আশীর্বাদ, সমুদ্র, অকবা মিঙৎ, কজবা, চহি, থা, থাও-শৎপা, নোংচুবা মতম, অনেম্বা, অয়াংবা, নাকল, মশীং মণ্ডা—অসিনচিংবা অসি লাইচিং খুৎথেকনা শীজিন্নবা য়াই।

২। লৈন খুৎথেক—( অর্দ্ধ পতাক )—খুদোম্বী, খুৎয়ায়না খুংনা তিংলগা খুৎচা অতৈনা কোনগনি—অসিবু 'লৈনা শাবা খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—মশীং অনি, কাটি, উপাক, হোরায়, হৈস্রাঙ, ছুরি, ফিরোল মটি সনথোঙ, থিন্দুনা তাকপা, চুরুট থকপা, অরায়দা তাকপা,—অসিনচিংবা অসি লৈনা শাবা খুৎথেক্লা শীজিন্নবা য়াই।

৩। খ্বাঙ খুৎথেক ( অর্দ্ধচন্দ্র )—খুৎপী খুদোম্বী কাক্তোক্লগনি, খুৎচা অতৈনা খুদোম্বীপা নক্লনা তিংগনি—অসিবু 'খ্বাঙ-শাবা খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—নিপাগি পানবা-থা, অচাপোৎ হাপ্পা পাত্র, ওক পায়হুনা ঈনবা, পূক্লিংদা রাখল পোল্লকপা, খ্বাঙ, থবাক য়ৈবা ( ইমাই পেম্মা করিনো ), অঙাং পম্বা, হায়জবা, পোৎ-শোকপা, নানথোকপা, নীংশিংবা স্তর্পণ, মূর্ত্তি মওঙ তাকপা,—অসিনচিংবা অসি খ্বাঙ-শাবা খুৎথেক্লা শীজিন্নবা য়াই।

৪। পাম্বোম খুৎথেক—খুৎপী-খুদোম্বী কাক্তোক্লগনি, খুৎচা অতৈনা কোনতক তৌগনি—অসিবু পাম্বোম শাবা খুৎথেক কৌই। শীশিন্নফম—পাম্বোম কাবী ( লৈতেং ), খুবোম য়াই, য়া কাহুনা হা হা কাম্বা, ওক লাকুনা ঈনবা, থৌরি পায়বা, খুজাই গ্রাস পায়হুনা ঈশিং-নচিংবা থকপা—অসিনচিংবা অসি 'পাম্বোম শাবা' খুৎথেক্লা শীন্নবা য়াই।

৫। চিরাইশাবা খুৎথেক—( অর্দ্ধসূচী )— খুদোম্বীনা তিং-লগা খুৎপীনা খুদোম্বীদা নপকনি অমসুং খুৎচা অতৈনা খুবাক মরায়দা কোনশিনগনি—মসিবু 'চিরাইশাবা' খুৎথেক কৌই। শীজিন্নফম—থজীক্তা, পোৎকী ময়োম, মতোন অপীকপা উচেক, তীল, মসি, মছু, পোৎ অমবু থিন্দুনা তাকপা, য়েন্তুম, মচীনহুম্বা পোৎ থিনবা, উরু-উক লৈবা, কলম, তুডি কোইয়প কোয়বা তাকপা, মিংতো কাজল থাবা,—অসিনচিংবা অসি 'চিরাই শাবা' খুৎথেক্লা শীজিন্নবা য়াই।

৬। কোকচিং খুৎথেক—( মুষ্টি ) চিরাই শাবা খুৎকমদগী খুদোম্বীনা কোনশিল্লকুনা খুৎয়ায়গা লৈমিল্লগনি— মসিবু 'কোকচি শাবা

খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—মন্না মংবা, শম পায়বা, খুজুমা থাবা, পোং পায়বা, লৈতৌবা, শীঙ থায়বা, পগা, জাল তৌবা, মলশিংবা শীংবা, পুক্লীং লেঙবা, থাথল চেংপা, মিপা জগোই শাবা, অকল অসীং শীংবা, থম্বোই চেংপা, শাউবা, চৈঙশায়বা, শাটিন জুপা, কীয়ান পাইবা, মোংবুং খোংবা, করতাল খীংবা, মন্দীলা খীংবা তাল থাবা,—অসিনচিংবা অসি 'কোকচি শাবা-খুৎথেক' শীজিন্নবা যাই।

৭। খুজুম-খুৎথেক—( শিখর ) খুদোম্বীদগী খু নাউবী কাওবা খুবাক ময়ায়দা কোনশিন্নগা খুৎপীনা মুংনা তিংগনি মসিবু খুজুম খুৎথেক কৌই। শীজিন্নফম—জীকং পায়বা, শাংরোঙ পায়বা, লেঙবা য়ুম্বী, পোয়দনমক, তর্পণ তৌবা শ্রাদ্ধ থাথল মকায়াম্বা, অন্তে ওইদে, নুপী নিপা মুংশি-মুংথন্নদসু শীজিনৈ, নীংশিংবা, থাওদা করিগুম্বা পুনবা, কিশিজিবা, শম্বীক খীংবা, নিপানা ময়াইকানা জগোই শাবদসু শীজিনৈ।

৮। নাকচি খুৎথেক—( ভ্রমর ) খুৎপীগা খুৎয়ায়গা অনি মতোন শাম্নগনি, খুৎচা অতৈনা তিংগনি - মসিবু নাকচি খুৎথেক কৌই। শীজিন্নফম—খুজি, খুজিশিবা, খোংথুমু, নাসিকা, নাইন, লৈ মচা, লৈ-হৈকপা, ওথোকপা, চন্দন তকপা, চন্দন থিনবা কাপ্পা, মহৈ য়াল্লবা পোং, উচেক মচা খুদোপ, খুদোপ-শিজিনবা, চাবা, কুশীদগী ঈশিং হৈবা, খোঙী, কুয়াক,—অসিনচিংবা অসি নাকচি খু থেক শীজিন্নবা য়াই।

৯। লৈশাং খুৎথেক—( পদ্ম কোষ ) খুৎচা পুম্নমক পুক্লপা মুংলপা খুৎ মতোন লম্তক লম্তক থমগনি—মসিবু 'লৈশাং খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—উহৈ, নুপীগী থবাক, করিগুম্বা অমা ওনথোকপা, লৈ-নাচোম, উরু উরু লৈশিনবা, চথোম, বোল, কাগুক্রম পোমশাংনবা থম্বাল, লোঙজীন, শম্বীক, উচেকমকম, হৈনৌনচিংবা উহৈ অসিনচিংবা অসি লৈশাং খুৎথেক শীজিনৈ।

১০। লৈহেক খুৎথেক ( কটাকামুখ )—খুৎপী, খুদোম্বী, খুৎয়ায় মতোন মতোন শাম্নগনি, অরেম্বা খুৎচা অতৈনা খুবাক ময়ায়দা

কোনগনি—মসিবু 'লৈহেক খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নকম—লৈহেকপা, মুক্তাপরেং, লীকপরেং উৎপা অমদি শিবা, পান্না খুদপ, মা ওাঙথোকপা, মনম নম্বা, যা-চন্দন ডকপা, ভেন কাপ্পা, শগোল মাচনগী লাগায়, কস্তুরী, ইবা, য়েকপা, মাইবগী গুলি—অসিনচিংবা অসি লৈহেক খুৎ-থেক্কী শীজিন্নি।

১১। লেংদোন খুৎথেক (সর্পশিরঃ)—খুৎচাশিংনা খুবাক মখায়রোমদা কোত্তক তৌগনি—মসিবু 'লেংদোন খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নকম—লিন, মখোনতাবা, খীকপা চাইবা, কোংখৎপা মলশিংনা পাম্বোম মরু পায়বা, কৌবা, লাই হাইবা, চৎলো, ব্যবহার তৌনা মা ওাঙবা—অসিনচিংবা অসি 'লেংদোন খুৎথেকনা' শীজিন্নবা য়াই।

১২। খুকউ-খুৎথেক (ব্যাঘ্র)—খুৎপী-খু নাউবী অনিনা খুৎনমলোমদা তিংনা লৈগনি, খুদোম্বী, খুৎয়ায়, খুৎনীংথৌ অচুমনা খুবাকলোমদা কোত্তক তৌগনি—মসিবু 'খুকউ-খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নকম—বাঁশী কামচুনা থোংবা, যন্ত্র থোংবা, চায়রুং, নুপী ওাকপা, চক্রি তকপা, অকিবা, চান্নবযু কৌবা, চৎলো, লৈ-ই অচুম চিংবা, শক্তি, চন্দন থিনবা, ছাটিন তুপ্পা, পে-খানবা—অসিনচিংবগী 'খুকউ-খুৎথেক'না উৎপা য়াই।

১৩। লাইচিং-খুৎথেক (সিংহমুখঃ)—খুৎয়ায়-খুনীংথৌগা খুৎপীগা মতোন মতোন শম্নগা খুৎনাউবী-খুদোম্বী অনিনা খুৎনমলোমদা তিংনা থমগনি—মসিবু "লাইচিং-খুৎথেক" কৌই। শীজিন্নকম—দৈব পূজা তৌবা, কুশ শেৎপা, মাইবগী হিদাক, নোংশা, শক্তি, জল হোৌবা থোংবা থাকপা, সিংহাসন, থেবা, শঙ্খ, শগোল, মনা মনবা শা, পাউতাক অসিনচিংবা অসি 'লাইচিং-খুৎথেক'না শীজিন্নবা য়াই।

১৪। মিৎ-খুৎথেক—খুৎপী খুদোম্বী অনি মতোন শম্নগনি, মমক অহু খুৎপী অময়োম লাপ্নহনগনি, খুৎচা অত্তৈনা তিংগনি মসিবু 'মিৎ-থাবা-খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নকম—তুলসী মনা, মঙ্গল ওইবা পোংশক,

কিশি-কিবা, য়ায়েপ, পাউতাক, য়েংজুম পায়বা, মুক্তা, মল্লিকা, লৈ-মচা, নুংগুয়া কনবা পোং, খজোকপা, অয়েম্বা তাবা, লীকপয়েং-শিবা, য়াখল তৌবা, থাউমৈ চুখৎপা, বর্ত্তি, জুমান চুংবা, নাদা লৈ থেৎপা, শিখা পুনবা, চীকথৎপা, শিখাদা লৈ-তুলসী থেৎপা, মমা কায়নবা, পাউতাক—অসিনচিংবা অসি 'মিং খুৎথেক'না শীজিন্নবা য়াই।

১৫। **খুৎনীং খুৎথেক** (চতুর) খুদোম্বী, খুৎয়ায়, খুৎনীংথৌ নগনা জিললগা খুৎপীনা খুৎয়ায়গী মথোঙ শোক্লনা খুৎনাউবীনা হাইথয়বদি মদুবু 'খুৎনীং শাবা খুৎথেক' কৌই। **শীজিন্নকম**—মশীং মখি, থাবৈগুম্বা থোৎপা, মতৃপ মতৃপ, কোর্বেক পাবা, থম্বাল মনা, লাইদা—ঈশিংদা অর্ঘ্য কৎপা, যোগীশিংনা কয়মালা চৎপা ( মুসলিমশিংগী সলাম তৌবদসু শীজিন্নবা উই) - হায়রিবশিং অসি 'খুৎনীং-খুৎথেক' না শীজিন্নবা য়াই।

১৬। **চম্প্রাওকপী খুৎথেক** ( অলপদ্ম )—খুদোম্বীদগী খুৎ-নাউবী কাওবা লৈয়পদা য়ুংগনি, খুৎপীসু লৈয়পনা য়ুংগনি, খুবাক ময়ায় কুৎহনগনি—মসিবু, চম্প্র ওকপী খুৎথেক' কৌই। **শীজিন্নকম**—থাবল কবা, থম্বাল অশাৎপা, নুপীগী থবাক, কায়নবা, নম্নগা চোংবা, মিংশেল য়েংবা, পুক্লীংদা শাউবা, ধর্ম্ম খঙবা, থাক থাক লাওবা মখোল, মীয়ায়া নিন-খোংবা, দলান মতোন, কন্নিনো হংবা, তোৎপা, জগোই শাবা, য়া হংবা—অসিনচিংবা অসি 'চম্প্রাওকপী-খুৎথেক'না শীজিনৈ।

১৭। **নাকোঙ-খুৎথেক** ( হংসাস্য )—খুৎপী খুদোম্বী মতোন শয়রগা খুৎচা অতৈনা কনগনি, মসিবু 'নাকোঙ-খুৎথেক' কৌই। **শীজি-ন্নকম** —অশাৎপা মল্লিকা, মুক্তা, ভু-চুংবা, নোংলীক, পুক, গুলি, পোহাল, পোৎ-মচা, মশীংথীবা, চেঙ-থোইদিং কৎপা, লৈপয়েং উৎপা, শিবা, কিশি কিবা, কায়নবা, অয়েম্বা, পাউতাক, লাইরিক পাবা, বিচার তৌবা, লংথোকপা—অসিনচিংবা অসি 'নাকোঙ-খুৎথেক'না শীজিন্নগনি।

১৮। **লৈপোম্বা** ( মুকুল )—খুৎচা পুম্নমক মতোন মতোন শয়-গনি, মসিবু 'লৈপোম্বা শাবা খুৎথেক' কৌই। **শীজিন্নকম**—চখোম,

থরো-থম্বাল অপোম্বা, চপ্পা কামদেবগী পঞ্চবাণ, পোং-লৌখংপা, লরু-থরো, মণীং মক্তা, নাচোম শেম্বা, ইবরীবা, রাভাঙ-থোক্লকপা, খিক্কপা, লৈশাবী মচাগী থবাক, হম হম লাউবা থম্মোই, খংলেং য়েংথোকপা, কু-কামথোকপা, মনম মম্বা,—অসিনচিংবা অসি 'লৈপোম্বা খুৎথেক্না' শীজিন্নবা য়াই।

১৯। **খুজেং-খুৎথেক**—খুদোম্বী খুৎয়ায় অমসুং খুৎপী মতোন মতোন শম্নগনি, লেমহৌবা খুৎচাশিংনা কোম্তক তৌনা তিংগনি—মসিবু 'খুজেং-খুৎথেক' কৌই। **শীজিন্নকম**—মাইবগী হীদাক, কুরাক, মন্ত্র শোনবা, যন্নাউমচা, চন্দন তকপা, চৈ পায়বা, ছাপা-থাবা, তেন শৎপা, তেন কাপ্পা, লৈ পরেং, খুজি শিবা, খুদোপ শিবা, খুজেং, কিজি পায়বা, লোন্না চৎপা, শঙোম শুম্বা, কাঁজল থাবা,—অসিনচিংবসি 'খুজেং শাবা খুৎথেক'না শীজিন্নবা য়াই।

২০। **খুৎনাউবা খুৎথেক** (ত্রিশূল)— খুৎপীনা খুৎনাউবী মতোন্দা নপশিনগনি অমসুং খুৎচা অতৈনা নপন। লৈগনি। **শীজিন্নবা**—মণীং অহুম, লিন্না মরৈ তম্বা, হৈখাগোক মনা, মচীন অহুম লোঙবা খুৎলাই (ত্রিশূলনচিংবা), লোঙজীন—অসিনচিংবা অসি 'খুৎনাউবী খুৎ-খুৎথেক্না' শীজিন্নবা য়াই।

২১। **নাতোলশূমাঙ-খুৎথেক**— খুৎপী খুৎনাউবী খুরাক লোমদা কোম্থরপা লেমকৌবা খুৎচা অহুমনা তিংগনি, মসিবু 'নাতোন শূমাঙ খুৎথেক' কৌই। **শীজিন্নকম**—কৈ, হঙোই, য়োং, লিল অচৌ-বনা মম্বা কাবা, মম্বা কবাক খনবা, তাপ হেক কাবা—অসিনচিংবা অসি 'নাতোন শূমাঙ শাবা খুৎথেকনা শাবা য়াই।

২২। **মরু-পোকথায়বা খুৎথেক** (সূচি)—খুৎচা ময়িমক মতোন শম্নরগা খুদোম্বী তিংখৎকনি, মসিবু 'মরু পোকথায়বা খুৎথেক' কৌই। **শীজিন্নকম**—রাহৈ অমা, মণীং অমা, চাম্বা, হুমিৎ ভাবা, মডু-মসি, অকিবা, তুজুংবা, চাকা, কোইরপা কোয়বা, চক্রু শাবগী নুংকাল,

ভূমিন লৈম্বু হায়বা, মালা, মালা চংপা ( লাইনীংবা ), উরুক লৈবা —অসিনচিংবা অসি 'মরু পোকথায়বা খুৎথেক'না শীজিন্নবা য়াই।

২৩। খুৎনীংথৌ খুৎথেক ( ময়ূর )—খুৎপীগা খুৎনীংথৌগা খুবাকলোমদা তিংনা মতোন নপ্পগনি, লেমহৌব খুৎচা অতৈনা তিংগনি মসিবু 'খুৎনীংথৌশাবা খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—তুলসীপত্র, ওথোকপা, মল্লিকা, লাইদা পোৎ কৎপা, য়াহোং, শাস্ত্র পাবা, ইবা, য়েকপা, মহৈ য়ানবা পোৎ, চন্দন থিনবা-কাপ্পা, গুলি চাবা,—অসিনচিংবা অসি খুৎনীংথৌ শাবা খুৎথেকনা শীজিন্নৈ।

## খুৎ অনিগী জগোই খুৎথেক ( সংযুত হস্তাঃ )

নোংদাই, লৈপেক, লন্নাই, থোয়দোঁ, য়া, চীনবান, থৌরীতোংদম, লুখম, লেংপাক, য়াঙ, থবাক, থন্নায় হাপ্পা, তামকম, লৈম্বুং থোঙলোন, হুকচাং লাংবুম, থন্নাগ্গনিবা, চুকযুংবা ইকুপ্পা, চীরোঙ-চীয়েম, খুজেং লৈবা। মশীং ২১ নি।

১। নোংদাই-লৈতাইরোন খুৎথেক ( অঞ্জলি ,— খুৎ অমিমক খুবাক তিংগনি, খুৎচা নপ্পনা অমস্যুং য়েং-ওয়গী খুৎনা খুবাক অনি নপ্পগনি—মসিবু 'নোংদাই খুৎথেক' কৌই। ( লাইচিং খুৎথেকনা য়েং ওয় অনি খুবাক নপ্পবদি 'নোংদাই জগোই' কৌই। শীজিন্নফম —সাই ( দেব ), গুরু, ইথকথোকবা, অহল্লম্মন, খুকস্বা, ( লাইপক মপাদা, কোকথক্কা ), ইকাই খুম্নবা মীশক্কা ব্যবহার তৌবদনা খুৎ অসি থবাক মপাদা থমগনি অমস্যুং মথক্কী হায়রিবা অসি নোংদাই খুৎথেক্কা শীজিন্নবা য়াই।

২। লৈপেক খুৎথেক ( পুষ্প পুত )—খুৎ য়েং-ওয় অনিমক্কী খুবাক ময়ায় কোক্তক তৌগনি খুৎ অনিগী খুৎনাউবী মতোন কাওবা শম্নগনি—মসিবু 'লৈপেক-খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম— ঈশিং, লৈ খুজোক, আবৃত্তি তৌবা, পোৎ লৌবা য়াবা, অর্ঘ্য পীবা,

মম্নগী আহুতি কৎপা, ঊহৈ লৌবা, লৈকৎপা, ঈশিং থকপা, ঈশিং শিংত্তোকপা ( ঈশিংপা ), হুমিত্তা ঈশিং কৎপা—অসিনচিংবসি 'লৈ-পেক খুৎথেক্না' শীজিন্নবা ম্নাই।

৩। লম্নাই খুৎথেক—খুৎ-য়েৎ ওম্ন অনিমক্না খুবাকলোমদা খুৎচা পুম্নমক মতোন মতোন শম্নহনগনি, খুজেং ফাক্তোক্নহনা মম্নক্না থম্বাল শানা থমগনি—মসিবু 'লম্নাই খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম —লম্নাইলেম্ফু, কুঞ্জবন, য়ুম, দলান মতোন, অম্নাংবা চীংদোন, ম্নুম্বী-অচৌবা মতোন, ত্রিনাউ, কৃপশিনবা, কম্বিগুম্বদা থুক্নম্বদা শীজিন্নৈ, ম্নাখল তৌবা অসিনচিংবা অসি লম্নাই-খুৎথেক্না' শীজিন্নগনি।

৪। খোয়দৌশাবা খুৎথেক—খ্বাঙ শাবা খুৎথেকনা খুৎ-য়েৎ ওম্ননা খুৎপী খুৎপী মতোন শম্নগনি অদুগা খুদোম্বী মত্তোন মতোন শম্নগনি, খুৎচা অতৈনা তিংনা তিংনা কৈগনি, মসিবু 'খোয়দৌশাবা খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম —মথক্কী লম্নাই খুৎথেক্না মাম্নৈ। কৈ ( পোৎথম্নবা ), কৈজা উক্রোঙ অহোবা, ম্নাখল তৌবা, অম্নাংবা—অসিনচিংবা অসি 'খোয়দৌশাবা খুৎথেক'না শীজিন্নৈ।

৫। য়া-শাবা খুৎথেক—খুৎ য়েৎ-ওম্ন পুমতিং তিংগনি, খুৎ-নাউবী অনি চেম্না শম্নগনি—মসিবু 'য়া শাবা খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—মিংশেল য়েংবা, লাইদা লৈ কৎপা, হুমিত্তা ঈশিং কৎপা, চাইথবা, ঈশিং শিংতোকপা—অসিনচিংবদা 'ম্না শাবা খুৎথেক' শীজিন্নৈ।

৬। চীনবান শাবা খুৎথেক ( শকট )—খুৎ য়েৎ-ওম্নগী খুৎপী অনিমক শম্নগনি অমস্তুং খুদোম্বী অনি মতোন মতোন শম্নগনি, খুদোম্বী অনি খুৎপী অনিগী মম্নক্না খুৎপীমুক লাওহম্নগনি, লমহোবা খুৎচা পুম্নমক্না তিংগনি—মসিবু 'চীনবান শাবা খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—হিংচাবা ( নাতোন শুমাঙগী ফোই, মকোই ক্রীং-ক্রীং

চোক্না শাঙ্বা, ডীল, কুয়াক অচৌবা পাইবা। অসিনচিংবদা মসি শীজিন্নবা য়াই।

৭। লুখম শাবা খুৎথেক—খুৎ অনিমক্না উপনা খুদোন খুদোন শম্নগনি, খুবাক তিংগনি—মসিবু 'লুখম শাবা খুৎথেক' কৌই। (লাইচিং খুৎ অনিনা মতোন মতোন শম্নরগা লুখম শাবা ওই)। শী-জিন্নফম—তৌংলী-য়াঙলীবা, হুকামচনবা, হুকচাং থেকপা অসিনচিংবা অসি 'লুখম খুৎথেকনা' শীজিন্নবা য়াই।

৮। হুকচাং লাংবুম (স্বস্তিক)—খুৎ য়েং-ওয়না খুবাক তিংনা কাম্নন চনগনি, য়েংনা মথক থংগনি, খুজেং খুজেং শম্নগনি—মসিবু হুকচাং লাংবুম-খুৎ কৌই। লাইচিং খুৎথেক অনিনা য়েং-ওয়না কাম্নন চনগনি য়েংনা মথক থংগনি খুজেং খুজেংদা—মসিবু 'হুকচাং লাংবুম খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম নিংথম্বা, কিবা, থুপ্পা, ইকাইবা, পুং ওয়াইবা, রাখল চম্নবা, কোনশিনবা, উচেক মশাথপ্পা, সমুদ্র-ইথক, কিতুনা লোয়া চেনবা, কাংগী উত্রা, কুম্ভীর অসিনচিংবা অসি 'হুকচাং-লাংবুম-খুৎথেক' শীজিন্নবা য়াই।

৯। য়াঙ শাবা খুৎথেক— খুৎ য়েং ওয় অনিগী খুদোন তম্না-মক শম্নগা খুৎনম-খুৎনম থেনগনি, খুদোলনা মথক ওনথংকনি—মসিবু 'য়াঙ-খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—ওয়া তৈনবা য়াখল, তিন্নবা য়াদবা, অরাংবা মতোন, য়ুমলোল, চূড়া—অসিনচিংবা অসি 'য়াঙ খুৎথেক্না' শীজিন্নগনি।

১০। থরায় হাপ্পা খুথেক—ওয়গী খুৎনা খুৎচাশিং শম্নবা খুবাক কোত্তক কৈনা থম্নপা য়েংকী খুৎনা খুবাক কোত্তক মথক্তা উপ-কনি, মসিবু 'থরায় হাপ্পা খুৎথেক কৌই। শীজিন্নফম—মখুম, ইথক থোংবদা নোমুক্না য়া ভাঙবা, ছুরানবা, মীনম্বা পোৎ নোইহৎপা অসিনচিংবা।

১১। লৈনুং থোঙলেন খুথেক—য়েং-ওয়গী খুৎপী খুদোম্বী কন্দোক্কনা, য়েং-ওয়গী খুৎপী খুদোম্বী অনি মতোন মতোন শম্নগনি,

কোয়না অহোবা অমা থমগনি—মসিবু 'লৈচুং-থোওলেন-খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—উক্রোও অহোবা, ফৈজা, পোৎ থম্নবা ফৈ, উতোং অহোবা, উখোঙ, পাত্র খাংগত্তুনা ঈশিং থক্পা, চোংগা, দুর্কিন—অসিনচিংবা অসি 'লৈচুং-থোওলোন'না শীজিন্নবা য়াই।

১২। থন্নায়নিবা খুৎথেক—খুৎ অনিমক য়ুংনা খুৎশীগা খুং-শীগা চেপ্না শম্নগনি, খুৎনাউবী অনি মতোন মতোন শম্নগনি, খুৎচা অতৈনা লল্লপ্না তিংনা লৈগনি, খুবাক মক অনি নপ্পগনি—মসিবু 'থন্নায়নিবা খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—অশাংপা থন্নাল, খয়োম, লৈকংপা, কেতুকি, উহৈ য়াবা, মৈবুন, লোওশা মচীন, রাখল চমম্নবা, বোল ওকপা,—অসিনচিংবা অসি 'খয়োম খুৎ থেক্না শীজিন্নবা য়াই।

১৩। খুজেং লৈবী খুৎথেক ( চক্র )—খুবাকী খুৎচা লত্তক তৌরগা য়েৎ-ওয় অনিনা খুজেং নক্লনা য়েৎলোমদা মথং মথং লৈথ-গনি—মসিবু 'খুজেং লৈবী খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—জগোই শাবদা শীজিন্নে, উরুক লৈবা, থাও হাইবা ত্তাকপা, জগোইনা থুরুম্বা, মঙ্গলগী মতমদা শীজিন্নবা য়াই।

১৪। ইকূপ খুৎথেক ( মৎস্য )— ওয়-য়েৎকী খুৎ অনিনা খুৎশী ফাক্তোক্লগা খুৎচা অতৈনা নপ্পগনি অন্থুগা ওয়গী খুৎনমদা য়েৎকী খুবাক্লা নন্নগনি, খুৎশী অনি হাইদোক্কনি—মসিবু 'ইকূপ্পা খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—ঙা, ঙানা ঈশিংদা চাবা, মসি 'ইকূপ্পা খুৎ'না শীজিন্নবা য়াই।

১৫। চুক-য়ুংবা খুৎথেক—ওয়গী খুতুম মথক্তা য়েৎকী খুতুম্না মনগনি, ( খুতুম অনিমক য়ুংনা লৈগনি ) মসিবু 'চুক য়ুংবা খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—থম্মোই ফাজিনবা, উচুক য়ুংবা, কৌ-শুবা, লৈবা, কৌরান চৈখোক পায়বা, গদা শীজিনবা অসি চুক য়ুংবা খুৎ-থেক্না য়াই।

১৬। **থবাক শাবা খুৎথেক**—খুৎ য়েৎনা ওয়গী খুনম মথক্তা থমগনি, য়েৎ-ওয় অনিমক খুৎগী মুংখৎকনি, খুবাক কোস্তক তৌগনি—মসিবু 'থবাক শাবা খুৎথেক' কৌই। **শীজিন্নফম**—উচেক মশা থপ্পা, নুপীগী থবাক, যুপকাষ্ঠ পুং ঔয়াইবা—অসিনচিংবা অসি 'থবাক শাবা খুৎথেক্কা' শীজিন্নগনি।

১৭। **ঙানফম শাবা খুৎথেক**—খুৎ য়েৎকী খুৎয়ায় খুৎ-নিংথৌ অনিমক নপ্পয়গা খুৎপীনা শোক্কনি, খুদোম্বী খুৎনাউবী তিংগনি, ওয়গী খুবাক তিংলগা য়েৎকী খুজেংদা খুদোম্না শোক্কনি—মসিবু 'ঙান-ফম শাবা খুৎথেক' কৌই। **শীজিন্নফম**—এগী নুপী, শজিমচা, অসি-নচিংবা অসি 'ঙানফম খুৎথেক্কা' শাই।

১৮। **খৌরী তোংদম খুৎথেক**—খুৎ অনিমক খুৎপী ফন-দোক্কনি, খুৎপী অমগী মতোন্দা খুৎপী অমনা শোক্লগা ওয়গী খুৎনমদা য়েৎনা ননগনি। মসিবু 'খৌরী তোংদম খুৎথেক' কৌই। **শীজিন্ন-ফম**—যুপকাষ্ঠ, অয়াংবা চীংদোন, উচেকনা মশা থপ্পা অসিনচিংবদা মসিনা শাবা য়াই।

১৯। **লেংপাক শাবা খুৎথেক**—খুৎ অমিমক খুবাক তিং-গনি। অমম্তুং য়েৎনা মথক থংনা কায়ন চনগনি, খুজেং খুজেং থেংনগনি—মসিবু লেংপাক খুৎথেক কৌই। **শীজিন্নফম**—সমুদ্র-ঈথক, অয়াংবা চীংদোন, নিংথম্বা, অকিবা, নুপীনা ইকাইবা, পুং ঔয়াইবা—অসিন-চিংবা অসি লেংপাক খুৎথেক্কা শীজিন্নবা য়াই।

২০। **থয়ায় হাপ্পা খুৎথেক**—ওয়গী খুৎনা খুৎচাশিং নপ্পনা খুবাক ময়ায় কোস্তকনা লোংনা থমগনি, য়েৎকী খুৎনা ওয়গী মওঙদা ওয়গী খুৎতা উপশিনগনি। মসিবু থয়ায় হাপ্পা খুৎথেক কৌই।

**শীজিন্নফম**—লাই নীংবা, ধ্যান তৌবা, নৈহৎপা. নোইহৎপা জগোই শাবদসু শীজিনৈ, পূজাগী মতমদা শীজিনৈ, মখুম খুমজিনবা—অসিনচিংবা অসি থয়ায় হাপ্পা খুৎথেক্কা শীজিন্নবা য়াই।

২১। চীরোঙ-চীরেন খূংথেক—খুং অমিবক খুবাক তিংনা কায়ন চনগনি অমসুং খুং লোংথোকনি। মসিবু 'চীরোঙ-চীরেন' খুং-থেক কৌই।

শীজিন্নফম—মন্দিরগ মণ্ডোন, চাংদোন, উচেক মশা থন্না, যুপ-কাষ্ঠ ( বলি তৌফম চুক ), কৈরেন কৈজাউ মমায়—অসিনচিংবা অসি চীরোঙ চীরেন খুংথেক্না শীজিন্নবা য়াই।

—শ্রীথম্বাল শর্ম্মা

## খুন্নুং ঈশৈ ( মণিপুরী লোকগীত )

( ওক্টোবর ২৬ অয়ুক )

### ঈশৈনা হৌরকপা —

ঈশৈগী মরুদি শব্দনি। শব্দগী কূপ্পবা খোন্থাঙ—'নাদ'দগী সঙ্গীত থোরকপনি হায়নৈ। প্রাণবায়ু অমসুং ইচ্ছাশক্তি অনিগী তিন্নবনা কূপ্পবা স্বর ( সূক্ষ্মস্বর )—'নাদ' পোকই। শাস্ত্রনা হায়রি—'না' হায়বা ময়েক্না প্রাণবায়ুনি, 'দ' হায়বা ময়েক্না মৈগী মশক্তি। অনি অসিনা তিন্ন চুনা থোকই হায়চুনা 'নাদ' হায়না খঙনৈ। ( শ্রীকৃষ্ণ-রস-সংগীত-সংগ্রহঃ )

নাদ মখল অনিনি—'আহত' অমসুং 'অনাহত'। অনাহত নাদদি অসুক্কী মতিক কূপপ্রে মন্থদি চুমগী নাকোঙনা ভাবা ঙমদ্রে। আহত নাদনা মফম, মতম অমসুং ফিবমগী মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা মওঙদা থৌনাউগী থোঙদা মপান থোরকপা মন্থদগী সঙ্গীত ( ঈশৈ পোক্রে। )

মেলহৌতেদা মীওইবা জাতিগী থম্মোইগুংগী থুপ্পবা মফমদা তো-ঙুনা লৈরম্মী সঙ্গীত। অদুবু মহোৌশা লাইরেম্বীগী অতে মচালিং—

শা-উচেক কয়াগী খোংবল ঈশৈগী মশক ফোঙদোক্লম্মী। মত্তৌ তম্বমা মীওইবা জাতিগী মতম চুপ্পদা হৌনশানি। হিংনবগী কন্না নোমবা অমসুং হোৎনবা ভাবনা মীওইবগী পুন্সীদি মতম চুপ্পা চিন্দুনতা লৈবনি। হিংননবগী কন্না নোম্বা চৈরক্তা অহাঙবা মতম থিংনা মহৌশা লাই-য়েম্বীগী মকমদা মীওইবনা থম্মোইগুংগী রাকৎ ফোংদোক্লবা কন্না লাকুজে। অরা-মুংঙাই কয়াগী মরক্তা শান্তিগী আশাদা তাইবঙশেম্বা মপুগী মকমদা থম্মোইগী অয়োনবা রাকম্বু হেক হেক ফোংদোকচে। অতুগুম্বা রাকমশিং অতুদা য়াওরম্মী 'সুর'। মখল মখা কয়াগী সুর নত্রবসু স্বর অমা, অনি মত্রগা অহুমগী অমদি ইচম চম্বা ছন্দদা য়েলহৌঙৈগী মী-ওইবনা শেমজরম্মী ঈশৈগী অহানবা যুক্ষম। ভোঙান ভোঙানবা শা উচেক কয়ানা খোংবদা তারম্মী মখোয়না মুংশিবা খোঞ্জেল অমসুং ফাও-রম্মী পুক্নীংদা শান্তি। মতুদগী মীওইবনা অতুগুম্বা খোঞ্জেনশিং অদু পুদুনা মশাগী ওইবা সুর অমসুং রা (ময়েক) দা ঈশৈ শেম্বা হৌরকই। মমৈদা চাওখৎপগী য়াওন মতুংইন্না ঈশৈগী শক্তম মথং মথং হোংল-ক্লুনা ভাব কয়ানা থল্লবা অমসুং মীরমলেনতগী নত্তনা লাইরমলেনগী ওইবা, রাংলবা আদর্শবু ভাকপা ঙম্নবা নীংথিরবা কলাবিদ্যা অমগী মশক ওইরকই।

য়েলহৌঙৈগী মীওইবা জাতিগী পুন্সীদা ঈশৈ-জগোই হায়বসি হিংননবগী নোম্বা অমসুং হোৎনবগী মরক্তা তঙাইফদনা চঙবা শিনকম অমনি। অতুগুম্নবা চম্নবা সুর অমসুং ছন্দদা শকপা শাবা অতুদা চুম্নগী শরীমচেৎ, উকক-রাকক-তা ফুম্ছুনা য়ৈথুনা পুথোকপা মখোল, শঙ্খা তিংবা যন্ত্র অমদি খুবাক্কী মখোল শীজিন্নদুনা থম্মোইমুংগী ফোং-দোকনী বদো হেন্না মপুং ফানবা হোৎনরম্মী।

থামমা মীওইবনা ঈশৈ শকই, জগোই শাই পূক্নীং-থরায় অমসুং রাখল পুন্নমক হাপ্তুনা। মতুগা লোয়না লোয়ননা থিজে করিগুম্বা লোত্তুনা লৈরিবা শক্তি অমবু ফংনবা। হিংনবা নোম্বগী অচিনবা মরক অতুদা মীওইবনা য়াবু য়াকায়হনবা ওমদে। অদুবু জগোই-

ঈশৈগী মতমদা মীওইবনা শক্তি অতুগী অনুভব তৌবা ঙমদে। অনাবা কহন্নবা, কত্তবা ভাস্তোক্লবা অতুগা অতৈ হিরম কয়াগী ওইনা উৎসব, থৌগোক-কূম্মৈগী ঈশৈ-জগোইগী মতমদা পূক্নীংগী পাঙ্গল অমসুং মতুগী প্রভাব মীওইবনা নীংথিনা থঙবা ঙম্মী।

ঙসিগী চাওখংলবা মীওইবা সমাজগী কলা সংস্কৃতিগী জগৎ অসিদা থান্নগী চাওখৎত্রিবা খুন্নুং-ঈশৈ-জগোংগী মমল লেপ্পা ঙমদবা য়াই মত্রগা মতিক চাবা সন্মান উৎপা ঙমদবসু য়াই। অদুবু চাওখংলবা ঙসিগী কলা-সংস্কৃতিগী বিকাশ অমসুং হৌরকপদি থান্নগী অসিদগীনি হায়বসিমদি চেনবা য়াত্রবা রাকমনি।

## মণিপুরী খুন্নুং-ঈশৈ—

লোকগীত নত্রগা 'কোক-সোং' হায়রগা হৌজীক ঐখোয়না খঙনরিবসি ঙসিগী চাওখৎলবা মীওইবা জাতিগী কলা-সংস্কৃতিগী মমি ভাত্রবা ঈশৈ মখল অংনি হায়না লৌবা য়াই। শন্না হায়রবদা সহরগী চাওখৎপা খুংশেম চঙদবা ইচম চম্বা থায়নগী অমসুং খুন্নুংগী ওইবা ঈশৈ মখলনি।- মসিদা সুরগী মওং ( মেলোডিক-ষ্ট্রাকচার ) হজিন হজিন শকপদগী রা—ঈশৈগী ময়েক্লা হেন্না মরু ওইহল্লি। সুরগী থেন্নবা ( ভেরিয়েশন ) অনি অতুমদগী পঙহেন হেন্দ্রবসু ছন্দ অমসুং তালশি অতুম্মক য়াওং। চঙলিবা স্বর ( মিউজিকেল নোট ) মশাংসু অতুম মরিদগী হেন্দে। মরম অসিদগী অসিগুম্বা খুন্নুংগী ওইবা শৈহেক শৈদাগী ঈশৈবু 'খুন্নুংগী ঈশৈ' নত্রগা 'খুন্নুং-ঈশৈ' হায়রবা য়াগত্রা থল্লি।

## ঈশৈগী মখল—

মণিপুরগী খুন্নুং-ঈশৈগী মখল চাউরাক্লা মথাগী অসুম্না থান্নলোকপা য়াই—১। পেনা, ২। খোংজোম পর্ব্ব, ৩। কূম্মৈ থৌগোক নত্রগা উৎসবশিংগা মরী লৈনবা ঈশৈশিং অমসুং শিন কোরবা ঈশৈশিং ; ৪। শাই নত্রগা মোইরাং শাই হায়না থঙনবা ঈশৈ।

১। পেনা—

মণিপুরগী থৗরদগী লিয়রবা ঈশৈ মখলনি। তশেংবদি ঈশৈ মখল অসিদা শীজিন্নরিবা যন্ত্র অহুগী মমিংনি 'পেনা'। পেনা শকপা ওঝা-শিংনা কন্না থাজে—লাইনা পীবা অমসুং লাইগী মশক ওইবা যন্ত্রনি। লৈফূরেল-নাসুংবী অমসুং অতিংকোক শিদবা অনিগী অপুনবা শক্তিগী মশক ওইবা যন্ত্রনি। পেনাগী হৌরকফম অমসুং কয়া কুইরবা মসিগী থোইদোকপা মন্না মখোঙ, ইতিহাস অমসুং পুন্না নৈনথিবশিংগী মফমদা লাক্লোকচরবসু মসিমদি হায়রজনীংই মতুদি; পেনাগী প্রভাব অসি মণিপুরগী পরম্পরাগী ঈশৈ খূদীংমক্তা ফজনা চঙই। হৌজীক্কী আধুনিক-ঈশৈ নত্তনা মণিপুরগী ঈশৈ খূদীংমক্কী য়ুম্ফমদি পেনানি হায়বদা হায়-মনবা থোকলোইদরা থঞ্জে।

পেনাগী শৈশক্তা জাতি অ'সগী মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা সুরবু (টিপিকেল-টিউন) ময়েক শেংনা তাবা ফংই। শৈশক শৈহেক অসিদা হৌবনগী লোইবা ফাওবা অনিফগা খোম্লোক্কী ঈথক হৌহল্লি। করিগুম্বা স্বর অমবু হঞ্জিন হঞ্জিন উচ্চারণ তৌরগা অনিকপা খোম্লোক অসি থোরকই—মসিবু ঈশৈগী লোন্দাদা 'কম্পন' হায়রগা খঙনৈ। অসিগুম্বা কম্পন অসি পেনাদা অস্নুক্কী মতিক কুপ্পা অমসুং কূনে শীজিন-নরে মহুদি, মহুগী চাং নত্রগা পাদম লৌবা ম্নারে। করিগুম্বা তোঙান তোঙানবা স্বর অনিবু অমনা পীক্ল অমসুং অমনা চাউনা অমুক্তদা পূন্না উচ্চারণ তৌবা ভূবিকা'গী মওওঙসু পেনাদ ফজনা চঙই।

পেনা যন্ত্রগী মওও মতৌ অমসুং শারিবা চঙইবা পোৎ-চঙশিং—

য়ুবীগী হিদাকফু অমবু তংথারদগী থর কল্লপ থারগা শউনগী পূংমায় হাপ্পূনা উগী উয়েপ নত্রগা মওক অমা লম্ব ওইনা থিম্লোক্লগা রাগী উতোং অমা পুহুনা পূংমায়গী মথক্তা তেঙথল নত্রগা ব্রিজ মচা অমগী মথক্তা শামৈ চবুন অমা খুদোল অমগুম্ব শম্লোক্ল তিংবনি। অত্তোপ্পা, য়োংকী অকোনবা উগী নত্রগা রাগী খূৎপায় পানবা অমদা

শামৈ চবুল অমা তিংবন্থনা লেন্দুনা খোংনবা 'চৈজিং' ওইনা শীজিনৈ। পেনাগী চফুদি থায়না উরু-য়ারু নত্রগা তুম্বানা ওইরম্মী। ফাইনথঙদা হিদাকফূ-য়ুবী মনীংনা শিনজিল্লকপনি অসুম্না হায়নৈ। পুংমায়গী অপাকপা চাউরাক্লা খুনম অমরোমনি। পেনাগী অশাংবনা চাউরাক্লা খুত্থপ অম-গুম্বনি। শামৈ পুরিবা রাগী উতোংগী মমায় ( ডায়েমিটায় ) চাউরাক্লা খুদোল অনিয়োম ওইগনি হায়রবদি খুংগী অমসুং খুদোংথীনা কোমন চপ্তুনা পায়ব য়াগনি। চৈজিংগী অশাংবা, অঙ্গি ময়েক শাবা য়োংকী অকোংপা অমসুং উগী নত্রগা য়াগী খুৎপায় পুন্না 'শা' অমগুম্ব হায়রবদি থগায়রদগী কাপ অমা তাবনি।

## শৈশক-কাণ্ডলুপ—

ভাব, রস, ময়েক অমসুং শৈশক-ষ্টাইল মতুংইন্না চাউরাক্লা পেনাগী কাণ্ডলুপ ( কেটাগোরাইজেশন ) অস্তুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই।

১। লাইরোল—মসিদা লাইগী মফমদা হায়জবা নোঙবা, লাই-শিংগী পেন্ননবগীদমক, লাইশিংগী মতিক মগুণ শৈথাবা অমদি লাই-শিংগী য়াকায়রোলনচিংবা মথল খুদিংমক কোনশনবা য়াগনি। মসি-গুম্বা শৈশকশিং অসি য়াম্না চীং-লেম্মী অমসুং মরু ওইনা শান্ত অমসুং মধুর রসনা আধারনি।

২ শুবদা—য়ারী পরিং নত্রগা কাব্য শকপা।

মসিদা নিংথৌরোল, কংলৈরোল, থোইদোক্সু মোইরাংগী থম্ব-থোইবীগী ফুংশিরবা ঈশৈ পরিং কোনশনবা য়াই। শৈশক অসিদা শৃঙ্গার, বীর অমসুং করুণনা মরু ওইবা রসনি।

৩ শুবদা— হৈরোল-লৈরোল।

হৈরাং-লৈয়াংগী ফুংশিবা মনম তারগা অমদি ফজবা মশক উরগা মীওইবগী পুক্নীংদ অশেংবা ফুংঙাইবগী রাখল অমা ফাওরকই, মতুদগী মহৌশা লাইয়েম্বীগী ফজববু শৈথাত্থনা মীওইবনা শক্রকই। অসিগুম্বা শৈশক অসিদা কল্পনাগী থাক য়াম্না য়াংই। নীংথিজবা প্রমাণ-উপমা-

নচিংবা অলঙ্কার-শাস্ত্রগী মতাংদা থম্লবা শৈশক্নি। ম্রসনা মরু ওইনা শৃঙ্গারনি। শৈশক কাণ্ডলুপ অসিদা মহৌশাগী কজবা, নীংথিবা থিবীকপু শৈথাবা মথল অয়াম্বা ফোনশনবা য়াই।

## পেনাগী চৎনবী শৈশকশিং—

পেনাগী চৎনরিবা শৈশকশিংদ চাউরাক্লা তরেৎ-নিপান গুরি—রাগহৌবা, হেপলি-পাবোৎ, শীকপ্লোন, লৈমরোন-শৈরোন, পাম্ফোইবী শৈরোল, কালেন-শৈঙ্গিং, হেপলি-থাওরৈ অমসুং জাৎ-শৈশক—অসি-নচিংবা। হায়রিবা শৈশকশিং অসিদা শীজিন্নরিবা স্বর অমসুং লৈরিবা স্বরগী খেন্নবশিংবু (ভেরিয়েশন) নৈনচুনা য়েংবগী মতাংদা য়াম্না কুপ্না থিজিনবগী চাউরবা অধ্যায় অমা লৈরি। অহুমকপু শৈশকশিং অসিগী শকলোন অমসুং কোংদোয়কপা মওঙ চাউরাক্লা প্রাক্টিকেল ওইনা থম্লদং উৎচগে।

### ১। রাগ হৌবা—

শৈশক অমগী অহৌবনি। রাগ সঙ্গীত-তা হায়রগা আলাপকী শরুক অহুনি। স্বর অমা অনিতদা 'হয়ুম, হয়া হে' না হৌবা রারোল থম্লবু ছন্দ নাইনা উচ্চারণ ভৌবনি। মসিদা সুরদগী রা-গী শরুক্লা হেয়া নম্মী। শীজিন্নরিবা স্বর (মিউজিকেল নোট) শিংদি অমুম্ননি—

সস, রর, স, সরস, রস, সরস, স, সর, স—অসিনচিংবা। ষড়জনা মুখ্য স্বরনি, শান্ত অমসুং চীং-লেম্বা স্বরনি, ভাবকী পোৎকমনি। অহুনবা শৈশকী অহৌবা রাগদ মরু ওইরিবা ?

### ২। হেপ্লি পাবোৎ—

অকল-অথোগী ভাব কোংদোকপা সুর অমসুং ছন্দনি। ওঝা-শিংনা হায়রৈ—'গগ, গর, স, গ, গর, স'— শুদ্ধ-গান্ধারনা স্বরশিং অসিগী মরু ওইবা মপুংনি। স্বর তরেৎকী মনুংদা শুদ্ধ গান্ধার অসি য়াম্না থৌবা অমসুং লাকওম কাওমত্রবা ওইনম্ম শীংথানৈ।

৩। শিকপ্ লোন—

অয়াবা-ভেংথা লাইওইগী ভাব কোংদোকপা শৈদানি। স, ময়ম, মম, ময়ম, মম, মগ, গগ, গর, স— অসিগুম্বা রূপ অসিদা শুদ্ধ-মধ্যমনা থৌজাল অমম্মুং মুংশিবা প্রেমনা মাগী ওইবা অচুম্বা প্রস্তাবপু কয়া শন্দোকই।

৪। লৈমরোল শৈরোল—

হুয়াম্ভি ভয়ামগী মুংঙাইবা অমস্মুং করুবগী কোংদোকপদা শীক্তিলবা শৈদানি। স্বরগী মওংদি —

স, রস, পগ-প, প প, প, পপ, পগ, প, পগ, পর সর, স—অস্রমনি। ষড়জগা য'ম্মা চান্নবা অশোনবা স্বরশিংবু মাঙোন্দা চংঙক্কম পীংস্বা, মত্তিক-মগুণ চেনবা অমস্মুং মুংঙাইবগী মশক ওইবা ফজরবা পঞ্চম-স্বরনা মসিদা মপুং ওইরি।

৫। কালেন শৈজিং—

কায়নবগী লাওতরুবা-বিরহনা শৈশক অসিগী মপুং ওইবা ভাবনি হায়নৈ। স্বরগী মওং —

প—গপ, গপ, স, র, স—অসিনচিংবা অসিনা ভাব অসিবু কদায় কাওবা কোংদোকলিবা হায়বহু অতৈস্থ খরা থিজিন্নীংঙাই ওইরি।

৬। পাম্বোইবী শৈরোল—

লৈশী লৈথোন্দুনা লাইগী মকমদা হায়জ-নোঞ্জবগী মঙ্গুং হুঞ্জনবা ভাবকী ঈচেল লুরবা অমা শৈরোল অসিগী মমুংদা চেল্লি। স্বরদি—

স, রস, গ প —পপ, পপ, পগ, পগ, রর—গপ, গর, গগ, স, স,— র —স, – অসিনচিংবা অসিনি। মসিদা কাথিবদা পঞ্চম অমস্মুং কুম্নকপদা ষড়জদা স্বরগী পোথাকম ওইরি। চীংলেম্বা (শান্ত) অমস্মুং মুংঙাইব ( আনন্দ ) অনিমক শৈরোল অসিদা ময়েক শোঙা কোংদোকই।

৭। হেপ্‌লী থাঙরৈ—

অনৌবা অমসুং ফজরবা শৈখাবদা শীজিন্নবা শৈরোলনি অসুম্না হায়রৈ। স, প, গ, — সগ — স অসিনচিংবা স্বরগী ষড়জ্ অমসুং পাঙ্কাগী তমক শীজিন্নরি। পঞ্চমদি য়াওদ্রি।

৮। জ্যাৎ শৈশক—

খুংঙাইবগী ঈথক ইপোম হোৌরবা ফজরবা শৈশক্নি। শৈশক অসিদা কেজ নৌজবগী ছন্দ অমসুং তালগী মওও ফজনা উৎলে। স্বরদি

—'স পপপ, প-পগ, প— - গ, সন্নস — অসিনচিংবা।

স্বর অসিদা ষড়জ্ অমসুং পঞ্চম — স্বর অনিগী তিন্নবা (কোম্বি-নেশন) ময়েক শেংনা ফজনা হায়বা য়াই। শৈশক অসিনা ফোংদোক-নীংলিবা তাবপু য়াম্ন মকা লায়হল্লি।

পেনাগী স্বরদা খেন্নবা মখল (ভেরিয়েশন) মরু ওইনা অনিতমক উবা ফংই। মদুদি—খুংঙাইবা ফোংদোকপগী স্বরদা—

স, প, প, প পপগ, প-গরস নত্রগা <u>সপ</u> — - প, প গ —

পগ, সর — স, — অসিনচিংবা।

অমনা অন্নাবগী তাবতা তেংথা-লাউওইগী স্বর —

<u>স ম</u> —ম, ম ম গ,—ম গ র, স র, স অসিনচিংবা অহানবগী অসিদা পঞ্চম, অকোনবগীদা মধ্যমনা মুখ্য স্বরনি। স্বর অনি অসিগী মশা মশাগী ওইবা গুণ অমসুং প্রভাবনা স্বরশিংসিদা চঙহনা অন্নাবা অমসুং খুংঙাইবগী তাবপু ময়েক শেংনা ফোংদোকই। পেনাদা, হান্ন-রিবা খেন্নব-স্বব অনি অসিতনি মপুং ওইরিবা। স্বর অনি অসিনা ওস্থাও ওনশিন কয়া তৌহনা পেনাগী শৈশক শৈরোল ময়াম অসি শকহল্লি। পেনা শৈশক্তা চঙইবা স্বরনা (ম্যুজিঃকল নোট) মরু ওইনা মওানি— স প ম গ র

লৈমরোল শৈরোল খুংঙাইবদা স প গ র স

অন্নাবা শিকপ লোনদ—'স ম গ র স'। মসিদা পঞ্চমগী মহুৎতা মধ্যম শীজিন্নরকই।

কড়ি-মধ্যম অমসুং ধৈবত চঙবা স্বর অমগা লৈরি—

'শোক কম্বোং লাওয়াথেল ফুব লাইমকোল ককচেংনা লাইকারম' হায়রকনচিংবা ঈশৈদা—

ক্ষ ক্ষ ক্ষ | পপ | —ধ—প | ক্ষ প-প গ | প—গ | সরস—|

শৈহেক অসিগী লয় (টেম্পো) অয়াম্বদা থুনা শীজিন্নৈ। মসিদা তালগী হুংঙাইবা ইহুল অমসুং লয়গী ইথক-ইপোম কজনা লৈহল্লি।

মসি নত্তবা পেনা মরোল অমগা লৈরি অথুবা লরদা— —

গ র গ | গ র স— | প প র গ | স র স— |

স ন্ স – | স ন্ স স | —গ গ গ | গ র স— |

তশেংবদি মসি যন্ত্রগী (ইনষ্ট্রুমেণ্টাল) মরোল ওইনা তৌই। পেনাগী সুরদা নিষাদ শীজিন্নবা মতাং অসিদা থেংনৈ। নিষাদকী মতুংদা লাকইবা অহানবা গান্ধার অসি খর নৌবা গান্ধারনি, মতাং অসিরাইদদি অকৃপ্পা থোম্থাওশিং—শ্রুতি নত্রগা মাইক্রোটৌনগী মওঙ কজনা শীজিন্নরে। করিগুম্বদা হৌজিক-কালগী যান্ত্রিকশিংনা খর নৌবা গান্ধার অসিবু কোমল গান্ধার ওইনা লৌহুনা জ্ঞ জ্ঞ জ্ঞ গ র স—অসুমনা শীজিন্নবা থেংনৈ—মসিনা কদায় ফাওবা ওইফম পোকপা থিজিনবগী দরকাররনি।

পেনাদা ছন্দগী লয়গী অমদি তালগী মওঙ য়াম্ন ফিবম তানা লৈবা উই। অদুবু অয়েবা বাদ্যযন্ত্র অমা শীজিন্নদুনা তাল সঙ্গত শীবসি কয়া থেংনদে। অসুমনা পেনাগী শৈশক শৈরোল মতুংইন্না খায়দোকলিবা কাওলুপশিং অসিবু তোঙান তোঙানবা ঘারণাগী মখল অমমমনি হায়না লৌবা য়াগত্রা খল্লে।

২। থো'জম পর্ব্ব—

ঈশৈ মখলা অসি ইকুই কুইদ্রি, চঙি চামা কাদ্রিবনি। ইং কুমজা ১৮৯১ দা মণিপুরগী নীংতম্বগী লানফমদা মৈতৈ-লৈমগী অথৌবা মপারিশিংনা মরৈপাক্কীদমক ইচঙ থৌনা মথম্মায় কৎখিদা মহুগী কাউউমত্রবা

সুর অমমা শৈখল অসিদা হৌবদগী লোইবা ফাওবা নীংশিংবগী থোম্বাও রৈহল্লি। বীর-না মপুং ওইবা রসনি। মাত্রা ৮ গী তাল অমদা পাঞ্জাবী ঠেকা নত্রগা সৌকাগী লয়চংকুম্বনা মপুং ওইবা গতি ওইরগা মরক মরক্তা 'করাজ' হায়রগা থওনবা ছন্দগী অহোংবা ( রিদথমিক ভেরিয়েশন ) পীত্থনা অকল-অথৌ অমসুং হচত থৌবৰ্ নীংথিজনা কোংদোকই।

থম্বনীংঙাই ওইবদি 'খুনুঙ্গুং-ঈশৈ' নত্রগা 'লোক-গীত' হায়বসিদা মতম কুইনা চংনরক্লবা 'অরিবগী' রাকম অমা লৈবা তাবনা শৈখল অসি খুনুঙ্গুং-ঈশৈ হায়বসিদা চনগত্রা নত্রগা চল্লোইত্রা অসিনি। করিগুম্বা চনবা তারবদি—মসি ২ শুবা মণিপুরগী খুনুঙ্গুং-ঈশৈ মথলদা থম্ব য়াই। অসিগুম্বা 'বীর-গাথা' গী শৈখল অসি পেনাগী সুরদ যুক্তম ওইরগা 'নট' ঈশৈগী শৈশক পুত্থনা শেমখিবগী খুদম উবা ফংই, সুরগী মওঙ মতৌ ( মেলোডিক ষ্ট্রাকচার ) অসিদা মুন্না থিজিল্লুরবদি।

শৈখল অসি 'ধোবি লৈনৌ' হায়বা ওঝা অত্থনা হৌদোকপিরম্বনি, মথংদা খুমম্ব্রেমগী ওঝা 'চাওবা' নচিংবা ওঝাশিংনা মথং মথং লৈহৌই হায়নৈ। সুরগী মওঙ—স র গ ম ( নোটেশন ) গী পাম্বনা চাউরাক্লা থরদং উৎচগে—

স্থায়ীদা—ধ্ স স স স র গ— | ম গ

র স, স র গ ম গ র স র—স।

অন্তরাদা—প ধ ধ প, — ধ স স —

স র গ—ম গ র স নধ প ধ ন স ন ধ প—গ ম ধ ধ ধ—

প ধ ন স ন ধ প, প ধ ন ধ প ম গ, ম গ র স

করাজ ছন্দগী অহোংবা — ছন্দগী অকোংবা ( ভেরিয়েশন ) পীরক-পদা— ধ প—গ র স র স | স স র,—গ, প — গ র স রস।

অনিশুবা ছন্দগী অহোংবা করাক্ত অসি মখল অহুম থোক্না শীজিন্নবা থেংনৈ।—

অহানবদা মাত্রা ৮ গী তান্থাদা—

\+ ৩
১ ২ ৩ ৪ | ৫ ৬ ৭ ৮ |

২শুবদা মাত্রা ওয়ামখিগী তান্থা ৪ দা—

| | | | | | | | | | | | | |
১ ২ ৩ ৪ | ৫ ৬ ৭ ৮ | ৯ ১০ | ১১ ১২ ১৩ ১৪

৩শুবদা মাত্রা ১০ গী—

| | | | | | | | | |
১ ২ ৩ ৪ | ৫ ৬ | ৭ ৮ ৯ ১০

মাত্রা ১৪ গী অমসুং ১০ গী অসিদি অথল্লবা ওয়াশিং নত্তনা সাধারণ ওইনদি পঙশি শীজিন্নদে।

৩। খুনসুং ঈশৈগী অহুম শুবা মখলদি—কূম্মৈ ক্লিয়ো, থৌদোক উৎসবকা মরী লৈনবা ঈশৈশিং—শিন্থা কোন্নবা ঈশৈশিং অসি কোন-শনবা য়াই।

কূম্মৈ-.থৌদোক উৎসবতা মরু ওইনা লাই হবাউবা অমসুং থাবল চোংবা, নক্সগা কে .ক্রে ক্রেক—পনবা যাই। ঈশৈতা নত্তনা জগোইগী শরূকসু নী থিজনা য়াওবি।

লাই হরাউবগী ঈশৈদা—'রাকোল্লো'না তৌবা ঈশৈগী পরিং অথুবা লয় অমসুং ছন্দদা য়ামমক মরীক চূম্মী। মরায় ওইবা লয়চা 'অতৌবা শগোল তোংবরা, নিংথৌরেলগী শগোলদি মমৈ গে গে লাউবনি।' অতপ্পা লয়দনা— 'হৈরাওথোয়নিদা চানবা হৈনিদা' নচিংবা ঈশৈশিং থোইদোকনা পনবা যাই। শীজিন্নবা তালদি মাত্রা ৬ অমসুং ৮ গী তালনা মরু ওইনা উই। শৈখল অসিদা ইরাৎ পূজাগী মশক (এট-মোসফিয়ার) অমা লৈহল্লি।

থাবল চোংবা নক্স। কে-ক্রে ক্রেক চো'বগী ঈশৈদা মরু ওইনা সুরগী মখল (মেলোডিক ভেরিয়েশন) অনিরোমদগী পঙহেন হেন্না উদে। নোটেশনদা হায়রগা

স ম গ—ম, গ র প—স, স স প—ম, গ র গ —, প প ধ—ধ, প ধ —প প, গ প—প—র, স স প—র গ।

শীজিন্নরিবা স্বর গান্ধার অনিগী অকোনবা অসি কোমল মরুক্তি নত্তবা থরা নৌবা গান্ধারনি। মসি॥ খাম্না হুংশিবা অমসুং নৌহনবা অমা কাওহল্লি পূক্নীংদা, লম্নদি অতপ্পা অমসুং খাম্না চীং লেন্বা—মাত্রা ১৩ গী তালদগী পোক্লকপা ছন্দগী মওঙ উৎলি। মসিগী মথং থুন্জিনলকপদা মাত্রা ৮ গী তালদা লাকই—

স গ র স—গ র—স,—গ প ম গ—গ র স, অসিনচিংবা।

থাবল-চোংবীদা—হায়রিবা স্বর অনি অসি নত্তবা থরা নৌথবগী মওঙ মানবা—'হৈরাঙ-খোয়নিদা'গী কাইদাদা অমসুং মরাই ওইবা লম্নদা থেংনৈ। অকোনবগী হায়রিবা স্বর অসি থাবল চোংথমকীরা হায়বসি থিজিন্নিঙাই মশক ওইরি।

**থাবল-চোংবা**—মৈতৈগী কজরবা ফোক-কলচর অমনি। মসি হৌজীক্তদি পূমহোং চোংলে হায়বা য়ারে। নত্রগনা শিরে হায়বা য়ারে। মমিংতা ভায়হোরে। **ঈশৈ য়াওখিদরে, যন্ত্রতমক—থোইদোক্লা বেন্দম্যুজিকতা মপূং ওইনা** শীজিন্নরে। ঐখোয়গী ওস্থোক্লা লাইবক থীবনি। মসিদা সমাজ অসিগী থোইদোকসু সংস্কৃতি নৈনবা মীওইশিং অমসুং কলাকারশিংগী চেকশিনবা মিংমেং চওশিনফম থোকই। কয়া অমুক হ্মিংগৎহনগদগে হায়বগী অকনবা থৌদাং লৌথৎফম থোকই।

**থবক শিক্ষা-কোন্নবা ঈশৈশিং** —মখল অসিদা লৌবুক্তা পাথং লৈশাবীশিংনা লৌ শূরিঙৈ অরা পোথানবা ওইনা অরায় অথুম শকুবা খুন্নও ঈশৈশিং, লৌভাকপদা শরুবা —'তা উবিং মাপওবী' নচিংবা অমদি অঙাং নাউথেম্বদা শরুবা ঈশৈশিং পুশল্লকপা য়াই।

শিক্ষা কোন্নবা অমসুং থোদোক্লা মরী নৈনবা ঈশৈশিং হৌজীক্তি অমাম্না তাবা ফংলক্তরে। মসিদা মখল মথা কয়াগী পাম্বে শীজিন্নদুনা থিব-হুম্বগী অধ্যায় অমা চাউনা লৈরি।

হৌজীক্তা—পেনা অমসুং খোংজম পর্ব্বগা য়ান্নহনা শেম্বগী মওঙ মানবা—শাই নত্রগা মোংরাংশাই হায়না খঙনবা শৈখল অমসু চৎনয়রকলে। মসিসু খোংজম পর্ব্বমক্কগীসু থরা অমুক নৌখন্নিবরা হায়না খঞ্জে।

শৈখল অসি মণিপুরগী খুনহুং ঈশৈগী মহুংদা অমা ওইনা চনগত্রা নত্রগা পরম্পারাগী ওইবা ট্রেডিসনেল শৈখলশিংগী মহুং চনগত্রা হায়-বসি ফোক অমসুং ট্রেডিশনেলগী থিওরিদা হাপ্তুনা য়াম্না কূপ্না নৈনবা অমা চঙই।

অতৈ মরু ওইবা নৈনগদবা থরা—হৌজিক অসিদা খুনহুং ঈশৈ ( ফোক-সোং ) গী মশক অসি ইশেং শেংলক্তবা নত্রগা অয়েপ্পা নাইদবা মওঙদা চখরকপগুম্বা অমা তৌরি। ওইবা য়াই, ময়াণা খেন্নবা নত্রগা কলাকারশিংগী অশোনবা কয়ানা মসিগী মরম। অদুবু অয়েপ্প—অচুম্ব শৈশক শৈরোল থিহনা হুমহনা পুখোকপা পুন্না কলা-কারশিংগী অমদি মীয়ামগী হৌজিক হৌজীক্কি ওইবা চাউরবা থৌদাংনি। মসিদগী থিম্বরবদি ফিবম হেন্না ফংচল্লক্কবা য়াই। ফোক-সোংগী যন্ত্র-সঙ্গীতকী মতাংদসু চান্নবা যন্ত্রশিং অমদি মশাগী কোন্নবা যন্ত্র খিবা তাই।

থিজিনবগী মতাংদা মমিং লৈরবা ওস্তাশিং অমসুং কলাকার-শিংগী রেকোর্ডিংগী পূক্কৈ হেন্নগৎহনবা য়াম্না মস্তেং ওইগনি।

য়াকম অমনা—খোংজোম পর্ব্বদা খোংজোমগী থৌগোক অতুগী য়ারী নত্তবা য়ারী অতৈ কয়া নিংথৌবোলনচিংবা কয়াসু হৌজীক্তি শক্করে। কদ্রি অমুক হায়গনি, রামায়ণগী য়ারী ফাওবা শক্করে। মসিগী মতাংদা লেপথোকনবা অমসু চঙত্রা হায়না খঞ্জে।

জাতি অমগী মশক তাকপ মতমদ খুনহুং ঈশৈ ( লোকগীত ) হায়রবসিসু য়ায় মরু ওইনা চঙবা মচাক অমনি মরম অসিদগী ওসি,

পৃথিবী পূম্বগী ওইন "ইণ্টরনেশনেল—ফোক ম্যুজিক কাউ-ন্সিল"না খুনুমুং ঈশৈগী লমদ থোমজনবা অমসুং থিজিনবগী অচৌব থৌদাং অম পাম্নথংলকলি।

খুনুমুং ঈশৈ হায়রিমক্তবু মরু ওইন চৌন্দগী মথং মথং লৌন-রকপা ওইন তৌবন, থম্ব থৈনরকপ নত্রগ থম্ব মাওশল্লকপ শোয়দন মাওরম্মগনি অমসুং মাওরকখিগনি—থোয়দোক্লমুগী সুর মতাংদ। হিরম অসিগ ঐখোইগী পুক্নিং চংশিনব তাই অমসুং চেকশিনব মীৎয়েং মতম চুপ্পদ থম্ব তাই।

খুনুমুং ঈশৈগী মপুংদমু তোঙান তোঙানবা মথলশিংগী শকপ-শোনব মতমদ মাগী মাগী শৈশক-শৈখল অতুগী মপুংদ লৈব তাই। থিজিনবগী মতাংদ—থাপ্প অমসুং মহুং কয়া হুজিন্দুন মহৌশাগী ওইব ফিজম-মতম-মকম অমসুং থৌদোক-উৎসব কয়া থীতুন টেপ-রেকোর্ড লৌরুব তাই। অতুগ ফংলকইবশিং অদু মাম্ন লাম্নব অমসুং অচম্ব নোটেশনদ ইথোক্তুন থম্ব তাই। মসিন খুনুমুং ঈশৈগী সুর অমসুং মশেক্কী অচুম্ব থাইনগী ওইব মশক অদো থিবদ মাম্ন মতেং ওইগনি—মসি হৌজিক্কী থিজিনবা অমসুং নৈনব যুগ অসিগী দাবীনি।

শ্রীচান্দম গোপাল সিংহ

# কবুই জগোয় অমস্থুং ঈশৈ

( ওক্টোবর ২৬ অয়ুক )

**জগোয় ঈশৈ হৌরককম :—**

জাতিগী সংস্কৃতি ওইবা জগোয় ইশৈ অসি য়েলহৌডৈদগী, লাইগা মীগা শম্নয়কপদগী হৌদোকমিন্নরকপা ময়ম্না জগোয় ইশৈ অসি কয়ম্বা মতমদা হৌদোকরকপনো হায়বা অসি লাইরিক হৈবা অমস্থুং মায়ী খঙবা কনা অমত্তনা হৌজিক ফাওবা হায়বা ঙমদে। জগোয় ইশৈ অসি মতম লৈবখিবিক্ত প্রকৃতিগী খোংদোই মতুংইন্না থাদোক্লবা লৈন্তনা হুয়োইমিন্নরকলি। অহুগুম্বা প্রকৃতিগী খোংচৎপু মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা শকফমদা ওন্দুনা চৎনরকলিবা পরম পম্নাগী সংস্কৃতিবু ঙসি ফাওবা কবুই নাগানা চৎনবী কহৈম অমদি ধর্ম্ম ওইনা চৎনরকলি। কবুই নাগাগী চৎনবী জগোয় ঙৈশৈ অমস্থুং ফিজেৎ লৈতেং পৃথিবীদা পুমত্তোপ তোপ্পী।

**চহি অমদা চৎলিবা থাগী মমিং অমস্থুং করম্বা থান্না করি করি হরাউ কুম্মে তৌবা ?**

শজিবু থা :—শজিবু থাবু নপগু ফুনকৈবু হায়না কৌই। নপগু হায়বা অসি চইন, চানবা চিঙ্গাক পুনি, থাইনা অহল লমনশিংনা চইন হায়বা চাক অসি খাইদগী ইহান হান্না চাবা চাকনি হায়হুনা শজিবু থাদা চইন হুল্লি মরম অত্তুনা চইন হুনখিবা থা অম্ববু নপগু ফুনকৈবু হায়না কৌখি।

**কালেন :**—কালেন থাবু নপচং ফুনকৈবু হাইনা কৌই নপচং হায়বা অসি চান্নবা অশেংবা ফৌ অহুবুনি। থাইন্দগী চৎনবী ওইনা ফৌদি হুনবা হাইধসি ঙহান হানবদা খুলগী ওহনা পাখং ৪ লৈশাবী ৪ না য়ুমথোং, খুদিংদা লৌ লৈবা ইমুংদা ফৌদি মুট অমমম থায়মগা লৌমুক্তা

চংখ্রুনা মাপী মাপী লৌবুক্তা ভোথোক্লগা হৌনবিনি হায়দুনা কৌদি হৌজনাই। মখুবু হুনগ্রবদি মহৈ মহৈ মরমাইগী লৌশিং অমুসু লোয়না হুনবা য়ারে। মসিম অদুনা খুনগী চৎনবী কো ইশান হায়না হুনখিবা থা অদুবু মপচং ফুংকৈবু হাইনা কৌই।

ইঙা থা :—ইঙা থাবু লাওফুন চুংবু কায়না কৌই। লাওফুন-চুং হায়বদি লৌ ময়াই চনশিল্লককুবা মতম অদুবুনি। ইঙা থা অসিনা লৌ অসি মহৈ মহৈ ময়াই চয়রক্লবনি হায়দুনা থা অসিবু লাওফুন-চুংবু হায়না কৌই।

ইঙেন থা :—ইঙেন থাবু লাওফুন ঙাইবু কৌই। লাওফুন-ঙাই হায়বদি লৌ লোইরককপগী কুম্মে (হরাওবা) নি। লৌ অসি মহৈ মহৈ শূনরককপনা ইঙেন থাদা লোইনা লোইনরকলে। অদু ওই-রবদি হরাওরসি হায়না হরাওবা থাবু লাওফুন-ঙাইবু হায়না কৌই।

থবান থা :—থবান থাবু বুমবু হায়না কৌই। বুম হায়বা অসি থবক ইংখাং শুবা য়াদবা হায়বনি থবান থাদা মতমগী নোংনা য়াম্না কম্না মরাং কাইনা চুথিবা মরমনা মী পুম্নমক থবক শুবা য়াদদুনা মহৈ মহৈ য়ুমদা লৈবা মতমনি হায়দুনা থা অসিগী মমিং বুমবু হায়না কৌই।

লাংবন থা :—লাংবন থাবু পোককাবু হায়না কৌই। পোকফা হায়বদি পোকখাইবা অদুবুনি, থবান্দা নোং ফজনা (পোকথাইনা) ভাখিবা মরম্না কৌশিং অদুসু মরু চংনা ফজনা পোকথাইরা শাংলি হায়দুনা থা অসিবু পোককাবু হাইনা কৌই।

মেরা থা :—মেরা থাবু নপথন ঙাইবু হায়না কৌই। নপথন-ঙাই হায়মদি কৌনৌগী কুম্মেবুনি (হরাওবা)। কৌসিনা ফজনা পোথাজনা শাংলকপরগী ফজনা মুমরককলবা অদুদা হুঙাইরে, কৌনৌ লাকলৌরে হায়দুনা হরাওবা অদুবু নপথন ঙাইবু হায়না কৌই।

**ছিয়াংগৈ থা :**—ছিয়াঙ্গৈ থাবু লাও ডাইবু হায়না কৌই। লাও, ডাই হায়বদি লৌ থাওববুনি। ছিয়াঙ্গৈদা লৌ কজনা মুল্লে থাওবা য়ারে থাওয়রসি হায়ছনা থাওনবা থা অমুবু লাওডাইবু হায়না কৌই।

**পোইন্তু থা :**—পোইন্তু থাবু ঘানবু হায়না কৌই। ঘানডাই হায়রবা অসি কবুই নাগাগী খুইদগী চাওবা চহিগী হয়াওবনি। লৌউ শিংউস্সু লোইরে, মহৈ মরোংস্সু মহৈ মহৈ ময়ুমদা পৈশিয়রে; লৈবাকী ওইনা হয়াওয়সি হায়না হয়াওবা থা অমুবু কুম্মৈগী মমিং লৌছনা ঘানবু হায়না কৌই।

**য়াকচিং থা :**—য়াকচিং থাবু চগাবু হায়না কৌই। চগা হায়রবা অসিস্সু কুমৈ মথল অমনি। হয়াওবা মখল অসি অস্তুম তৌরকপাছনা নোংমদি ঐখোয় অসি শা লাল লাক্রবদি মায়থিবা তারে হায়ছনা শা লালগী মহৈ ভমহৌদবা য়াদ্রে হায়ছনা শা লাল তম্বগী কুমৈ তৌই; মতুগী কুমৈ মমিং লৌছনা য়াকচিং থাবু চগাবু হায়না কৌই।

**ফাইরেন থা :**—ফাইরেন থাবু কতোই ডাইবু কৌই। কতোই-ডাই হাইবদি থোইদিং অঙৌবা কুমৈ হায়বনি। য়াকচিং খুনগী লৈশ বী পাথংনা লাল তম্বগী কুমৈ লোইবগা ঐখোয় অসি পুকচেল থোইজেল মায়না লৈসি হাইছনা য়াশক্রবা ওইনা য়েনশাং অমত্তা চামিয়শি হায়-ছনা য়ুমথোং খুদিংগী য়েনশাং চফুদা থোইদিং অঙৌবা থাদয়গা হয়াও তয়ায়া চামিয়খি, মতু চামিয়বা থা অমুবু কুমৈ অসিগী মমিং লৌছনা কতাইডাইবু হাইনা কৌই।

**লমদা থা :**—লমদা থাবু চকাকডাইবু কৌই। চকাকডাই হাইবদি অচংবা অমসুং অশিবা অনিবু থাইনবগী কুমৈবু চকাক ডাই কৌই। জাতিগী চংনবী ওইনা শজিবু থাদগী লমদা থা ফাওবা অদিগী মসুংদা কনাগুম্বা পোকপা শিখিবা য়াওয়বদি লমদা থাদা লৈবাকী পুম্নমক্কী ওইনা হয়াত্তবা মতমদা মাগী সমাশোয় শোনগদবনি। মতম অমুদা নত্তনা অতোপ্পা মতমদা শোনবা য়াদে। মতো অমুয়া অচংবা

অমস্তুং অশিবশিংগী হৌনবী ধর্ম কর্ম থবক পাংথোকপবী ফুদম্ব অছুগী মমিং লৌহুনা খা অসিবু চকাক ঙাইবু হাইনা কৌই।

য়ুম পানবগী থবক ইংথাং শূ-নোম্বদা :—

কবুই নাগাগী য়ুম পানবগী থবক হাণবসি লৌশিং উবনা খাইদগী মরু ওইবা থবকনি। লৌ-শিং উবা ইখোল কোইবা অসিবু ইপা-ইপুগী মাইহেদা য়ুমশা-কৈশাবা, লৌউ-শিংউবা, শিং-য়েন খিবা হায়না চৎনৈ, কবুই নাগাগীনা কাইশু-শামস্থু মৈ লাওতাই-লাওদিমৈ থিংলেম-চুইজুমৈ হায়না চৎনৈ।

লাওতাই লাওদিমৈ—হায়বদি লৌ খাওবা লৌ য়েবা হাইবনি।

কাইশু শামশুমৈ—হায়বদি য়ুম শাবা কৈ শাবা হাইবনি।

থিংলেম চুইজুমৈ—হাইবদি শিং চনবা ঈশিং শোকপা হাযবনি।

পুম্নমক্কী মাহৈ অসিবু পুলপ ওইনা খণ্ডবা অশম্বা লোলনা কাইশু লাওলোয়মৈ হায়বগা খঙনৈ। কাওশু লাওলোয়মৈ হায়বগী অর্থদি য়ুম শাযগা লৌ-শিং উত্থনা ইখোল কোয়বা অহুবু খঙনৈ। হায়রিবা কাইশু লাও লোয়মৈ অসিগী থবক্ত থায়না অহল লমনশিংনা নিয়ম অমা নাইনা চৎননবা ফজনা শেমবিরম্মী। কুম অমগী ইহান হান্না লৌ তায়গে হায়রবদি খুনগী ওইনা ফোকোৌবা পূজা ইহান হান্না তৌগনি। মতুগী তুংদা মহৈ মহৈ লৌ শুনবা হৌরগনি। লৌ উবা, শুবা হৌনরক-পগী মক্তুংইন্না লৌউ শিংউবগী ইশৈ নাংমাইস্থ অত্থম শকপা হৌন-য়গনি। লৌ তাবগী মতমদি মথক্কা থাগী মমিং ইবদা থাগা হরাওকুমৈগা লোয়ননা ইগ্রবনি, অতুদা কবম্বা থাদা লৌ তাবা হৌবগে হায়বতু য়েংবীয়ো, অহানবদা লৌ শুবদা (তাবদা) শকপা ইশৈ : –

লাওকুনলু :—

লাওকুনদৌ তুনা পোংকনিমৈতা লুংশিয়ে
লিন কৈজিংমং তিংগো'মৈতা লু'শিয়ে
লিন কৈজিংমং গিমলম শোনলৌমৈতা লূশিয়ে ॥

**অর্থ ঃ**—লৌউ-শিংউবী মতমদা নিত্তোলনা চংথিগদবনু থম্মোইনা মুংশি, তামগ্রবা লৈচিঙ্গা মন্নবা লমদমদা লৈহুনগদবনু মুংশি। তামগ্রবা লৈচিঙ্গা মন্নবা মীগী লমদমদা থাজথিগদবনু থম্মোইনা মুংশি।

লৌ শূবদা য়োংনা অমুক তৌথখিবা অত্তুগী তানথাঙ্গা ইশৈগী মাইহু অমগা লোয়ননা সুরদা শক্তুনা লৈশাবী পাখংশিংনন্থু সুরগী তানথা মতুংইন্না তৌরকপগী তালদা ইশৈ অত্থু অরাই অথুম তৌত্থুনা শক্তই, ইশৈ অসিগী মুঙাইবা য়াগদা লোইননা থবকসু ঐগী লৌমাংনা মীগী লৌমাংদগী হেন্না য়াংশিনগে, মীনসু মীঙোন্দগী হেন্না য়াংশিনগে হায়না মহৈ মহৈ হোংনত্থুনা থবক অত্থু অহেনবা তান্নত্থুনা শুনৈ ; অত্থুবু ইশৈমা কন্নি অমত্তা য়াগন্দে। লৌ অত্থুনা অত্থুম শুনরকপা অত্থুনা হৌজিক্তি পোখারসি হায়বদি মযাম অসি থবক থাদোক্লরগা অতোপ্পা ইশৈ অমা শক্কনি মত্থুবু কত্থু হায়না খঙনৈ।

**কত্থু ইশৈ ঃ**—হো লো বাংলুনৈ কুমৈ লুংন
লিখং লিলু ঙালেং কুম পু
নং তা'বনজু গুই গন জে—
হা — — লুই — হি — — —

থবক খুৎ থাম্নগা ইশৈ অসি অরাই অথুম তৌত্থুনা শক্লগা পোখারগনি মত্থুদগী চান-থক্লবা চাকয়োমনচিংবা পুথোক্লরগা অচা অথক তৌত্থুনা পোখাগনি অস্নুম তৌত্থুনা অৎগুম্বা ইশৈ মখল মখলশিং পুথোকত্থুনা শক্লগা লৌ অত্থু লোইরবা তানশিল্লি। লৌ অত্থু লোইরগা ফৌ ভুনথ্রগনি কুমগী নোং লাক্রগনি পাম্বীসু অত্থুম চাওথ্রগনি। চাওরকপগী মতুংইন্না নাপীসু হৌজিল্লকই, না'পী অত্থুনা য়াম্না বৌজিল্লক্রবদি ফৌ পাম্বী অত্থু চাওবা ওমদে হায়থুনা লৌ পেংবা হায়বগী থবক অমা লাকই লৌ পে'বগী ইশৈ ঃ—

**লাওলেওলু ঃ**— হৈত্থুই ইখা তজোন লুমক্কি আইহোমংগে,
অনলাও লেংলাও হৈলাউ ককত্থু ইন লুই

আইলৌয়ে মৈ লমসৈ গানলো হৈকুমৈনৈ
গাংনলো লাওলোন ককখো চুইকৈমৈহৈ
চুইহৈ কজাইগাইনা লোংলুবুয়ে ॥

**অর্থ ঃ**—ঈশিং মাইশিং কয়া থেংনরকলবস্ ঐদি উখিদ্রি, ঐগাক্তি ঐগী ফংখিদ্রবা মৌবি রাকুনা থল্লবা লৌরকী ঈশিংদনা ইরুজে, অতোপ অতোপ্পা মীস্ লাকুনা লুজৈ, ঐহাক্কী মুংশিবীনস্ লাকুনা লুজৈ, লৌরক্কগী চেনথরকপা ইশিং অসিদনা লাইবক ফনা মায়োক্লনা থোংনবীরি।

অসিগুম্বা ইশৈ কয়ামকমগা লোইননা থবক অমু শুরকপনা পোং-নবগী শরুক লোয়শিল্লে, ফৌ পাম্বীশিং অমু ফজনা পেংথোকপীরবনিনা পাম্বীশিং অমু লোংমা লোংমগী য়াম্না থুনা চাওরকলে মপান শাংন-রকলে, মহৈ পাম্নরে. ফজনা মুন্নরে হায়বা মতমদা ফৌ লোকপা মতম ওইরে হায়না খুলগী ফৌকৌবগী পূজা লৌই মহুদগী মহৈ মহৈ লোকপা য়াবা লোকপা ত্রৌনরকলগনি। ফৌ অমু লোক্লগা নৈশাবী পাখংশিংনা ফৌ অমু য়ুম তাম্না হোল্লকই। ফৌ হোনবদা য়াবা নৈশাবী পাখং-শিংনা থৌবুদা ( সুমবু ) অয়াম খৌয়াংব কোকহল্লু পিজো হায়হুনা থেম্বা ইশৈ ঃ—( মজাম্ন )

**ইশৈ ঃ**—হাহো, হাহে, ইয়ে তুয়ে
নলোই কতানলে মলোয কতানলে ইহে
শিমপোং ত্রিমখো ও তুয়ে
হে শিমপোং ত্রিমজনা হে
চাংবাব বংপুং শাউ দেও লুম গুনখো ও তুয়ে।

**অর্থ ঃ**—হা, হে, হা, হে হায়না খোংনরকই উচেক রায়াশিংনা। উচেক রায়াশিংনা নৈহি চুপশি হায়না হায়নরকই। নৈহি অমু চুপল-রগা মোংশোং মরক্তা হুওাইনা লাংউরসি।

অসুম্না ইশৈ অহু তোঙান তোঙানবা অমমম শরুহুনা ম্বা ম্বা লাওনা অচা অথক তৌহুনা অরাবা কোকহল্লি। লৌ অসি মহৈ মহৈ লোই-নয়ক্রবা মতমদা খুনগী অহল লমম্না খ্বাইদগী কনানা হেম্না কৌ মহৈ মরোং লোকপপে হায়রব্তু য়েংই মাহুবু দোং জাওমৈ হায়না কৌই। দোংজাওমৈ হায়বদি কোৎ য়েংবা হাইবনি। কোৎ য়েংবদা খুনগী অহল-লমম্না য়ুমথোং খুদিংদা চৎতুনা য়েংই খ্বাইদগী হেম্না কৌ লোকপা ইমুংদা ইশৈ তৌই, মহুবু কোন শুমৈ হায়না কোই। অসুম হায়না লৌউ-শিংউবগী থবক অসি লোইশিল্লি অসিগুম্বা ইশৈশিং অসি মতাং অমমমগী ইশৈনা মশিং থংদনা লৈগ্রবনি মহুবু চাওরাকপা অমমমদা তাকপদনি। লৌউ শিংউবগী থবক মতুংইন্না থাশিং থিবগী মমিংমু থোল্লি।

## মীওইবগী ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবক

অঙাং পোকপা :—নাহুৎ মারেং :—অঙাং অমা পোক্রবদি শুমিং মঙানিদা কজুমপাইমৈ হায়রহুনা পূজা তৌই। খুলগী অহল-লমম্না অঙাং অহুগী য়াইকনবা শোল্লি। মতুদা অচংবা প্রসাদি অহল-লমনদা লোয়না য়েন্থোকই নহানা মহু চাবা তৌহৈদে। অঙাং মনা হুৎপা অসি চহি অমদা অমুক্কা থোকই, অমমমদগী ওইনা নাইতোম হুৎনদে, শজিবু থাদগী লমদা থা কাওবা চহি মনুংদা পোকপা অঙাংবু লমদা থাগী নাহুৎপা কুমৈদা অঙাং পুন্নমক মানা হুৎকনি মহুগীদমক নাহুৎপা কুম্মৈ (নানুমৈ) হায়রহুনা চহি খুদিংগী হন্নাওই। অঙাং মনা হুৎপদা মনা হুৎলিবা অঙাংগী ময়ুমদা অহল-লমম্না হংবা হনুবীশিংনা জগোই ইশৈ তৌই।

### নাহুৎপগী জগোয় ইশৈ :—

হৈচা পোনলুমদৈকি কুম্মৈ পুইচা কলেন দৈশোলো
নমগুথং পোনলুমদৈকি কুম্মৈ পুই চাকলেন দৈশোলো

**অর্থ ঃ**—হৈচা ( চান-থক্লবা ) অসি পুথোকপশিংগী মনুংদা মীভো-ন্দগী মীথোই মীহেল্লি। খুন শেম্নবা লৈশেম্নবা পোকলুরিবশিংগী মনুংদা অঙাং মমা মপাগী হৈচানবা খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকই।

অসুম হাইনা অঙাং অহুগী য়াইক্ষনবা ইশৈ অসি শকতুনা জগোয় অমা অনি শারম্নগা য়ুম মনুংদা ইমুং মনুংদা চংলগা লেপ্পগা ইশৈ তৌই। মতুদগী ইশৈবু কোনশুমৈ হায়না খঙনৈ। অসুম হায়না অঙাং 'হুগী মানা হৃৎপিণ্ডরবদি মোংম নোংমগী অসুম চাওখৎখ্রে, লৈশা-পাখং ক্লায়-বদি মরূপ মপাং তিনবা হায়তুনা পাখংনা পাখংগী ফালদা লৈশাবীনা লৈশাবী কালদা হায়বদি ক্লবতা তিনবা হোরে, লৈশাবী ওইয়বদি নোংমদি লুহোংবা হায়বম্ব ওইরকলে, লুহোংলমদাইদা লৈশাবী পাখং লুকুমৈ হায়তুনা য়াম্না তোইনা খাইনরমদাইগী পাখংফালদা লৈশাবী পাখংনা ইশৈ নোংমাই য়াম্না তৌই। মতুগী ইশৈ লমলোন লু, লুচু কাইলু হায়না খঙনৈ।

**লমলোন লু ঃ**—

লুচু কাইখো অনৈ লুং লৎলা লাথুইমং
লমলোন পুইচাং অনৈলুং লৎ লাখৈজো মুন কুমৈনৈ
লেং, লমলোন পুইচাং অলুং লৎকো লালৌভিকি
আইমুন পুইকো অচুংনা দিংঙে—
অনচুং লিজো মুন আইঙুইনা তিংশাম থাম
শুখো তয়ে, হে তিংশাম থাম খং দমলো মংকুহে
দৈথে ভুনা অচুং ভুংঙে—
হে তিংশাম থাম খংদমলো মংশননিনা অনৈ
দমপা চাংখো গংলুমৈয়ে, খৈজো কুমৈ নৈলে

**অর্থ ঃ**—লুচু কাইদা ঐখোয় অনিগী থম্মোইগী রাবু ফোংদোকপা ওয়দতুনা থবক ইঙখাং চংমিন্নবদা ঐখোয় অনিগী থম্মোইগী রাবু কোং-দোক্লক্রসি লৈরাং ম্যানবী মুজাও থবক ইঙখাং চৎমিন্নবদা ঐগী থম্মোইগী রাবু হাইদোকচক্লরগা মুজা মহাক্তি ভুমিন্না লৈথোকখ্রে। ভুমিন্না

লৈথোক্লবদু ঐহাক্কী থুংশিবী লৈবাং ওইনা মতম কুইনা লোইনবী ওইসি। মতম কুইনগীদমক্তা লাইবক্তা তম্বীরোইত্রা হায়বগীদমক রা-ওাংদনা লৈজবনি মতম কুইনগীদমক তম্বীরমত্রবস্ত্র ঐখোয় অনিগী তাই-বংপান্দা ইহান হাল্লবা রেংনফংখিবনি লাকউ চংলসি ইবেন্মা।

অসুম হাইনা অমনা অমগী পুক্লিংগী বাবু ইশৈনা কোংদোক্লুনা থুংশিবা মশক খঙহল্লি, লুহোংবদা কৈন্যা অত্থ বরগী মযুম য়োবা কাও ইশৈ শক্লুনা থিল্লি মত্তুগী ইশৈ অহুলু লুচেন লু হায়না খঙনৈ।

লুচেন লু:—পুই পুকাই তভোনজিনা কুমৈনৈ
তেংকৈনা দিং হে, হে পুই পুকাই
তভোনজিন, কুমৈনৈ তেংকৈনা দিং
হৈকুমৈনৈ হেং হোয়॥

অর্থ:—ইমা ইপাগী যুম থাগোকনিংদহুনা থুজা মহাজি য়ুমবি কোন্দুনা থাওই। অসুম হায়না ইমা ইপাগী য়ুম থাদোক্লগা চংনিং-দয়না যুম্বী কোন্দুনা লেপ্পী।

অসিগুম্বা ইশৈ মখল মথেল কয়া মকুম লৈগ্রে। কবিগুম্বা নিঙোল অহুনা অভোপ্পা লমগী ওইরবদি নিঙোল থিল্লকপদা নিঙোলগী মযুমগা মুপাগী মযুমগা খুল অনি অসি লংনবা ওইনা ইশৈ তায়ে, মতম অহুদা শকপা ঈশৈবু চপালু হায়না খঙনৈ।

চপালু:—

গিনপুথুলে অলু সুলো অলুমু পাইমংগে
গিনপু খুলে নংস্থ খেমখো নথাং অস্থথৈ লাইতেং-
লগে অখেম থংলিখো গিনপুলে আই জিপনিমং
লোয়ে গান আংমু তুনা কনৈ ফকথৌতৈ
জিপলনা তাবেন পদৈ শিন্দায়ে আইমু তায়েন
শিন্না থুই গিনপুতা থালেন পুতোং অলুমৈ
থাংপিংনা বমতুংঙে অগাংজাং দিনথুই তংতিউ

অর্থ :—লমলানব ও। ঐগী ইশৈ জাও ঐগী ইশৈদি ফজদে নংনদি তান্নসি মহান্ন ঐগী ইশৈবুদি তান্নবদা ওমলোই নোংঙানবা তান্নহুসি লমলানবা। ঐদি তুমনিংলোই পাখং ঐদি লৈশাবী অনিগী কান্নক্তা তুমলপা মুঙাইনা নোক্নুনা লমলানববু লেন্নরকপবু ইথক থোংবনস্ন লংনবা খিত্নুনা লৈকবনি মকম খুদিংদা শন্দোকপীরু॥

শা লানগী মতমদা খুন ঙাকপগী ইশৈ :—

কবুই জাতি অসি খুল অমা পান্নবদি লৈবাক অমগী রাজ্যেল শাসনদা চংবা থবক থৌন্নম পুন্নমক চপচানা লোয়না তৌই। মরম অন্নুনা লম অমগী মীনা খুন্দা লান্দারকপা ওমদনবগীদমক যেক্লবা চঙলকপা ওমদনবগীদমক খুলগী অকোয়বদা মপাঙ্গল কন্নবা নহারোলশিংনা অহিং লুংথিল থাক্নুনা খুল ঙাকই মখুল ঙাকপা নহারোনশিংনা শকপা ইশৈবু কাইরোং-লোন-লু হান্নবা খঙনৈ।

## কাইরোং লোনলু :—

রিগান পৌহান্ন শিহৈ সংলম পুসনথে
রিগান পৌনি পংনা কশান জাওজো অনকৈ তৈকাওলা
অগী তৈফুংলনা অনবুই তৈপোন হোজাগে
হৈরম পুই অনদি খা লমজিংচো
হৈরম শি অনশা সংজুং কনামমে ॥

অর্থ :—হে লানমীগীদি মপু ওইরিবা! ইনঙ্গিং মতৌই থোংজিল্লক্লে। লানমীগী মপু নহাকস্ন থোক্নুনা লানগী শেমশান্নো লানগী ফিজেং শেংজুনা খুংতা চুং পান্নবস্নুনা ইশাগী তাবু পান্নবন্নুনা হোন্নজম শারয়ো ঐখোন্নগী ইমা ইবেলশিংবু কয়ামুক কিন্নবগেনে ঐখোন্ন হুইদি করি নস্তবদস্ন থোংবা মহৌশানি।

পেনা ইশৈ :—কবুংগী চংনবী মস্তুংইন্না পেনা পান্নহুনা থোবো ইশৈ শকপা হায়বসি ফো মুন্নরকপা মতমদা মুঙাইবগী লোইন্না থোংই, লো অমুক ঙাবা হৌগ্রবদি পেনা থোংবা শকপা ম্নাদে। থাইনদগী

চৎনরকপী মতুংইন্না কৌ মুন্দ্রিংগুদা পেনা খোংহুনা ইশৈ শক্লবদি কৌ অহু শাৎপদা মরু চংদে কৌহাম ঙাক্তা শাংলি হায়রহুনা পেনা পায়রহন্বে হায়না চৎনরম্মী। পেনাগী ইশৈ অসি মরুওইনা হুংশি লুংওনগী মখিদা শকপনা অয়াম্বনি পেনাগী ইশৈবু লা-লু হায়না খঙনৈ।

**কৌশু ইশৈ ঃ**—কৌশু ইশৈ অসি কনাগুম্বনা ইশৈ হৈহুনা —য়ুমগী কৌশুবা মতমদা শকনবস্ত য়াওই হাইববু মরুওইনা ইনাক কৈরাক খুনবা মীনা তৌবা উংসব তরা'কাই শুমৈ; বালুমৈগী খৌদোঙ্গা জোদাই জাইপৎমৈ হায়বা—মমিংতা লৈশাবী পাখং খুল হুম্বা য়ু শুংই য়ু শুংবা হায়বসি য়ুগীদমক্তা য়াম শুবনি মতুদা ময়াম শুবগী তানখা মতুং ইন্না পুং শেল য়াওনা ইশৈ শকপা য়াউ পুং মৈবা য়াও তৌহুনা লুমিং মঙানি হরাওবদা থকপা ওকয়বা য়ু শুংই মতুগী ইশৈবু পান্‌শো-লু হায়না খঙনৈ॥

## চহিগী হরাওকুম্মৈ

কবুই নাগাগী চহিগী হরাওকুম্মৈ কয়ামরুম লৈ—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | পোইনু থাদা ( ঘানবু ) | ঘানঙাই তিংকুমঙাই |
| ২। | রাকচিং থাদা ( চগাবু ) | চগা ঙাগ রিঙাই |
| ৩। | কাইরেল থাদা ( কতোইঙাইবু ) | কতোইঙাই নাহু |
| ৪। | লমদা থাদা ( চকাকবু ) | চকাকঙাই থৈমৈঙাই |

**ঘানঙাইমৈ ঃ**—ঘানঙাই হরাওবা অসি চহি অমগী মনুংদা খাই-দগী চাওবা হরাও কুম্মৈনি। মসি পোইনু থাদা তৌই লুমিং মঙানী হরাওই মসি জগোয় ইশৈ কয়ামরুম লৈ, অহানব লুমিন্তা ময়াম নুঙাইনা চাকচা-হৈজানবদা শকপা ইশৈ।

**নপ্পু করোন পুইলু ঃ**—

কুমৈ পুইকাই খো অলাংহ থাই নাইরে
লাংঙাই শমলো কন্নে চম পন অনৈ অন্দোং

জাওপুক্কি লাংতদাই শাং কুমৈপু কশিম—
গুপোং বমথোল্লে॥

অর্থ:—মুজা নহাক্কী সঙ্গাইদা মগুন লৈবা উহৈ লৈ উচেক লাংমৈশিংনা পাহশিন্নখি। ইরূপ হপিজা ঐখোয় অনিস্তু তান্নবকপবু উচেক লাংমৈনি হায়রগা ইবুংঙো মহাক্না মতিক মগুনগা লোইননা চীংলেম্না লৈরমই।

মসিগুম্বা ইশৈশিং অসিনা য়ুমথোং খুদিংগী চত্তুনা চামিন থকমিন্নরগা হৌজিক্কি চৎকদবা লোইয়ে হায়বা মতমদা লৈশাবীনা লৈশাবীগী ফালদা পাখংনা শাখং ফালদা হজিনগনি। হজিনবা মতমদা ইশৈ'সি শকনি।

## পাখং ফাল হজিনবদা শক্কদবা ইশৈ:—

খোইদাইকাই অনক্কিম লকগে
কুমৈ পুইকাই গাইনা কিমকৈ লকগে
কুমৈ পুক্কক ই কিমকৈ নিথাই
অঙ্গুজে ফাংঙো অঙ্গু জে থিপখোকই
কূমৈ পুইকাই গাইনা কিমকৈ লকগে॥

অর্থ:—খোই মহুম অসি কাইগদোবা নত্তে অতুগী মতুংইন্না পাখং ফালগী য়ুমবুস্তু কাহরোই পাখংফালগী য়ুম্মুনা কাইগদোবা লৈরবদি বরাক্কী ইরেল অসি য়েংউ বরাক্কী ইরেল অসিনা কাংলবস্তু ঐখোয়গী য়ুম্মুদি কাইরোইদৌরি।

হয়াওবা অসিগী মুমিৎ নিনি চনবদা খুলগী লৈশাবী পাখংনা মাগী মাগী শেলথাং অমদি চান্নবা চিঙ্গাক পুরকই 'তুবু তমচা কৌই, মতুদা অথোই অহেন তাইন্নে মতু লোইরগা মুংথিলদা তমচনলাম জগোয় শাই। তমচন লামগী ভাবতি অযুক্তা লৈশাবী পাখংনা হয়াওবদা চান্নবা পুরকপা চান থকুবা পাংচৈশিং অতু খ্বাইদগী অহেনবা খল্লগা খুলগী অহলদা হান্না

পিজখোকই মতুগী অথেনপোৎ পুতুনা অহল্লমনগী তিনফম (পৈকাই) দা থিল্লি। খিনবা মতমদা শাবা জগোয় অহুবু ভমচন লাম হাইনা খঙনৈ।

হুমনিশুবা মুমিত্তা তুনাগানঙাই হায়তুনা গানপিঙ্কদিমৈ, থংবোন কদিমৈ হায়তুনা লৈশাবী পাখং জগোয় শাই।

জগোয় অসি লোয়রগা চাক ঈশিং লোইরকলবা মতুংদা লৈশাবী পাখং নোংঙাল ফাওব ইশৈ তায়ে। মতুগী ইশৈ অহু লমলোনলু হায়না খংনৈ মতুগী ইশৈ অহু মথক্তসু লৈশাবী লুহোংলমদাইদা মরুপ মপাং ইশৈ নোংমাই তৌই হায়বগী মতাংদসু য়াঙখ্রে মরম অহুনা হয়াওবদা শক্লবসু মওং অমতনিনা মান্নয়ে অমুক হল্লা হায়জয়রোই।

মরিনিশুবা মুমিত্তদি জগোয় ইশৈ য়াওদে।

মঙানিশুবা অয়োইবা মুমিংনি হায়তুনা য়াম্না চাওনা চাক চানৈ ফাগী জুগাই তৌরগা লোইশিল্লি। মসিগী মুমিং অসিদা লাইভিন পুন্নমক্কা পূজা তৌই অসুম হায়না চাক্কন যানঙাইমৈ হয়াওবা লোইশিল্লি।

**চকাকঙাই:**—অশিবশিংগীদমক্তা তৌবা হয়াওকুম্মৈনি লমতা থাদা তৌই। কবুই নাগাশিংনা শজিবু থাদগী লমদা থা ফাওবগী মতুংদা শিবা মীবু লমদা থাগী চকাক-ঙাই কুমৈ অসিদা কুম ওনবগী শমশোর ত্তোগনি। মরক্তা মাগী মাগী তোঙাম্না মুমিং থা মশিং থিরগা তৌবা য়াদে, কয়িগুম্না চহিগী শমশোর কুমৈ অসিনা লোই-থ্রগা মতুংদা শিবা অমসুং পোকপা তাববদি মহুবু নোংমৈগী হয়াওবা চকাকঙাই অসি ঙাইরগা তৌগদবনি মরম অহুনা অহুগুম্না শমশোর অহুদা শাবা শকপা জগোয় অহুবু থৈ কদিমৈলাম হায়না খঙনৈ।

**তরাংকাই শুমৈ বানরুমৈ—**

মসি চহিগী ওইবা হয়াওকুমৈ নত্তে জাতিগী ওইবা ধর্ম্মগী লান্নফম ওইবা উৎসবনি। মরল লৈবা ইনাক কৈরাক খুনবা কাংবুনা তৌবা কুম্মৈনি। মসি উৎসব অসিগী মরমদা ত্তোঙাম্না ইত্তোপ ত্তোপ্পা চাওনা

জগোয় ইশৈ থবক কয়ামরুম লৈখ্রে ( মৈতৈ ইচিন ইনাওশিংমা কীর্তন কৎপগুম্বনি ) মসিগী ময়ম মরমদা কুপ্না ইবদা য়াম্না চাওথোকখিদোবা ময়মনা শম্নপা য়ারি ওইনা ইজরে।

রাসী :—

মীওইবগী পুন্সিগী অরান খুবম ফংগে হায়রবদি ইহান হানবা লায়েনলৌমৈ হায়হনা পূজা হান্না তৌগনী। অনিশুবা মুঙ্গেংমৈ হান্নবা উৎসব অমা কৎথোক্কনি। হুমনিশুবদা জৈশংমৈ উৎসব কৎকনি। মরিশুবদা লগাইদাইকিমৈ কৎকনি, মঙাশুবা হুমিত্তা বানরুমৈ কৎকনি। তরুকশুবদা তরাংকাইশুমৈ কংকনি মসিনা খুইদগী ইরোই লোইবা উৎসবনি। হান্নরিবা মথকী উৎসবশিং অসি মথং মনাও কাইদনা শুনা কৎপা ওয়বদি অরান খুবম ফংই স্বর্গ কাই।

মসিগী মঙাশুবা উৎসবতা লাইগী শোইবা য়াদবা জগোয় ইশৈ মাপল লৈ ; জৈশুং, তুনা কাইরোন শাংমৈ, তুনা কাইবোন হুইমৈ, বানজাই, লিলু শাংমৈ, লিলু হুইমৈ, মুইলু, খোংফুং, বানলম অসিনচিংবা। মসিগী মতুংইন্না জগোয় ইশৈ মশা কয়ামকম লৈরি। লাওহুকোন, কোন্দাই, জৌদাই, কাইলোং, লোনলু, তুনাগানকতু, তকিন কাইলোং লোনলু জৌরু কাইরোংলোন লু, জৌমোম পৎপুইলু, গোইপি থেংপুইলু, চানফন পুই লু জোলেন খিপুচ লু তুনাগান কাইলোং লোন লু, তুনাগান মরেংপুইলু, মাইলুপো মরেংপুইলু, জৌনৈ, লাকপুই বানজাই অসিনচিংবা জগোয়মা ইশৈ কোন্নবা ২৪ লৈ ; মসিগী ইশৈশিং অসি য়াম্না শাংবা ইশৈ ওাক্তা ও:বনা ইশৈ অসিগী মকোক মকোক্কী পদ অমমমদং ইজরে॥

অহানবা জৈশুং ইশৈ :—

হাও জৈশুং থাওজৈঙ্গাইলো লোইঙাও কুম শাওলি-
জৈলি লিপিউলো কপনিদো দৌলেনলো।
পিউলো কপনিদো দো শিন গোংঙ্গানোই ইঙ্গায় কনাওলো।

অসিদগী হৌরগা মমৈগী খোংথাং হোংলকপগী অথুবদা শকপা ইশৈ লুহুরেও :—

হুনং খোমপুই হুনং শোমলায়ে হুকৈ লেমলো
হুহৈ লেমলো ঙালৌ জে। হো নংলেম লো ঙালৌজে
চনি চথিং থিংদো থিংদাঃ ঙাংচেংথিং। ( অসি শকনি )

২শুবা তুনা কাইবোন শাংমৈ ইশৈ মকোক :—

থিংবং তাতুম নংকি খোলা লম নেংশি শোং হৈজুনালো ;
চীংখোং ঙৌখা জুই লুসো চয়েং-গোং বুমৈ নংপুই
জাওজে খংচাক খংবমজে ॥

মসিদগী হৌরগা মমৈগী অথুবা তাবকপদা : –
লুহুরেও :—

অরা পুইচাং লমগোং খে য়ে, শোশেপ নৈলো, কুমৈ লুনৈ
লাকপুই লেগো লেম্মাগো।

৩শুবা তুনা কাইবোল হুঃমৈ ইশৈ :—

অন্নি পন্নে পশিং শোপং শিংশো পুইজৈ, শোম্নি পশিং
লম পো লোবী শোলে। তিংনৈ মিং পংগো ও
চতিংগেম-খাই নুচা কাওনৈ শিথুই লে শুচ।

অহুম্না হৌরগা মমৈগী অথুবা তারকপদা হুয়ে-ও :—হায়তুনা তাগনি।

কুমৈ নংপু অংগান খাগি পংশি জোল্লো গংচুই,
নংকি তুংতি তুংশো শিমচুই শিমকি দৌহৈ-নৈ
লেম্বং শোলে।

৪শুবা বামজাই ইশৈগী মকোক :—

শিংলে নমকা খুই, শিংবং তা তুমতা তুমত্তি দিখা
দিমংখা-লোং শি থুই লেমংগোং হায় শিংখুক লেংপো
থুউ নৈলে নৈলুগান জে।

মাসিদা হৌরগা মমৈদা খোস্তোক হোংবগী মতাং :

চফু বোম্না কুম পু, লিলু মজিল হৈথেম খংলো হৈ—

খোল্লা পুইকুম দৌ শিম, লুমলো মাগুই চনা কুমপু
ছুইশিন্দ্র, লমখোন জে লেংনিগান লেংগুলো।

৫শুবা লিহল্ লাংমৈ ইশৈ মকোক :—

শিংবং শিংগেন লম্বশো তিংখিন কুমগেন, চতিং
ঙিদি থুহে চথু কুম। নম লেক শি শো বুইলেং চল্লা
লুভি লুমংজে। বুইলেং চেংখা গুইরূং খোইরুং পুখোন
ঙালুম। মসিগী অথুবা তারকপগী ইশৈ ছুইরে ও,
লাকপুই তি চমদিন লংবম জে, লাকপুই তিন্নু গোঙো
চম্না থুহে নংকি গুই, লাকপুই তিন্নু মৈশোম কল্লু,
লুম্মৈ খেম্না শুদিনজে, নমথন কিশিম লাগুই কম্নে হেলোন
জোরু খাই।

৬শুবা লিহল্ ছুইমৈ ইশৈ মকোক :—

লিথং দিম গাইথেমমৈ কশুইজে, অলম নমথল
মৈলুই ভুদিন জে, গাইথেম লূমৈ শুইপু লেংদি
থিংখোল গেনকুম কজিজে।

মমৈগী অথুবা তারকপদা ইশৈ লুহুরে-ও
কেংজাথং মথুউ খোন অলুইতি মৈন্নুমং অলুই শুভি মণ্ডমজে
অলুই শুভি মহোরিশো বমলেন নিজে হৈতু; লুম্নিজে,
কুমৈ পুই মকুকি গুইনুংছুং নমথমলোং তশেনলোং শুথেন,
লেংদি নকুমজে।

৮শুবা খোংকুং ইশৈ মকোক :—

হৈগেম গেমখাই লুহে পুই পোন মরিং ফৈনা শিংগুজে
নংজু নপোন কগৈ ফৈমং লেমশি মং। ফৈমং লেমশি
আলম নমথল লোংথুগ্না সে, আলম নমথল লোংথু
হৈজা খোকশৈ লিম লুহে হৈজালে। অথুবা তারকপা
হে হৈজা খোকশৈ হৈতমলা তিহো লেনলো।
হৈতম তমলুই মংলে হৈম্নাংচুং ॥

৯শুবা বানলহম ইশৈ মকোক:—

হৈচুন শুগোং জাকপুই হৈচুন হৈ-শি, হৈচুন হৈশি হৈনা শিনি লেংলো ঙাশনজে। চগুম দনখে লালুই ঙাশনজে চগুম দনখে লালুই ঙাশন-জে।

অথুবা ভাবকনি। অমুই লুদিন পোং গোংঙো লি গোং-ঙো অমুই লুদিন পোং গোং ঙল্লি গোং নমথল—শিমশো লিলু লৈজে।

১০শুবা লাওলুকোন ইশৈ অহানবা মকোক:—

(ক) বুইলেং সিন শোকুমৈ নংপুই জো নংবম লেনলো নং বুইপোন জে, নংকি শো লুং ঙাহুবম শিংগেন কাথুই জে, নং চেম দিন শংমৈ ঙাহুবম।

(খ) তশং খং খুউ দেৎ-দি-জে, হো কুমৈ নংপুই জো নং-শিথু রাচম নংবুং পোন গুংহুংবম। হৈ হে গিন খংলো জোপোন হৈলোন হৈচুং কুম্বম।

(গ) গোং শো বালু মং জে, হো কুমৈ নংপুই জো নংবম লেন লো হো খুইলেন খংলা মৈ হো গোং লারে জা হো চরেং-গোং নংলেম মা গু -হুং-পি। মমৈদা হোয় হায়য়গা লোই

১১শুবা কোন্দাং ইশৈ মকোক: —

(ক হো হংলে হো হো হৈ াং কাইমাই জাহো জে হো জে চপোং পু-শি থুউ মলেং তা-আ চতুক থাও জিগন জে জা হো-জো হো খুইলেন খংনা মতোম পি পিনো হৈগোং কনা পো মুন কোম গুই জে।

(খ) হো াতংকুম তা জে, নংকি চাংথো মৈলু মৈলু চাংদেওহো গুঃচিমা কোন কোন ছিম ভিম্বম।

(গ) হো কা খু পো কি, তুলা জোথাও হৈচু হৈলা থাও থাও অনৈ লিকেন খংনা-লননি জে।

(ঘ) তশংলু অনিং পুই শি মাগন গাইহুউলে থোংলম

নংপিং, জা হোও চাংখোং গুম কথুগোং নংকিয়ুইথুই মগু দেও চুন লেং থেং।

(ঙ) হৈগোং লা-হৈগোংলা পলমগ্গ অমুথে হৈগোংলা লে। হৈগোং কাইমৈ জোথাও থাও চভুক থাও হো জৌলিন লো। হোয়।

১২শুবা জোদাই কাংলোং লোনলু ইশৈ :—

হে বৃইজেং দিন ভং-ভো লিয়েং লম জিনগোং ভো। মফি কৈমং লমশো শুদিন অম্ব গেম দিন স্তংভো কুমৈ পুই জো অলংজে, হে কুমৈ নংপু জো অংগু জৈয়ে। হোয়।

১৩শুবা তুনাগানকতু ইশৈ মকোক :

গান :—তুন লো মকু জোশো কুমৈ পুইজো শো

তূনা :—তুনলে তুই তুনলো তুই .. .. ..... হোয়।

১৪শুবা তকিনকাইলোং লোনলু ইশৈ মকোক :—

হৈ কি দি দেৎ শৈকং অখুই মৈচম লা শি মংজে। অলম নমথল লোংশো লো কুমৈ নংপু তুলা মৈতং লুপ্পাগে

১৫শুবা জোক কাইলোং লোনলু ইশৈ মকোক :—

মাকুলোন লাক দিন বম জে কুমৈ নংপুই জো-ও অংগাং মৈনা নংজোক জোক লুখম লকগে—এ।

১৬শুবা জোমোন পৎপুইলু ইশৈ মকোক :—

জোথেং, জোথেং, জোথেং, থোংলম পুকি লাজো পোনপা জৌলিন লো।

১৭শুবা গোইপী থেংপুই লু ইশৈ মকোক :—

চথু চলি হায় থেংচং পিনো, হৈগোং-খে-ভাহিল' জে অহো জে। নংনা খে চিং ভহিলং খুই থেংলো।

১৮শুবা চনিফনপুই লু ইশৈ মকোক :—

হৈলু তশং খে হৈলু তুশংখে

হৈজিম দিয়া লুংজিম দিয়া তুশং জংখে।

১৯শুবা জোৎতৈন খিপুইলু ইশৈ মকোক :—

তি নখা লেম শোলে চম্বুল নংখা লেম শোলৈ জোলে
পোনপা নংতম তুগুই নংজো শা গুই।

২০শুবা তুনাগান কাইলোংলোনলু ইশৈ মকোক :—

হৈ গেং গেং পানা থোনবনজে হায়য়ম নমথল
জৈলিন রাগুই জে।

২১শুবা তুনাগান মৱেংপুইলু ইশৈ মকোক :—

কুই জা-লে লুকুই জা-লে, অমুই ও ফুমলোন লুকিজা লে-এ।
মমৈগী ছন্দ হোংলকপা মতাং—অপুই
ফুমলোন লুশিম অপুই জো, লিকুন জিলু মরৈ। কুমৈ পুই কতাই
নো-ও কুমৈ পুইলি দো শিম।

২২শুবা মাইরুপোতা মৱেংপুইলু ইশৈ মকোক :—

হৈতু পুইনা হৈ শি, হৈ তু পুইনা হৈজু গুইলেন জে,
জোপোন মথু মৱোং শা জে। ছন্দ হোংবা :—
লুকা জিপুই শিথু হৈৱা মরিংলো, নংপুম চগোংলা-লেএ হৈজা
লে। (মাই মাংলোমদা লম্বোকতুনা শকপা) কুমৈ নংপুই
কিজেং জে, খংলু চগল ডাচোং কুজি জে॥

২৩শুবা জোনৈংশৈ মকোক :—

নংকি জোপোন মতৈ লে। কুমৈ নংপুই কি জো,
শাগুই হৈৱাং খাং শাহাং, গুই জে।

২৪শুবা লাকপুইবানজাই ইশৈ মকোক :—

কুমৈ নংপু জাইখো—পানজাই গুংজাই পুবোই,
জাওলো আলম পুই থু।

মতাং অসিদা থানরুমৈগী
ইশৈ জগোয় লোয়রে॥

## জগোয়গী ফিজেৎ লৈতেং মরম

### নুপাগী ফিজেৎ :—

কোক্তা যন মচিনা শাবা চৈ ( চিয়োং ) উপকনি মরৈ-পম্মা থাওন ওইহনা ওইদগী মাস্থরগা যেত্তা মচিন ভাহনগনি শোংনাই শেংকনি খ্বাংদা খ্বাংয়েৎ অনি লাক্কনি অমনা শেল্লম অমনা কৈলাক্ক, শেল্লমনা ছাম্না লাক্লগা কৈলাক্লা কোন্ন মথক্তা লাক্কনি খুবোমদা ফাইদোম য়োমগনী, য়োমলিবা অচুগী মথক্তা খুকট্টগা তাইনবা খুবোম মথক্তা ফাইকম খুবোম লাকশিন্নবা ফি অচুনা লাক্কনি নাদা জৈশু য়ানগনি জৈশু অসি জৈপুং হাইবা উচেক মচা অচুগী মশানা শেম্বা য়াম্না ফজবা লৈ মথল অমনি। পাম্বোমদা শুইপোংনৈ তা, শামু ময়ানা শাবা খুজি হাপকনি, লৈত্রগা পিশ্থাইনা শাবা নাথং খুজি অচু শিগনি ওক্তা গংকম মোইবুংদগী থাংম্বগা শাবা লিক শিগনি। তদন তু জুম্বা অমা শিগনি অমস্তুং খুত্তা বাংচুক জগোয় থাং পাইগনি।

### নুপীগী ফিজেৎ :—

কোক্তা পিশিম উপকনি. পিশিম অসি ফজেংলৈ ওম্বা কোইরপ ক্কোংইবা উচেক ফজবা মতূনা লৈ শারগা শেম্বা য়াম্না ফজবা লুহুপনি, লংমু কৈশোইনা কনেক শেৎকনি খ্বাংদা বুংকম খ্বাংলাক ফিনা লাক্কশিনপনি। থবাক্তা ফাংজৈ থবাকয়েৎ ফিনা য়েৎকনি ফাংজৈ হায়বসি ফিনাদা শাম্বতুনা ফিনা ওইহনা অথোংদা খোংগমমেৎলৈগী মকুনা য়েৎতুনা শেম্বা জমজম লাওবা য়াম্না ফজবা ফি মথল অমনি। মবুং মৌপা লৈতবা লৈশাবীনা শেৎপা ফংদে, নাদা বৈথিংনেম য়ানগনি, বৈথিংনেম অসি অমুবা অমস্তুং অঙৌবা মচূনা লাংই, রিংগী মওনি লৈ অচুগী মতোন্দা উচেক মতু ফজবা থল্লগা লৈ মচা মচা শারগা য়াম্বে, লেংবা জরাই জয়াই লাওনা য়েংবদা য়ামনা ফজে। ওক্তা তদন তু পরেং অহুম্না মথং মনাও নাইনা শিগনি তদন-তু আস য়াম্না তাংবা নুং মথল অমনা শাবা লিক মথল অমনি কয়ি লমদা ফংবা লিক্কনো হায়বা ওমদে

ফরিগুম্বা মতমদা য়োল্লক্তুনা ফংদি ফংই য়াম্না তাংনা ফংই মরু অচৌবনা মমল তাংই মচানা মমল তাই মক অচৌবদি তেনগ্রবা পন্নেং অমদা লুপা ৩০০ নত্রগা চহমগী মথক্তনি। হৌজিক্তি মসিগী লিক অসি য়োনবা শুকউবু উখিত্রে। থুজি বানতেংতা, ডচু নাথং অছুম অসিনা পুল্লগা শি পিথ্রাইনা শাবা ঙাক্তনি, পামবোমদা অমা খুজেংদা অমা মথক্তা মখোল থোক্লবা শিবা অমা, মখোল থোক্লবা শিবা খুজি অতুবু তচু হায়না কৌ।

কবুই নাগাগী ফিজোল অসি মথল অনি থোকই, তমদা লৈবগী ফিজোল চৌংদা লৈবগী ফিজোল অসুম হায়না চৌংগী ফিজোল চুপীগীদি থোইদোকপা খেন্নদে, নুপাগীদা খন্না খেন্নে।

## নুপাগী ফিজেৎ :—

শেৎনবা ফি, থি-নাইনা শেংকনি অমুবা ফিদা লিকোলনা পন্নেং অনি লেংই ময়ায়দা অমা মতাংদা অমা লেংই। খাওনম্নু লংশেম কৌই লংহিং অঙোবা লংখাই অমমমনা ওই, য়েৎ কারল মানগনী খুবোমদা য়াম ঈশিং তোৎলগা তৈগনি অচুগা ময়েক থোকহনগনি খুবোম মথক্তা খুকউগা তানবা মফমদা ফাইশং লিনা রিং মগুং মাম্না শাবা চবুন অমা শিগনি, ঙক্তা গংকম মোহবুং মগুং অনিনা শাবা লিক শিগনি, তুংলোমদা মোইবুং ৩খায়গী লিক অমা য়াওগনি, মাংদা কংপোন তু লিক অমুবা লক্কোইগী মরু অমুবা অচুনা শাবা লিক পন্নেং শিগনি অরৈবনা তদন-তুম্নু শি, নাদা লশিং লৈ চিনগনি কোক্তা গু-পিকম পৈয়া পাক্লা শিন্নগা ফন্দোক্তুনা শাবা চিরোং উপকনি। পাম্বোমদা গুইপোং নৈ তা, শামু ময়ানা শানা খুজি শিগনি, মখোয়গী লোগোয়দি থাং পাইদে।

হায়রিবা লোগোয়গী ফিজেন অসি নত্তনা সাধারণ ওইনা চৎনবিগী ফিজেন কয়ামকমম্নু লৈ, অহুলনা ইন্নবা ফিবু খন্নমকৈ মীয়াম্ন-। ইন্নবা ফিবু মশিনকৈ, পাগংনা ইন্নবা ফিবু কৈঙাও, পাখং মচানা

ইয়বা কিবু মথ্রেপন, থেনকৈ অঙাংনা ইয়বা কিবু শিনৈকৈ হাক্কনা মশক মচু মরেক তোঙান তোঙানা লৈরি। নুপীগীদমক্ সংক্রিন কৈশোই, নাই লেংশিকৈসোই অসিনচিংবা।

কবুই নাগাগী কিক্লেং কিরোলদা শিজিন্নবা ইহয়োইদরি মমিং মরেকশিং :—

হুয়ান কাইপাই কৌনহু লোন শোকচৈ, হু শুরিনা চোংতোন, শাবান, মম্বিয়ৈপুই, হু বুংজিং, পেও, হু জখোই, চেশি, কৈতোন হু, অসিনচিংবা মরেকশিং অসিনা লোন্দুনা থোকহনবা ইহয়োইদরিনি।

## জগোয় ইশৈগীদা শিজিন্নবা যন্ত্র :—

জগোয় ইশৈগী যন্ত্র অসি পুংঙাও ( থোং ) শেনবুং ( শেনমু ) করতাল ( শেনথেং ) পেনা ( লা ) খোংনবা যন মচিনা শাবা যন্ত্র ( গোংচৈ ) মত্তা অসি চংই ।

## জগোয় শাবগী মওং ( টেকনিক )

### চপদাসকী জগোয় নুপীগী :—

কনাগুম্বীনা জগোয় অসি শাবদা মথুং থাজংপা হৌরে হায়বগী-দমক্তা লেক্তা থাঙ-লগা শাই, মসিনা টেকনিকতদি মাদবানিদা ঐহাকী মত্তা থাজংলিবা খুং অসি য়ামদ্রবদা ইশাগী না কাওবা থাংনা থাজংকদবনি হায়না শেমদোক্‌চে। খোংগী শাথেক্তা কনাগুম্বীনা য়েংনা থাংলগা ওইগী খোংনা য়েংকী খুমিং ময়াদা পুরক্নুনা চপ চপ লেপ্পরগা শায় মাহু ঐহাকী মত্তা য়েংকী খোংনা থাংদোক্লগা মতমদা ঐহাকী হকচাংসু তঙাই অমা য়েংতা লৈথোক্লগা পুর-কদবনি। অদুগা ওইগী খোংসু থাংজিল্লকপা মতম খুদোল অহু মাংদা পুশিল্লগা হল্লকপা মতমদা য়েংকী খুমিং ময়াদা ওইগী খুদোল অহু য়ৌরকপা মতমদা ওই অমসুং য়েংকী খুদোল অনিমক চপ মান্না থুনিং হৈনথংলগা য়েংতগী ইওরোমদা হকচাং অহু লৈয়ন্মীবা মকম

অনুদগী ভঙথাই অমা লৈথোরক্কদবনি, মতৌ অসুম্না ওইনা অমুক্ক খাংবা মতমদগী য়েংনা তৌগদবনি।

## চপালাম জগোয় নুপাগী ঃ—

কনাগুম্বনা চোংবা হৌনৈ হায়বগীনুমক্তা পংচোং চোংতুনা শাই খোংনা কদাই মপালা থাঙ্গংকদগে খুৎনা কদাইফাও য়াংনা থাঙ্গংকদগে হক-চাংনা কদাইফাংবা কময়দগে হায়বা করি অমত্তা থংদনা পংচোং চোংই। মতু ঐহাক্কী মততা অহানবদা চোংথোকখিবা খোং অমু কৈ নমতুনা চোংথোক্কনি থাংজিল্লকইবা খোং অতুনা য়ামদ্রবদা খুবোম মমা ফাওবা য়াংনা থাঙ্গংলগা খুৎনা মাই মপা ফাওবা য়াংনা থাঙ্গংলগা চোংগনি, মতৌ অসুম্না ওই-য়েং অনিমক অচুগা চপ মান্নবা পুগদবনি।

## মথোম লাম

### মথোম লাম মওং ঃ—

কনাগুম্বীনা মথোম লাম শাবদা মথোং ফাক্কোল্লগা শাই টেক-নিকতা মতু অকায়বা অমা লৈংনা ঐহাক্না মওং থরা হোংদোকচে।

মথোম লামগী ফজবা শাথেক অসি শায়কপা মতমদা নিং থম্বা ইনব ওই করি ওই তৌবতুদা ফজবনি মতাং অসিদা খোং ফাক তোল্লগা ইনবুদি হকচাং অতুনা হুন্দুনা চোংলকপদা খোংগী খুদোল ওইদগী য়েং য়েক্তগী ওই লৈতুনা ফাক্কোতনা খুমিৎ ময়াদা পুশিল্লগা থিংতা ইল্লমলবদি টেকনিকেলগী নিয়ম মতুংইন্না ফজবা পোজ অমা থোরকই। মতৌ অসুম্না নুপাগীসু অতুম হায়না মওং চপ মান্নবা শাগ-দবনি। নুপাগী খুৎনা যামদ্রবদা ইশাগী কোক ফাওবা য়াংনা থাঙ্গং-তুনা শাগদবনি।

শ্রী অবুংবম কবুই
২৪।৯।৭১

# সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ

(ওক্টোবর ২৬ অমুক)

**সঙ্গীত শেমখিবা অমস্থং হৌরকপগী মরম—**

ত্রৈলোকৈশ্বর্য্যযুক্তেন বিনোদায় বিড়ৌজসা।

সঙ্গীত প্রার্থিতো বেদাদ্বিধিঃ প্রাতুরভাবয়ৎ ॥ বায়ুঃ পুরাণ

মরোল অহুম্মক্তা (স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল) ইকাইথুমমক্তম ওইবা গুণ (ঐশ্বর্য্য) না ভিল্লবা ইন্দ্রগী পেন্নবগীদমক মানা হায়জবা মতুংইন্না ব্রহ্মানা বেদদগী লৌত্থনা সঙ্গীত হায়বা অসি শেমখি।

পুরা চতুর্ণাং বেদানাং সারমাকৃষ্য পদ্মভূঃ।

ইদন্ত পঞ্চমং বেদং সঙ্গীতাখ্যমকল্পয়ৎ ॥ সঙ্গীত সার

মমাঙৈগুদা ব্রহ্মানা বেদ ৪ (ঋগ্, সাম, যজু, অথর্ব্ব) মশী মচি ওইবমখৈ লৌখত্তুনা 'সঙ্গীত' হায়না খঙনবা মঙাশুবা বেদ অমা শেমখি।

**করম্বদগী করি লৌখিবগে হায়ববু—**

ঋগ্ভ্যোঃ পাঠ্যমভূদ্গীতং সামভ্যঃ সমপদ্যতে।

যজুর্ভ্যোঽভিনয়া জাতা রসাশ্চাথর্ব্বণা স্মৃতাঃ ॥ সঙ্গীতসার

ঋগ্‌বেদগী মাঙাওগী শরুক, সামবেদদগী ঈশৈগী শরুক, যজুর্বেদদগী খুৎ-শা হাইহুম্বনচিংবা পূম্বনা পূক্লীংদা লৈবা ভাবপু কোংদোক্লবগী (অভিনয়গী) শরুক অমস্থং অথর্ব্ববেদদগীমা রসগী শরুক লৌখি। অমুক্তস্থ সঙ্গীতপু অস্থম্না খঙনরি—

গীত বাদিত্র নৃত্যানাং ত্রয়ং সঙ্গীত মুচ্যতে।

গীতস্যাত্র প্রধানত্বাত্তৎ সঙ্গীতমিতীরিতম্ ॥ সঙ্গীত পারিঃ

পুং ঈশৈ-জগোই অহুম অসি পুল্লগা সঙ্গীত কৌই। ঈশৈনা মপুং—অথোইবা ওইবনা সঙ্গীত হায়না অস্থম কৌনরে।

**সঙ্গীত্ত মথল অনিথোক্কা থারদোকপি—**

মার্গ দেশীয় ভেদেন দ্বিধা সঙ্গীতমুচ্যতে।
বেধা মার্গাখ্য সঙ্গীতং ভরতায়া ব্রবীৎস্বয়ং॥
ব্রহ্মনোঽধীত্য ভরতঃ সঙ্গীতং মার্গ সংজ্ঞিতম্।
অপ্সরোভিশ্চ গন্ধর্ব্বৈঃ শম্ভোরগ্রে প্রযুক্তবান্॥

মার্গ-দেশী হায়না সঙ্গীত মথল অনি থোকই। ব্রহ্মা মশামক্না ভরততা তম্বীখিবা 'মার্গ' সঙ্গীতপু মার্গী হায়না খঙনৈ। ভরতনা মদুবু অপ্সরা অমসুং গন্ধর্বশিংগা লোয়নননা মহাদেবগী মাঙদা উৎখি। দেশী হায়বা সঙ্গীত অসিদি দেশ দেশকী তোঙান্নৈ।

**করম্না সংকীর্ত্তনগী মূর্ত্তি শাগৎখি—**

শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী মন, বুদ্ধি, চিৎ, ইন্দ্রি অমসুং প্রাণ মখোয় মঙা অসিদগী সংকীর্ত্তন মূর্ত্তি পোকখি।

'মন'দগী শ্রীনিবাসকী মশক ওইদুনা ঈশৈ হল্লি, 'বুদ্ধি' দগী অদ্বৈত ওইদুনা পুং যৈ অমসুং গোবিন্দনা তুংইল্লি, 'ইন্দ্রি'দগী মুরারীনা পালা ওইরে, 'প্রাণ' দগী মুকুন্দনা দুহার ওইবে। 'চিৎ'তগী নিত্যানন্দ ওইদুনা ভাবক মকোক ওইরে। অসুম্না সংকীর্ত্তনগী মূর্ত্তি শাদুনা শন্দোকখি।

**সংকীর্ত্তনগী গুণ অমসুং কান্নবা—শ্রীমদ্ভাগবতে—**

কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্র পার্ষদং।
যজ্ঞৈঃ সংকীর্ত্তন প্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ॥

শ্যামসুন্দর ওইরবা কৃষ্ণনা সনাদগী হেম্না ফজবা কুচু লৌদুনা অঙ্গ-নিত্যানন্দ, উপাঙ্গ—অদ্বৈত, অস্ত্র—হরিনাম, পার্ষদ—গোবিন্দ গদাধরনচিংবগা লোয়নননা যজ্ঞগী পোৎচঙ পুন্নমক সংকীর্ত্তননা ওইদুনা ঈশ্বরবু অরেপ্পনি হায়না মহা পণ্ডিতশিংনা পূজা তৌরি।

**শ্রীমদ্ভাগবতে—**

সত্যে যদ্ধ্যায়তে বিষ্ণুং ত্রেতায়াং যজতোমখৈঃ
দ্বাপরে পরিচর্য্যায়াং কলৌতদ্ধরি কীর্ত্তনাৎ॥ চৈঃভাঃ

সত্যযুগতা ধ্যাননা জীবশিংনা মুক্তি ফংই, ত্রেতদা যজ্ঞনা ওই, দ্বাপরদা পূজানা ওই, কলিযুগতদি হরি সংকীর্ত্তননা ওইরি। মরম অসিনা মথক্কী যুগশিংদা ওইগ্রিবা ধ্যান, যজ্ঞ, পূজানা ফংলিবা কান্নবা ফলশিং অসি পুম্না কলিযুগকী সংকীর্ত্তন অসিদা তিন্দুনা লৈব্রে।

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলং।
কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা॥

হরিনামতনা অরেপ্পনি ও। কলি যুগতা হরিনাম শোনবা মত্তলা অতোপ্পা উপায় অমা লৈত্রবনি।

হরিনাম সংকীর্ত্তন হায়বা অসি ২ থোকই—সংখ্যাকীর্ত্তন অমসুং উচ্চঃ কীর্ত্তন। উচ্চঃ কীর্ত্তনগী মরমদা শ্রীশ্রীচৈতন্য ভাগবতকী আদি খণ্ড, অধ্যায় ১৪শুবা স্লোকম থোকই।

খোঙ্গেল রাংনা হৌনা কীর্ত্তন তৌবনা খোঙ্গেল থোক্তনা কীর্ত্তন তৌবদগী গুণ চামা হেল্লি। মী তাহন্দনা শোনবা নাম কীর্ত্তনদি মশা মথন্তু শেংলগা হায়বদি লাল্লগা তোকই, উচ্চকীর্ত্তনদি তারিবা জীব শা-উচেক নাকোঙ পান্দ্রবা, তাবগী উপায় লৈত্রবা উ-রা নাপী-শীংবী-নচিংবসু সংকীর্ত্তনগী ধ্বনিনা য়ৈবদা পুম্নমক শেংই অমসুং লান্নরি। মরম অসিদগী জগৎকী গুরু শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুনা উচ্চসংকীর্ত্তন তৌবী-খিবনি। লাই পুম্নমক্না ফংওমদ্রবা শ্রীকৃষ্ণনাম সংকীর্ত্তনদগী শ্রীকৃষ্ণগী শুদ্ধপ্রেম থোরকই, শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দ-যুগল কিশোরগী চরণদা প্রেম সেবা ফংনৈ। অসিগুম্বা সংকীর্ত্তন অসি পুং-করতাল, রাগ-রাগিণী, তাল, চোলোমনচিংবা অসিনা পুল্লগা মূর্ত্তি ওইবনি।

**সঙ্গীতরাগ—**

যোঽয়ং ধ্বনি বিশেষস্তু স্বরবর্ণবিভূষিতঃ।
রঞ্জকো জনচিত্তানাং স রাগঃ কথিতো বুধৈঃ॥

স্বরবর্ণনা লৈতেংবা. মীগী পুক্নীং হূমবগী মশক ওইবা থোইদোক্পা থোদোক অদুবু পণ্ডিতশিংনা 'রাগঃ' হায়না কৌবনি।

স্বর্গে মর্ত্ত্যেচ পাতালে তত্রৈবাং প্রচারণা ॥

ভারতে যেচ ভূভাগাঃ পারম্পর্য্যোপদেশতঃ ॥

রাগাঃ যড়থ রাগিণ্যঃ ষট্ত্রিংশৎ খ্যাতিমাগতাঃ

হুঙ্কার প্রসবাঃ সর্ব্বে যথা বেদেতু ওমিতি ॥

স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতালদসু মসি শক্লোকখি। [ সঙ্গীত সার ] মুনিশিংনা তাকপিরম্বা মতুংইন্না ভারতবষ হায়বা লমদমদা বাগপুরুষ ৬, রাগিণী ৩৬ নি হায়না শীংথানৈ। রাগ হায়বা অসি হুঙ্কারদগী থোকখি, বেদনা মসিবু 'ওম' হায়না খঙনৈ।

অসুম্না মথক্কী রাগ ৬ অমসুং রাগিণী ৩৬কী মওঙ অসি 'পঞ্চমসার সংহিতা'গী মতকসু চুননা মণিপুরদসু নটপালাগী রাগ-রাগিণী অসি, রাগ হৈবা লৈখিদ্রবা ওজা অখাম রসানন্দনা শেম্বিরম্মী।

হা রী তেনাদি বর্ণাস্তু প্রোথাপ্যন্তে শনৈঃ শনৈঃ।

প্রথমে রঞ্জলায়াং গীয়তে গান কোবিদৈঃ ॥

ঈশৈ শকপশিংনা মাওঙনচিংবা কৃষ্মে মক্কমদা হা, রী, তে, না হায়বা বর্ণশিং অসি অহানবদা হন্না হন্না শকদবনি।

'হা' বর্ণনা গণেশ, 'রী' না কৃষ্ণ, 'তে'না ব্রহ্মা অমসুং 'না' বর্ণনা শিবগী মশক্তি। মণিপুরগী ওজাশিংনা মসুম হায়নদি খঙনদ্রবনু 'তা-রী-ত-না'গী আলাপতি চৎনরি।

সঙ্গীত-দামোদর-দা হায়রি—রাগ পুরুষনা ৬, রাগিণীনা ৩০ নি।

রাগ-পুরুষ ৬ অদুগী মমিংদি—ভৈরব, বসন্ত, মালব, কৌশিক, শ্রীরাগ মেঘরাগ অমসুং নট-নারায়ণ।

রাগিণীশিংদি—ভৈরবী, কৌশিকী, ভাষা, বেলাবলী অমসুং বঙ্গালী ৫ অসি ভৈরবকী রাগিণীনি।

আন্দোলিতা, দেশাখ্যা, লোলা, প্রথম মঞ্জরী, মল্লারী—৫ অসিনা বসন্তগী রাগিণীনি।

গৌরী, গুণকরী বরাড়ী, ক্ষমাবতী, কর্ণাটী ৫ অসিনা মালব কৌশিকগী রাগিণীনি।

গান্ধারী, দেবগান্ধারী, মালষতী, শাবরী, রামকেরী—৫ অসিনা শ্রীরাগগী রাগিণীনি।

ললিতা, মানসী, গৌরী, নাটী, দেবকিরী—৫ অসিনা মেঘরাগগী রাগিণীনি।

তারামনি, আভেরী, কামোদী, গুজ্জরী, অমসুং ককুভা—৫ অসিনা নট-নারায়ণগী রাগিণীনি।

অদুবু শ্রীনারদনা লেংবা 'পঞ্চম-সার' সংহিতাদদি রাগপুরুষ ৬ অমসুং রাগিনী ৩৬ নি হায়। রাগ পুরুষ ৬ কী মমিংশি—মালব, মল্লার, শ্রীরাগ, বসন্ত, হিল্লোল অমসুং কর্ণাট।

## রাগিণী—

**মালব**—ধানসী, মালসী, রামকেরী, সিন্ধুড়া, আশাবরী অমসুং ভৈরবী।

**মল্লার**—বেলাবলী, পুরবী, কানড়া, মাধবী, কোড়া, অমসুং কেদারিকা।

**শ্রীরাগ**—বেলোয়ারী ( বল্লারী ), গৌড়ী গান্ধারী, সুভগা, কৌমারী, বৈরাগী।

**বসন্ত**—তোড়ী, পঞ্চমী, ললিতা, পঠমঞ্জরী, গুর্জ্জরী, অমসুং বিভাষা।

**হিল্লোল**—মাযূরী, ( মালবী ), দীপিকা, দেশকারী, পাহিড়া, বরাড়ী, মারহট্টী।

**কর্ণাট**—নাটিকা, ভূপালী, রামকেরী গড়া কামোদী, কল্যানী।

শিবশক্তিময়ো রাগঃ পরপ্রেম রসার্ণবঃ।
যস্য শ্রবণমাত্রেন বিষ্ণুরাদ্রবিতোঽভবৎ॥

রাগ হায়বা অসি শিবদুর্গাগী মশক্তি। অথোইবা প্রেমরসগী সমুদ্রনি। মসি তাব খুদক্তা বিষ্ণুনা মরী ওইনা চেংথোকখি।

নারদ সংহিতাদা—

হুঙ্কারাৎ প্রসবশ্চৈব যথা বেদস্য ওমিতি।
তাশব্দেনোচ্যতে গৌরী না শব্দেনোচ্যতে হরঃ॥
তানেতি শব্দ হুঙ্কারাৎ প্রোত্থাপ্যতে শনৈঃ শনৈঃ॥

হুঙ্কার শব্দদগী ওঙ্কারগী মশক ওইবা বেদ অসি কোংদোকই, অমুগুম্বা হুঙ্কারদগী তা-না-নচিংবা শব্দশিংসি ওপ্পা ওপ্পা থোরকই। তা শব্দনা গৌরী ( দুর্গা ), না শব্দনা হর ( মহাদেব ) নি।

অত্রচ—

আকারেণ হরিঃ প্রোক্তো রিকারেণ পিতামহঃ।
আ-তা-না-রীতি শব্দেন সর্ব্বেষামেব সম্ভবঃ॥

'আ' শব্দনা হরি, রি-শব্দনা ব্রহ্মা ওই। মত্তৌ অসুম্না আ-তা-না-রী শব্দশিং অসিনা 'হর' নচিংবা লাইশিংসি কোংদোকই।

অসিগুম্বা রাগ, রাগিণীশিংগী বেশ, বাহন, পূকচেন, রাখল পুন্নমক অসি সঙ্গীত মঞ্জরী, দামোদরনচিংবা লাইরিকতা, নাদ স্বরনচিংবগী মরম অসি সমুদ্রদগী হুন্না চাউখ্রবা স্বরস্বতীমক্না তুম্বাগা লোযনবা যন্ত্র (বীণা) কোন্দুনা লৈ হায়রি। মরমদি নাদ-নচিংবা সঙ্গীতকী সমুদ্রদা নূপখিগনি হায়বগী কিন্থনা।

শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী হরিসংকীর্ত্তননা প্রধান ওইবদগী শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুগী মত-দদি রাগ-রাগিণী হায়বা অসি সঙ্গীত-বেদগী মতকা থন্না থেন্নয়ে। রাগ হায়বা অসি নবাক্ষরনি অমসুং শ্রীঅঙ্গনি হায়রি। মতুদি—তা (১), রি (২), তা (৩), না ৪), রি (৫), তা (৬), না (৭), তা (৮), না ৯) অসিনি। মরম অসি থঙনা রাগসঞ্চার তৌগনি। মযেক ৯ অসিনা মহাপ্রভুগী শ্রীঅঙ্গ নিরূপণ তৌগনি।

(১) তা-না থবাকনি, (২) রি-না খোয়দৌনি, (৩) তা-না খাঙনি, (৪) না-খোঙনি, (৫) রি-না পাম্বোমনি, (৬) তা-না কোকনি,

(৭) না-না য়িৎনি অমসুং নাকোওনি, (৮) তা-না নাতোননি, (৯) না-না য়ায়নি।

সঞ্চার—হায়বা অসি প্রভুগী থরায় ৫ নি। রাগ, রাগিণী মশক খঙনা শকলবদি গৌরাঙ্গ প্রভুগী পঞ্চপ্রাণ অমসুং পঞ্চরস অসি থোরকই। পঞ্চ ৫ হায়বদি ১। মন, ২। বুদ্ধি, ৩। চিৎ, ৪। ইন্দ্রি, ৫। প্রাণ —অসিবু পঞ্চাঙ্গ কৌই।

প্রভুগী মন ওইবা শ্রীবাসনা ঙৈশৈহল্লে, বুদ্ধিগী মশক ওইবা শ্রীঅদ্বৈতনা পুং-য়ৈ, গোবিন্দনা তুং ইল্লি, ইন্দ্রিগী মশক ওইবা মুরারিনা খোন্থাংলে, প্রাণগী মশক ওইবা মুকুন্দনা তুগায় ওইয়ে। প্রভুগী চিত্তগী মশক ওইবা শ্রীনিত্যানন্দনা তাবককী মশক ওই। হায়রিবা নিয়ম অসি শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী মতনি।

পুংগী লক্ষণদি ইজাত্রে। করতালগী লক্ষণদি মহাপ্রভুগী মত-তুদি করম তৌনা ওইখিবগে হায়বদা—শ্রীকৃষ্ণনা তিনব ঙুংগী মতমদা হায়খি—হে রাধে, ইবেম্মা নহাক অসে কৃষ্ণ ঐগী হৃদিদা থমগেকো। শ্রীরাধিকানা নিজপ্রাণনাথ শ্রীকৃষ্ণদা হংগৎখি—হে ইবুংঙো, নঙগী হৃদিদা থম্বীদুনা লৈরবা মতমদা রাধা ঐনা ইবুংঙোগী নাম বু শোগ্নগে—করতাল ওইনা। মরম অসিনা করতাল হায়বা অসি **শ্রীরাধিকাগী মদন-মন্দিরনি**—হায়বদি বক্ষনি।

করতালগী মচুদি সনাগী মচুনি, মখোলনা ইবেম্মগী খোঞ্জেলনি। করতাল পায়বা মতমদা গোপীগী মশক ওইদুনা হরিনাম অহুম্রক শোগ্নগা পায়গদবনি। করতালগী মরীদি শ্রীমতী রাধিকাগী বেণী-নি। অসি খঙনা করতাল খীংগদবনি।

## নিতি লীলারস (অষ্টকাল)

কুঞ্জাৎ গোষ্ঠং প্রবিশতি নিশান্তে কুরুতে দোহনাশনাত্যাঃ
প্রাতঃ সায়ংচলীলাং বিহরতি সখীভিঃ সঙ্গবে চারয়ণ্ গাঃ।

মধ্যাহ্নে চাথ নক্তং বিলসতি বিপিনে রাধায়াদ্ধাপরাহ্নে
গোষ্ঠে যাতি রমযতি সুহৃদ্ বঃ স কৃষ্ণ অবতাদ্বঃ ॥

লীলারস অসিগী মমুংদা রাধাকৃষ্ণগী সম্ভোগরস অসি পশুবৃত্তি শৃঙ্গার-রস নত্তে। মরমদি—শ্রীকৃষ্ণগী আহ্লাদিনী শক্তি অসি ইবেম্মতদা লৈবনি, মসিদা দর্শন, আলিঙ্গন, চুম্বন-নচিংবা কামক্রীড়াগী মশক ওইনা উইদি হ'য়রবা পশুবৎ সম্মিলন লৈতে। উজ্জল নীলমণিদা 'দর্শনালিঙ্গনাদীনামানুকুল্যান্নিষেবয়া। যুনোরুল্লাসমারোহন্‌ভাব সম্ভোগ ঈর্য্যতে ॥

গোপিশিংদি শ্রীমতী রাধিকাগী কাযব্যূহনি। কান্তা য়াম্বা নত্তনদি কান্তারস, বৈচিত্রী-রস অসি থোকপ' য়াদে চায়বগীদমক হ্লাদিনী শক্তিগী মশী' য়ামহনবনি। শ্রীকৃষ্ণগী কান্তা গোপীশিং অসি শ্রীমতীরাধিকাগী কায়ব্যূহমক্তনি। শ্রীমতীরাধিকানা প্রেম-কল্পলতানি অতগা ব্রজদেবী-শিংনা মশামরেং অমসুং মনানি। রাধাগী স্বরূপ তি কৃষ্ণপ্রেমলতানি। রাধাকৃষ্ণ অনিনফপু অভেদ জ্ঞান তৌগনি।

**হরিনাম দীপিকা**—'হে রাম মাং রময়সি যস্মিন্ পুরুষাস্তিতাম করোসি।' হে ইবুংঙো, নঙনা ঐগা লোয়নন। শান্নবিবা মতমদা ঐবুসু পুরুষ ওইহনবীগ্রবনি ( হরিনামগী ৪ শুবা 'রাম' গী অর্থনি। )

শ্রীগৌরাঙ্গনা বৈরাগ্য ওইরবা মতুদা ব্রজ-রস রাসলীলাবু আশা তৌবা অমসুং নির্গুণ ওইবা শুকদেবনা রাসবু আস্বাদন তৌবা অসি পশুবৃত্তি শৃঙ্গার রসসি রাধা-কৃষ্ণগী মবক্তা লৈরবদি করমনা রাসগী আশা তৌগদগে? মরম অসিনা হে মীওইবা, সম্ভোগকী অর্থদা রাধা-কৃষ্ণগী মরীদা পাপ বুদ্ধি হাপকনুস।

**জটিল মঙ্গল**—'রাধায়া মহিম্নাং বক্তুম্ কো অর্হতি। প্রথমে পরমেশ্বরেন তদীয হ্লাদিনী শক্তি সা বিভাগা মূর্ত্তিমান ভবতি। তং মধুর লাবনী সৌন্দর্য্যাদিভি ভগবন্মনসাহং হাৎত্বা চমৎকাবী তত্র কান্তের সহ বিহরতি। যৎ কান্তেন নব নব রসেনাধিক্যাধিক উল্লাসং। দৃষ্টানা উল্লাসমধিকাৎ তস্মিন্ নিজাংশাচ্চন্দ্রাবল্যাদাঃ প্রকটিতঃ ॥

ইবেম্মা শ্রীমতী রাধিকাগী মহিমাবু কনানা শীংথাহনা লোইপনি। অজ্ঞানবদা পরমেশ্বরনা মহাক্কী হ্লাদিনী শক্তিদগী থাইদোক্লা ইবেম্মা মাগী শ্রীমূর্ত্তি থোকখি। অতুদগী নীংথিনা ফজবা মুংশিরনচিংবা ভগবানগী নীংবদগী থোকপা গুণ পূম্নমক হাপখিহনা ওইখ্রিবী, অণ্ডকপা শকলোন পূবী ওইনা মবুংঙোগা শাম্নমিন্নখি। মবুংঙোগী অনৌ অনৌবা রসনা মথং মথং অসুম হেনগৎলকপনা ইবেম্মা মাগী খোৎবাংনা পাম্বা অহু হেনগৎননবগীদমক মশাগী অংশদগী চন্দ্রাবলীনচিংবী গোপী পূম্নমক মথং মথং থোকখ্রিবনি।

অসুম্না মশানা মশাদা তিনখিববু সম্ভোগ কৌই। অসুম্বা সম্ভোগ-রসগী ঈশৈ শকলকপা মতমদা কনাগুম্বনা হায়নৈ খুরুম্বা হৌনদে হায়না। হায়নম্বিবা রাখল অসি পাপকী রাখল ওইগদমাল্লে; খুরুম্বা চঙবা য়াপনি। ভজনমার্গ পম্থেংনি হায়নীংই।

## মুরলী হরণ

সম্ভোগ রসলীলাগী অরোইবদা রাকববগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা তম্রা ওাইহাক্তুং, নয়ন য়াওনা চেপনীংবা মওঙ অমা লাকখি। ইবেম্মনা মবুংঙোগী মাইথোং থম্বালবু পূংম্বান ওইনা অমুক্তম্ন .যংজবা ওম্নক্তি্রবদা খুদোংচাবা ফংলহনা য়েংবগী পেনবা নাইবরোইদবা মবুংঙোগী চঙখোনবা শকফম "পূম্ববু চেপ্লিভৈদা মুম্না য়েংজহৌই। অসুম অসুম য়েংলকপদা, খুহুম চেৎনা পাম্বরম্বা, চৎপা, চাবা তুম্বা—মতম পূম্নমক্তা থাদোকপা লৈত্রবা মুরলী কোমগোমনা লৈরম্বহ উরুরে। মুরলীগী মরাইবক ফববু খল্লুহনা ইবেম্মনা হায়রকই—হে মুরলী! করি পুণ্য তৌরগুনা রা-মক ওইনা পোক্লবম্ন ঐগী ইবুংঙোগী চুম্বন ফংলববনোকো। নহাক্কী খোম্থোক অমনা সমুদ্র ইথক হৌহল্লি, খোম্থোক অমনা যণবী বম্লাউ খে'মজিল্লি, খোম্থোক অমনা ব্রজগোপী 'পূম্ববু শুম্নৎলি। মপুগী কৃপা লৈরবা নহাক্তি তৌপে হায়রবদা ওমলিদো। ওসিদি খুদোং চাবা ফংলি-ভৈদা ঐগী ইবুংঙোনা নহাকপু কম্না য়াম্না প্রেম লৈবগে হায়রম্ব

চাং অমুক্তং য়ে লগেকো শাউগন্নুকো মুরলী, নখুংগোগা ঙাইহাক্তং কায়নরোকো।'

অসি হায়রম্লগা তপ্পা তপ্পা শমু্না ইবেম্মনা মুরলী লোংশিনগ্রে। মখুং ঙোনা চেপ্‌তবা মতমদদি ঈকাইথীবী নুপীগী মপোক ওইবনা অরাক ওম্না য়েংজবা ফংজদ্রিবী চান্নবী সখীশিংবু কৌশিল্লগা মখুংগোগী ফজ-রবা মায়থোংবু চেপালিঙৈদা য়েংজহৌসন্ন হায়বগী মতাগুম লোম্না লোম্না রাম্রী শানরি। ঙাইহাক্তুংগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণ লেঙখৎলকলে, ভথক ভথকপা মিংযেংনা কোয়য়েং য়েংই, অমুক হন্দনা রাখল তৌই—'ঐখু ঙসি কদাই কদাইদা চৎখ্রবগে, কদাইদা 'থনম্নবনো" থুবাংনা তাপতাপ ফুহুনা, চেপ্লম্বা শয্যাদা য়েংই নৈরমদে, রাখল তৌই, কোয়য়েং য়েংই। থঙশিন্নদ্রিবী ইবেম্মনা—করিনো চেপ্পা লেঙখৎলকপদা অঙাওবগী পান্দম-গুম তৌথোক্কবা মতৌ অমা তৌবীরিবা অসিবো করিমঙ মঙস্পুহনা তৌরিবনো?"

রস অসিবু চুপ্চরিবা গোবিন্দদাস কবিনা সিদ্ধদেহ ওইনা চঙজর-ক্কুনা মখুংগোদা জলসেবা কচ্চরি।

শ্রীকৃষ্ণ। ( মিৎ-না শিংলবদা ) মুরলী কনানা লোই।

( সখী মরাম্না ইঙক ঙক্না অমগা অমগা য়েংনরকই )

শ্রীমতীরাধিকা—ইবুংঙো ঐখোয়দি লৌজদে। ইবুংঙোগী অকংবা রা মতেক অদুবু করি কান্নগনি হায়না লৌরুগদগে। সনাবুদ্ধি তৌবিযু —ইবুংঙোদি বন বন খূদীং কোয়না লেঙবনি, উখোঙ-রাখোঙ খূদীংদা ইবুংঙোগী পোথাকমনি মরাইরক ফবী কনাগুম্বীদসু লেঙবিদো। অরাবা ভারবা কনাগুম্বা ননাই ভক্তনা থংকো কৌরকপদা ননাই কম্নবা থংলেঙ লেঙইদো। থনবিযু কদাইদা চীথবীরম্লবগে। ঐখোয়দদি ভাশিন-বীরকল্লু।

রা অসি তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা অমুক রাখল তৌথি। ঐগী বংশীদি ঐগী নৈজবা 'পুরা মঙোন্দা হাপলিবনি। বশীগা রাধিকাগা ঐঙোন্দদি

চপমাইরে মুরলী-খাওদনা নওগী রাধা হায়রবী মরেক অনিতা অদুবু করম্না শকসিপে। অসুম্না মুকুম মুকুম শোল্লকপদা, সখী মরক্তগী তাজবদা ঙাঙবী ললিতানা ইঙ্গিত্ত অমনা মুরলীদি রাধিকাদা লৈরবনি হায়না উৎলকই। ইঙ্গিত অদুগী মতুংইন্না, শ্রীকৃষ্ণনা নীংতম্না ইবেম্মগী সনা হুকচাংদা মুরলী থিথি থিবদা ফংখিরে।

মতুংতোগী, জীবনা ফংদ্রবা খুংনা শোকপদা পেপ্লরবী রাধানা থম্মোইনুংদা চুংঙাইবা লোৎলগা, মপান্থোঙদা হুকাইবা উত্তুনা মাম্ব লুকথনা হায়রকই, – মমাম্লবী সখী 'পুন্নাবুম্ন ইবেম্মনা ফংলিবা—শ্রীহস্তনা শোকপীবগী নুংঙাইবা অতু ফংজসনু খন্দুনা, 'মুরলীদি ললিতাদা লৈরগা নীংবিবা মতুংইন্না মীনাঙ-পোমাঙ থায়দনা ইশা 'পুন্না থিবীন্নুনা ইকাইবা পীবিন্নিবোইরে।'

মা অসি তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা ললিতারোমদা ওনশিন্দুনা খুংনা হেক শোকপদা 'ঐঙোন্দা লৈতে, বিশাখাদনি।' বিশাখারোমদা ওনশিল্লক-পদা চিত্রাদনি, চিত্রাদগী চম্পক-লতা, অদুদগী তুঙ্গ বদ্যা, ইন্দুরেখা, রঙ্গ-দেবী, সুদেবীদা মথং মথং ওনশিল্লকপদা সখী 'পুন্না মপান্দা চেন্থোকখ্রে, মাধবী কুঞ্জদা নোক্না নোক্না রারী শাঙ্কুনা লৈথোকখ্রে।

মুরলী ফংদ্রক্তুনা ইবুংঙোতা ঙাইহৌরবদা, ঐগী হৌজীক কনা লৈরি, কৃষ্ণ ঐদি ইঙোমতনি। শ্রীমতী রাধিকাদা চঙজদনা কনানা নীংবা থুং-গদপে খল্লকলে। জীব পুম্বদা শিক্ষা পীবিগে হায়না জগৎকী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণমক্না শ্রীমতীগী নাক্তা লেঙথোরক্তুনা রাধে, ঐগী মুরলী পীরোগবা হায়রম্লে। মবুংঙোগী অরাবা উবদা মুরলী কৎখ্রে।

অসিগী মথংদা জলকেলী, পাশাখেলানচিংবা লোশ্বগা গৃহাগমন ওইখ্রে। অহিংগী লুক হারগা অহিংগী লীলা লাকলে।

**প্রেম অমসুং রাগ** থম্মোই মপূক্কানা সুনা য়ৌশিন্না লুংশিবা ভাবপু 'প্রেম' কৌই। য়াম্না অরাবা তারবদা. ফাওবা পুক্নীং খজাক হোংদবা অদু 'প্রেম-লক্ষণ'নি। প্রেমনা পরিপাক ওইরগা 'স্নেহ', স্নেহনা পরিপাক ওইরগা মান (সুখময় রস), মাননা পরিপাক ও'রগা

'প্রণয়', প্রণয়না পরিপাক ওইরগা 'রাগ' ওই। রায়া রারবা কাও-বদসু মুংঙাইবনি হায়না লৌবা পুক্নীং খজীক কাওবা হোংদবা অদূবু 'রাগ লক্ষণ'নি। রাগ মখল অনি শুই,—সাক্ষাৎ দর্শন অমসুং চিত্রপটে দর্শন। মুংশি মায়থোং উরগা অনৌ অনৌবা রাখল পোকপা, উরবা কাওবদা উদ্রিবগুম খনবা পেনবা নাইদবা অদূবু অনুরাগ কৌই।

**নায়িকা মখল ৮**—১। অভিসারিকা, ২। বাসক সজ্জা, ৩। উৎকন্ঠিতা, ৪। বিপ্রলব্ধা ৫। খণ্ডিতা, ৬। কলহান্তরিতা, ৭। স্বাধীন ভর্তৃকা অমসুং ৮। প্রোষিত ভর্তৃকা।

১। **অভিসারিকা**—মসিগী মখল ৮ নি:—১। তামসী ৩। বর্ষা, ৪। দিবা ৫। কুব্ঝটিকা, ৬। তীর্থ যাত্রা, ৭। উন্মত্তা অমসুং ৮। সঞ্চারা (থাবল ফবদা ১, অমম্বদা ২, নোংচুবিডৈদা ৩, মুংথিলদা ৪, লৈচিল্লক্তা ৫, তীর্থচৎপা ওইনা ৬, উন্মত্তা—মযাইকাহুনা মুরলী খোঞ্জেল তাবদা চৎপবু ৭, অমসুং সঞ্চারা—অনঙ্গ-রসদা থাঙবা রাহুনা রুমদা তুমিন্না লৈবা ওমদনা পুক্নীংদা লাওবা, মশাগী ফিজেৎ-লৈতেংজবা ওমদবা—পাম্বোমদা নূপুর, খোঙদা থৃজী লাইপক্তা অঞ্জন, চীনবানদা সিন্দুর তৈহুনা অঙাওবগুম তৌবা মতৌবু।

২। **বাসক সজ্জা**—মসিগী মখল ৮—১। মোহিনী, ২। জাগর্ত্তিকা, ৩। রোদিতা, ৪। মধ্যোক্তিকা, ৫। সুপ্তিকা, ৬। প্রগল্ভা, ৭। সুরসা, ৮। উদ্দেশা।

১। **মোহিনী**—শয্যা শেমহুনা সখীগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণবু শুম্মৎকনি হায়না লৈবা।

২। **জাগর্ত্তিকা**—ফিজেৎ লৈতেংহুনা অমুক ফম অমুক হৌগৎ, খোঙজিন্দা অমুক য়েং, তুমদনা ঙাইহুনা লৈবা।

৩। **রোদিতা**—থম্মোইদদি নায়ক উরগনি হায়না চুংঙাইরবসু মপান্দদি তে থাহুনা কপ্পা।

৪। **মধ্যোক্তিকা**—নিকুঞ্জ-কানন শেংদোকপা, নায়ক লাক্লগা অশুম্না শায়গনি খন্দুনা, মশাগ অদূবু শাগৎপা।

৫। সুপ্তিকা—লৈগী শয্যাদা হীপনীংলকপগী রাখল, সখী-শিংগা রাত্রী রাতাই শাদুনা সুংঙাইনবা।

৬। প্রগল্ভা—মতোমদা কুঞ্জদা ফমদুনা নায়ক লাকপা ঙাইবা, কিশলয়, বকুলগী শয্যাদা অমসুং দূতিশিংদা চৈবা, পাউ থাবা।

৭। সুরসা—ফিজেৎ-লৈতেং, ফম শেমদুনা মন্দিরদা লৈরগা, নায়ক লাকপা থীরে খন্দুনা অরায় অথুম তৌনবা।

৮। উদ্দেশ্যা—হায়নবা মফমদা চত্লুনা, ফিজেৎ লৈতেংদুনা নায়ক লাক্লবগীদমক সখীবু থাবা মখল মখাগী চান থরবা মবুংঙোগী সেবাগী দমক থমদুনা খোঁরাংনা ঙাইজবা।

৩। উৎকন্ঠিতা

নায়কনা থুনা লাক্লবদা খোঁরা'না লম্বীদা য়েংবা, কায়ন-মৈচাক ফংদুনা তে'থাবা। চান্নবীশিংনা হৌজিকমক লাক্লগনি চান্নবদো হায়না খেমজিনবা (ভক্তমালা)

লাংতক্লরবীনা নায়কপু ফংজগদবা কয়া র'ৎলি খন্দুনা মবুংঙোগী লম্বী পাংনা য়েংদুনা লৈবা (রসমঞ্জরী)

উৎকন্ঠিতা নায়িকা মখল ৮ শুষ্ট—১। উনমত্তা, ২। বিকলা, ৩। স্তব্ধা, ৪। চকিতা, ৫। অচেতনা, ৬। সুখোৎকণ্ঠা, ৭। প্রগল্ভা, ৮। নির্বন্ধা।

১। উন্মত্তা—অঙাওবী পান্দম ওইবা

২। বিকলা—নায়ক ত্রুদ্ধদুনা সুংঙোনবা, লম্বী পাংনা লাঙ-তক্লনা য়েংবা

৩। স্তব্ধা—চুংবঙসরবী ইবেম্মনা নায়ক লাক্লবদা লৈপাক্লা থুজীন্না খোৎপা, ঙাইহাক শয্যাদা হীপথবা, অমুক তমাল য়েংদুনা হৌগত্লুনা চেনবা।

৪। চকিতা—ওকচানবা, ঙাইহাক কায়নগে থনবা, ঙাইহাক তেংথা নাউরোয়রবা।

৫। অচেতনা—রাম্বরা।

৬। সুখোৎকন্ঠিতা— মমাংঙৈ শান্নরৈদা ঙক্লংখিবা খন্নুনা ফংঙাইবা।

৭। প্রগল্‌ভা—শয্যা থাদে তুনা ঙাইহাক মপান খোকপা ঙাইহাক রাম্বরা, কপ্পা, ঙাংহাক খোঙথাং মতেক মতেক চৎপ, দূতিগা তত্তনা খৎনরকপা।

৮। নির্ব্বন্ধা—শয্যাথক্তা নীংবা কায়রতুনা অহিংচুপ্পা কপ্তুনা লেনবা। লক্কেত মতুংইন্না ততাইব্দনা কমতুনা অহিং চুপ্পা কপ্তুনা লেনবা।

৪। বিপ্রলব্ধা—

চান্নবী সখীশিংগী থেমজিনবা রাহৈনা পুক্লীং তপথবা। নায়কনা লাক্কদবা লম্মীদা য়েংতুনা লৈবা। উনা কেল্লকপা, উনা তক্লবা খোস্লোকপু নায়ক লাকপনি খনবা, দূতি থারুবদা কান্নদনা হল্লকপা, কায়নবগী রানা অহিং লেল্লবদা লাক্কবগী শাউবা অদুবু 'বিপ্রলব্ধা' কৌই।

বিপ্রলব্ধা মখল ৮—১। নির্ব্বন্ধা, ২। প্রেমমত্তা, ৩। ক্লেশা, ৪। বিনীতা, ৫। নিন্দযা, ৬। দূতাদরী ৭। প্রখরা, অমসুং ৮। চর্চ্চিতা।

১। নির্ব্বন্ধা—মথক্কী উৎকন্ঠিতা রসকা অম্মানি।

২। প্রেমমত্তা—ইঙ্গিত মতুংইন্না ফিজেৎ-লৈতেংতুনা কপ্পা কপ্পা লেন্দুনা অহিং হৌগ্রবফাও, নোংঙাল্লমদাই ফাও মহৈ রাদ্রবদা মশাগী মথোক কায়রকপবু য়েংজবগা কপচবা।

৩। ক্লেশা—নায়ক লাকপগী অরেপ্পা খঙলবদা সখীদা অরাবগী রাগী শাবা।

৪। বিনীতা—কায়নরবদা অমেঙবা নোল্লুকপা রাহৈনা ঙসিদি যমুনাদা চোংথরগে হাযবা।

৫। নিন্দয়া সখীগী মচীন্দগী ঙসিদি নায়ক লাক্কে, মীনম্বা ইঙ্গিত লৌকন্দগী অৎবম্বনা অহিং লেনগ্রে। লীক কোন থদত্তুনা হুন্দোকলে, লৈবাং পরেং ঈশিংদা হুজ্জেকগ্রে।

৬। প্রখরা—মিৎকপ থোক্লগা পি তানা কপ্পুনা লাউনা জেংথাবা।

৭। দূতাদরী —নাযক লক্ল।নি হায়বা স্ববদা কাওরক্লনা সুং-ওাইবা অ।মুং গুরুজন মিৎকপ থাক্লুন' থুনা য়াহৌরক্লগনি খনবা।

৮। চর্চিচন্তা—রাগগী মপুং ফাবা।

## ৫। খণ্ডিতা

নায়কনা অতোপ্পী নায়িকাগা লৈমিন্নরকবী খুদম উবদা অশাউবা রাঙাও অমসুং থৌওইদবা উৎপবু 'খণ্ডিতা' কৌই। মসিগী মখল ৮ ওই মহুদি—১। নিন্দা, ২। ক্রোধা, ৩। ভায়ানকা, ৪। প্রগল্ভা, ৫। মধ্যা, ৬। মুগ্ধা, ৭। রোদিতা, ৮। প্রেমমত্তা।

১। নিন্দা—(ললিতানা ইনশিন্দুনা) নোংডাল্লকপদা লেংবি-রকপা ইকাইবীদবরা। শ্রীমুখনা মোমোন নোকপিবা অহুনা ঐগীদি মজস ওইজরে। অহিং লেনবিকরগা মগুণ খঙহনগে হায়না হুজীক্তা লেঙবিরকপা অসিনা মিৎকী মৈচাক পীবিবনে, পাম্বোমদা খুজিগী খুদম, লংণ্ড রাওদনা লেংবা লৈরাংপরেংনা খোই ওইনা ননাইবু থুক্তনবীরগনু—অসিনচিংবা।

২। ক্রোধা—লেঙবিরো, ঐঙোন্দা রাই চিলহনবীরগনু, থরায় অসি চাকলে, করারকনু চাকহল্লরবনি, মীনম্বা রাঙাও হৈবা।

৩। ভয়ানকা—ইবেম্মগী তাম্বোকপা রাঙাও তাবদা কৃষ্ণনা রাখিবা, চুড়া সমর্পন তৌরুনা দণ্ডবৎ কৎপা। ইবুংঙোগী শ্রীঅঙ্গদা লৈম্বিবা ওন্ন-তৈনবা খুদম 'পুম্বা পল্লকপদ কৃষ্ণনা নমথাও কীজিনা শ্রীমুখ নাম্বোক্লুনা খাওবা।

৪। প্রগল্ভা—লেঙবিখরো। উনত্রগতা অরাবা কোক্কনি হায়না ভানবা।

৫। মধ্যা—লাইপক্তা সিন্দুর পকলে, থা মানবা চন্দনগী মরারদা মৃগমদ পকলে। মিৎ অক্তম শুবগুম উৎ, ঙসিদি মহাদেব ওইবীরে। অহিংচুপ্পা জাগরণ তৌবগী ফল অয়ুক্তা উজরে। যামনা লাপ্পদা সেবারু

লৈরসন্নু। চন্দনগী উফুলনা হক্কচাংদা তৈবদো, মহাদেবগী মশাদা উৎনা লৈভেংবা ওইরে। নহাকপু উবদা ঐগী মন্মথ কামদেবসি তূমখরে। করিগী কীগে থোক্লিবা, দিগম্বর ওইগদবনি ; নত্রবদি মহাদেবগী নিয়ম কায়রে—অসিনচিংবা।

৬। মুগ্ধা—য়ুমদগীনি হায়না ভাওথোকপিরক্লিবা মীনম্বা য়াম্নু উজরিবা শ্রীঅঙ্গগী খুদম, মাযদা লৈরিবা য়াগী খুদমনা প্রমাণ চায়ে। লেঙবিরো, মহু উবদা ইকাইজরে—অসিনচিংবা।

৭। রোদিতা—অঙিংচুপ্পা প্রেমগী দুংভাইবা শেমলুরে, নোং-ভাল্লবদা হুন্দোকপিরমলে, মরাল করি লৈহুনা। হে মাধব, ঙসিদি নত্তবা থবক তোরে, নীংথিজবী খিবীকী মাঙদা ইকাইবা কংলে। লেঙ-বিরো, লোয়নবী কনানসু য়া ভাঙলরোই, মায়থোং খুমজিন্দুনা করিগী অমুক লৌনম তৌবিরিবগে।

৮। প্রেমমত্তা—শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ-কান্তিনা অমম্বদা ভাল্লে ; খুজীন থম্বালশিং অত্থুনা অনৌবা থা ওইরে। য়াম্না চেকশিন্না মান তৌরিবী অদুবু কৃষ্ণনা মোমোন নোক্কুনা আলিঙ্গন তৌবীরে। মানগী নাপল মাঙখ্রে। শ্রীকৃষ্ণগী পুক্নীং থুংলে, অহিং দুংথিন্দা প্রেমনা খুত্থম চম্নব-শিংগী করি বিচার দৈবগে।

## ৬। কলহান্তরিতা—

মানগী মতুংদা অমুক অরাবা ফংলকপদুবু 'কলহান্তরিতা' কৌই। মথক ৮ শুই—১। আগ্রহা, ২। ধীরা, ৩। অধীরা, ৪। কোপ-নাবতী, ৫। সখ্যুক্তিকা, ৭। সমর্থা অমসুং ৮। মুগ্ধা।

১। আগ্রহা—টবুংঙোগী মায়থোং থা উত্রে, অমৃতদগী হেন্না থুম্নবা রাভাঙদো তাখিদ্রে, খোইসু খোজেলনা থম্মোই ইরাঙ হোৌরে। হে চাম্নবী, করিগী মান চাউহনবগে, প্রেম কায়গনি খল্লুবদা কিন্তুনা থরার অসি নীক্কুনা লৈরবী ঐনি। সখি! শ্রীকৃষ্ণবু অমুক্কা থেম-জিন্নু, মাগী খুৎথম্বালনা শোকপিবদো তোকপ্রগনি ; অনৌবা অমৃতগী

রস ওইরকপা অদু ঐগোন্দদি হু ওইরগনি। প্রাণনাথকী খুৎ থম্বাদনা লেংবা লীক, লৈরাং পম্বেং শিবা কংলরোই; লীক-পরেং অদুমক্না ঐগোন্দা লিল ওইনা থোক্নরগনি।

২। **বিকলা**—সখি। কৃষ্ণ হায়রবা অসি পুন্নমক্তী চান্নবা ওই-যনি মহৌশানা। প্রেমগী ঊথক খাউবা শুমদরে। কবিগী ঐগী কৃষ্ণবু ইহ্মোকলুরবনো। ফজরবা মাননা ইতোমতবু চাকহল্লরে। চান্নবী, হৈ-শিংবী! পুন্নমক নঙনা খঙবনি। ফনথবা মরম 'পুন্না নঙনা শীল্লো, নখোওদা ঐগী থরায় কংলবনি।

৩। **ধীরা কলহান্তরিতা**—হে সখি! ঐগী অথোইবা মান তৌরুদুনা প্রাণনাথবু থৌওইথিদ্রে, ইথোঙ পায়দুনা হায়জবদা মাদা চিনবা থরোনদুম রৈরগ্রে, নত্তবা ফত্তবা রাহৈনা ভাম্মোকখ্রে। পুন্নমক-সিগী ফল ঐনা কংলে। নীংথিবা ফিজেৎ, অহাউবা চানীংবা লৈতে, তুমনীং হীপনীংবা খঙদ্রে।

৪। **অধীরা**—নোল্লুকপা রাহৈ কয়ানা হায়জবা, অশাউবনা মম-খিদুনা য়েরুবনি খল্লুবে। চিন্তামণি থাদোক্লগা লীকলি পায়হৌরে। নুপী ওইনা পোকপগী ইতিক চাদরে। ঐগী শিননবগী মরম অদু ফজরবা মানবা শেমখ্রে। থম্মোয় কল্লুবনা হজীক ঐগী উপায় লৈত্রে।

৫। **কোপবতী**—সখীনা হায়—রাখল য়াওদনা মান তৌরুবগী ফল কংলেদো। য়ত্ন থাদোকখ্রগা হু ওইবা মানবু থম্মোইদা থমহৌরে। লুংশিবা রাহৈ কয়ানা হায়জববু শাউগনবা নুপীগী মাননা লিমগী মশক ওইরয়ে।

৬। **সখ্যুক্তিকা**—হে রাধে! রাম্বিবদো থাদোক্লো, নবুংঙো কায়নবগী চাকলিবা মৈ অদো মুথৎলো। চঞ্চল ওইবা কৃষ্ণদো অয় হোনবা খুদিংদা নঙগী নাম শোন্নিবনি। নঙগী থাজ মানবা মায়থোং উবগা থরায় হিংদুনা লৈরিবনি।

৭। সমর্থা সখিনা কৃষ্ণদা তাখিয়, পুম্নমক্কী চাম্নখোইরবা। নহাক্তি য়াম্না হৈশিংবা, পুম্নমক খঙবি উবীরিবনি। পাপচেনবীগী প্রেমবু কবিগী ইস্থোকপিবগে, রসিক শিরোমণিনি হায়না খঙজে। ইবুংঙো নহাক্কী মরীদা শ্রীমতি রাধিকানা প্রেম কচ্চরবা অসি ওন্থোক্লা তোন-গ্রে। মা অসি তাবদা শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোই ঈরাঙ লাঙলকলে।

৮। মুগ্ধা—অপঙবী নুপী মপোক্কা পে'রবী মানগী মরমসু খঙজদে, প্রেমগী বিলাসসু খঙজদে, থাঙ্গেশেংবা নহাক্কী প্রেম রসতত্ত্বু পামজবীনি। হে মাধব! নঙগী লমচংপু কনানা খঙগনি, মরান লৈজদবীবু কবিগী ইস্থোকপিরগে। ইবেম্মা অপঙবীগীদি মায় লুকথ-রগা কপ্পুনা লেঙ্গবা, তাঙবসু হৈজদবা- কবি অমুক হায়গনি, মালতী কৌবী লৈরাংদা খোইমুনা তেংলবা ফাঙবদা উগ্রবী অপঙবীনি।

৭। স্বধীন ভর্তৃকা—

কুঞ্জদা শান্নবা লোইন্নবদা ফিজেৎ লৈতেংবীনবগীদমক শ্রীমতী রাধিকানা শ্রীকৃষ্ণদা খঙহল্লিবা অদবু 'স্বাধীনভর্তৃকা' কৌই।

১। কোপনা, ২। মানিনী, ৩। মুগ্ধা, ৪। মধ্যা, ৫। উৎকণ্ঠা, ৬। উল্লাসা, ৭। অনুকূলা, ৮। অভিষেকা হায়না মখল ৮ তুই।

১। কোপনা—সখীশিংবু যে'লকপদা ইবেম্মবু উরে, হকচাং 'পুম্বা হুমাংনা চেংলে, কবরী নাম্থোকলে। শ্রীকৃষ্ণনা কবরী মুন-শিনবীরে। লাইবক্কা সিন্দুর নয়নদা কাঁজল, খ্বাঙচেৎ নমথাঙ, খুজি, তাল, খোঙতোপ্পাচ'বা পুম্নমক হাপ্পিরে।

২। মানিনী—নায়িকাদা মখা পোল্লে হায়বা উরম্লুনা য়াম্না হৈ-শিংবা য়াহৈনা হ'লকপদা মান তৌরিবী নায়িকা অত্তনা কিহুনা খজীক ফাওবা থুমলক্কে। মসিদা কৃষ্ণনা হয়রকঙ—মিৎসা থম্বাল মানবী, করিমগ্গা চিংনগদ, মঙগী নশাদি মহৌশানা কজহুনা লৈরিবনি, এনা নীংখিরবা ফিজেৎ অসি শেমলগে।

৩। মুগ্ধা—হে ইবুংঙো, নঙগী অকমবনা পাজল শোনবী ঐবু লকচবিয়ে। ঐগী চাঁচর-কেশ কাহল্লে মণিহারা তংলে, নখযাটনা ঐগী থবাক খোগায়খিয়ে হে বনয়ারী, শিরীষ কুসুম পরেংসু তংলে।

৪। মধ্যা—মর্য্যাদানা মাঙওইনহুনা রাধাবু হাদদা থমহুনা শিং-নাল্লি। হে অচানবী। প্রেমগী মপু ওইবী! নহাকপু উবদা অয়াবা পুম্বা কোকলে। ইঙলবা থম্বাল মনানা তপ্পা তপ্পা হুমাই লমহুনা লম্বেলদা লাকপগী অয়াবাবু হংখি। খুদোলনা খদাঙবু পায়হুনা চীন-বান্দা পানাবু থম্না ইন্দুনা মুংশিবা য়াঙাওনা পেলহল্লি।

৫। উক্তকা—হে ইবুংঙো! ঐগী অলঙ্কার 'পুম্বা শেম্বিয়, কুণ্ডল নাইরন খুজি-নুপুর, খোঙজি, কিঙ্কিনী, সারী-ইরুকি, চন্দন-সিন্দুর লৈতেংবীয়ু অসিনচিংবা।

৬। উল্লাসা যমুনা মপান্দা নিকুঞ্জবনগী, অনৌবা মনানা পুং-লবা পামেলশিংগী মরক্তা ঐগী পুক্নীং অসিনা হরাওনা চেল্লে। ইবুং-ঙোসু বন অতুদা লেঙবিয়ো। কুঞ্জগী নীংথিবা য়েংমিন্নহুনা মুংঙাইবগী ঊপাক্তা তাউমিল্লয়ে।

৭। অনুকুল—মপৈ মপৈনগী নীংথিজবী ব্রজগোপী, ব্রজগোপী-দগী ফজবী কামিনী—বনগী ময়ায়দা লৈরে। পুম্নমকপু চত্তেক্তুনা শ্রীগরি রাধিকাগী খুজেং পায়রয়ে। ফজবা লৈ হেক্তুনা বেশ শেম্বিরে, শয্যাদা লৈ পরেং কয়া ভংপা উরে। বনগী মমায়দা যুগলকিশোরগী অঙ্গ-গন্ধনা থল্লে, খোইমু মযাম ইল্লে।

৮। অভিষেকা স্বাধীন ভর্তৃকা—য়েংউ য়েংউ ইত্তাখোয়। লুচিংবীগী অথোইবী রাধাবু বয় সিংহাসনদা ফমহল্লে। শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মবু অভিষেক তৌরে। সখী মযাম তিন্দুনা, ইবেম্মগী আভরণ লাঙ না লৈরাং পরেং, স্বর্ন—মণিহার শমশনা কৃষ্ণ" শ্রীহস্তমক্তা বেম্মগী অল-ঙ্কার শেমলে। মুংশিরবা রাহৈনা, হে বৃন্দাবনগী মবেম্মা! ওইরে ওসিদি কৃষ্ণ ঐহাকনা নথা পোনবা প্রজা। ললিতানচিংবী অচানবী

সখীশিংমা নওগী পন্নিযায় ওইয়ে। ইবুংঙোগী অন্নম্বা ঙুংশিবা যাহে তাজবদা ইবেম্মনা নোকই, সখীশিংনা ঙুংঙাইজে।

৮। প্রোষিত-ভর্তৃকা—

নায়ক নায়িকাগী প্রেম মথোইকাবা। কীগাউদা মণিমুক্তা য়োম-শিন্নগা মণিমুক্তাবু নিবা, ভম্পাক্তা লৈন-লৈনা পুক্নুংদা কায়নবগী য়াথলনা ওাওবা। মসিগী মখল ৮ দি—১। ভাবী, ২। ভবন, ৩। দিব্যোন্মাদ, ৪। দশম দশা, ৫। দ্যূতি-সংবাদ, ৬। বিলাপ, ৭। সখ্য-ভ্রিকা, ৮। ভাবোল্লাসা।

১। ভাবী—হে কৃষ্ণ, মায়থোং লাংশিল্লিববু কনাগীদমকনো। কন্নি ওইগদৌরিবনো। কোকথক্তা খুৎ থাংগৎলিবহুনা করিগীনো, মিৎয়া থম্বাল অনিদা লাইজ-তরঙ হৌবনা কন্নিগীনো। তাকপিয়ুগবা লাইবক থীবী রাধাদা। খঙলে, নোংমদি শোয়দনা বৃন্দাবন থম্মহুনা মফম কদাইদনো লেংগদৌরিমাল্লে। রাধা ঐনা ঐগী ইবুংঙোগী কায়না মৈচাক খাঙহুনা লৈগদবগী শব্দক কুজৌক কাওবা হিংহুনা লৈরিবা অসিবু করি পাপ তৌরকপননো।

২। ভবন—য়েংউ ইতা! পুকচেল কক্রবা অক্রুর লাক্লেনেশে, ঐখোয়গী ইবুংঙোসে মধুপুরদা পুথিগদৌরিমাল্লে। উচেক ময়াম ঈরাং হোই, গোপ ময়ামস্থ চৎনদৌরিমাল্লে। নিংথৌ মহারানী অনিগী পুক্নীং ওন্ন-ভৈনবা রাখল তৌরে, কনা অমগা থম্নবস্থ লৈত্রে। কজ্বা বিধা-তানা শীনগ্রমাল্লে, শ্রীকৃষ্ণবু মধুপুরদা পুথিবা তায়ে, অরাবনি।

৩। দিব্যোন্মাদ—হে মাধব! নখোঙ থম্বান্দা প্রাণ কচ্চরি, ঐবু হুন্দোক্নুনা, কল্লবা থম্মোই পুহুনা লেঙগ্রবদা ঐনা ওইহৌগদবা কিন্তম উবীরিবনি। অইওবা থাগী মঙানবু মৈশা ওইনা থল্লে, কায়না মৈচাক খাঙববুদি শিবনা করগনি থল্লে।

৪। দশমদশা— ১। চিন্তা, ২। জাগরণ, ৩। উদ্বেগ, ৪। তানব, ৫। মলিনাঙ্গ, ৬। প্রলাপ ৭। ব্যাধি, ৮। উন্মাদ, ৯। মোহ অমস্থং ১০। মৃত্যু।

হুক্চাংদা প্রেমগী লায়থুং ওইবা, থম্মোইদা তমথীরবা তেন্না থাবা, থরায়না কণ্ঠদা লৈবা, খুবাক্কা চুবাদা শৌহুনা রাখলদা লুপ্পা, মিংতগী পি কংদবা, বক্কদা থোনবা মণিহার- স্বর্ণহার মচু মকশিনবা—অসিগুম্বা মওঙদা ইবেম্মনা হংগৎচৈ—'ইবুংঙো, লাপ্পবা মধুপুরদা লেঙথরবদা, পাঙ্গল-লৈত্রবী লাইবক থীবী ঐদি কায়না মৈচাক পুহুন। অরাবা মশা তন্না অসি লোয়নহুনা লৈহৌরগদবনি।

৫। **দ্যুতি সংবাদ**—মবেম্মগী অরাবা ঙংবা ওমজত্রবী ললিতানা ঙান্নু অমবু মধুপুরদা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা থাহুনা পাউ চৎহল্লুই। ঙান্নুনা হল্লকপদা মবুংঙো কায়নবগী রাস্থহুনা, অচানবী সখীশিংনা কপ্পা কপ্পা কোয়শিন্দুনা লৈরম্মু উই। ললিতানা ঙাগ-পাউ অসি ঐনা মধুপুরদা থাকবা হল্লকলে কপথিগনু সখীশিং হায়রকপদা, ইবেম্মসু হিংগৎলকলে, হিংখিগে নীংলে পাউ তাবদা।

৬। **বিলাপ**—আকাশতা নোং থোংলে, রাঙোংসু হমাউরে। কৃষ্ণনা মধুপুরদা লৈখ্রে, রাধা ঐনা ইথন্তা লৈহৌবে। চান্নবী ইত্তাশা, ঐবু রাহল্লিবা অসি কৃষ্ণগী প্রেমতননি। ইথুঙ্গা পারজরম্বা মণিদো মাঙখ্রে। কৃষ্ণ উত্রবনিনা ঐগী অন্নাবা অহিংসে নোংসু ঙানবীদ্রে।

৭। **সখ্যুক্তিকা**—কৃষ্ণ কায়নবগী মৈদা থারিবা প্রাণ অসি শোয়দনা চাকলগনি। ইত্তাসা, নখোয়গী রাহৈশিংহুনা হিংবা য়ারয়োই। ঐনা শিথ্রবদা কৃষ্ণনা লেঙলকুনা ঐবু হংলবা মতমদা ঐ শিগ্রে তম্বদা প্রাণনাথনা ওইগদবা অরাবা মওঙদো উরগা ইতাখোয় নখোয়না কম্বমা থাঙগনি। ঐগী ইবুংঙোসু নুপী হাৎপা হায়রবা নিংথোল অমা জগৎতা লৈহৌরগনি।

৮। **ভাবোল্লাসা**—ওসি ঐগী মওদা অখোইবা ব্রাহ্মণ অমবু থুকল্লম্মী। ঐনা নীংবা থুংলগনি তাকপিরম্মী। নোংঙাল্লমদাই—অরুণকিরণ লাক্লবা মতমনি। লেমনা মাঙবা মঙ্ নত্তে। মতাং অহুদা আ—দো—নবুংঙো কৃষ্ণদো লেঙলকলে হায়না ইঙ্গিত পীরম্মী। ওয়থংবা

মিং, ওয়থংবা পান্দোম চোংলম্মী—ওদ্দোক্না হুংঙাইজরম্মী। অসিগুম্বা ইবেম্মগী অকবা মঙ্গল অসিবু শোয়ররোই হায়না ঘনশ্যামদাস কবিনা হায়জরি।

মতাং অসিগা নায়িকাগী রস ৬৩ লোইরে। মণিপুরগীসু লৈখিদ্রবা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী সনা হাকুক্তা রস ৬৪ গী ঈশৈশিং অসি রাগ-রাগিণী অমসুং পুংগী মেল ৬৪ গা কোন্ননা কাংনহনা পুং-ঈশৈ অমসুং চোলোমগী ওজাশিংনা পুথোকখি। ঈশৈগী শক্তি মহারাজগী আদেশতগী মণিপুরদগী ভাকসু নত্তনা 'শ্রীধামদগী, কাশীদগী, শ্রীগৌড়দেশতগী—দেশ দেশ খুদৌদগী রোস-কাব্যগী মনুং হনাজনবা লাইরিক লাইরিক খিবিকপু পিত্না থিত্না পুররক্লগা চহি অহুম পুরা ফাবদা কাংনহনা শকখি হায়হনা খেংনকবা কোর্ব্বেক অমদা ইরি। (মৈতৈ জগোই অনিগুবা শরুক—লাঃ ৯৭)

মণ্ডপ—কীর্ত্তন মন্দিরবু শ্রীবৃন্দাবন ভাব তৌগনি। সখী ৮ না য়ুম্পী ৮ ওইখিবনি থনগনি। কোনা চিংথেক মবিদা কৃষ্ণ লৈ মখোঙ ৮ মক কৃষ্ণ অমমমনি খনগান। যত্র' ওইরিবা ময়ায়গী মখোঙবু কল্প বৃক্ষ, চৈতন্য কীর্ত্তন-মূর্ত্তি-রসরাজনি হায়না খনগনি। যোগপীঠনি হায়না খনবসু য়াই। অমত্তা ওইব মণ্ডপ অসি মক্কম ৫ থোক্না খায়গনি—১। খোঙহাম্ফম, ২। কুবের মণ্ডপ, ৩। রন্ধন মণ্ডপ, ৪। দ্রব্য মণ্ডপ, অমসুং ৫। নিত্যকুঞ্জ মণ্ডপ। খোঙহামফমদা কলিদাস নল্লগা গোপেশ্বর লৈ খনগনি। কুবের অমসুং দ্রব্য-মণ্ডপতা ভগবতী পূজা, রন্ধন মণ্ডপ্তা লক্ষ্মী পূজা অমসুং নিত্যকুঞ্জ মণ্ডপতা চৈতন্য পূজা কৎকনি। ধ্বনি মত্তা চম্বরবদি পুং-ঈশৈ কর তাল-মোইবুং-কাংশীনা পূজা তৌগনি।

মণ্ডলী—মণ্ডপকী মেংলোমদা বলাইগী অবতার ওইবা নিত্যাই হায়রবদি মথাথংবদা, নোংচুপ্তা পূর্ণমাসী ভগবতী অবতার মাধবেন্দ্রপুরী, অমাদা নারদ অবতার শ্রীনিবাস নোংপোক্তা—হনুমানগী অবতার মুকুন্দনা লুচিংবা ওইনা ফমলি হায়না খনগদবনি। মুনিন্দ্র, ফণীন্দ্র,

দেবেন্দ্র, তীন-কাণ্ড পুম্নমকস্থ নাম শ্রবণ তৌরি খনগদবনি। মিং মান্নরবস্থ মৈতৈগীস্থ মণ্ডলীগী মায়কৈ ৪ দা ফম্বা লাই রাংত্রেন থাংজীং, মার্জীং-নচিংবগী পুরাণ,পুয়াদা চপ মান্ননা লৈ। সকীর্ত্তনগী নিমন্ত্রণ কংলগা থৌওইত্রবদি নরক তাই। মণ্ডপ অমস্তুং মণ্ডলীগী মরমদা য়াম্না কুপ্পী, পূজা অমস্তুং পূজাগী মন্ত্রনচিংবা য়াম্না লৈরি। সংকীর্ত্তন কৎগরিবা থৌরু অস্থ শ্রীমতী রাধিকাগী মশকনি খনগদবনি। সংকীর্ত্তনগী মরমদা অহানবা লাকপা মী অহ্ ভক্তমকোকনি হায়না খণ্ডগদবনি।

**নিমন্ত্রণ**—বার্ত্তন তৌরিবা যুম্বু অস্থ যাবট তা লৈবনি অমস্তুং শ্রীমতী রাধিকাগী ভাব খনগনি। আমন্ত্রণ নিমন্ত্রণ অমস্তুং বার্ত্তন—মথল ৫ শুষ্ট। ওসিমক থোক্লদবা থবক্তীনা নিমন্ত্রণ নিনি অমস্তুং অস্থদগী হেনবা হুমিং কয়ানিমকমগী মাওদা তৌরিবা অদুবুনা আমন্ত্রণ কৌই। বার্ত্তন চৎলিবা মী অস্থ বৃন্দা, তুলসীদেবীগী রাখল তৌগনি। বার্ত্তন লৌথিবা মীনা শ্রীকৃষ্ণগী ভাব তৌগনি। সংকীর্ত্তনদা লাকপদা ব্রহ্মগী মশক ওইবা সম্বাসা উন্নহ্না ফমফমদা চঙগনি। ছাতিন, চৈশুনচিংবা লোযনরক্লবদি ফম্ফাদা শম্নগা মন্দির মযাযদা লৈথিবা ঈশ্বরবু খুক্স্নগা ফম্ফমদা ফম্নগনি। অস্থদগী গন্ধ-চন্দন ফংলবা তুংদা সংকীর্ত্তন-মণ্ডলীদা লৈরিবা বাদক, গায়কনচিংবা ভক্তশিংবু খুক্স্নগা নাম শ্রবন তৌগনি। (শ্রীরূপগোস্বামীগী তত্ত্বপ্রকাশ)।

## মণিপুরগী ঈশৈ

ঈশ্বর হায়বা অসিদি জাতি অমত্তগী নত্তে জগৎ অপূম্বগী মবুং-ঙোনি। জগৎ-মবুংঙোবু অস্তিকোক গুরু শিদবা' হায়না খঙনৈ। গুরুনা আতিয়া পোকলে, ঈশৈ অমা পূথোরকলে—'হোইরৌ হৈ হোইরৌ হোইরৌ না কেসে''(পুদিন পুরাণ)। নী শিংবা থোক্লবা মতমদগীনি জগৎ সৃষ্টিগী মতমদগীনি। ঈশৈ অসি ওজাশিংগী ঈশৈদা 'হাই অম্বাংবা'—নিত্যাইপাৎ সনাখুগী অসিগা স্বর মান্নৈ।

থায়নগী ওজাশিংনা শাস্ত্রী রাগ রাগিণী শীজিন্নবরস্থ মৈতৈগী ওইবা শৈহেক শৈদাদা বাংলা-কীর্ত্তনদগী থেম্নবা অনৌবা শৈশক অমা

পুথোকপিরম্মী। মসিদা থায়নগী শৈঙেক শৈদা, খোলহেক, খোল্লীক কম্বা কয়ামুক চংখি। মখুগী প্রমাণ খরা উৎচরি—

**থায়নগী—** চেক্লা পাইপ্রবনা পোম্বী হঞ্জিল্লকপদা
চেক্লাগী কায়দোংফম খওদবনা, পোম্বী ককওাওনম্লেদো।

**ওজাশিংগী**—ইন্দিবর ফুলজিনি কাম্মুড় কুসুমাবলী
শ্যাম নবজলধর নটবর-বেশ (অনিমক্কী সুর মাথৈ)

**থায়নগী -** মৈতৈ পোংবৈ লৈমম্নোন
ফংলৈ সনা পুংময়োন
চীংনা কোয়না পনশাবা
লাইনা কোয়না পন ওাকপা

**ওজাশিংগী**—আজু গোরা আনন্দে বিহরে সংকীর্ত্তন
শ্রীবাস অঙ্গনে প্রারম্ভিলা মহাসংকীর্ত্তন ॥

**থায়নগী—** হো হোং হ : হা হাং হোই হা হাহা
হেরিলো লীলা হেরিলা হেলিলা।
তাদুবু লাইনা হুরু.উবা শৈবনোদা
হে' ে হো হয়ানকেমা —— অশিনচিংবা

বাকোয়োকই রাকোয়ো ই রাকে ল্লা কাপ্পা লীকাপ্পা
রাকোন গনাই নোই।

**ওজাশিংগী** জয় নিত্যানন্দ আমার প্রাণ নিত্যানন্দ (অরিবা)

অকোন অহানগী রনি খংদে মৈতৈ ঈশৈ হাল্লবসি লৈশেম্ম মুংশেমওৈদগী নৈরক্লগনি। শেম্বা ওৌবা মণিপুর শেম্বা কোনগদবা মণিপুর। পৃথিবীগী ঈরাং নক্রগা ষাওন খুদীদা মণিপুর থোরকপদা লোক্লগদবনি হায়না অনৌবানা হাংনৈ। মসি ওৌখিবা থৌ.দাক কথা-নমু প্রমাণ ওই। ঈ : ন থা নল্লনা লৈবা মণিপুর, চীংনা কোয়না পন্-শাবনা ঈরাপুব কোবরুদগী ( মহাদেব ) না ত্রিশূলনা হুক্ত্না চীং-গুংহুনা ঈশিং চিথাকুন লেবক শেম্বা ওৌখি। মখন অহনগী লাই-মৈথাকনি ( শিবলগার ) হায়নমু খওনৈ মণিপুর অসি।

মৈতৈ জাতি ঐখোয়দি ঐখোয়না হৌদোকপা থবকপু তমজখিবা মীশিংনা জগৎতা পুথোকপুবদা তমজখিবা মীশিংনা মখোয়না হৌদোকপনি হায়বদফাও নোক্তুনা যুংঙাইথোকপা ঙমলিবনি। শগোল কাঙজৈ শান্নবা, অয়াম্বাই জনবা, কাব্রং পুথোকপা জগোয়রাস শান্নবা অসিনা মসিগী খুদমনি। শ্রীবৃন্দাবনদা শান্নখিবা রাস-লীলাদো, অক্রুর বৈষ্ণবনা শ্রীকৃষ্ণবু মথুরাদা পুখিবদগীনা মৈতিঙ্গু ভাগ্যচন্দ্র সিংহ মহারাজনা মণিপুর শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌবা কাওবগী মমুংদা কদ হৈদা কনানা রাস শান্নখিবগে? শ্রী৺গোবিন্দ-বিগ্রহ সেবা চৎনবা মতমতদা রাসলীলা মণিপুরদা কত্তুনা পৃথিবী শীন্না খঙনবিবা নত্রা? ঐখোয়না কাউগনুসি—শ্রীভাগ্যচন্দ্রসিংহ মহারাজনা 'চট্টগ্রাম, ত্রিপুরা, কাছার, সিলেট, ঢেখাও' নচিংবা লমদা লেঙতনা 'গৌরধর্ম্ম' শন্দোকখ্রে। শ্রীধাম নবদ্বীপতা লুপ্ত-বিগ্রহ 'শ্রীনবদ্বীপচন্দ্র'বু উদ্ধার তৌকই, মসিগী খুদম ঙাক্লীক কাওবা ৺অনুপ্রভু-নবদ্বীপচন্দ্র অনিগী মরী লৈনরি মৈতিঙ্গু গরীবনবাজগী সনাহাক্তুক্তা শান্তিদাসনা রামানন্দী ধর্ম্ম হৌদোক্তুনা মতেক খরদং চৎলম্মী হায়দুনা ঐখোয়বু ধর্ম্ম তাংবা ওইনা খনবা লাল্লি। শান্তিদাসনা মৈ থাদোকখ্রবা মৈতৈগী পুরাণ-পুথী কয়াদা মুব-লুরবা ঈশৈগী ময়মনচিংবা য়াওখ্রে। মরম অসিনা মৈতৈনা মাবু কউদবনি, ধর্ম্মদাতানি হায়দুনা মাবু কাউদবা নত্তে। বৈষ্ণব-ধর্ম্ম মাধবা চায়াগী সম্প্রদায় অসি ভারত 'পুম্বা চৎলম্নবদি হৌজিক্কী মতভেদ অসি লৈরম্লেই। মৈতৈনা চৎলিবা ধর্ম্ম অসি মৈতৈ লৈবা মফম কয়াদা অমসুং ভারতকী তীর্থ মফম কয়াদা সন্মান ফংনরি। ধর্ম্ম মান্নদবা কাউবুনা পঙচাউ ভাওলবসু বৈষ্ণব ধর্ম্মা-বলম্বী ওইবা ঐখোয়নদি নিন্দা তৌজদে অমসুং তৌজরোই।

মণিপুরী সংকীর্ত্তনগী রাগ অমসুং তাল অসি সঙ্গীত-শাস্ত্রগী মুক্কমদা লেপ্পনি। অদুবু শৈহেক শৈদা অমসুং পুথোক-পদি তোপ-তোপ্পা মৈতৈগী মওঙদা পুথোরকই। সিদ্ধ কংথ্রবা ওজা-শিংনা রাগ রাগিণীশিংগী থরায় অমু হাপ্লগা মৈতৈগী শৈহেক-তা শেম-লম্বনি। মখোয়না হৌবা রাগগা ঐখোয়না হৌবগা মান্নদবগী প্রমাণদি,

ঐখোয়গী রাগনা 'আ'না হৌবগা 'তা-রি-না'বু হ্রস্ব দীর্ঘদা ওন্না ওন্না শক্কই। মখোয়গী রাগনা 'হা-রী-তে-না'না হুন্না হুন্না শকুনা হৌবনি। মসি সঙ্গীত-সাধনা হায়রি। অতুগা মখোয়গীদি বাগনা, সঞ্জীভনা হাল্লি। মণিপুরনা পুংনা বাগ হৌরগা কোন্না ঈশৈ হৌই। মসিসু লৈবাক লৈবাক্কী চৎনবনা থোকপনি।

তালগী মতাংদসু মমিং মান্নবা কয়া য়াওরি। অদুবু তালগী মশক মান্নদবা কয়াসু থেংনৈ। রাজমেলগী দুইতাল অচৌবগী তালগী মশক মৈতৈগী ওজাশিংগী তোপ-তোপ্পা খুংশেমনি। 'রাগ-অচৌবা' হৌবা তোপ তোপ্পা মৈতৈতগী ওইবা সংকীর্ত্তনগী মশক্নি। মেল ৬৪ শেমখিবা, মেল ১২—চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমগী য়ুম্নামগী ওজা যদুনাথ-চিংবনা থম্বীরম্বা অওকপা খু শেমনি অসি নত্তবা বাগ অহৌবগী তাল মশীং কয়', সঞ্চার মখল কয়া, ঈশৈগা কোন্নবা পূলোন কয়া, তাল কয়া অমসুং ওা'নচপ মেনকুপকী পরেং—মশীং থীওমদনা থম্বীরম্মী। মসি মৈতৈতগী ওইবা মশক্নি। মসিদা সংকীর্ত্তনগী ওইবা রস তত্ত্ব, বিচার কয়া চওথরবসু মৈ'তগী লা-ওন্নবা সিদ্ধ ফংথরবা ওজাশিংনা অওকপা মওওদা পুথোকাপরমহুনা হৌজীক ফাওবদা মপা লৈতনা কজরি।

তাং ১।৯।৭১ ইদা শ্রীগোবিন্দজীউগী মণ্ডবতা পুং-ঈশৈ-জগোই তৌবা মণিপুরগী ওজাশিংগী সভা অমা ফমখি। শ্রীযুৎ ওকেন্দ্রজিং সিংহ মহারাজনা সভাপতিগী আসন লৌখিখি। সভা অসিদা পাথোকপদা য়ামরহুদা শ্রী৺গোবিন্দজীউগী চবণদা কৎথরবা চে নি ইতি—

পুথোকপিবা—শ্রীলাইশ্রম তোলপিশক সিংহ
শ্রীঅমাকচম লক্ষ্মণ সিংহনচিংবা
পালা লোয়শওগী ওজাশিং
শ্রীঅয়াম কমল সিংহ

# নট চোলোম

( ওক্টোবর ২৭ অয়ুক )

**মৈতৈ লৈবাক্তা জগোই হৌরকপা**—লৈশেমচৌদা নোংথাও লৈমনা গুরুগী য়াথংনা হায়বা ( লৈথীঙ্গায় ) ববু শুজংনবা ইহান হানবা জগোই শাখিবদগী হৌখিবনা নোংপোক পান্থোইবী অনিগী মতমদা অরিবা জগোইগী মপুং ফাবা ওইরকখি। মতু ঐখোয়গী 'লাই হরাওবা' জগোইদা হুজীকসু শেংনা মমি তাম্রি।

শিব-পার্ব্বতীনা তাণ্ডব লাস্য হৌদোকখি হায়রগুম ঐখোয়গী লৈবাক্তসু লাই অনি অসিনা নিপা নূপীগী জগোই হৌদোকখি। অসুম তৌনা নোংথাও লৈমগী মতমদগী হৌরক্লবসু নোংপোক পান্থোইবী অনিগী মমাঙ ফাওবদি মশাগী লুংঙাইজনবা, মীবু পেলহন্নবা ওইনা মসিবু শীজিন্নখি।

**শাস্ত্রনসু হায়**—গীত বাদিত্র নৃত্যানাং রক্তিঃ সাধারনো গুণঃ
অতোরক্তি বিহীনং যন্ন-তৎ সঙ্গীতমুচ্যতে ॥:৮
কৃষ্ণরস সংগীত সংগ্রহঃ—৫

পুং-ঈশৈ-জগোইগী মগুণ হায়ববু মীবু পায়হনবনি। মীনবু পায়-ত্রবদি মদুবু সঙ্গীত কৌরুবা য়াদে।

মথংদা অসিগুম্বা জগোই ঈশৈনা লাংলিবা লাই অমুগী পেলহন্নবা ওইনা লাকখি। মতম অসিদা অরিবা অনৌবা সমাজগী চংনবী থবক নচিংবসু জগোইদা মমি তাহন্দুনা মহুনা লাইগী থৌগন পোৎচঙ ওই-নখি। অসুম তৌনা লাইবু পেলহন্নবা, হরাওহন্নবা—মতুনা ভাইবঙ মীদা চাককু লনগুবীনবা শাবা জগোইনি হায়তুনা মসিবু লাই-হরাওবা' জগোই কৌনখি। মওঙ অসি ঙসি ফাওবদসু অতুম্বক চংনরি।

অসিগুম্বা মীগা য়ান্নদবা ঐখোয় মৈতৈ সমাজগী লোনচৎ শাজৎ, য়ুম্বান কৈবাননচিংবগা মরী লৈননা মীওইবা ঐখোয়গী ইশা ইশাগী

সুংঙাইজনবতা নত্তনা মচুনা তাইবঙ মপু কাওবনা পেনখিনবা তৌবা ঈড়াং খৌমিগী মপুংদা মরু ওইবা মচাক অমা ওইনা লীজিন্নরকপা—পুং-ঈশৈ-জগোইগী অপুনবা মশক মাওখা অদুবু 'মৈতৈ-জগোই' হায়না কৌই।

অসুম্না লাকপনা মৈতৈ জগোইদ' মতমগী মাওন মতুংইন্না হোং-লকপা সমাজগী লোনচং-শাজংনচিংবা মথং মথং মমি তাশিন্নরুমা অসুম অসুম মপুম মরৈ ফাবা হেন্নকপনা সুক্কীক ঐখোয়না মাঙদা উনখিবা 'লাই হরাউবা' জগোই অসি ওইরকখি। মতমগী মতুংইন্না মতুংদসু অনৌবা শকলোনগী মমি তাররকলোই হায়নিংঙাই লৈতে, অদুমদি ওইরগা মওঙ অদু তানবা হোংনরকপদা মীরোন কযা কয়ালি চঙখিবা তাই।

অনৌবা ঈথায়—অসিগুম্বা তোপ তোপ্পা জগোই অসিদগী লৈবাক অসিদা বৈষ্ণবধর্ম্ম চংলকপা মতৌবগা লোয় না মৈদিঙু ক্যাম্বা, চরাইরোংবা, গরীবনবাজ—নিংথৌশিং অসিগী হাকতুগী ঈথায় অমা অমুক লোয়থোকপা তৌবকখি। মংনা অমুক শ্রীপুং ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ সনা হাক্তকুগীদি হায়গী যুস্কমদা শস্ত্রগী ঈচেলগা তোংশিন য়ান-শিন্নচুনা 'রাসনৃত্য' অমসুং মচুগা মরী লৈনবা শ্রীহরি মহা সংকীর্ত্তন হায়বনচিংবা অচৌবা ঈরোঙ অমা অমুক খাক্তনা চন্নকখি।

মওঙ অসুম্না পুং ঈশৈ-জগোইগী থবক্তা অসুম অসুম পাকথোক চাউথোরকুনা মমৈদদি মসিনা লবাক অসিগী থরাযমক ওইনরকলে। মথক্তা হায়খিবগুম ঐখোয়গী লাইগুরুশিংনা শ্রীহরিগী মাঙদা জগোই ঈশৈনচিংবা তৌদুনা ইবুংঙো মাবু আরাধনা তৌনবকলে। মায়কৈ অম-রোমদা হায়গী লাই হরাউবসু মতৌশা চংনরকপা মতুংইন্না লাইগী পেন্নবা তৌবা ওইনা অরিবা মশক কায়দনা মরীক চুম্না, মওান চাউনা অদুমক লৈ। লাই হরাউবগা রাসকা মশক অমত্তনি, অনিমক মওঙ চপ মায়ে। হায়বদি থৌনা থৌওঙ থরা থেন্নরবসু মচুংগী ভাব-রস—তাইবঙ মপুনা পেন্নবা তৌবা মওঙদি অমত্তনি। মওঙ অসুম্না লাই-হরাউবগা রাসকী জগোইগা অনিমক্তা সনাগী মথক্তা তঙ্কা খিনবগুম রান্নতুনা ওসি ফাওবদা মৈতৈলৈগী লাইপক্তা লৈতোং ওইনরি।

**নট-পালা**—মণিপুরদা সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞগী মকওংবা শরক য়াম্নবদি 'নট-পালা'নি। জগোই শাববু 'নট' হায়বনি।

প্রাচ্যাং প্রায়েণ গুণিনো নানাগীত বিশারদাঃ।
রাগাণাং সংস্থিতা যে তু তে নটাঃ পরিকীর্ত্তিতাঃ॥ ৬৪৩

[ কৃষ্ণদাস সংগীত সংগ্রহঃ ]

নোংপোক মায়কৈগী নটশিংদি অয়াম্বনা ঈশৈ যাম্না হৈনৈ। রাগ রাগিণীগী মরম নৈংথিনা থগই। অসিগুম্বা মীওইবু 'নট' কৌই।

যে গায়ন্তি স্বগীতানি নৃত্যন্তি চ বিচক্ষণাঃ।
জিতেন্দ্রিয়ঃ সদাচারাস্তে নটাঃ পুনরুত্তমাঃ॥ ৬৪৪ কৃষ্ণদাস সংগীত

ঈশৈ নংথিনা শকপা জগোই শাবদা হৈশিংবা ইন্দ্রি খুদুম চনবা, লমচৎ ফজবা, নথোম্ব অতু অপোইবা নটনি।

অসিগুম্বা 'নট' জাক্তগী পাংগাবু 'নট-পালা' কৌই। মসি নিপাতনা শিংবা পালাবু খংনৈ। অসিগুম্বা পালা অসি অরিবা অমস্তুং অনৌবা হায়না মথল অসি থোকই। অরিববু 'বংদেশ' অনৌবনা নট' হায়না শগনখি। অনিনক নট মশেল ওইরবস্তু অনৌবা পালানা জগোইগী শরক্তা মপু ওইথিবদী নট পালা হায়রগদি মাবুতা তোপ্পা খগনবা ওইনা তৌগ্রে। অরিবা অমস্তুং অনৌবা অনিমক অমমমগী অনি অনি অমুক থোক্তুনা পালা মরিনা হুমিৎ ১০১১০ নিগী লালুপ ওইনা অষ্টকাল সেবাদা শ্রীগোবিন্দগী খোংগল তৌনৈ। অরিবনা অনৌবগী মমাঙদা লৈবাক অসিগী সংকীর্ত্তন লোয়নবা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী থবক পূমমক তৌরম্মী।

**চোলোমগী হৌরকপা।** সংস্কৃত-শব্দ 'চলন'দগী চোলোম তাথি। ( মৈতৈ কীর্ত্তন ১, অংগম্বপু শর্ম্মা )। অহুম ওইনমক চোলোম হায়রগদি চলন শব্দবু অর্থ তৌরগা খংনরবা মদুতবু খগনদে তোপ তোপ্পা নিপা জগোই মংগল অমত্তবু খংনবা ওইনা তৌই। মরম অদুনা চোলোম হায়বা র হৈ অসিনা, থোইদোক্না তাণ্ডবকী ভাবনা থরা হেন্না লৈ।

চোলোমগী সংজ্ঞা হায়বা তায়বদি, খুত্তা করতাল পায়না নত্রগা পায়-দনা নীংথিবা শাখেক্কা চারি, করণ-নচিংবা লোয়ননা, নীংথিবা গঠননা অমুক মশক শেমগন্তুনা, হকচাং অপুম্বগী ওইবা নিপানা শাবা তাণ্ডব জগোই মখল অমবু 'চোলোম' কৌবা তাই।

রাখল অমনা 'চোলোম' হায়বা মিং অসিতং সংস্কৃত চলনদগী থোক-থিবা ওইরবস্থ মসিগী থবক্তি কনাদগীসু ভাংলুবা লৈতে। মসিগী মরম থরদং মথাদা নৈনখি মতুদি—

চোলোমদা মক ওইনা শীজিনখিবা খোঙথাং অমদি ফিবম অসিদি মৈতৈ লৈবাক্তা চান্নদগী অঙ্কুম্মক লৈরক্কই। অঙ্কুমদি ওইরগা মদুবু জগোই ওইনা পুথোক্নুনা য়েংবা ঙংঙাংনবা ওইনদি থোইনা শীজিন্নরমদে। চোলোমগী ফিবম অসি তানবা হোৎনবদা চাউরাক্লা মখাগী মরমশিং অসি ওজাশিংনা নৈনখিখি মতুদি—

(ক) গুরুনা তাইবঙ শেম্বা লোইরবদা লাইবঙথৌ ৯ গা লাই-নুরা ৭ কনা লৈথোনবা, লৈশেম্বা মতমদা অত্তোঙ অকুৎ মান্নবা খোঙনা নেৎশিনখি। মতুগী খোঙথাং লৌতুনা চোলোম খোঙথাং ওইনখি। মাইবী জগোইনা মসিবু 'লৈনেৎ' জগোই কৌই।

খ) লৈবাক অসিদা হান্নদগী লৈরক্লবা মুক্লা শান্নবগী থোংখোঙ শানা লেপ্পা ফিরেপ্পা ফিবম ওইনরগা অকুপ্পা ফজবা অমদি খুৎকী থবক্তি থাঙ-তা হাইবা, তা খোঁশাবনচিংবা অরিবা মখল থরদগী লৌতুনা শেমখি।

(গ) মওঙ অমনা, খনবা হৈবা ভাবুক-কবি ওজাশিংনা জাতি অসিগী চৎনবী লোনচংশিংগী অমদি শা-উচেক্লচিংবগী শাজৎ শাপেক নচিংবা লৌতুনা অমদি শিংনা উবিবা লেঙলি-পান্নিবা অবাম্বগী মতৌ লৌতুনা চোলোমগী অনৌবা মশক কয়াকয়া অসুম শেমগৎখি। অসি-গুম্বা পুম্নমক্কী মতৌ লৌতুনা জগোই পানবা মতৌ অসি শাস্ত্রনসু অঙ্কুম্মক সমর্থন তৌই মতুদি—

ত্রৈলোক্যস্যানুকরণং নৃত্তে সম্যক্ প্রতিষ্ঠিতম্ ॥ বিষ্ণু ধর্মোত্তর।
(ময়োন অহুমগী মতৌ পুন্নমক জগোইদা লৈ)।

চোলোম হায়বসি চপচাবা জগোই মখল অমনি অদুবু হুজীক য়াসকী জগোইদা উরিবা অথোংপা নুপীনা শারিবা মওঙ অসিদি নত্তে। ময়াম অহুনা মসি নিপানা শাবা জগোই—তাণ্ডবনি।

চোলোম মখল য়াম্মী—নিপাপালা চোলোম, নিপা খুবাক ঈশৈ চোলোম, জয়দেব চোলোম অসিনচিংবা। পুংগীস্ত চোলোম লৈ—অকনবা নিপা থোকপা মতৌনা তিল্লি।

গঠন—চোলোম পুন্নমক্তা 'গঠন' য়াওদবা য়াদে। ময়াম অহুনা লাই গুকশিংনা 'চোলোম-গঠন' হায়না অপুনবা মিং ওইনা শীজিন্নৈ। গঠননা মশক শেমগ্রবদি চোলোম অত্থু অশেংবা ওইদে। চুম্নগী খোঙথাং অমদি অচম্বা খুৎথাই ওইনতা থোকদ্র ফজবা ওইদে। নীংথিবা ঈথক ইপোম হৌইন্দুনা লেঙবা ওৎপা তৌরিবা হকচাং অমদি খোঙ খুৎন-চিংবগী ফজবা নীংথিবা মতৌ ওইহল্লিবত্থ গঠননি। মসি অভিনয় চোলোমদনা হেল্লা য়াম্না চঙই। অসিগুম্বা গঠনগী মওঙ মতৌ অসিদি মতিক চাবা গুরুবগী তম্বমক নত্রবদি খঙহনবদা য়ানা থোকই। 'গঠন' হায়বা য়াহৈ অসি নিপা পালা চোলোমতদা শীজিন্নৈ। ময়াম অহুনা মসিনা তাকল্লিবা মওঙ অসি কোংচোক্লবা হোৎনবদা হায়বদি চোলোম শাথেরুচিংবদা ফজনবা ঈথক ইপোমনচিংবা হপ্পদা মত্থু, নিপা জগোই-তগা মরী লৈনবা হায়বদি নুপীনা, নুপী জগোইনচিংবদা কেবা অহুমক্তি নত্তবা অত্থুগুম্বা মওঙ অত্থু তাহনগদবনি।

চোলোমদা অভিনয়—মৈতৈ চোলোমদস্ত শাস্ত্রগা মান্নবা অঙ্গ, প্রত্যঙ্গ, অমসুং উপাঙ্গ অত্থুম্বকী অভিনয় লৈ। মথাদা মখোয়গী মশক মমিংনচিংবগী মবমদা চাউনাকপা থরদং নৈনরি—

১। কোক—কোক্কী থবকপু নৈতৈনা কোকলৈ নত্রগা কোক-হাই হায়না কৌই। মসিগী মখল মরি ফংই মত্থুদি—নীকপা, লৈবা, হাইবা, থৎপা।

**নীকপা**—অক্নপা পুংলোন মৈরকপদা চন্দ্র চানবা কোক কূপা নীকপা। মরু ওইনা মসি পুং চোলোমদনা নম্মা শীজিনৈ।

**হাইবা**—ঈশেগী চন্দগা চাননবা লমচৎ মতুংইন্না নাকল অনিদা হাইবা।

**লৈয়া**—মায়কৈ মরিমক্তা কোক লৈববু খঙনৈ।

**খৎপা**—খণগী মচীনা খৎপগুম খৎপা। মসিবু চীথৎসু কৌই। পুংদনা নম্মা লৈ।

২। **শুক**—শুককা কোক্তা মম্মী লৈনৈ, থাদোক্লবা মাদে। অমুম ওইনমক অনিগী তোঙানবা মওঙ লৈতবদি নত্তে। শুককী মথক্লদি—অথাকপা, অছনবা, চৎপা, অফৈবা, তামিন্নবা, হনবা, থাবা, চেপথা, অথেকপা, শেকচৎনবা।

**অথাকপা**—নাকল অমদগী লৈরক্লগা অতোপ্পা নাকল য়োঁকাত্তুনা মাঙদা হাইথবা। মসিবু মতেকসু হায়নৈ।

**অছনবা**—মথক্তা ছনগৎপগুম খংনা থাংগৎলগা থুনা অমুক হনবা। মসি পুংদনা নম্মা লৈ।

**চৎপা**—নাক অনিদা তপ্পা কেনা হাইবা।

**অফৈবা**– হকচাংনা কয়িগুম্বা নাকল অমদা ফৈনা চৎপদা শুকসু থাদোক্লমগদবা নাকন্দা খজীকং ঈল্লম্লগা হকচাংনা চৎপা মায়কৈদা খব্বা শাংনা অমুক ইল্লকপা।

**তামিন্নবা**—হকচাংনা নোন্থবদা শুকসু মতম মাপ্পনা নোপ্পনা থাবা। মসিবু 'হকচাংগী তামিন্নবা' হায়নসু খঙনৈ।

**হনবা**—তুংদা হনববু 'শুকহনবা' কৌই।

**থাবা**—মাঙদা পুথোকপা। মসিবু ঈনবসু হায়নৈ।

**চেপথা**—নাকন্দা শুক চেপনা চৎপবু খঙনৈ।

**অথেকপা**—শুক চৎলুপ্লগা কেনা নৌনা খদাঙ ঈনখৎলপ তৌ-গনি অমসুং থুনা অমুক থেকথনা লোইগনি।

**শেক্রচৎনবা**—হুকচাংপা ঈয়োয়ননা হুকচাংনা ঈনরা মায়কৈদা ওকস্থ শেপনা অচুম্বক পুথুনা চৎপা।

৩। **লেং**—লেং মখল অচুমনি মচুদি—হিকথবা, ঈনথৎপা, থপ্পা। অচুম অসি অমুক অমমমগী মখল অনি অনি থোকলি মচুদি লেংনাবা, লেং মপুম।

**হিকথবা**—চোলোমগী মতমদা লেং নমথববু খঙনৈ।

**ঈনথৎপা**—মথক্তা পুথৎপবু ঈনথৎপা কৌই। মসিবু শূপকৎপা হায়নসু খঙনৈ।

**থপ্পা**—য়াংকোক্তা বাট থপ্পগুম অমুক অমুক ঈনথৎপবু খঙনৈ। মসি লেং মপুমগীনা মন্না লৈ। পুং চোলোমদদি মসি তোয়না শীজিনৈ।

৪। **থা**—মৈতৈলোন্দা থবাকপু 'থা' হায়নৈ। মসিগী মখলদি—অয়োংবা, অউপ্পা, তাবা চেপ্পা, হুনবা অমসুং লৈবা।

**অয়োংবা**—মাওদা থবাক ঈনথোক্লা, মাও তিংনা লৈববু থা লোংবা কৌই। চোলোমদা মসি য়াম্না ফজে।

**অউপ্পা**—থবাক্লা লৈমায়দা ওন্থরবদি থা উপ্পা কৌই।

**তাবা**—থবাক কোয়না লৈরুবগা হাইকেং নোম্বনা থাববু 'থা তাবা' কৌই।

**চেপ্পা**—চোলোম তৌকয়গা নাকল অমদা হুকচাং পৈথনা থাববু খঙনৈ।

**হুনবা**—থবাক্লা মপুম ওইনা উপথনা লৈরগা চোলোমদা অকচং মতুংইন্না হুনবগুম ঈল্লবদি 'থা-হুনবা' কৌই।

**লৈবা**—হকচাং লুকথরপ তৌরগা চোলোম মরক্তা য়েং-ওয়দা থবাক লৈহুনা পুরবদি 'থা লৈবা' কৌই।

৫। **পুক**—চোলোমদা পুকী থবক্তি থোইনা লৈতে অদুনু চনীংগি মতম পুরমক্তা পোওথোকপনগদবনি হায়। মতুম তৌববু 'চনীং ঈম্বা' হায়না কৌই। চনীংগী কিবম চুমবদি নীংসু অচুম্বক মশাগী

ফিবম তাজরকই। অসিগুম্বা ফিবমদা ওইবা পূঙ্গী মওঙ অহুমনা চো-লোমগী অশেংবা মওঙনি।

৬। খ্বাঙ—খ্বাঙ মখল অহুমনি মহৃদি, থেকপা, নম্বা, তিংবা।

থেকপা—নাকল অমদগী নাকল অমা ফাওবা হকচাং লৈয়কপদা ওইরিবা খ্বাঙগী মওঙবু 'থেকপা' কৌই।

নম্বা—খ্বাঙনা মথারোমদা নেমথববু 'নম্বা' কৌই। মসি মখল অহুম শুই—খিত্তা নম্বা, ময়ায় ওইনা নম্বা, হেন্না নম্বা।

তিংবা—খোঙদগী তোন ফাওবা হকচাং চপতিংনা লেপ্পদা ওই-রিবা খ্বাঙগী মওঙবু তিংবা কৌই।

৭। ফৈ—ফৈ মখল ৬ নি মহৃদি—নম্বা, থাংগৎপা, হুন্না থাং-গৎপা, থাংগৎনা লৈবা, নমলৈ অমসুং ফৈমায় মান্নবা।

নম্বা—খ্বাঙ নম্বগা অমত্তনি

থাংগৎপা—খুকউদগী খোঙ ফাওবা চুন্না লৈরগা খোঙ নামগী থাংগৎলকপা ফৈনা ওইবা মতৌ অদুবু হায়বনি। মসিসু মখল অহুমনি হায়বদি অনেম অন্নাং নাইবা থাংগৎপগী চাং অহুমবু হায়বনি।

হুন্না থাংগৎপা—থাংগৎপগা অমত্তনি অহুমদি ওইরগা মসিদা থংনা থুনা চোংহনা মথক্তা খংথাং থাংগৎকনি।

থাংগৎনা লৈবা—থাংগৎপগী মওঙ তৌরগা লেপলিবা খোঙনা লৈহনা হকচাংবু কোয়না পুবদা ওইবা ফৈ অদুবু খঙগনি।

নমলৈ – ফৈ নমথরগা হকচাং লৈববু খঙনৈ।

ফৈমায় মান্নবা—খুকউগা ফৈরুগা মাংবা মায়হনববু 'ফৈমায় মান্নবা' কৌই। ফৈবু মথক্তা পুখৎপদা মসিদগী হেন্না মাংলবদি হায়-বদি খুকউনা হেন্না মাংখৎহল্লবদি চোংলোমদা ফজদবদগী মসিনা অরেপ্পা ওইনা লৌনৈ। পুং চোংলোমদদি করিগুম্বদা খুকউনা মাংবসু তৌনবা য়াওই।

৮। **নীং**—নীং ফাবা, নীংনম্বা অমসুং নীং ঊনথবা।

**ফাবা**—য়াওলেনগা মপা মায়হন্না থমহনা নীংবু নাক য়েংতা মনীং তৌহন্দনা থম্নবদি মদূবু নীংফাবা কৌই। মসি চনীংগা য়াম্না মরী লৈনৈ। নিপা পালা চোলোমদা য়াম্না মরুনি।

**নম্বা**—মথারোমদা নীং পুথবা। মসিস্থ মথল কয়ামুক থোকলি।

**ঊনথবা**—মসিবু 'তুমথোকপ'স্থ হায়নৈ। স্বয় হোন্দোক্কনা চনীং পোওহনবদা ওইবা নীংগী মতৌ অদূবু হায়বনি। মসি তাহন্নবা হোৎ-নবদা কৈ চেংক্রুক মরী থুপ্না নমহনা ফম্বগী অভ্যাস তৌরবদি মওও অসি তাই।

৯। **খূকউ**—মথল অনিনি ঝাগ লৈবা, খুদক কুনবা।

**ঝাগ লৈবা**—লৈবাক্তা খূকউ অনিমক লৈতারগা চক্রেগুন্না ঊরুরু লৈবা। মসি পুংদনা নম্না শীজিন্নৈ।

**খুদক কুনবা**—লৈবাক্তা খূকউ অনিমক্কা লৈতায়গা ছুংদা খোঙ হাইদোকুনা বণশানা কুনবা। মসি পঞ্চাঙ্গনা খুরুম্বদা, দণ্ডবৎ তৌর-মন্নাইদা শীজিন্নৈ।

১০। **খূবোম**—খুবোমগী মথল থোইনা লৈতে অদূবু চোলোমগী খোঙ থাংগৎপদা খুবোম চাউনা, মপূম ফানা ঊনবা থাংগৎলিবা খোঙ অহু মাওদা খূমিং ঊহন্দুনা হায়বদি খোঙদোলনা মপাল্লোমদা হাংদোক-তুনা মতোন থেক্কৎলপ তৌনা লৈগনি। মস্থম তৌরবদি খুবোম মথী-বোও অহু চাউনা অমদি নোয় পেন্না উহনা য়েংবদা ফজে।

১১। **খোঙ**—খোঙগী মথল মরিনি মতুদি—খোঙপাক, খোঙচেপ, খোঙদোন (খুদোন) অমসুং খুনীং।

**খোঙপাক**—খুনীং খোঙদোন মান্ননা লৈতামিন্নববু খোঙপাক্না নেৎপা কৌই।

**খোঙচেপ**—খোঙগী খোঙনাঙবী লৈবা নাকল্লা চেপ্না লৈতাববু 'খোঙচেপনা নেৎপা' কৌহ। মসি পুংদনা নম্না লৈ।

**খোঙদোন কাঙবা** খুনীংনা নৈত্তারগা খুদোম হাইগৎপবু 'খোঙদোন কাঙবা' কৌই ।

মথক্কী থরা অসিদং পৌনা উৎপনি, অকুপ্পা অভেদ্র য়াম্না নৈয়ি। চাউমনথিগদবদগী মথাদি নৈনজরুদ্রে। অদুমদি ওইরগা লাইওরুশিংনা লৌনবা, চৎনবা মিৎনচিংবা থরদংগী চাউরাকপা থরা অমুক য়েংসি। সংগীত দর্পণনা হায়—

যতো হস্তস্ততো দৃষ্টির্যতো দৃষ্টিস্ততো মনঃ।
যতোমনস্ততো ভাবঃ যতোভাবস্ততো রসঃ॥১১০
অঙ্গেনালম্বয়েৎগীতং হস্তেনার্থং প্রদর্শয়েৎ।
চক্ষুর্ভ্যাং ভাবমিত্যাহুঃ পাদাভ্যাং তালনির্ণয়ঃ॥ ১১১

অয়োইবা পরেং অনি অসি অভিনয় দর্পণ-নদি মথাগী অসুম্না হায় মহুদি—

আস্যেনালম্বয়েৎগীতং হস্তেনার্থং প্রদর্শয়েৎ।
চক্ষুর্ভ্যাং দর্শয়েঃ ভাবং পাদাভ্যাং তালমাদিশেৎ॥৩৬

চীন্দা ঈশৈ শক্কনি, খুৎনা অর্থ তাক্কনি, মিৎ অনিমক্না ভাব ফোংদোক্কনি, খোঙ অনিনা তাল থমগনি। খুৎনা লৈবা মায়কৈদা মিৎয়েং থমগনি। মিৎনা লৈবা মফমদা ভাব লৈগনি অদুগা ভাব লৈবা মফমদা রস লৈগনি।

নিয়ম অসি ঐথোয়গী ওজাশিংনা হায়দগী অদুম্মক তৌরকই। ওজাশিংনদি মসিবু নিপা মরিনা জগোই শাস্ত্রগা অনিনা য়েংগদবনি অসুম্না হায়নৈ। নিপা মরি—খুৎ অনি, খোঙ অনি অয়েংবা অনিনা মিৎ অনি। শাস্ত্রগা খেন্নরকপদি মিৎনা খুৎতদা য়েংগদবা ওইনা লৈবদা ঐথোয়গী লৈবক্কী চোলোমদদি মিৎনা লৈথা অমনা খোঙগী মায়কৈদা য়েংথবা মতাংগদু যাওরকই। পুং চোলোমদনা মসি থরা তৌরনা লৈ। মরম অদুনা ওজাশিংনা খোঙ অমসুং খুৎ মরিরকপু জগোই শাবা মরি হায়না লৌরম্মী।

অদুনা মিৎনা খুত্তা য়েংগদবনি হায়রবসি পুন্নমক্না য়ানবা য়াক্কম ওইরবসু থোইদোক্লা রাজমেলগী মতাংদদি খুৎ হাইথরকপাদা মথা ভাগ্রবা

থুং অদুবু কোক লোম্বরুনা য়েংপুগদবা নত্তে। অহানবা ফিরেপতা ওই-খিবা নাতোন নাকচিদা য়েংবা ধ্যানগী মিৎয়েং অহুত্তনা অত্থমক লৈ-গনি। মসিগী মতুঙ তানবা হোৎনবদা চোলোম তম্বা হৌগৎলকপগী তুংদা য়াঙলেন শব্দ মপাদা তোংজৈ থেত্তুনা থম্লগা (অশাংবা চৈ ওই-রবস্থ) খ্বাঙদগীনা লেংপাক কাওবা য়াঙলেন মরীগা তোংজৈগা কাথোক্লবা য়াদে, নপ্নহনবগদবনি হায়না কম্না হোৎনহল্লি। মসি হায়গী য়াঙতিংবা সমভঙ্গগী মতৌ অত্থনি। অশুম্বা য়াঙ তিংনা লৈরগা খুংনা লৈবা মায়-কৈগী ওয়তৈনবদা ঙক হাইফেৎ ঈল্লগা মথক্তা হায়রিবা মিৎয়েং অসিদা মিৎচিনা য়েংগনি। মসিবু 'ভঙ্গীগী মিৎয়েং' হায়না ওন্নাশিন্না তাকপি।

য়াঙ—য়াজমেল চোলোমদা অয়াম্বা মতমদা য়াঙ তিংনা লৈবগী নিয়ম লৈরবস্থ কোল্লপ তাবা য়াঙ অমস্থ লৈ। করতাল হাইথনা খীংবদা হুকচাং নমথরকপগা লোয়ননা য়াঙস্থ কোল্লপ তাহনগনি অত্থগা হাঙ্গৎলকপদনা অহানবা ফিরেপকী মওঙদা ওইবা মতৌ অত্থ তৌগনি। খ্বাঙ নোত্তক তাহনগনি অত্থগা করতালনা লাইপক মপা যৌবদদি য়াঙ তিংনা থমগনি।

হুকচাং ইপোম—চোলোমদা হুকচাংগী ইপোমদি-- শামুনা মখোঙ হায়া থাংলগা অচৌবা মশানা মাঙদা কোয়া ঈল্লকপগুম হুকচাংগী ইপোম ফজহনগনি। থাঙজবগী নৈফু উতোংদা মৈহুম অনিনা হুম্বদা শরক শিহন্দনা, লেপ্পা লৈতনা মৈখোন অদুম্মক থোকহনবা অত্থগুম্বা মৈহুনগী ইপোম অত্থ চোলোমদস্থ ওইহনগনি।

চোলোমদা থোঙথম—চোলোমদা খোঙ অসি থক-বাদা থাং-কৎ থাংথ তৌবা নত্তনা ভাবকতা নত্রগা মগুনী ময়ায়দা থুয়া উৎপা য়াদে। অসিগুম্বা খোঙথম অসিগী মরমদা স্যার চূড়চাঁদ মহারাজগী সনা হাকত্তা য়াথোক ওইনখিবা লৈ। অস্থম তৌনা চোলোমদস্থ অচেংপা থোগল্লোন, ব্যবহারনা চুপনী ওইনা ফাত্থনা থমদবা য়াদে।

ফম্ফম—নট পালাগী ফম্ফম অহুম শুই। মসিবু তিনতাল ফম্ফম, তাল ফম্ফম অমস্থং অক বা তালফম্ফম হায়না মমিং থোনবা য়াই।

**তিনতাল ফম্ফম**—মসিবু অচম্লম্মন্না তর্পণ ফম্ফম হায়নস্সু খঙনৈ। ফম্ফম অসিদি ওয়গী থূকউ থেকচিন্দুনা খোঙ লোংথোক্লা খোঙনামনা লৈতায়গা লোংথোকলিবা খোঙগী খুনীং মথক্তা নীংজোম্না ফমথগনি। লৈতারিবা ওয়গী খোঙপাক মতোনগা হায়বদি খোঙ ওয়গী খোংবী অহুগা য়েংকী খুনীংগা শম্না য়েংকী থূকউনা য়াংখত্তুনা থমগনি। য়েংকী থূকউগা, লৈতারিবা ওয়গী থূকউ অমদি কৈগা অহানবা ফিরেপকী খোঙথম অহুগুম্না মতোন হাইদোক্লগনি। নট-পালাদা মসিবু, তিনতাল য়ৈবা মতমদা শীজিন্নৈ হায়দুনা মমিংস্সু অহুম্মমক 'তিনতাল-ফম্ফম' হায়না খঙনিখি।

**তাল ফম্ফম**—তিনতাল ফম্ফমগী ওয়গী খোঙনা তৌরিবা অহুগুম য়েংকী খোঙনস্সু তৌরবা হাযবদি লোংথোক্লা লৈতারিবা খুনীং অনিগী কায়ক্তা নীংজোম্না ফমথরবদি ফম্ফম অদুবু 'তাল ফম্ফম' হায়না কৌই। তাল য়ৈবা মতমদা শীজিন্নৈ হায়দুনা মসিবুস্সু অহুম্মক 'তাল-ফম্ফম' হায়নখি।

**অকনবা তাল ফম্ফম**—মথক্কী তাল ফম্ফম অসিদা অহুম্মক লৈয়গা নীং কাঙখংলক্লনি অমস্তুং মহুগা লোয়ননা খোঙবীনা লৈপাক্তা শৌয়গা খুনীং থানমকস্সু মথক্তা য়াংখৎলকনি অহুগা য়াংখংলিবা খুনীং অনিমক্তা নীংজোম্না অন্দম্বা পীদুনা ফনথানি। ফিবম অসিদা থূকউ অনিগী অরাওবদি হান্নগী অহানবা ফিরেপ্তা ওইথিবা খোঙ অনিগী অরাওবা অহুগী চাংদা অহুম্মক লৈগনি। হায়রিবা অরাওবগী নিয়ম অসিদি যম্ফম অহুম্মকৌনি। অহুগা য়াঙ অমস্তুং মিৎকী ফিবমস্সু অহানবা ফিরেপ্তা তৌবগুম তৌগনি। অহুমদি ওইগা ঈশৈগী সুর ছন্দ অমদি য়ৈরিবা তালগী মতুংইন্না করতাল মরোল খীংলকপা মতমদদি মিৎনা মতম পূম্নমক্তা খুংকী মতুং ইনগনি।

<u>**ফম্ফম অহুমগী করতাল থূৎপায়**</u>—অহানবা তিনতাল ফম্ফমগী করতালদি লোংথোকপা য়েংকী খূৎনা য়াংখংলিবা থূকউ মথক্তা য়েংকী

খুংনমনা নন্দুনা থম্লগা করতাল অনিমক উপশিন্না পায়হনা তাল থাগনি। হান্নরিবসিনা করতাল মরোল য়াওদবা চুম্নগী তালতম্নক থম্নগী মওওনি। অহুগা করতাল মরোল য়ৈরকপা তাবরবদি খুং অনিমক্না করতাল পায়-হুনা খোয়দোং মপান্দা খীংগনি। য়েংগদবা অমদি, অসিগুম্বা ফম্ফমদা খীংবা করতালদি কৈদৌঙৈদস্তু খুকউ অনিগী য়াংমা লাম্থোকপা য়াদে। অসিগুম্বা করতাল মরোল অসি য়ৈবা তাবরবদি লেপ্তুনা তৌবা চোলোম-দস্তু মওও অসি মঙাম্, খুংনা খুকউ অনিগী য়াংমা থক লানবা য়াদে। পুন্নাগী মতমদস্তু খুকউ অনিগী মপান্দা খুংকী থবক তৌবা য়াদে হায়বা নিয়ম লৈ। অহুমদি ওইরগা অভিনয় তৌরকপদদি নিয়ম অসি কায়-রকপা ওইনা উবস্তু যাওরকই, মহুস্তু থানা লৈরকপদা খুংনা মহুগী মতুংইন্না ল'কপা তাবদগী কবিগুম্বদা য়াওবনি, ওন্নালিংনা মহুগুম্বা অহুদি দোষকী মমুং চপলহল্লগদে।

**করতাল খীংবা**—মক ওইনা কারতাল মখীং অনিতনি মহুদি—করতাল মপুম অমস্তুং করতাল মশেক।

**করতাল মপুম**—য়ৈরকপা খুদৌংগী করতাল অনিমক্কী মমায় উপশিন্নবা অমগা অমগা পুন্না থেংনহন্না' খীংলবদি মদুবু 'করতাল মপুম' কৌই।

**করতাল মশেক**—করতাল অনিমক মতাইগী শরাক্তা থেংননা খীংলবদি মদুবু 'করতাল মশেক' হায়না কৌই। মসিগী মখল অনি অমুক থোক্কলি মহুদি অখেংপী অমস্তুং অখংপী।

(ক) **অখেংপী**—লেঙদনা লৈবা ওবগী করতাল নাকচেত্তা য়েংকী করতাল মশেক্তা (মতাইনা) শরক হেদনা খেত্তুনতা অস্নুম মখোল থোকহনববু করতাল অখেংপী কৌই।

(খ) **অখংপী**—য়েংকী করতালনা ওয়গী মথক্তা খেত্তুনা লাক্লগা মতোন যৌরক্লবদা অনিনক খত্তুনা খীংমিন্নববু খঙনৈ। অসি-গুম্বা অখংপী অসিগী মমুংদস্তু 'অনীকপী' হায়বা অমা অমুক লৈম্মি।

**অনীকপী**—অখংগী করতালগী মওঙ অসিনা মতুংগী মওমশা মায়না করতাল অনিমক খ'নীক নীকমিন্নববু 'অনীকপী' হায়না কৌই। পালা পুম্মমক্কা মতম মায়না, চাং মায়না তৌরবদি মসিগী খোঙ্গোক য়ায়া পুংশিবা হেল্লি। 'চালি অনীকপী' হায়বা করতাল মরোল অমসু লৈ, মতুংদি মমিংতদা মায়বগুম উবনি, মখোং মান্নদে, রাজমেল মচুং চনবসু নত্তে, ফমহুনা তৌবা করতাল মরোলতগী রানি।

<u>রাজমেল করতাল খোং বা</u>—মখাদগী মথক্তা পুখংলকপদা করতালনা থক মিংকী মথক লানখংপা য়াদে। চীনবান মপাদা খুং থাজংহুনা করতালনা মিং মপা য়ৌনা লৈখংলকপদা ওকসু করতাল মচুংইন্না কে-না লৈগনি। অসিগুম্বা মতমদা খুংকী খুদাং অনিমক রাংবা মায়হনগনি, অনেম অমাং নাক্কহনবা য়াদে। অসুম্না খুংনা মথক্তা পুখংলকপদা নীংনা চিংথহুনা হকচাংঙ্গি থাদা নমথগনি অমসুং খুংনা থজাঙ মপা য়ৌবদা হকচাংসু নমথবা লোইহুনা অমুক তিংখংপা হৌরক্কনি। হকচাংনা তিংখংপা লোইবগা করতাল খত্তুনা 'কৃষ্ণ' হায়বা হেক লোইবগা মান্নহনগনি অমসুং খুদক্তা মখাদা খুং হায়রথিগনি। মসি তৌনদা অওয়া অরেম্বা মত্তৌ কায়হনবা য়াদে। অশেংবা চোলোম শাথেক্কা, করতাল মখোলনা চান্নহনগনি হায়বদি চোলোমদসু সুম ছন্দ চঙহনগনি। ঈশৈগী অর্থ অমাদি ছন্দ মতু ইন্না হস্তক তৌগনি, হস্তকপু চুম্নবদি মিংনা খুন্তা য়েংন্দবা লৈবনা ওকসু, কোকসু অংলমক চুম্নকই।

<u>**তম্বগী মওঙ**</u>—অহানবা চোলোম তাম্রিইদা জমখংলকপা অত্তাংশিংবু চোলোমগী অহানবা ফিংলেপত্তা লেপহল্লগা চুম্নতগী করতাল পায়বা অমদি খোংবা থোংনঙা ত্রঙ্গীবনা মপুং ওই। অহানবা করতাল মরোলদা 'চৌকায়-কুপ, চৌকায় কুপ' হায়বা খোঙ্গোক আস তা-ন-বা খোংবা হোংনহল্লি। মসিনা রাগমচাগী করতাল মখোনি, মসিবু 'নিতাই-গৌর' হায়বনি হায়না শরণি তৌনৈ। মখাদা 'রাধে-কৃষ্ণ' নত্রগা 'হরে কৃষ্ণ'

বাল্লবা তল্লী। খুৎ হাইথক্লনা খীংবনা 'হরে' নত্রগা 'রাধে', খুৎ থাং-গত্তুনা খীংবনা 'কৃষ্ণ' হায়বনি অসুম থাজনৈ। রাধে-কৃষ্ণ হায়বন-চিংবা মরোল অসি মেলগী কবতাল মরোলনি।

চোলোম ফিরেপ—খোঙগী খূনীং অনি মপা মাপ্পনা মরক্তা খূদোল অনি লাপ্পনা, খোঙদোন অনিনা মরক্তা লুৎ অমা লাপ্তহল্লা কাক্তোক্লহনা লৈগনি। হৃকচাংনা তেনজৈগুম চুপ্পা সমভঙ্গদা লেপকনি। মিংনা ইশাগী মাঙদা লম অমা মখায়রোম লাপ্পা হাপ্পদি নাত্তোন নাকচি অনিদা য়েংগনি অমসুং মিৎয়েং অসিদা মাধুর্য্যগী ভাব ফোংদোকনি। মওঙ অসি তাহনবদা থম্মোই হাইফেৎ পেথহনগনি। মতাং অসিদা মৃদঙ্গ-ব্যবস্থা-সঙ্গীত'না হায়বদি —"বাগ-মচৌবা হৌবনচিংবা অহৌবা পুম্নমক মিং পাঙবসু য়াদে, উইবসু য়াদে। মরমদি—ভজন তৌগদবা লাই অদুগী মূর্ত্তিবু গুকঘাং ফাওবা অদুগী মনুংদা নিরূপণ তৌগদবা ওই। ... ... ... থরো অণংবনা ঙ্খুমিং হেক তাবদা চন্দ্রদেববু ঙাইহনা হেক শাৎপসু শাংতনা চক্ষু শানা লৈবা অদুগী পান্দম ওইনা প্রথমা-বস্থাদ তৌগদবা ওই। মসিনা অদুম লোইবা ফাওবা তৌগদবা নত্তে। থা অদুনা খরা খরা রাংখৎলক্লগা শাৎলিবা থরো অদুসু মাগী মপা য়েৌরকপদা পুমশাং শাংতোকপগী প্রমাণগুম্না খরা খরা পাঙথোক্লকপা মিং অদুনা বড়সঞ্চায় হেক লোইবদা ঐগী হাম্নগী ফিবম ভাগনি।" অসিনচিংবা—

খুৎথম—মথক্তা হায়রিবা ফিরেপ অসিনা ওইগদবা খুৎকী মওঙদি-ইশাগী খোয়দোগী হেক মথক্তা লোংথোক্লিবা ওয়গী খুৎ মথক্তা য়েংকী খুৎনা উপশিন্না থমগনি। করতাল পায়রবদি, ওয়না পায়রিবা করতালনা খুংকী মমাঙদা মমায় উপথনা হাইথহনা লৈখিগনি অদুগা য়েংকী করতালনা ওয়গী খুৎ মথক্তা উপশিন্না তাহনগনি, ওয়গী খুৎচানা উপশিল্লিবা করতাল অদুগী মচেৎ খরা পায়গশিনগনি।

অসিগুম্বা ফিরেপ অসিনা শ্রীগৌরাঙ্গবু থম্মোইদা ধ্যান তৌবগী মওঙ তাহনগনি। ফিরেপ অসিনা পালাগী অমত্তা ওয়রবা ফিরেপনি। নট-পালাদা মরক্তা, মমৈদা অমদি অহৌবদা চুম্না লেপ্পা ভাবরবদি হায়-রিবা ফিরেপ অসিতবু শীজিন্নগনি।

**খোংথোঙ**—মথক্কী অসিনা পালাগী অহানবা ফিরেপনি। রাজ-মেল চোলোমগী মতমদদি খোঙ্ খোংখোঙ শাগনি। মসিগী মওঙদি —চোলোম হৌরবদা ওয়গী খোঙ ফুকপগা, মেংকী খুৎ থাংগৎপগা মায়গনি অমসুং থাংগাৎলুবা খোঙনা লৈতাবদা খুৎসু হাইথহনা মতম মায়না করতাল খীংগনি। অসুম্না ওয়গী খোঙ ফুকপদসু খুৎকী মওঙ অসিদি হান্নগী ফিবম অসিদগী হোংবা তৌরোই। খোঙ থাংগৎপনা অতোপ্পা খোঙগী খুবোম মপা ফাওবা রাংনা থাংগৎকনি। চোলোম তৌরকপা তারবদি খোঙ-থেংখোঙ শাগনি হায়বদি খোঙসি হান্নগী ফিবমদা লৈরগা খুকউ অনি ফাক্তোক্লগনি, চপতিনা হাইথরকপা খুৎকী খুজেংনা খুকউ মথক্তা ইনুং মুংঙাহনা থম্বা য়াবা মওঙ অদুবু হায়বনি, খুকউগী অয়াওবদি মশগী খুবাম অমা কস্তক লাপ্পগনি। অহুম ওই-নমক নীংজেন্না খাদা নমথদনা হুত্তাউ তাউহল্লবদি হায়রিবা ফিবম অসিগী অচুম্বা হায়বহু থক ওইহনদবা নত্তে। মসি তাহন্নবা হোংনবদা ফৈমায় মায়হনহ্রবদি (খুকউগা ফৈকগা য়াংবা মায়হনহ্রবদি) মসি ভাবা য়াদে। মরম অহুনা নীগী থবক্তি যায়মক মক ওই।

**রাজমেল চোলোমগী মওঙ**—মথক্তা হাযরিবা চোলোমগী মওঙশিং অসি অয়াম্বনা মেলগী মতমতদা তৌগদবা ওাকনি। থোং-খোঙ শাহুনা হুকচাং নমথবা অমদি অমুক তিংখৎপা অসিগুম্বা মওঙ অসি হুম্না হুম্না তৌগনি। মখাদা থাদকবা খুৎ অনিনা মথক্তা হেক পুখৎপা হৌরকপদা লৈতাবম্বা ওয়গী খোঙ থাংগৎপা তৌগনি অমসুং মত্তুগা লায়ননা হুকচাং মখাদা নমথবা তৌবক্কনি হায়বদি খুৎকা খোঙ-গনা থাংগৎলকপদা কেক্তুগী খুঙ ফাওবা হুকচাংদি মখাদা নমথরক্কনি। মসিবু ওজাশিংনা 'নীং-নম্বা' কৌই। খুৎনা মথক্তা হাইগৎলকপদা

নীংমা মথক্কী হক্চাংবু মখাদা চিংথরক্কনি। মওঙ অসুম্মা খুৎ-খোঙগা অমদি হকচাংগা অনিমক থক-খাদা কান্নন চৎনহনগনি। হান্না হান্ন-খিবা মৈফু উতোংদা মৈ হুম্বদা মৈচুম অনিগী কান্নন চৎনবা মতৌ অদুগুম্বনি।

অসুম্না, থাংগৎলিবা খুৎনা চীনবাস মপা স্নৌম্নকপদা করতালনা মিৎ মপা য়ৌনবা লেৎথৎলক্কনি। মতম অসিমক্কদা থাংগৎলুবা খোঙ অহ মখাদা অমুক হাইথবা হৌরক্কনি, মতুগা মতম চপ মান্ননা অতোপ্পা খোঙসু কোনশিননলম্বদগী তি থোকপা হৌরক্কনি অমসুং ওয়গী খোঙনা লৈপাক হেক তাবদ য়েৎকী খোঙ তি থোকপা লোইতুনা ফুকপা হৌবক্কনি। মথক্তা হাযখিবা ওয়গী খোঙনা মখাদা হেক পুথবা হৌরকপদা হান্নগুম মাঙতিংনা হকচাংসু অতুম্মক তপ্পা তপ্পা মথক্তা ইন-থৎলক্কুনা হান্নগী ফিবম ত্তাহল্লক্কনি।

য়েংগদবা অমদি, অসিগুম্বা চোলোম অসি তৌবদা মতম পুন্নমক্তা থা (থবাক) না মপুং ওইগনি হায়বদি থা-না চৎপা চৎপা মায়কৈদা হান্নগী ফিবমদি কায়দনা অতুম্মক চংকনি অতুগা ঙকথেক ঙকহাইদি খুৎকী মকুং ইনগনি। মেল থায়নদাইদদি তাল থুজিল্লকপা মতুংইন্না অচাকপা মৈতান নেৎপগুম খোঙ কুপ্পা-ফিংনা থাংগনি। মতম অসিদদি হকচাংগা খুৎকা থক-খাদা কাবন চৎনহন্না মওঙ অহু ওন্নদ্রবংা থাদে ল্লগনি, চুন্নগী খোংখোঙ শাবা ফিরেপতা ওইবা মওঙ অহুতদা নীং ফাহনা থন্নগা হুন্না হুন্না থাংগৎ থাংথ তৌবা যেৎ-ওয় অনিগী খোঙনা তাল থাতুনতা লৈগনি। মতম অসিদা খুংকী খুনীং অনিনা উচেক মশাগুম খপ্পুনা করতাল খীংগনি। করতাল অসিমকসু থুজিল্লকপা মতাং অসিদদি হান্নগী মওঙ অঃদা অতুম্মক কুংশিল্লকফম থোক্লবসু ওমদবদগী চুন্নগী তাল থাবতমক ওইনা মখোল থোকহন্দুনা লৈগনি। অসুম্না শকলিবা ঈশৈগী মতাংদসু অসি মওঙ—শকলিবা ঈশৈগী ময়েক মশোল অহু মতম অসিদদি হান্নগুম ন্নাহৈ খুদীংগী সুর ছুন্দ থমতুনা শকপা মতৌ অহু কান্নদনা অসুম চথরকপা ওমদে, অশুক্কী মতীক খুধে মহুদি—

সুর-ছন্দ করিস্থ য়াওদনা করিগুম্বা য়াইৗে মপুম অমত্তস্থ হায়দোক্পা ওন্নগী পাঙ্গল লৈয়রক্তে। মরম অতুদগী মতাং অসিদদি চুমগী অনেম-অরাং খোঙ্হোক অহুমতদা 'এ—আ' হায়না স্বর আলাপ তৌবগুম্বা চুমগী অরাংপা মেন্নবতা ওইনা অতুম্মক লৈগনি। অসিগুম্বা মওঙ অসিমু শান্না 'স্তোভ' লাউবা হায়ন কৌই (গৌড়ীয় বৈষ্ণবঅভিধান —৮৮৯)।

রাজমেল-চোলোমগী মরু ওইবা মশক্তি মসিনি। উংলিবা অসিনা 'চোলোম অচুম্বী'গী মওঙনি। অসি নত্তবা 'চোলোম অরৈবী' হায়বা অমস্থ লৈরি। মসিগা চোলোম অরৈবীগা খেন্নবা হায়বদু—মথাদা থাদথিবা খুৎ অসিনা ওয় নত্রগা য়েংতা থা (থবাক) না কে না লৈরক-পদা খুংস্থ মতুগী মকুংইন্না মথক্তা কারন পুখৎলকপা অহুগা খুৎ পুখৎপুবা হকচাং নাকনগী কৈ মপাদা অমুক থাদরক্পা, কাবন লাকুনা ওন্ন-তৈনবা মায়কৈদা অমুক পুখৎলকপা—মসিনা হন্না হন্না তৌগনি।

মসি ষ্টাইল খেন্নবতনি. মপুমদা করিস্থ খেন্নবা নত্তে।

লয়চং—রাজমেল চোলোমদা লয়চৎ অহুম শুই মহুদি, মেলহৌ (বিলম্বিত), অওনবা (মধ্য) অমসুং মেন-থা (দ্রুত)। অওনবী অসিবু মথাংশিনা মেলওন নত্রগা মেলরায়স্থ হায়নৈ। মখোয় খুদীংমক্কী লয়চৎ তাও অমুক লৈ। চোলোমগী মতমদা মসি কায়দনা পীজিন্নবস্থ অকুপ্পা মমিং মথানচিংবদি ওজাশিংনা থোইনা উংপিরমন্ত্রে। মরম অতুনা মতিক চাবা গুরুদগী তমহুনা খঙত্রবদি মহু খঙবদা য়ানা থোকপা মওঙ লৈ। অসিগুম্বা লয়চংশিং অসিগী মতেংনা রাজমেল চোলোমদা অতপ্পা, অঙ্গাইবা অমদি অরুম্বা অরেম্বা ফজত্রবা মতৌ অমা লৈ অহুগা মথং মথং অসুম হাইগৎলক্লা নোং ওংবগুম্বা অরুম্বা খোঙ্গেলনা তিন্দুনা মমৈদা মথুবা অফিংবা ইনিন্না অতকপা মতৌ ওইহল্লকই।

অসিগুম্বা রাজমেল চোলোম অসিবু ওজাশিংনা অওকপা, ফজবা, ঈশ্বরপা মগী লৈনবা ভাব ওইনা তেকশিন্না লুনা শন্নগি তৌনৈ।

প্রকৃতি—অচুম্বা অমস্তং অরৈবী চোলোম অসি নত্তুনা শা, উচেক-নচিংবগী মতৌ লৌদুনা 'শাজং' হায়না থগনবা, অঙ্গিনবগী শরুক য়াম্না য়াওবা রাজমেল চোলোমগুম্না কনবদি নত্তবা অদুমদি ওইবগা লায়গুম্বগী মতৌমকস্তু তাদবা অদুগুম্বা মখলগী চোলোম অমস্তু ওজাশিংনা শেম-দুনা হুক্রীকস্তু য়াম্না পাম্না চৎনরি। য়েংবদা মুংক্লাইগদবা, ফজগদবা, মখল কয়াগী শাজং শাথেরুচিবা তমদুনা মসিদা উৎপা য়াই। দুহায়বগী মশাগী হৈবা শিংবা, ফজবা মতৌ উংননবা তপ্পাদি শাজংচোলোম অসিদন। খ্বায়দগী হেন্নি। শামু শাজং, কাংও শাজং অসিনচিংবা মখল কয়া লৈ।

চোলোম মখল—নট চোলোম মখল অহুমনি মদুদি—মেল চোলোম, তানচপ চোলোম অমস্তু মেনকুপ চোলোম। মেল চোলোমগী মখলদা অমুক 'রাজমেল, মেনগোই মেলভঙ্গণা অমদি মেল ভাঙ্গা' —মখোয় অসিনা চোলোম কোপ্নবান অহুমা মেল তানচপ, তিনতাল মেল মেল মতেক অংগু বৈগা মেল—মখোয় অসিদি চোলোম লৈতে, ফম্নগা তৌবা করতাল মবোলতনি। থায়নদি চাবিতাল মেল' হায়বা অমস্তু ওজাশিংনা শীজিন্নবিরম্বা হুক্রীকস্তু থম্বা খম্বা উনরি। তানচপ অমস্তং মেনকুপ চোলোমদা হুক্রীক্তি অনৌ অনৌবা অলঙ্কার কয়াস্তু হাপকৎনকলে।

## মখং মখং চোলোম চাওখৎলকপগী মওও

করিগুম্বা ঈশৈ অমা তাল থাদুনা শক্লবদি, ঈশৈগী সুর ছন্দ অদুগী ঈথক-ইপোম মতুংইন্না কক্চাস্তু মশনা অদুম্মক লেঙলকই। মতৌ অসি ফমদুনা শকপা ঈশৈশক ফাওবদা ওইরকই। অতাবা মী ফাওবনা নাকল্লেংতা মশা হাইনা হুম্না, মথুংনা তাল থাদুনা মশাগী অপেনবা মতৌ ফোংদাকই। মওও অসিদা, কৌগস্নুনা শকপা পালানা ঈশৈগী তাল অমদি সুর ছন্দগী মতুংইন্না মশা লেঙবা ওৎপগা ঈরোল্লননা খোঙনা তাল থম্না পায়ারিবা কয়ক লনস্তু তাল চানা মখোল

থোক্কহন্দুনা অচম্বা মণ্ডপদা ঈশৈ শক্কুনা লাইগী থৌগললচিংবা অসুম তৌরম্মী। অসুম্না অহানবমক্তদি হুজ্জীক উরিবা পালা চোলোম অসি-মক ওইনা অহুম্মক লৈরকখিবা নত্তে। লাংলিবা লাইগী সেবা-পূজা মতমদা চুম্না শোনবা নাম সংকীর্ত্তনগী মণ্ডপদা লৈরম্বদগী গরীবনরাজ মহারাজগী মতমদা পালা লিংবা অমদি কোয়েৎ শলাই যেৎপা হৌরকখি (মণিপুর ইতিবৃত্ত by কাওমচা)। বংদেশ-পালানা গরীবনরাজ মহা-রাজগী মতমদা অহানবদা মথক্তা হাম্খিবগুম অচম্বা মণ্ডপগী চোলোম তৌরম্মী। মসিমকস্ত হান্নদগীদি যাম্না চাওখৎলকপা, মতম অহুগী মীনা য়োনা পান্নবা কুম্মৈ মখল অনদি ওইরমলিবনি।

অসুম্না মথং মথং হোংলকপা মত-গী যাওন মন্থুংইন্না ঈশৈগী সুর-ছন্দ, তাল-মন অমদি মহুগা লোযনবা হৌনবা হক্চাংগী শাথেক খোঙ-খুংকী থবক অমদি শীজিন্নবা যন্ত্রনচিংবগী মণ্ড মতৌ পুন্নমক্তা অহোংবা থরা শবা পুরক্কুনা শ্রীযুৎ ভগ্যচন্দ্র মহারাজ সনা হাক্কক্তা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌবগা লোযননা অনৌবা সংকীর্ত্তনগী শক্কম অমা নৌনা মশক উরম্খি। অদুনকপু মসিনকস্থ, অরিবস্ত নত্তবা, হুজ্জীক ঐখোয়না উনবিবা অনৌবা হায়না খঙনরিবা অসিগী শকলোনমকস্থ তান্নিবা অরি অনৌ হুন্নবা মশক অমদা সনা হাক্কক অহুদগীনা মজা-ইবুংঙো গম্ভীর সিংহ মহারাজগী মতম ফাওবদা লৈবম্মী। মথংদা শ্রীযুৎ নরসিংহ মহারাজগী সনা হাক্কক্তদি হান্নগী অনৌবা মণ্ড অসিদা ফিজেৎ লৈতেং অমদি চোলোম চালোমগী মায়কৈদা পূমনৌ নৌবা ঈনোৎ অমগা অমুক হাপচিন্দুনা হুজ্জীক 'নট পালা' হায়না খঙনরিবা ফজরবা মশক অসি থোকহনবীখি। (বিজয় পঞ্চালী, ঝুলন—১২৬)। মতম অসি-দগীদি মসি হান্নগী অরিবা মশক অহুদগী পূমতোপ তোপরে অমসুং মথংদা পাল্লকপা স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজ সনা হাক্কক্তা মরু ওইনা রসকী শৈশক্তা মপুং ফানা মরীক-চুম্না, অরাংপা মশক খঙদমথৈ অমুক থোমজিনবহুনা মতম পুন্নমক্তা, মণিপুরগী মফম খুদীংদা শ্রীহরি-সংকীর্ত্তনগী অচৌবা ঈহৌ অমনা অহিং সুংথিল অনিমক্তা ইনিলতা

মিলহনদুনা অমসুং মতুংগী মপান্না মতুংদা পান্নরকপা নিংথৌশিংনসু অঙজ অঙম্বা হাপচিন্দুনা অঙকপা নীংথিবনা তিল্লবা মসিগী মশক অসি ওই-হল্লকখি। ভক্তীক ঐখোয়না মমিং তাবদগী হেন্দুনা উবদি ফংনখিত্রবা 'চৌষষ্টি-রস' হায়বসু স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজনা পীনবীরম্বা চাউ-রবা অবদান অমনি। রস ৬৪ গী ঈশৈ শেমদুনা মদূবু মুমিৎ থূদীংগী রস ২ | ২ শক্তুনা মুমিং ৩২ নি চুপ্পা চুপ্পা ফাংনদুনা, অহেনবদা মনা পীদুনা অসুম্না অয়ৌবী থাক্তা পুখৎপিরম্বা মপান্না ঐখোয়না ঙসি ফাওবা কায়দুনা চাবা ঙমদবা লনগৈগুম পুং-ঈশৈগী অয়াংপা মশক খঙত্রিবসি ইনিংথৌ অসিগী বৈষ্ণব-ধর্ম্মদা পুক্নীং চেৎপা, অতুগী মথক্তা নিংথৌ মশামকসু অচৌবা কলাকার অমা ওইবা মরমদগী থোকখিবনি।

চোলোম মথল অনি—অশেংবা ঈশৈ অশেংবা জগোই অমদি অশেংবা চোলোম অসিনচিংবগী অশেংবা হায়বসু লেপ্পা তারবদি মতু খ্বায়দগী হেন্না ফজবা, খ্বায়দগী হেন্না মুংঙাইনবা ওইবা—ভাব-রস-নচিংবদা খ্বায়দগী হেন্না মপুং ফাবা অতুগুম্বা খ্বায়দগী হেনবা মশক অতুতনা ওই। অদূবু মথক্তা হায়খিবগুম্না অসিগুম্বা অশেংবা হায়বসি ফংনবা থিবা হোৎনবদা চহি কয়াগী সাধনাদি চঙই। হন্না হন্না হোৎনৈ, অনৌবা শকলোন উৎনৈ, মতম মতমগী সমাজনা মদূবু অনৌবা মথেল ওইনা অপুম্নক পান্নখি। অদূবু লেঙফদ্রবা হায়বা মশক অতুমদি থক ওইরকখিদে। মথংদি করি অহেনবা থক লৈত্রবরা, মতুদি কমদৌরগা থোক্কনি, অকনবা চাংয়েংনি, সাধনাগী ঙমখৈ কদাইদনো! মতুসু চন্দ্র-কীর্ত্তি সনা হাক্কন্বী রানি। থৌমু-নাউমু ওইনা কলাপ্রেমী অনীথক্তা মাগী মাগী সাধনাগী অয়ৌবী অমদি অয়োইবী মশক উৎনরকখি। লৈবাক-নিংথৌনা কলাকার অনিমক্কী সাধনাগী পোৎথোকশিং অদূবু লৌখৎপিদুনা শ্রীগোবিন্দগী চরণদা কৎপিখি। মতু ঙসি ফাওবদা মৈতৈ লৈবাক্তা অমর ওইনা লৈহৌবে। মতুং যুগ কয়াসু অমুম্নক লৈহৌরগনি।

শরোং খাইবম ওজা শোঙ্গুম্বনা 'চোলোম অচুম্বী' অমসুং হাউরোকখিবা ওজা শামুনা চোলোম অরৈবী হৌদোকখি। ( ওজা শেঙ্গুম্বনা হান্না চোলোম অচুম্বী পুথোক্লগা কোন্না ওজা শামুনা অরৈবী চোলোম পুথোক্খিবনি হায়না অহল্লম্মন্না তাকপি )। অতুম্না ওজা অনিমক্না পুথোক্লবীরম্বা রাজমেল-মেনবুংগী চোলোম মখল অনিমক শুসি কাওবদা অচুম্বা অপোংবা ওইনা, মশান মশা চাউনা লৈবাক অসিদা অতুম্বক পামনা চৎনরি। রাজমেল চোলোম অনিমক অসি কুপ্না য়েংলবদি মদুবু তোঙ্গানবা মশক্তি হায়রকবা য়াদে, অমত্তনি।

য়েংগদবা অমদি—অসিগুম্বা নট পালা চোলোম অসি তাণ্ডব জগোই ওইনা লৈরবস্থু মসিবু জগোইদি হায়নদে, চোলোম কৌনৈ। মরম অতুনা চোলোমদা জগোইমক্তি হাযবদি য়াদবা থেন্নবা থয়দি লৈ।

## গৌরচন্দ্রকা

মণিপুরী বৈষ্ণবশিংদি শ্রীনরোত্তম ঠাকুর মহাশয়গী পরিবারনি। মরম অসিনা লৈবাক অসিদা চৎনরিবা কীর্ত্তনগী মওং অসিসু নরোত্তমনা হৌদোকপিরম্বা সংকীর্ত্তনগী মওং অহুনি।

শ্রীমন্মহাপ্রভুনা থুপথিবা চহি ৫০ রোমগী মতুংদা শ্রীনরোত্তমদাস ঠাকুরগী পোকফম খেতুরীদা ( রাজসাহী জালাগী গড়েরহাট কৌবা পরগণাগী মনুং চনবা খুঙ্গং অমা ) অচৌবা সংকীর্ত্তন মহোৎসব অমা কৎখি। নরোত্তমদাস, গোবিন্দদাস, জ্ঞানদাস নয়নানন্দ, শ্রীনিবাস-আচার্য্য, রামচন্দ্র কবিরাজনচিংবা অকাওবা পদকর্ত্তাশিং য়াওখি। শ্রীরূপ গোস্বামী অমদি রামানন্দরায়গী নাটক-নচিংবদা গৌরচন্দ্রিকানা মাঙ থাম্বনা শ্রীগৌরাঙ্গদা হান্না চওজবা মতৌ তৌনরকপা লৈবাগী খেতুরীগী কীর্ত্তন মহোৎসব অসিদসু গৌরচন্দ্রিকানা মঙ্গলাচরণ ওইনখি। শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা কীর্ত্তন তৌদুনা অণ্ডকপা মওংদা শ্রীকৃষ্ণ-লীলাগী রস আস্বাদন তৌখিবা মওং অতু মাগী মমাঙদা অতৈ কনানসু হান্না তৌমখিবা

লৈঙে। মরম অদুনা ইবুংঙো মাগী অনুগত ওইনা মতুংগী গায়কশিংনা রস আস্বাদন তৌরমখি (গৌড়ীয়বৈষ্ণব-দর্শন)।

শ্রীকৃষ্ণগী লীলা মাধুরীবু ঈশৈ ওইনা লেংশিন্দুনা শরুগা মতুগী মপান্না ভক্তি-মুক্তি ফংগে তানবশিংগীদি ইস্থান হানবদা মশাগী থম্মোইবু শেংদোকফখনি। মরম অদুনা নামগী মূর্তি ওইবা, সংকীর্ত্তন হৌদোকপা অমদি রাধা-কৃষ্ণগী উজ্জ্বল রস পূরমক্কী প্রমাণ তৌনবম ওইবা অমদি, প্রেম ভক্তিগী ঈহৌকম ওইবা অদুগুম্বা শ্রীচৈতন্য প্রভুগী শ্রীমূর্তিবু মশাগী থম্মোইদা স্থাপন তৌদুনা, মশানা লিংখৎলম্বা কীর্ত্তনবু মশামক্তা শকপী শোনবীরনবা কৌজরগা সংকীর্ত্তন মরাম্বদা ভাজহন্দুনা ইবুংঙো মাগী থৌগল ওইনা লৈজরগা ভক্ত-গায়কশিংনা রসকী শৈশক মথং মথং শকলৈ। মরম অদুনা কীর্ত্তনগী অধিদেবতা ওইবা শ্রীগৌ-রাজগী নাম রাওদনা কীর্ত্তন তৌরবদি মদুবু কীর্ত্তন কৌদবগুম অচেৎপা থাজনবা লৈনখি। সনানা শাবা মূর্তিদগী প্রাণপ্রতিষ্ঠা তৌদনদি পূজা ফংপা রাদবগুম, গৌরচন্দ্রিকানা মথক্তায় হাপত্রবদি সংকীর্ত্তন ওইবা রাদে। মরম অদুনা সংকীর্ত্তনগী থরাযদি গৌরচন্দ্রিকানা ওইবনা ঐখোয়গী ওজাশিংনা করিগুম্বদা গৌরচন্দ্র শরুদবা রাওদে।

## শৈশক-ক্রম

চোলোমগা মরী লৈনবনা শৈশক ক্রমগী মরমদগী থরদং নৈনরি—মাগুর মরায়রদা পালা লেংদুনা ফমগা পঞ্চাঙ্গনা মণ্ডলী পূজাদা গুন-শিন্দুনা চপ মান্নবা থুরুম্লগা হৌগত্লুনা অহানবা ফিরেপ্তা ধ্যান তৌবগী মওঙ লৌদুনা লৈগনি। মাওব মপুনা জয়ধ্বনি লাউবা লোইফাত্রি-ঙৈদা পূংনা রাগ অচৌবা খৈরকপগা লোয়ননা পালানা করতাল থীং-গনি। জয়ধ্বনি হেক লাউবগা মোইবুংস্থু খোংগনি। মরক্তা ঈশৈ-হনখবা 'শ্রীকৃষ্ণ প্রীতি আনন্দে হরিবোল হরিবল' হায়না লাউরকপদা মন্নাজা 'হরে হরে' হায়না খুমগনি। অদুম্না রাগ হৌবা লোইরগা

ঈশৈ হনবনা 'সভা বন্দনা, গুরুবন্দনা' তৌরগা হৌথ্রিবা রাগ অহুগা চাননা 'গৌরচন্দ্র' অমা শক্কনি। মসিদা তিনতাল অচৌবা, মচা তাহুনা শক্কনি। চারিতাল নত্রগা ছাড়াদসু শক্কবা য়াওই. অদুবু মহুৎশুবত্ত্বু ওজাশিংনদি অচুম্বা ওইনা লৌখৎনদে।

মথংদা হুমিং অহুগী শৈশক তাহুবা শক্লগনি। পালা অনি অহুমনা মথং মথং শকপা তারবদি অকোমবগীশিংদি রাগ অচৌবা হৌররোই, অহৌবীশিংনা নত্রগা রাগ মচানা হৌগনি। অসুম্না রাগ লোইরবদা তিনতাল, মেল, তানচপ অমসুং মেনকূপ তাহুনা শক্কনি। মচা হায়বা অচৌবা হায়বা লৈতে, হায়রিবা মওঙ অসিদি সংকীর্ত্তন পুম্নমক্কা চপ মান্নগনি।

গৌরচন্দ্র শকপা লোইরগা ফমহুনা উপন্যস অত্তে শক্লগা হৌগ-স্তুনা পালা পুম্নমক য়েং ওইননা মণ্ডলীবু কোযগনি, মসিবু বেড়িঘাট হায়না কৌই। নবদ্বীপ পরিক্রমানি হায়না শরণি তৌনৈ। মতাং অমগা অমগা তাইনফম তাকপবু 'ঘাট' হায়বনি। অসুম্না য়েং ওইননা কোয়রকপদা মখোয় মখোয়গী খুংকোয় লোইশিন্নরবা পুংরৈবা ঈশৈ-হনবা অমসুং হুহাবনা মহৈ মহৈ খুরুম্নহুনা যন্ত্রগা যন্ত্রগসু শোরুহল্লন-গনি। মসিবু 'যন্ত্র মিলন' কৌই। পালা পুম্নমকসু মাগী মাগী খুং-কোয় লোইহুনা হান্নগী মফম য়ৌরকলবদা ফমহুনা ভাবনা শ্রীগৌরচন্দ্রবু পঞ্চাঙ্গনা খুরুমগনি। হৌগংলগা 'লক্ষ্মীঘাট' হেক্কুমক তারগনি। মসি রাজমেল হৌররুবগী পোৎচঙ অমনি। অমরোমদা রাজমেলগী রাগ গুম্বনি। মথংদা রাজমেল তারগনি। রাজমেল হৌগংলকপদা হায়বদি করতাল মপুম অহুমক খীংলমলগা হায়বদি যেৎ-ওয়দা খীংলুরগা য়েংতা অমুক হন্না খীংলম্নগা পালা পুম্নমক য়েং ওয়ইননা অমুক কোয়গনি। ওজাশিংনা খুংকোয় অসিবু 'বৃন্দাবন' পরিক্রমানি অসুম্না শরণি তৌনৈ। মথংদা রাজমেল ওল্লগে হায়রবদা 'সেতুঘাট' অমুক তাখিগনি। মথংদা কাটা হায়বা ঘাট অমসু অমুক য়ৈমগা থুজিল্লকুনা মেল থাগনি।

ময়ম অতুনা য়াজমেলদা ঘাট অহুম শুই। ফনাগুম্বনা কাটাঘাট য়াও-দবসু মেল থানবা য়াওই।

মথংদা 'তানচপ' তাগনি, মতুংদনা 'মেনকূপ' য়ৈগনি। মেন-কূপ য়ৈবা মতমদা পালা পূম্নমক ওয় ওইননা অমুক কোয়গনি। মতম অসিদা হুহারনা চিংহুনা পালা পূম্নমক ফজনা ক্নে-না চোলোম তৌগনি। হুহারগী তৌবা শুম্বা মতিক পুথোক্কদবা মতাং চাবা মতমদি মতাং অসিদনি। মসিদদি অত্তিনয়গী শরূক চঙবনা নীংথিবা জগোই ওইনা উৎনবা তাপ্পা ফংই। শকলিবা ঈশৈ অতুগী স্বর-ছন্দ অমদি রসকা চায়বা য়েংহুনা মতম অসিদা চোলোম তৌগনি। অসিগুম্বা চোলোম অসিদদি শাক্তং চোলোমনা মপূং ওইগনি।

মেনকূপ চোলোম লোইরগা থাহুনা পালা পূম্নমক ফমথয়গা পোখাবা ওইনা 'বৈঠা' শরূকনি। মসিদা যৈনীংবা তাল য়ৈহুনা করতাল মরোলগী ফজবা উৎপা মওং অমসু লৈ। খুাওদগী কোক ফাওবনা তৌবা য়াবা মওংগী ভঙ্গীদা খুৎনা অঙকপা করতাল মটৈ য়ৈগনি। বৈঠাগী মতাং অসিদা পালা পূম্নমক লেপখত্তুনা চোলোম তৌবা তার-বদি মতুগীদনক্রা অকরুনা লৌখত্তুনা থম্বা রূপ-লাবণি' অমদি 'মেল ভূষণা' হায়না খঙনবা তাল অনি অসিতনা তৌগনি। অনি অসি নত্তবা তাল অতৈদা হৌগৎকে হায়রবদ ঈশৈহনবা, হুহার, খোম্বাংবা অমসুং পুংয়ৈবা অনি—মতা অসিত্তনা হৌগত্তুনা তৌগনি। মসিমা থায়নগী নিয়মনি। ক্কজীক্তদি যূম্নুনা পায়রক্কপদগী নিয়ম অসি ক্কায়না চংমবসু য়াওবকলে। অহুম ওইনমক অসিগুম্বা অসিদি অকরুবা চোলোমগী মশক লৈতে, মথক্কী অনি অসিগীদি লেঙফদবা চো-লোম লৈ।

অসুম্না বৈঠাগী শরূক লোইরবদা হায়রবদি বৈঠাগী মতম অসিদা শকলিবা রস অহু পুমলোই লোইশিল্লগা পালা পূম্নমক হৌগত্তুনা 'ছয়গোসাক্রি' তায়গা মাওব মপুনসু বিজয়ধ্বনি লাউরগা সংকীর্ত্তন লোইশিনগনি।

## ফিজেৎ-লৈতেং

পালা পূন্নমক দ্বাদশ-তিলক তৌগনি, উরীক মগুণ শিগনি। মসি তৌদবা মীনা হরি সংকীর্ত্তন য়াওবগী অধিকার লৈতে। শূদ্র অমমা য়াওবা তাররা কাওবদা হায়রিবশিং অসিদি তৌদবা য়াদে।

ফিজেৎ—নাক-য়েঙা ফীরৈ অনি লাকশিন্দুনা কৈজোম শেৎকনি, নাটৈ লৈরগা ওয়দা ফীজিন তাহনগনি। মসিনা অকনবা চোং-লোম মতমদা হুকচাংগী অচেং অকোম নংহন্লে। মাগুদা শুজা থাদগনি—মসি পিরামিড মওঙদা ময়ায়না রাংখংলকপা মওঙনা থুপ্পা ফিচুপনি। খোয়লৌ মখাদা মচীন য়েপশিল্লগা থাদখিবদা মাগুদা মসিবু শামু মনাতোন ওইনা উবদগী 'শামু নাতান' মানবা হায়না চৎনথি। কৈজোম মথক্তা ইমফিমা খ্বাঙয়েৎ চেৎনা লাকশিনগনি, য়েৎতা ফীজিন তাহনগনি, থায়নদি নাক-য়েং অমিমক্তা ফীজিন তাহল্লম্মী। মসিগী মপাম্মা পালা অদুবু মশা য়াংহল্লি, অমরোমদা শেৎলিবা কৈজোম অদুমক্তু নাম্ব-গদবদগী কাহনা থম্মবা খ্বাঙলাক্কী থবক তৌই। কোক্তা কদম-মপান মানবা মওঙগী অচৌবা কোয়েৎ অমা য়েংকনি—মতোন্দা অমুবা মচুগী পেত্রক হায়বা খওনবা ফি মচা অমা থেংকনি। কবিগুন্না পূজা অমা তৌবদা কোক্কী শম উহনক্দে, মরম অতুনা কোয়েৎ থাকদে। দেশ দেশকী মাগী মাগী চৎনজবা কোয়েৎ মখল কয়া কয়া লৈনৈ, মসিবু শাজ্জনা কোক্কী লৈতেং হায়না মমিং থোল্লি। কদম মপান মওঙ অসি অহুম ওইনমক অককবা খোঙম খরাতগী ওইনা এখোয়না শীজিন্নে। মৈতৈ জাতিগী কোয়েৎতি শলাইমি। মসিসু মপুম, মতেক, ওয়না নম্বী, য়েংনা নম্বী হায়বনচিংবা মীগী মগুণ খেন্নবা মতুংইন্না খেন্নফম থোকপা মওঙনচিংবা লৈ। শলাই অসিসু ওজাশিংনা সংকীর্ত্তনদা অক্ষমক য়েৎমৈ, মচুগী অথম্মবা নিয়মসু লৈ। পালাগী কোয়েৎতি য়েৎলিবা মীগী মগুণ য়েংদুনা খেন্নবা য়াদে, নাম শোনবদা অচৌবা মচা থায়দে, পূন্নমক্কী মামবা অধিকার লৈ। মরম অদুনা নিংথৌমক্তসু মামনা য়েৎতবা য়াদে।

অসিগুম্বা পালা কিজেং অসি শ্রীযুৎ নয়সিংহ মহারাজনা হায়গী মণ্ডপগী অমুক নৌনা শেমদোকপিরকখি। তুজীক উরিবা কোজেং অসিমক্তি স্যার চূড়াচাঁদ সনা হাকুক্তা ওজা সাপম চাউবা সিংহ ছুহারনা শেমদোকপিয়বনি। অহানবগীদি মণ্ডপ অসিদগী তোপলম্মী। হায়গী মণ্ডপ অন্থুম্ স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ সমা হাকুক্তা অমুক শেমদোকখিবনি, মহুগী মমাঙদনা অমা অমুক ওইরম্মী।

ওজাশিংনা তাকপিরম্মী—নটকী কিজেং লৈতেংশিং অসি পুন্না মথল ৮ শুগদবনি, অদুবু 'অষ্টবেশ' কৌই হায়না। মসিদা কৈজোমগী মথাদা হুকচাং নপনা শেংপা ফি মচা অমগী মাস্থ য়াওরি, হুজীক্তি মহু অন্দয় উয়ারনা শিনখরে। থায়নদি খুদৈ মচা অমা শেংলম্মী।

হায়রিবা ফীজোন পুন্নমক অসি অতৌবা মচুগী লশিংকি ওাক্তা ওইগদবনি, মচু শীজিন্নবা য়াদে। ভগবানগী সেবা পুন্নাদা মৈতৈ লৈবাক্তা থক মচু শীজিন্নদে, অথোইবা সাত্ত্বিক ওইবা মতৌনা ভিনবদি অতৌবা মচুভনি।

**শীজিন্নবা যন্ত্র** নট চোংলোমদা মৈতৈ পুং অমদি করতাল মন্নী অশাংবা শীশিন্নবনা লোইরে। মথংদা করতালগী মরমদা খরদং নৈনরি মহুদি—

**করতাল—**

ত্রয়োদশ যব ব্যাসং বক্তু পিণ্ডং যবোন্মিতং
যবপঞ্চক গম্ভীরং মধ্যেচ যব সপ্তকং ॥ ৭৩৩
বিস্তৃতং বর্ত্তুলং নিম্নং যবত্রয়মিতং ততঃ।
পৃষ্ঠতো মধ্যদেশে চ শিবলিঙ্গ সমাকৃতিঃ ॥ ৭৩৪
মধ্যে গুঞ্জা সমচ্ছিদ্রং পট্টসূত্রাদি গুম্ফিতং।
অতাম্র-পৈষ্টিনির্দগ্ধ শুদ্ধ কাংস্য বিনির্ম্মিতং ॥ ৭৩৫
কাশ্মীরাদি সমুদ্ভূতং তালমাহুর্মনীষিণঃ।
সুনাদং দক্ষিণং তালং ততো হীনং চ বামকং ॥৭৩৬ কুঃ মঃ সং

ময়ায়দা যব ১৩ পাকপা, অথাবনা যব অমগী পান্দম ওইবা, মন্নায়দা যব ৫ লুথখিবা, মহুগী পাকপনা যব ৭ ওইবা, কোইরপ কোয়বা, মন্নুং লুথবা, মনমগী ময়ায়দা শিবলিঙ্গ মওঙ মানবা, মথাদনা যব ৩ পাকপা ময়ায়দা মরী লেংকম হোৎবা, মুগা লংনা মরী পানবা, হেন্না শীনবা মহীদা ল'ক্তুনা মথৌ শঙবা, অশেংবা শেঙ্গেংনা শাবা কাশ্মীরনচিংবা লৈবাক্তগী থোকপা—মসিবু পণ্ডিতশিংনা 'তাল' হায়না কৌনৈ। ম্নেৎ থংবনা মখোল ণুংশিবা হেল্লি, ওয়দা পায়বনা হুম্ব-গনি ॥ ৭৩৩—৭৩৬

ঐখোয়গী লৈবাক্তা পায়নরিবা নটকী করতাল অসি অহানবদদি পীক্লম্মী। করতাল নামনা পৌরা অমরোমতমক লুম্লম্মী। শেঙ্গেংনা হৈহুনা শাই, মন্নুংস্তু লুথবা হেলম্মী। মহুগী খোম্থোক মুংশিবা রাৎপদগী অপেনবা অপাম্বা খোম্থোক থিবদা মথং মথং অস্তুম মওঙ থৈথরকখি। অস্তুম্না পাক-চাউবা অস্তুম অস্তুম হেল্লকপদগী স্বার চূড়াচাঁদ মহারাজ সনা হাক্তকুদি মসিগী লূস্না চাউবা মওঙ অসি অমুক হেল্লকখি, স্বর্গীয় বোধচন্দ্র সিংহ মহারাজগী মতমদদি করতাল অনিমক্তা সেব ২॥০, ১' অস্তুম্না লুম্নরকখি। সংকীর্তন মখল থরদদি নট পলানা ঝালস্তু পায়-হুনা শীজিন্নৈ।

**করতাল শাবা**—মরু ওইনা হুজ্জীক্তি মীরোন্না খঙনহৌবা করতাল হৈবা মীদি লৈখিদ্রবা কাংজবম কোড়াতোম্বী সিংহনি। মাগী মথংদনা শাইখোম চাউবা, শেঙ্গম বিধুসিংহ অসিনচিংবনি। হুজ্জীক্তি বিধুগী ধারানালা নত্তুনা অতৈদি কনাস্তু করতাল হৈনখিদ্রে। মথক্তা উৎলিবা শাস্ত্রগী লক্ষণ অসিগা ঐখোয়গী অসিগা শেন্নবা খজীক লৈরবস্তু মহু ঐখোয়গী চৎনবীনা ওইখিবনি।

## চোলোমদা ৩।৩ চৎপী শাজং

তাল লযচং ৩।৩ শুবপ্তম চোলোমদস্ত অহুম অহুম চৎপী মশক অমা ওজাশিংনা তাকপিরম্মী মহুদি—মিংয়েং অহুম, ক্সিদুপ অহুম, স্তাব অহুম অমস্তুং হস্তক তাহুম অসিনচিংবা—

**মিংস্নেং অহুম**—মহৌশাগী ওইবা অচম্বা মিংস্নেং, হুম্নাউবা ইকাইখনা তিনবা শৃঙ্গারগী মুংশিবা মিংস্নেং, অমসুং বিরহ-বিচ্ছেদ-নচিংবা রসকী মতাংদা শীজিন্নবা অথোৎপা, তুথবা—করুণ ওইবা মিংস্নেং। অসি মতুবা রসদৃষ্টিগী অকুপ্পা মথল অতৈদি নট-পালা চোলোমদা য়াৎনা শীজিন্নৈ।

**ফিজুপ অহুম**—চোলোমদা মতম পুন্নমক্তা হুকচাং ফিজুপ ৩/৩ শুহনগনি। কমদুনা তৌবা করতাল মরোল কাওবদা হাযন্নিবা নিয়ম অসি ওাকনি। মরম অদুনা মসিসু চোলোমদা য়াম্নমক মরু ওই।

**ভাব অহুম**—মথক্কী মিংস্নেং অহুমগী ভাব অদুনি।

**হস্তক অহুম**—ছন্দনা হস্তক পোকচ, হস্তকনা রস পোকই। মরম অদুনা মথক্কী ভাব অহুমগী মাগী মাগী অচাবা য়েংহনা ঊশৈগী অর্থ ইন্না হস্তক তৌগনি।

**নট-চোলোমদা তালগী মচাং—একতাল**—মচা অচৌবা হায়না অনি লৈ। অচৌববু 'একতাল অবাওবা' হায়নৈ। মচানা মাত্রা ৪, অচৌবনা ৮ নি।

**দুইতাল**—মসিসু মচা অচৌবা অনিনি। রাজমেল চোলোমদা শীজিন্নবিবা দুইতালগী মিহুল নক্লগা মাত্রাদি ৮নি। অসিগুম্বা রাজমেল মাত্রা ৮ গী মশক অসিগী লেওনবা মশক খণ্ডনবা হায়দুনা ওজাশিংনা মসিবু অষ্টনাম, ষোলনাম হায়হনা হরিনাম হায়না খণ্ডনবা ষোলনাম ইরগা শব্দ অমমমবু মাত্রা অমমম ওইনা য়েক্লনা উৎপিন্নম্মী। **তিন-তাল**—মসিসু মচা অচৌবা অনিনি। মচানা মাত্রা ৭, অচৌবনা ৮নি।

**তত্ত্বগী মান্নকৈ হঁ**—ময়েক অসি মৈতৈগী 'অঙ্গি' হায়বা, পূন্নমক্কী হৌকম ওইবা অমত্তা ওায়বা ব্রহ্মাণ্ড পূন্নমক মত্তোন্দগী থোকথিবা— 'অতিংকোক গুরু' মক্কী মশক্তি থাজনবা, অদুগুম্বা ময়েক অদুগী মশক্তি। মসিবু বেদনা ব্রহ্ম, বৈষ্ণবশিংনা 'কৃষ্ণ' হায়না মমিং থোন্নৈ। অসি-গুম্বা অমত্তা ওায়বা মশক অসি অমরোমদা ব্রহ্মশক্তি নীংনবা প্রণবক্কী

অসুম্না ময়েকনি। শ্রুতিনা হায়—ন তৎসমশ্চাভ্যধিকশ্চ দৃশ্যতে—ব্রহ্মগা মান্নবদু লৈতে, মঙোন্দগী খোইগংখিবসু লৈতে। মরম অদুনা ব্রহ্মগা, মহাকপু খঙনহ্নবা প্রণব হায়বা মমিংগা অমত্তনি, তোঙান্নবা মত্তে হায়বসি শ্রুতিগী মাইকৈ অসিনা উৎলি। (গৌড়িয় বৈষ্ণব দর্শনদা লৌখৎপা শ্বেতাশ্বতর শ্রুতিগী বচন)।

নট-সংকীর্ত্তনগী অহানবা রাগ হোৌবা মতমদসু পালা পুন্নমক্না ওঁকার প্রণব উচ্চারণ তৌদুনা মশাবু শেংদোকই।

অসিগুম্বা অমত্তা ওায়বা 'অঙ্কি' ময়েক অসিদগী ঐখোয়গী সংকীর্ত্তনগী পোৎচঙ পুন্নমক লোইনা থোকখি অমসুং লোইশিল্লকপদসু শূপচিল্লক্নুনা অমুক মসিদা তিনশিল্লি। ওজাশিংনা ময়েক অসিবু সংকীর্ত্তনগী মূর্ত্তি নত্রগা খুদম ওইনা ধ্যান তৌনৈ। ময়েক অসিগী কিন্দুপ অহুমনি—মসিবু গুরু অহুম, মরোল অহুম—শ্রীকৃষ্ণগী ত্রিভঙ্গমূর্ত্তি, অমদি শ্রীধাম নবদ্বীপকী তিনপ্রভুনচিংবা মরী লৈনবশিংগী ৩।৩ গুবা মশক অহুগী প্রতীক (Symbol) নি হায়না শরণি তৌনৈ।

তালগী মায়কৈদা মসিনা 'একতাল'গী মশক্কি হায়বদি একতালসু অনি শুগ্রবা ব্রহ্মমক্কি মশকনি। দুইতাল, তিনতালনচিংবা তাল পুন্নমক্কী হোৌকম অমসুং লোইকমসু 'একতাল' অসিনি।

পবব্রহ্ম ভগবাননা লীলা শান্নগে খন্দুনা মশা মথত্তবু অনি থোকহনখি, ওয় থংবনা নুপীগী শক্তম লৌখি। রস অসি লৌদুনা একতাল-গা একতালদগী থোকখিবা দুইতালগা অনি অসিবু শ্রীকৃষ্ণ অমসুং ইবুংঙো মাগী ওয়থংবা হুকচাংদগী থোকখিবী, শক্তি অথোইবী শ্রীমতীরাধা অনিমক্কী যুগল রূপনি হায়না লৌনৈ। 'তিনতাল'না শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী উজ্জ্বলরসকী হৌফম ওইবা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী 'তিনবাঙ্গা'গী মশকনি হায়না ওজাশিংনা চেংনা থাজনৈ। অসিগুম্না ওজাশিংগী ভক্তি-মার্গদা অচেৎপা পুক্নীং থম্বগী মশক অমা 'মৃদঙ্গ-ব্যবস্থা-সংগীত' কৌবা লাইরিক্কগী শূপচিন্না লৌখৎলি। লাইরিক অসি থোকচোম ওজা মনাক্ত-

গীনি হায়রনা থারি (লাং ৫-৭)—সংকীর্ত্তন হৌগৎলকপদা পূংনা অহানবা অনত্তাবু ভ্রময় ছন্দনা য়ৈরক্কপদা পালা পূমমকী হৃকচাংদগী সিদ্ধদেহ নিরূপণ তৌগনি, মরমদি পঞ্চভূতকী হৃকচাংনা সংকীর্ত্তন সেবা চঙবা য়াদে। অহুনা পূল্লীংতনা মশা মশাগী সিদ্ধদেহ পুথোক্লগনি। মথংদা য়ৈরক্কপদা অনম্বা ২, ৩, ৪ দগীনা গুরুঘাট কাওবনা লৈন্নুংদা খোংবা নোং মখোনগুম য়ৈহুনা ( মেঘছন্দ ) সিদ্ধদেহবু য়াধা-কৃষ্ণগী সেবা চঙননবা আত্মনিবেদন তৌগনি। অসুম্না গুরুঘাট হেক য়ৌরক্কপদদি নুপীগী মশক ওইনা বৃন্দাবনগী য়াধাকৃষ্ণগী সেবা চঙলমবদগী অমুক নিপা ওইনা নীংহুনা শ্রীগৌরচন্দ্রগী সেবা চঙগনি। মথংদা খুরুম্নগা হৌগৎ-পদা ঝরবৃষ্টি ( নোংনুশিৎ ) ছন্দদা য়ৈগনি, মসিনা মন্দির মার্জ্জনগী ভাবনি। মথংদি পুং-ঈশৈ কোয়্যনা চংমিন্নরগনি। মসিদা ভ্রমর ছন্দনা য়ৈগনি—শ্রীগৌরাঙ্গশ্রী মূর্ত্তি শাগংপনি। মথং তারক্কপা সঞ্চার মরি-দগীনা বড়-সঞ্চার কাওবনা মূর্ত্তিগী কায়াং অমদি বর্ণন-চিংবা শাগৎ-লকপনি। মসিদনা ইন্দ্রবজ্রছন্দনা য়ৈগনি। মসিদি শ্রীগৌরচন্দ্রগী প্রার্থনানি। মথংদা শ্রীগৌরাঙ্গদা বেশভূষণ কংপা ওইনা 'কার্ত্তিক-সঞ্চার' য়ৈগনি। অসুম্না মূর্ত্তি শাগৎপা লোইরবদা শ্রীগৌরচন্দ্রবু য়েং ওইননা কোয়হুনা পালা পূম্নমক খুরুমগনি, মসিবু বেড়িঘাট কৌই।

শক্লিবা শৈক্কমনা চুম্নগী রস শকপা নত্রবদি হায়বদি শ্রাদ্ধ সম্বৎসর-নচিংবা শক্লবদি লোইশিল্লক্কপা মতাংদা শিত্রবা জীবগী সিদ্ধমঞ্জরীবু বৈষ্ণবশিংগী চঙক্কম ওইবা অথোইবা সখিশিংদা শিন্নবা ওইনা ছয়-গোসাঞি শক্কনি অহুগা মথংদনা পূমলোই লোইবদা 'জয়-ভাই চৈতন্য-নিত্যাই' শকুনা জীব অদুবু গুরুরূপা সখিগী মশক ওইবা নিত্যাই-গৌর অনিগী কংঙমত্রবা প্রেমালিঙ্গন ফংজহুনা মুক্তি ফংগ্রবা ওইনা নীংহুনা লোইশিনগনি অমসুং সংকীর্ত্তনস্থলীগী পবিত্র ওইরবা উফুল অম্ব লৌহুনা কোক্তা হাপ্লগা খুরুমগনি। অসুম্না 'জয় ভাই' শকপা মতম অসিদা য়ৈরিবা 'একতাল' অসিবু ওজাশিংনা অহানবা হৌথিবা ব্রহ্মাগী মশক অহুমক্লি, ব্রহ্মাদা অমুক ভিল্লবনি অসুম্না শরণি তৌনৈ।

মশক্তা চাউরাকপা মওও খল্লদুনা উচ্চারণবা অসুম্বা সংকীর্ত্তনগী মপাল্লা য়াওরিবা যন্ত্রশিং, মথোয় মথোয়গী খোল্লোক অমসুং মরোল পূন্নমক—পাল্লাগী শিক্লেং লৈতেং, চোলোম, হস্তক, মিংলেং, সংকীর্ত্তনদা শক্ষ্‌ক য়াম্লিবা পুংলৈবা—উশৈহনবা, হুহাৎনচিংবা পালা অমদি ভাবক শুচিকা মাওঙ মপুনচিংবা পূন্নমক্কীসু আধ্যাত্মিক-কী ওইবা রূপওবা তত্ত্বগী মায়-কৈবা খংদণি ত্তৌনৈ। অসুম্বা সংকীর্ত্তনগী মনুংচল্লিবা খোঁওঙ পূন্নমক অমসুম অর্থ য়াওদনা লেম্বা পাক্কথোকপা লৈতে। খুদীংমক্কী অম অকবা ভাব-রস অমা নত্রগা অনি অহুম ফাওবা শুনা লৈনবা ওাক্কগী মশক্কি। মতু পূন্নমক ঐখোয়গী থেম্লবা বুদ্ধিনদি সামলুক্ন ফংলোই-দৌবা মওঙ লৈবদগী হিক্কুংনা খুং থারুদ্রে।

অসিগুম্বা সংকীর্ত্তন অসিবু 'নাম-মহাযজ্ঞনি' হায়রুনা মণিপুরী বৈষ্ণবশি না পোকপদগী হৌনা দশবিধ-সংস্কারদা, শিবা নাবদা অমদি উৎসব মেলানচিংবা পূন্নমক্তা সংকীর্ত্তন অসিবু থক থাদোকনবা লৈতে। অসিগুম্বা সংকীর্ত্তন অসিগী মপাল্লা অথোইবা ভক্তি মুক্তি ফংনবা সাধন পূন্নমক্কগী খায়দগী হেন্না লায়বা অহুগুম্বা অথোইবা পাম্বৈনি হায়না লাংগুৎশিংনা চে'না থাজনৈ। ইতি—

[ পুথোকপা :—শ্রীথাংজম চাউবা সিংহ অমসুং
শ্রীমাইবম ইবোহল সিংহনচিংবা
শ্রী৺গোবিন্দজীউ পালালোয়শঙগী ওজা
হুহারশিং ]

—শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা

## সংকীর্ত্তনগী-পুং

( ওক্টোবর ২৭ অয়ুক )

পুংগী হৌরককুম—লৈশেমচৎপগী হৌনা পুং ময়মগি লৈরক-লে। চহি কয়া অমবগে হায়বদি কনানসু হায়বা ঙমলোই। ত্রিপুর হোৎবা হিংজাবরু মহাদেবনা হাৎলবরা লাইশ্রামনা হুয়াউহনা জগোই পঙশান শানখি। শাম্বিবা জগোইদা তাল মাওদবা উৎনা ব্রহ্মানা লৈ-পাক্না পুং অমা শাজনা গণেশতা পীহনা য়ৈহল্লি। অম্মুদগী তাল চানা জগোই শানখি। অহনদি ব্রহ্মাগী হাক্তক্তগী পুং লৈরকলে। সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, কলি—যুগ মরোল কয়াদগী লৈরকপনা মনু ২৮ শুবগী কলিযুগতা পাপী-পাষণ্ডী দমন তৌনবগীদমক ভগবাননা মথং পীহনা সঙ্কর্ষণনা অদ্বৈত ওইনা শায়োন্দুনা শান্তিপুরদা লৈখি। অহল ওইরকলবা মাওবদা ভগবাননা অবতার তৌরক্ত্রবদা তুলসী মঞ্জরী অমদি গঙ্গাজলতনা পোৎচঙ ওইনহনা হুঙ্কারনা আবাহন তৌখি। মতম অহুদা মাথুরগী রস চিংশিন্দুনা মবুংঙো কায়নবগী মাহনা লৈহৌ-রবী শ্রীমতী রাধিকাগী দশমী-দশাগী ভাবপু নীংশিংলুবদা প্রেম ঈহৌ-রকই। মহুদগী তারকপা পিনা গঙ্গা মপানগী লৈবাক পূমচোৎ চোৎ-লক্লে। অচোৎপা লৈপাক্ক অহনা পুং (মৃদঙ্গ) শাহনা পুং-যৈরগা ভগবানগী শ্রীমূর্ত্তি শাগংখি। মহুদগী রাধা কৃষ্ণ অনিনা অমত্তা ওইনা পুন্দুনা তিনবাঙ্গা থুংননবগীদমক শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা অবতার তৌবীখি। লৈপাক্না শামস্থগী মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না মৃদঙ্গ হায়বা অসি উনা শাররকলিবনি। অমসুং মৈতৈ লৈবাক্তা ঙসিদি পুং হায়না খঙনরিবা অসিনি। মাফম অসিনা মণিপুরগী সংকীর্ত্তনগী পুং তৌবা ওজাশিংগী লোয়া ভুপা থমজবা পুংগী তত্ত্বনি।

মৈতৈ লৈবাক্তসু পুং অসি নীংশিংবা থোক্ত্রবা মতমদগী লৈরক্লে। লৈনরক-লৈপারোল অমসুং পুরিল-পুয়াশিংদা পুংগী মা ইরি। লৈথারোল

কুম্বাকদা খোইরোই তোম্পোক নিংথৌনা ওসি ওইরিবা পুংগী মওঙ অসি পুথোক্লম্মী। চকপা-তিংশাংলোনগী মতুংইন্না ইহান হানবা জগোই ঈশৈনচিংবদা শীজিন্নবা পুং অসি চকপা তিংশাংনা তিংখি। মসি ১৫৯ অহুম্রাইদনি। মতৌ অসুম্না মমায় অনি শুনা তিংবা পুং অসি হৌখি। লৈয়োল পুরাণগী মত মতুংইন্না রাংলেন নহা-পুং-তিংবনা পুং তিংবা হৌদোকখি।

**পুংগী মখল মওঙ**—রাইবুং, তানয়েপুং, খোং, লাংদেবুং, খুনবুং হরাউ জগোই ঈশৈদা য়েনবা পুং, পাউজেন-পুং হায়না মখল রাম্মী, মওঙশু মাম্নদে। হৌজীক কাওবদা মতম কুইনদগী লৈরকলবা অদ্রোগী খুনবুং অসিনচিংনা প্রমাণনি। ক্যাম্বা নিংথৌগী মতমদা বিষ্ণু লাংপা হৌহনা কীর্তন আরতি কংপা হৌখি। মতম অসিদগী অওনবা মওঙ অমা হৌখি। হৌজীক্কী ওইরিবা মওঙ অসিদি নত্তে। গরীবনরাজ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা রামজী প্রভু লাংপা হৌখি। সেবাগীদমক পুং ঈশৈ চোংলোমগী খরা হেন্না কজবা মপুং ফাবা মওঙদা হৌদোকখি।

খৃঃ ১৭৫৯—১৭৯৮ গী মতংদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী সনা হাক্তক্তা শ্রীগোবিন্দজীগী কৃপানা মূর্তিদর্শন পীবিহনা শ্রীমূর্তি নিরূপণ তৌখি, মতুদগী ৫ নি চুপ্পা রাস কংখি।

সংকীর্তন মহাযজ্ঞগী মপুংফাবা, ইবুংঙো ইবেম্মগী ভাব-ভক্তি-রসনা থল্লবা শ্রীমূর্তি লিংখৎপিরমহনা মণিপুরগী ভক্ত-বৈষ্ণবশিংনা থরায়দগী হেন্না লুনা লৌহনা অন্নান্বা খুবম তান্নরি; রাস অসিদা শ্রীগোবিন্দজীগী কৃপানা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী থম্মোইদা ওানবীহনা সংকী-র্তনগী অয়োবী থাক্-কী 'রাগ অচৌবন'চিংবা মখল করা, পুংলোন কয়া জগোই কয়া কয়াগা লোয়ননা, রস কয়া কয়াগী হৌফম ওইবা কল্প-বৃক্ষ অসি থাবিরম্মী। অসুম্না মথং মথং গম্ভীরসিংহ মহারাজ, নর-সিংহ মহারাজ, চন্দ্রকীর্তি মহারাজ, চূড়াচাঁদ সিংহ মহারাজ, বোধচন্দ্র মহারাজ সনা হাক্তক কাওবদ সংকীর্তনগী মণ্ডপ রাংতলা, শ্রীগো-

মন্দগী কাল ৮ গী পূজা, নিত্তি সেবা কংলকখি। হন্দকসু শ্রীযুৎ ওকেন্দ্রজিৎ মহারাজনা সভাপতিগী আসনদা লেপ্তশিন্দুনা তাং ১১।৮। ৭১ ইং অমসুং ১৫।৯।৭১ ইংদা শ্রীগোবিন্দজীগী অগ্রদা শ্রীগোবিন্দজী পালা লোয়শগুগী অমসুং মণিপুরগী পূং-ঈশৈ-চোলোমগী ওজা-গুরুশিংগী অপুনবা অচৌবা সভা অমা শ্রীযুৎকী সনা য়াথং মতুংইন্না কমচুনা সংকীর্ত্তনগী মরমদা পরম্পরাদগী লৈয়রকবা রস-তত্ত্ব করাবু স্মরণ তৌজদুনা তাল মাত্রা করাবু নৈনদুনা, গুরুজনশিংগী অনুগা ওইজদুনা, শ্রীগোবিন্দজীগী চরণদা প্রেমগা লোয়ননা ভক্তি কৎখি।

শ্রীমৎ কীর্ত্তন মঙ্গলালয় মহামাধুর্য্যাবারাংনিধে
শশ্বদ্ভক্তিরসপ্রদ প্রবিলসং শ্রীপ্রেম হেমাচল।
সর্ব্বানর্থ নিবর্ত্তক প্রিয়তমো লীলাবিলাসাস্পদ
শ্রীমৎ গৌরহরে প্রসীদ জগতাং ভক্তৈকনাথ প্রভো ॥১।১।
বন্দে শ্রীমদ্ গুরুন্ কৃষ্ণং শ্রীযুক্তাধ্যাপক প্রভূন্।
ভূয়ঃ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যং সাঙ্গোপাঙ্গং সপার্ষদং।
নত্বা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যং সর্ব্ব মঙ্গল মঙ্গলং—।
গায়কানাং প্রমোদায় ব্রুবে সংগীতামৃতকং ১।২।

শ্রীমৎ সংকীর্ত্তনগী মঙ্গল ওইবা অমসুং সংকীর্ত্তনগী মশক ওইবা, মঙ্গলগী তুংনকম ওইবা, পুক্নীং হুবগী সমুদ্র ওইবা, অতৎপা লৈত্তনা ভক্তিরস পীবিরিবা মতাম্না তিল্লবা প্রেমনা সনাগী চীংগী মশক ওইবা, অয়াম্বা কায়দববু ককথংপিবা, জীব পুম্নমকপু চানবীবা, লীলা-বিলাসকী বিষয় ওইবা, ভক্তগী অয়েপ্পা মকম ওইবা, জগৎ খিবীকী মপু ওইবা হে গৌরহরে—কৃপা পীনবীয়ু।

শ্রী-ন তিল্লবা শ্রীকৃষ্ণবু, গুরুবর্গবু, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু, শ্রীনিত্যানন্দবু শ্রীঅদ্বৈতবু, শ্রীগদাধরবু শ্রীবাসনচিংবা পুম্নমকপু খুকমজে। অসিনা মরম ওইদুনা গায়কখিবীকী হুংঙাইনবগীদমক সঙ্গীত হায়বা রস অমৃত অসিযু হায়জরক্রে।

কলিদা সংকীর্ত্তনদা অথোইবনি হায়বসি অয়েপা ওইনা বেদ শাস্ত্রদা হায়রি। শ্রীভগবানদি নাম অমনি। সংকীর্ত্তনগী পূজ্য শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদি, অমসুং ভগবাননি।

**রাগ হৌবগী মরম**—মণিপুরী সংকীর্ত্তনগী মতুংদা 'রাগ অচৌবা' হায়বা অসি খায়দগী হেন্না লুবা অমনি। রাগ অসি হৌবদা অকায় অতোই হায়বদি 'ভঙ্গ' হেক ওইবদা তাব্রিবা ভাবক, য়েব্রিবা বাদক, কলাকায় অমদি কর্ম্মকর্ত্তা অহুমদা অমাঙবা ফত্তবা দোষ নত্তনা অফবা ওইদে। রাগ অসিগী মমিং 'নটরাগ' কৌই। রাগ অসি শ্রীগৌরাঙ্গগী মূর্ত্তি সম্পূর্ণ ওইবা অমদি লিপ্তি লীলাগী শক্তম অসিবু মপুং-ফাবা ওইবদগী অমসুং রাগ পুম্নমক্কী মরুনি হায়রগুনা 'মূলরাগ' হায়নসু কৌই। মতুংগী রসদা কলিদা সংকীর্ত্তনগী মতুংদা তালগী রস, অভিনয়গী রস, পুংলোনগী রস, অমসুং ঈশৈগী রস অসুম্না মাগী মাগী রস তোঙান তোঙান্না অমুক থায়দোকলি।

**তালতত্ত্ব**—বোলনাম—নাম ১৬ না স্বর ১৬, স্বর ১৬ না মিহুন ১৬ হায়রবদি মিহুন ( মাত্রা ) ১৬ কী একতালনা অথোইবা তাল ওই। একতালনা 'একমেব অদ্বিতীয়ম্ ব্রহ্ম' অমত্তা ওইবা অনিশুদবা ঈশ্বর ( ব্রহ্ম ) নি। ঈশ্বরনা জগৎ-লীলা সৃষ্টি তৌরকপদা অমত্তা ওইবা ব্রহ্মদগী, পুরুষ অমসুং প্রকৃতি অনি থোকপগুম সংকীর্ত্তন বর্ণন তৌরকপদা লীলা শায়নবগীদমক্তা অনিশুবা তাল—'দুইতাল' থোরকই। প্রকৃতিদগী মশা ওইবা সত্ত্ব রজ তম—গুণ অহুম চোংথোরকুনা সংসার শেম্বগুম তাল পুম্নমক পোকপা য়াননবগীদমক্তা 'তিনতাল' পোরকলে। রাগ অচৌবা হায়বা অসি শ্রীগোবিন্দনা মনাই ভাগ্যচন্দ্র মহারাজদা স্বপ্নাবস্থাদা তাকপীরম্মী। প্রথম অহুমগী পুংগী ওস্তাশিংনা—১। প্রেমানন্দ, ২। স্বরূপানন্দ, ৩। লাংলেনহনবা, ৪। কীস্নারূপা ৫। কীস্নারাধা, হায়রিবা ওস্তাশিং অসিগা তান্নরুনা কোঙজোকথি হায়না গুরুশিংনা তাকপিরম্মী।

পূংগী মরম ( তত্বগী স্বরূপ )—পূং মনাউ মচা ৬ না ছয়-গোসাঞী ৬ নি। মরুগী মচা ৮ না অষ্টসখীগী মশক ওইনা থোগল্লি। মনাউগী বেড়ী মনুংদা খুমলিবা অথাবা শউন অসিমা নরোত্তম অথোইবনি। পূংগী পূংলী অসিনা সখি ৬৪ পা মশল্লি। গাব হায়বা অসিনা ইবুংঙোগী মিৎনহাগী মশল্লি। কাটাবেড়ী হায়বসি ইবুংঙোগী মিৎপাল্লি। থাংনরিবা পূংলী অসিনা অনন্তদেবগী মশকনি। মরুগী খুদোপনা মহাদেবনি। মনাউগী খুদোপনা ব্রহ্মানি। পূং য়োমলিবা অসিনা ক্লিজেৎ লৈতে' ওইরিবনি। মনুংগী অমুবা মচুদি, অমুবা কুচুবু লোৎলিবনি। মপান্দা অঙাঙবা ওইবনা রাধাগী কুচু ওইবনি। মনুংদা হোরিবা অসিনা জগৎ শেন্দ্রগী মওঙনি। থোক্লিবা খোন্থোক অসিনা থরায় মঙাগী মশল্লি। মরুনা বৃন্দাবন, মনাউনা নবদ্বীপা - মরুনা (ক্লীঁ), মনাউনা ( শ্লৌঁ ) মনুংদা লৈবা হুঙ্কার –( গঁই, অঁ, রঁ, গৌঁ, সঁ, লঁ, নীঁ ) অসিনি।

পূং পূজা তৌবদা শোনগদবা মন্ত্র —গৌঁ নঁ ছঁ অসিনি। পূংমক অসিনা তিল্লগা শ্রীগৌরাঙ্গগী মূর্ত্তিনি। সংকীর্ত্তনগী মশল্লি। কালদা সংকীর্ত্তনগী জীবন্যাস হায়বদি পূংগী জীবন্যাস মন্ত্র তৌরবদি হরিনাম প্রেমনা সংকীর্ত্তন তৌবা য়ারে। পৃথিবীগী লৈমায় কয়াদা তারিবা নোংগী ঈশিংনা তুরেল ওইনা চেন্থখিদুনা পাক চাউরবা সমুদ্রদা অমুক তিনাখিবগুম, পৃথিবী পূংমক্তগী স্বর্গগী মশক ওইবা মণিনা থল্লবা, ভক্তিগী হৌকম ওইবা প্রেমগী তুংনকম ওইবা, রসতনা থল্লবা মণিপুর সনা লৈবাক্তা শ্রীশ্রীগোবিন্দনা ঙান্থোইরি। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌরেন —হরিভক্তিতনা থল্লবা, হরিনাম প্রেমতনা সংকীর্ত্তনবু মপূং ফাহনবীখিবা নিংথৌরেন য়াইফরেন-য়াইফববু হন্না হন্না খুরুমজরি।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদা ইক্লনা থম্বীরম্বা থুংই —লাইরিক 'মৃদঙ্গ-নির্ণয়'দা য়াওরিবা রাগগী মতাংদগী থরদং লৌখৎচৈ—লাইরিক অসিদা 'নরোত্তম লিখিতং' হায়না থারি। শ্রীনরোত্তম ঠাকুরগী শায়োল্লি হায়না থাজনরবা বৈষ্ণব ওঙ্গাশিংনা 'নরোত্তম' হায়না রাজর্ষিগী

ঙ্গিংদা কৎশিনবয়া থাজনৈ। লাইরিক অসিগী শিন্দোকপা কপি কয়া কয়া পুংগী ওজাশিংনা চেৎনা কোয়গ্নি।

মৃদঙ্গধ্বনি নির্ণয়ঃ—

তাং শব্দোইপি ভবেৎ কৃষ্ণ গিন শব্দে রাধিকাবরা॥

তেক্ শব্দেন জয়াদ্বৈতং ধ্যায়তি বৈষ্ণবা সদা॥

'তাং' হায়বা খোঙ্খোক অসিনা লেপ্পমক কৃষ্ণ ওই। গিন হায়বা খোঙ্খোক অসিনা অথোইবী রাধিকানি।

'বিরল-বৈষ্ণবা' মতে—

তকতা তাং—ত্রিশব্দেচৈব ত্রিবাঙ্কামপি বোধয়েৎ॥

তক তা তাং—খোঙ্খোক অহুম অসি ত্রিবাঙ্কানি হায়না খঙগনি। মসিনা 'বিরল-বৈষ্ণব'কী মতনি।

বেদজ্ঞমতে—

তক শব্দো ভবেৎ বিষ্ণুঃ। তা শব্দো ব্রহ্মাব্দাপিমং॥

তাং শব্দো শঙ্করশ্চৈব ত্রিবিধা কথ্যতে ময়া॥

'তক' হায়বা খোঙ্খোক অসিনা বিষ্ণুনি হায়রি, 'তা' হায়বা খোঙ্খোক অসিনা ব্রহ্মানি হায়রি, 'তাং' হায়বা খোঙ্খোক অসিনা মহেশ্বরনি হায়রি। শম্না হায়রবদা 'তক তা তাং' হায়বা শব্দ অহুম অসিগী তত্ত্ব—ব্রহ্মা বিষ্ণু, মহেশ্বরনি হায়রবতনি। মসিনা বেদ খঙবশিংগী মতনি।

কাব্য প্রকাশিকা মতে—'তক' মথুরা, তা' দ্বারিকা চৈব 'তাং' বৃন্দাবন ত্রিধামত। তং শব্দ সত্ত্ব গুণং বা প্রোক্তং। তা চৈব রজগুণ স্মৃতা। তাং তমগুণ জাতা। শ্রুতা ত্রিভুবন ধ্বনি।

তক, তা, তাং—অহুম অসিমক মথুরা, দ্বারিকা, বৃন্দাবন হায়বা মত অমদি সত্ত্ব, রজ, তমগুণ অহুমবু খঙনগনি। ধ্বনি অসি ময়োল অহুমদা তাগ্রবনি হায়বদি চৎনগ্রবনি। মসিনা 'কাব্যপ্রকাশিকা' হায়বা

ল ।ঃ।ঃকী মতনি।

মৈ-ঈশিং দ্রুংশিং, লৈপাক অমসুং অতিংঙা পঞ্চভুত মঙামক্কা তিল্লবা, অঙাঙববু অঙৌবনা য়োল্লবা কজবা পুম্মমক্কা তিন্দুনা লৈতেং

ওইরবা শ্রীগৌরাঙ্গগী মূর্ত্তিবু ভাবতনা শাগৎলিবনি খঙনগনি। অসিগুম্বা রাগ অসিগী মমিংবু 'নটরাগ' কৌই।

রাগ অচৌবা ( পূংলোন অমস্থং ভাব )

( অথ নটরাগ নির্ণয় )—'তেন তৈন তা তঃ তাং'

ইতি শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ দুই ভাই, ইতি ত্রিবারঃ।

অহানবদা অসুম্না অহুমলক য়েংগনি। মথংদা রাধাকৃষ্ণগী মরোল ( প্রথম বাজনং গ্রে গ্রে দে খেদ )। মতুংদা—

গির গ্র ধে ধে তা তৈন তা তঃ তাং—ইতি গোবিন্দং। ইতি নাম যোলনাম। শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ রাধাকৃষ্ণ, শ্রীগোবিন্দ ইহ সংকীর্ত্তন স্থানে ত্বং আগচ্ছ ত্বং আগচ্ছ ॥ আবাহনমিতি। অসুম্না আবাহন তৌগনি।

যোল নাম—হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।

গির গ্র গিন তঃ গিন—

তৈন তৈন তৈন তৈন তৈন তৈন—ইতি অসিনচিংবা

মথক্কী অসি নাম প্রচারনি। মতাং অসিদা ঈশৈ শক্পনা 'শ্রীকৃষ্ণ প্রীতি আনন্দে বল হরিবোল হরিবোল' হায়না লাউগনি। দোহার পালানা চিংবনা 'হরে' হায়না খুমগনি।

মথংদা অষ্টনাম—হরে রাম হরে রাম।

তৈন তৈন তৈন তৈন তৈন তৈন

তঃ তেন তাং তঃ খিং খর খর—

মতাং অসি য়োরবদা ডাকিনী, যোগিনী ভুত, প্রেতনচিংবা পাপী পাষণ্ড পুম্নমকপু নোইহৎলি হায়বা ভাব ফোংদোকপনি। বর্ণন তৌরক-পদা ( আশা ) ভক্তি প্রেমতম্বু কচ্চচুনা ঈশ্বরগী মূর্ত্তিবু বর্ণন তৌজবনি। শ্রীচরণ শ্রীমূর্ত্তিবু লিংখৎচবদা শ্রীচরণদগী কটি ( খাঙ ) য়োরে।

**যথা- ছয়নাম'**—রাম রাম হরে হরে।
থিং তা তঃ থিং তা তঃ॥

হরিনামতনা মূর্ত্তি লিংখৎচবদা কটিদগী শ্রীকণ্ঠ য়োরকলে।

**একনাম**—'হরে'—

ধ্র ধ্র তেন তঃ তেন তঃ তেন তঃ তেন তঃ

পুং করতালগী ধ্বনিনা শ্রীমূর্ত্তিবু লিংখৎচরি। অতৎপা লৈতনা নিল্লক্লি, হরিনামগী মালানা প্রেমগী ঈরীক খীকচবা, ভক্তিগী মথা পোনবীবা শ্রীমূর্ত্তি মপুং ফাররুলে। মতাং অসিদা শ্রীকণ্ঠদগী শির য়োরকলে। পুংরৈবা, ঈশৈ শকপা অমসুং পালা পুন্নমক্কা কোক নোনগনি।

শিব অমসুং নারদ মুনিনা বীণা যন্ত্র পায়দুনা শ্রীবিষ্ণুগী মূর্ত্তি শাগৎপগুম, সংকার্ত্তন বর্ণন তৌরকপদা হরিনামতনা মূর্ত্তি শাগৎচরি। নামতনা অথোইবনি হায়রবা শাস্ত্রনা প্রমাণনি।

**গুরুঘাট**—গিন্নপ্র ধে তা থেন গিন তা তেন তাতেন তা তাং। [ক্লীঁ শ্লীঁ ঞ্রীঁ সাক্ষাৎ মধুর রসরাজ আবির্ভূতং॥ মধুর মৃদঙ্গ ধারণ কালে।

গৌঁ নিঁ ওঁ গাঁ শ্রী—ইতি মন্ত্র যথা শক্তি জপেৎ।

অঙ্গে স্থাপয়েৎ—ভ্রূমধ্যে ক্লীঁ, ব্রহ্মরন্ধ্রে ওঁ, দক্ষিণ নয়নে শ্লীঁ, বাম নয়নে ঞ্রাঁ, দক্ষিণ কর্ণে হ, বাম কর্ণে রে, দক্ষিণ নাসায়াং কৃ, বাম নাসায়াং ষ্ণ, মুখে রা, নাসাগ্রে ম, চিবুকে কৃ, উদরে ষ্ণ, কণ্ঠকূপে হ, বক্ষস্থলে রে, শিরসি রা, উদরে, ম, হৃদয়ে হরে, নাভৌ হরে॥ ইতি]

হরিনামতনা আবাহন তৌদুনা পুরুীংগী অপাম্ববু কোজখিবা গুরুঘাটকী মতাং অসিদদি রসরা'ঙ্গ মূর্ত্তি আবির্ভূতং) ওইবীররে, মন্ত্র তন্ত্র পুন্নমকনা ইবুংঙোগী থরায় হকচাংনচিংবা ওইরিবনি।

মতাং অসি য়োরক্লবদা শ্রীগৌরাঙ্গগী অঙ্গদগী পঞ্চতত্ত্ব চিংথোক্লগনি। লীলা শান্নবদি য়াদল্লি, জীবন্যাস মথল অহুম রাৎলি। গুরুঘাট হেক য়োরকপদা ভুংলোমদা খোঙফম অমতং হন্দোক্লিবা অসি, মূর্ত্তিদি মপুং

ফাররবা আভরণ লৈতেংদি য়াওথ্রিবা মঙালতনা ভিন্নবা উদয়াগিরিগী মতোন্দা যুমিংকী মঙান্না ফাওদোক্লকপঞ্চম সংকীর্ত্তন বর্ণন তৌরকপদা রসরাজমূর্ত্তিনা ঙাল্লক্লবদা প্রেম, ভক্তিনা লমজিংহনা যাওওইনবা শ্রীগৌ-রাঙ্গ দর্শন তৌজবনি হায়বা ভাবনি।

গুরুঘাটকী অরোইবদদি মপুং ফাররবা পূর্ণিমাগুম ঙাল্লবনি মতম অসিদা পুংয়েবা, ঈশৈশকপা, দোহায়নচিংবা পুম্নমকনা পঞ্চাঙ্গ—খুৎকী লৈতাহনা মফম মঙা শোল্লা খুরুমগনি।

রাগগী শরুক্তি মতাং অসিদা লোইরে।

**পঞ্চতত্ত্ব**—হায়গী মতৌগুমবা অমুক হৌগত্তনা পঞ্চতত্ত্বগী অধ্যায় লৌথরগনি। মথাদা শকদৌরিবা অধ্যায় অসিদি শ্রীঅজদগী পঞ্চতত্ত্ব হায়বা অসি পুংনা চিংথোক্কুনা সংকীর্ত্তন মপুং ফাননবগীদমক মথাদা ইজরি—

"গিন্ন গ্র গিন্তঃ গিন্তঃ গিন্তঃ গিন্তঃ গিন তেন তেন"

অসুম্না পঞ্চতত্ত্ব পুথোকলে জীব সঞ্চারিনী তৌত্রি, মতাং অসিদ পুংয়েবনা ঈশৈ শকপদা ইঙ্গিত পীহনা ঈশৈগী রাগ হৌরগনি—তা ধ্রি তা না ধ্রি তা না তা না

[ তা—ইতি বক্ষ, ধ্রি—ইতি নাভি, তা—ইতি কটি, না-ইতি পদ, ধ্রি—ইতি বাহু, তা—ইতি মুণ্ড, না—ইতি চক্ষু, কর্ন, তা-ইতি নাসা, না—ইতি মুখ ]।

ঈশৈগী রাগ হৌরিডৈদা পুংসু লেপ্তনা য়েগনি। পুংগী হৌনবী অমত্তা কায়দনা য়েগনি। ঈশৈ রাগনা পঞ্চম অমসুং দীর্ঘ অনিমক্তা পুংনা মফম, মতম অমত্তা কায়দনা য়েগনি।

পুংনা মাগী হৌনবী মথং মথং য়ৈয়রক্লগা অরোইবগী ভুকা (৫) মক অসি শ্রীগৌরাঙ্গগী পঞ্চপ্রাণ ওইবা ইবুংঙো মঙামক্কী মশক্তি, মথক্তা ওইথ্রিবা মূর্ত্তিশিং অসি জীব সঞ্চারিনী তৌখিগনি।

**জীব সঞ্চারিনী**—তাধ্র প্রতাং তঃ গিন্তা থেন গিন্তা॥

মতাং অসিদা ইবুংঙো ৫ মকী জীব মপূং ফারে হায়রবা ভাব অমা ফোংদোকলে। আস্তরণ লৈতেং শুরবনি। পুংগী জীব সঞ্চারিনীগী অয়োই অয়োইবদা ঈশৈগী রাগস্ত্র হৌগনি। ঈশৈগী রাগ লোইরক লোই-রকপদা পুংনা সঞ্চারিনী য়েগনি। পুং করতালগী মতুংইন্না ভাবক বৈষ্ণবশিংনা ভাবতনা ঈশ্বরগী মূর্ত্তিবু হৃদিদা অরেপ্পা ওইনা শাগচ্চরিবা অহুগী জীব সঞ্চারিনী তৌথিগনি। মসিগী জীব সঞ্চারিনীদি—

ধিন ধেত্তা তেত্তা খিত্তা তঃ ধেত্তা তেত্তা খিত্তা তঃ ॥

মতাং অসিদা অনিশুবা ভাব ফোংদোকলে। পুংলোন অসিনা লোইরকপদা ঈশৈগী রাগ হৌগনি, রাগ অসি লোইরকপদা কর্ম্ম কর্ত্তা ( য়ুম্বু ) না ঈশ্বরগী মূর্ত্তিবু পুং করতালগী মতুংইন্না হৃদিদা ভাবতনা ঈশ্বরগী মূর্ত্তিবু শাগচ্চরিবা অহুগী জীবন সঞ্চারিনী তৌথিগনি। মহুদি—

গিন তেত্তা তেন তঃ—তেত্তা তেন তঃ ॥

মতাং অসিদা অহুমশুবা ভাব ফোংদোকলে। জীব সঞ্চারিনী মতাং অসিদা লোইরে। জীব সঞ্চারিনী অহুম অসিদা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী ভাব অহুম্মক ( তিনবাঙ্গা ) মপুং ফারে হায়নস্ত্র লৌনৈ।

মখাদা লাক্কদৌরিবা অসিনা মথক্কা ওইথ্রিবা পঞ্চতত্ত্ব অমস্থং জীব মপূংফারবা ইবুংঙো মঙা অমদি ভক্তগা লোয়রনা নিত্তি-লীলা অমস্থং হরিনাম প্রেম সংকীর্ত্তনবু মশীং কায়দনা তৌবীগদৌরিবা অমদি তৌথিরকলি হায়বগী রস অসিবু শন্দোকই হায়রুনা খায়দগী অথোইবা 'বড়-সঞ্চার' হায়না মমিং থোক্লি। 'বড়-সঞ্চার' দা ভাব অহুম পুনবহু মপুং ফারে হায়না লৌনৈ।

বড়-সঞ্চার—তাং—তা খিং তেন তা খিং তাং……

অসিনচিংবা বড় সঞ্চার লোইরগা মখাদা 'বেড়ি ঘাট' তারগনি। বেড়িঘাট হায়বা অসিদা মথক্কা ওইথ্রিবা ইবুংঙো মঙামক্লা খোঞ্জেল থোক্লা ঈশৈ খক্কুনা কৌজরকই। মখাদা লাক্কদৌরিবা মতাং অসিদা

বেড়ি-ঘাটতগী হৌরগা 'লম্বি-ঘাট', 'সেতুঘাট', 'গৌরবত' ( গৌরপদ ) মেল থাগনি, তানচপ তাগনি, মেনকুপ মথং মথং রাগ ঘয় হুঙ্গিনবা অসি মতোন লোমথিগনি।

গৌরপদ মেল-বেড়িঘাট—

তা তেন তা খিং তা তঃ তা তেন—তা খিং তা তঃ ॥

লম্বিঘাট—ধিন ধেন ধিন গিরগ্র ধেন তা তেন তা খিত্তা তঃ

সেতুঘাট—ধিন তত্তা খিত্তা ধিন তত্তা খিত্তা ধিন।

গৌরপদ মেল অথাবা—ধেন তা তঃ তেন তা তঃ।

গোরবত্ (গৌরপদ) মেল অথাবা—ধেন তা তঃ তেম তা তঃ ॥

গৌরবত্ তানচপ—তা গিন ধেন ধিন ধেন তা গিন্ন ধেন ধিন থেন।

মেনকূপ—ধিন — খিন তা তাং — | — গ্র গ্র তা থেন —।

নিত্যাইবত্ ( নিত্যাইপদ ) —গিন তা তাং — তেন তা | খিং তা ধেন — ধন তা

কার্ত্তিক সঞ্চার —ধিন গ্রগ্র তেন তা | তেন্তা তখিং তাং —

কার্ত্তিক সঞ্চার অসিগী মমুংদা লৈরিবা রসদি - মথক্তা ওইগ্রিবা সংকীর্ত্তন অসিগুম্না অমুক হন্না পাক চাউনা শন্দোকথিগনি হায়রবা সঞ্চার অসিনা থগুহল্লি। মচুগী মরমদগী সঞ্চার কৌনবনি। মসি অহানবা লেংবদদি গৌর-সঞ্চার কৌরম্মী। করি মরমদগী কার্ত্তিক সঞ্চার থোন-থিবেগে হায়বগী অকুপ্পা মরোল মখাদা শুগায়না উচ্চন্নি। মরমদি—হায়রিবা সঞ্চার অসি শ্রীশ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌরবা তুংদা, গোবিন্দগী অগ্রদা রাজর্ষি মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রসিংহনা মশানা পুংলোন লেংজরগা মেরা থাগী হায়বদি কার্ত্তিক-পূর্ণিমা ঈরাই হুমিংতা রাস কংপগী উপ-লক্ষদা অহানবা সংকীর্ত্তন হৌবদা ইবুংঙো মশামক্তা পুং থোন্দুনা য়ৌবিখি।

মতম অতুদা অগানবা ওইনা কার্ত্তিক সঞ্চার অসি য়েংথি। কর্ত্তা মহারাজনা লেংজবা অমদি কার্ত্তিক মাসতা সঞ্চার অসি কোংদোকখিবা পুংলোন ওইখিবা মরম্না মসিগী মমিংবু ওজা গুরুশিংনা কার্ত্তিক সঞ্চার হায়না মিংথোনবীথি, মসি হৌজীকসু 'কার্ত্তিক-সঞ্চার' হায়না কাওরি।

**রাগ-স্বর হঞ্জিনবা**—ধেন — তা তাং .. ... ... পুংলোন অসিনা মথক্তা তৌগ্রিবা রাগনচিংবা পূন্নমক অসিগী অকায় অভোইবু তাকপিয়ু হায়না খুরুমজবা। মতাং অসিদা রাগ অচৌবা লোইয়ে।

ঈশৈগী ছন্দ মতুংইন্না রৈরকপা 'রাগ-অচৌবা' হৌবগী ছন্দ অমত্তুং লক্ষণসু লৈখিদ্রবা যুম্নাম ওজা যদুনাথ ( শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাক্তকী ) হাথংনি হায়না লৈখিদ্রবা ওজা থোকচোম মনাউ সিংহনা থম্বীবম্বা পুংগী কোর্বেক—'মৃদঙ্গ-ব্যবস্থা সংগীত' হায়বা লাইরিক্তা অস্তুম্না ইরি—

রাগ অচৌবগী চৈতন্য নিত্যাইগী মখা অহানবা অনম্না অসিদি — **খোইমুনা ওংবগী ছন্দ** ( ভ্রমর ছন্দ ) না হৌগনি। মরমদি পালা সম্প্রদায় পূন্নমক্কী হকচাংদগী সিদ্ধদেহবু নিরূপণ তৌবনে। মাবু নিরূপণ তৌকরিবদি ঐখোয়গী পঞ্চভূতকী হকচাং অসিনা সংকীর্ত্তনগী সেবা চঙবা য়াদবা মরম্না সিদ্ধদেহ পুথোক্তুনা ভাবনা নিরূপণ তৌগদবনি। অতুগী মথাদা অনরা ২, ৩, ৪ শুবদগী শুক ঘাট কাওবা অতুনা লৈ-মুংদা থোংবা নোংগী ছন্দ ( মেঘছন্দ ) না হৌগদবা ওই। মরমদি শ্রীরাধা গোবিন্দগী সেবা চঙউ হায়না আত্মনিবেদন তৌবনি। মবম অতুনা গুরুঘাট হেক য়োবদা মপান্দদি নূপীগী মশক ওইরম্লগা সংকীর্ত্তন মনুং চঙথ্রগা নিপা ওইনা শ্রীগৌরচন্দ্রগী সেবাগী থৌরাঙ তৌখি। মরম অতুনা মেঘছন্দনা হৌগদবা ওই। অতুগী মথাদা শুকম্লগা হৌ-গৎপদা হায়রিবা পুংলোন অতুদি **অকনবা ফুইনা তাবা নোংগী ছন্দ ( ঝড় বৃষ্টি )** না হৌগনি। মরমদি মন্দির মার্জ্জননি। মথাগী ঈশৈ রাগগা কোয়বা পুংলোন অতুগা সঞ্চার তারমদাই কাওবা অতু

'ভ্রমর-ছন্দ'না হোৌগনি, মরমদি—উচি খোইনা মি অশিববু মচেৎ মচেৎ চীকথাররগা মহুম মনুংদা হাপচিল্লগা, মথুল অহু মেনশিল্লগা মহুম মথক্ত তোংহ্না ই·····হায়না ঙালগা মনুংদগী মি অশিবা অহু লেংঙক্না মচা ওল্লি। অহুগী পান্দমগুম্না সিদ্ধদেহনা সখীগুম রূপ লৌহ্না হোৌরিবা রাগনি। মরম অহুনা ভ্রমর ছন্দনা য়ৈত্রবদি শ্রীগৌরচন্দ্রগী শ্রীঅঙ্গ নিরূপণ তৌবদা অঙ্গ-ভঙ্গ ওই। মথাগী সঞ্চার মরিহু অমসুং বড়সঞ্চার কাওবা অহু 'নোংথোংবগী ছন্দ' ( ইন্দ্রবজ্র ) না য়ৈগনি। মরমদি—শ্রীগৌরচন্দ্রগী শ্রীঅঙ্গগী কান্নাংনচিংবা অমসুং বর্ণ হায়বা অসি নিরূপণ তৌবা মতমদা অশোনবা অনৌবা থাপ্পা হোৌনদে। মচা মগুদা চুকংই। মরম অহুনা ইন্দ্রবজ্র ছন্দনা য়ৈগ-দবা ওই। মথাগী মপূং অহুনা রি রি শিংপা নুংশিং ( মৃদুবায়ু ছন্দ ) না য়ৈগনি। মরমদি শ্রীগৌরচন্দ্রগী চরণারবিন্দদা প্রার্থনা তৌ-বনি। অমসুং ঙ অচৌবা মনা পুংবা অহুদা রি-রি শিংপা নুংশিংনা ছন্দগী পন্দমগুম্না শ্রীগৌরচন্দ্রদা সিদ্ধদেহনা প্রার্থনা তৌবনি। কাৰ্ত্তিক-সঞ্চারনা মথোং কারকপা নূপীগী ছন্দ ( কন্যা ছন্দ ) না য়ৈগনি। মরমদি শ্রীগৌরচন্দ্রগী বেশ ভূষণনি। মরম অহুনা অনৌবা ফজবা ফি-জেংনা লৈতেংগদবা ওই।

মথক্কী অসি নত্তবা 'শজিনা থোংবগী ছন্দ' ( মৃগী ছন্দ ), 'কৈনা থোংবগী ছন্দ' ( ব্যাঘ্র ছন্দ ), 'অকনবা নোং নুংশিংকী ছন্দ' ( ঝরবায়ু ছন্দ ), 'থিংলি থিংলি তাবা নোংগী ছন্দ' ( বৃষ্টি ছন্দ ), হায়রুনা ছন্দ অমস্থ য়ুম্নামগী ওজানা থম্বীরম্মী। তালগী ইনিলগা, পুংগী ইনিলগা, ঈশৈগী ইনিলগ। অহুসিনা পুল্লগা। শব্দ অমা থোকপহুবু ওজাসিনা মৈতৈরোনগী মমিংদা ছন্দ মথল তল্লা অসি থম্বীরম্মী।

তিনতাল মচা ( শ্রীগৌরচন্দ্রগা কোম্নবা )—শ্রীকৃষ্ণনা কদম মথোওদা খোংলকপা বাঁশী মথোল তাবদগী শ্রীমতি রাধিকানা মন-

ইচ্ছা বরিখিবা। নান্দীমুখীগী দূতিগী মফমদগী শ্রীকৃষ্ণগী রূপ তাবদগী শ্রীমতীনা মন-ইচ্ছা বরিখিবা। বিশাখানা য়েকপা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি উবদগী শ্রীমতি রাধিকানা মন ইচ্ছা বরিখিবা।

মথক্তা হায়খ্রিবা মখল অহুম অসি শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা ফাওখিবা তিন-বাঙ্গাগা অমত্তনি। পুংলোন—

\+ ২ ৩

তঃ— | তঃ গিন্নগ্র | ধেন্তা ধিন গিন্নগ্র | ধেন্তা গিন্তা | তেন তা | তঃ — —

**রাজমেল**—ছুইতাল অচৌবা মাত্রা ৮ দ্রুত অমা ( ঋতুজাতি ছুইতাল )

শ্রীমতী রাধিকানা পুকষ অহুমগী মফমদা রাখল খল্লুবে হায়রুনা অরাবগী রাখলদা তাউরুনা লৈরিবৈদা, পুন্নমকপু শঙবিরিবা অচৎ-চন্ন জীব পুন্নমক্কী মপু ওইরবা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মগী অরাবন্থু উবীরুনা লেঙলকলে অমস্তুং তাকপিরকই—'রাধে, বাঁশী খোংহুনা রাধে রাধে কৌরিবা, নান্দীমুখী দূতিনা হায়রিবা কৃষ্ণ, বিশাখা সখিনা য়েক্লুনা পুররিক্রবা মূর্ত্তি অহু ঐহাক্তনিনে।" শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং তারবদা চিংন-জরবা পুন্নমক কোক্লুনা মুংওাইজবগী ঈপাক্তা তাউজখি। শ্রীমতীগী রাখল অমস্তুং পুরীং শ্রীচরণদা কচখি। অসিগুম্বা যুগল মিলন অসি লৈবনা ছুইতাল রাজমেল তাগদবনি।

তিনতালদগী ছুইতাল তারগা খোঙ-য়েৎনা হান্না থাংহুনা কোর-গনি, কোয়করগা হান্নগী মফম য়ৌরকপদা ঈশৈহনবনা পঞ্চাঙ্গনা খুকল্লগা পুংয়ৈবদা, হুহারদা চঙহুনা পুং কৎতাল শোক্লকরগা হান্নগী মফম য়ৌরক-পদা পুয়ৈবনচিংবা পালা পুন্নমক চপ মায়না খুকল্লগা কৌগৎহুনা মেল-হৌ য়ৈরগনি। খোঙ-য়েৎনা থাংহুনা য়েৎ ওইনমা কোয়বনা নবদ্বীপ পরিক্রমাবু খঙনৈ। যন্ত্র-মিলন ওইরিবা 'বেড়িঘাট' কৌই।

**মেলহৌ**—শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা রাধাভাব চঙলক্লুনা মখাদা ওই-রক্লদৌরিবা রাজমেলগী অহানবা হৌফম হৌবা অসিবু মেলহৌ কৌই:—

পুংলোন—( আঘাত অনি শূন্য অমা )

থায়নগী খুদম— । । । । । । । । ⌉
| | O

১ ২ •

ধিন ধে | ধিন থ্রখ্র তাং ঘিন তঃ তা ধে

তা ———— তাঃ — — — — ( অতপ্পা লয় )

য়েংগদবা—রাজমেল হায়বসি তালগী মখল অমা নত্তে; মথক্কী অসি রাজমেলগী অহৌবা ওইবা দুইতাল অচৌবা হায়বনি। রাজ-মেল শব্দগী হৌরকফমদি শ্রীরঘুনাথভট্টনা লেংবা 'কীর্ত্তন চিন্তামণি'গী শ্লোক ৪০ শুবগী প্রমাণ—

তালমৃদঙ্গমালিঙ্গং কৃত্বং তালাদি ভেদক (?)
সঞ্চারিং বিরামং ঘাটিং চাপরং রাজমিলনং ॥

তালপা পুংলোনগা কোয়—কোয়না খাইদোকুনা য়ৈগনি। রাগ-সঞ্চার য়ৈগনি। বিরাম নাইগনি। ঘাট থারগনি। অসুম্না তৌববু 'রাজমিলনং কৌই। মৈতৈ ওজাশিংনা রাজমিলনং অসিবু রাজমেল হায়না শমজিনখিবনি। শাস্ত্রগী চপ চাবা প্রমাণনি।

ওজাশিংনা পায়নরম্বা কোর্ব্বেক অমদসু 'সঞ্চারেত্তি প্রেম ধর্ম্মাদি যত্র যত্র প্রসঞ্চরেৎ। রাজমিলনে শব্দার্থে রসরাজ ভাবমিলয়ে।' সঞ্চারনা প্রেম ধর্ম্ম শব্দোক্তগা রাজমিলনগী অর্থনা রসরাজ ভাবমিলনবু খঙনগনি হায়না ইরি।

লক্ষ্মীঘাট—রাম্না পুক্নীং হুবগী মশক ওইবা, শাজং শাওঙদবু ফজবা মিতুনসু তপ্পা তপ্পা তুনবা, তাম্ভাসু তপ্পা তপ্পা থাবা, ফিতুপ ৩, মিৎয়েং ৩, অসিনচিংবা ভক্তি প্রেম অমত্তা কায়দনা, তুহারনা শমজিং ওইতুনা ঈশৈ শকপা পালা পুন্নমক অমত্তা ওইবা মওঙদা তালনা য়ুম্ফম ওইরগা হকচাংগী ইপোমগা লোয়নবা খোঙ—য়েং-ওয় থাংতুনা মিতুনগী অকয়বা মশীংবু করতালনা মশীং লেপ্তুনা, পুংগী পুংখোলনা নোংখোংবগী

মতৌগুম্না মৈগনি ; পূম্নমক্কী লমজিংবু রাধাভাবনি হায়না খঙনরিবা মফম অসিবু 'লম্বি' কৌই।

**ঘাট**—মেলহৌগীনা অরোইবা, মেলবুংগীদি অহৌবা অনিগী মরক অমগা অমগা তাইনরিবা মফম অসিবু 'ঘাট' কৌই। অনিমক্কা পুল-লগা 'লম্বিঘাট' কৌই।

১ য়েৎ২ ০

পূংলোনঃ— — গিন্নগ্র | ধেন তঃ তাং তাৎ তাং — —

পূংলোন অসিগী অরোইবদা খুৎ নামা থাংগৎলিবা অসি ইঙ্গিত তৌবনি, ঘাট অসিনা লোইহনা মেলবুং তাবা অসিদা **সংক্ষিপ্তরস বিলাস**-নি। মতাং অসিদা পূং য়ৈনা য়ৈনা করতাল খীংনা খীংনা পূম্নমক্না ওয়রোমদা কোয়হনা বৃন্দাবন পরিক্রমা তৌগনি। পূংলোন—

১ য়েৎ২ •

— গিন্নগ্র | খিন খিন ধেন খিত্তা খিন তাং

— তা | তঃ তা থেন তা তঃ তাং ॥

**সেতুঘাট**—তাল অমম্বুং মিহুনগী মশীংদি হোংদবা অত্তপ্পা খোঙ-চত্তগী অসুম মথং মথং পুখৎলকুনা ময়ায় ওইবা খোঙচত্তা হোংলক্কনি, মেলবুংগীনা অরোইবা—মেনবুং অওনবগীনা অহৌবা, অনিগী মরক অমগা অমগা তাইনরিবা অদুবু 'সেতুঘাট' কৌই। মতাং অসি সং-কীর্তন রস বিলাসনি। পূংলোন—

১ য়েৎ২

— নগ্র | তেস্তা খিত্তা তাং—তা তা তাং —

মেলবুং অওনবদগী মথং মথং পুখৎলকুনা খুৎনা ওম্বা চাংদা পূং-লোন শুনা মেল থাগনি। মতাং অসি কাওবা সম্পন্ন-রস বিলাসনি। অওনবা পূংলোন—

১ য়েৎ ২

গিন্ন গ্র | ধে ধে ধেন—তঃ—

\+ •

**প্রানবা**—পূংলোন—ধেন তা ধেন — গিন্নগ্র ধেন —

তেন তা খিৎ তা তা খিন নগ্র

\+ ০
অথাবা—ধিন ধেন —তেনত্তা খিত্তা ধেন —গ্রগ্র
তেত্তা তাং —তেত্তা ঘিন ধেন —ঘিন ধেন

তানচপ তারগনি, বিশ্রাম রস বিলাসনি। তানচপতগী সেতু খায়রগা মেলকুপ তারগা থাবা ফাওবা অসিদা 'সমৃদ্ধিমান-রস বিলাসনি।

গিরগ্র ঘিন তত খিত্তা তঃ তত খিৎত্তা
তঃখিৎ তাংখিৎ তত খিত্তা ধিন তত খিত্তা
ধিন ধিন — তেন তেন তেন তেন
তেন তেন — তঃ — তাং —
মথক্কী পুংলোন পুংগী স্বাধীন সখি সেবানি।

সংকীর্ত্তনগীদি মেনকুপ তারগা থাবা ফাওবা অসিদা নিত্যাইপদ লৌহনা লোইশিনবা য়ারে।

পুংগী স্বাধীন সখি সেবা উৎলুপ্বিবা অসিগী ভাবতি—মথক মখা অয়াম্বা শকখিগে শোনখিগে হায়বরদি মওঙ অসুম্না চথখিগনি। করামুক শকলু-শোল্লুরগা লোইশিল্লগে হায়রবদি নিত্যাইপদ তাহনা লোইশিনগনি।

বল প্রেমসে কহ শ্রীরাধে কৃষ্ণ, বলহ প্রভুনিত্যাই চৈতন্য
কহত সাধু মধুর রস বাণী হরে হরে॥ বল শ্রীরাধে কৃষ্ণ॥

মমাঙথেংগী ওঝাশিংনা শ্রীগোবিন্দজীউদা কৎলম্বা রাজমেল ৬৪গী পুংলোনসু শ্রীসৌগাইজম থানিন সিংহনা ছাপা তৌহনা তাং ১৫।৯।৭১ ইংদা শ্রীগোবিন্দজীউগী মাগুবতা তৌবা পুং-ঈশৈগী মিটিংদা লাইয়িক অহু পুথোকহনা শ্রীগোবিন্দদা কংখ্রে।

[ পুংগী ওজাশিং—ওজা লৈচোনবম শ্রীকোয়রেং সিংহ হওবা, ওজা নাওরেম শ্রীধ্বজ সিংহ হওবা, ওজা রাযখোম শ্রীপার্থ সিংহ হওবা অসিনচিংবা শ্রীশ্রী৺গোবিন্দজী পালা লোয়শঙগী ওজাশিংমা পুথে কপিবা]

শ্রীক্ষেত্রিময়ুম অমুয়াইমা সিংহ

# মৈতৈ-নট-পালাগী তালদা শাস্ত্রগা শম্নপা চাংদম্নবা

( ওক্টোবর ২৭ সুংথিল )

ঈশ্বরগী সৃজন সৃষ্টিগী মঙ্গুদা লৈরিবা ( মরোল অহুন্মক্তা লৈরিবা ) লেঙলি-পাল্লিবা পোংশক খূদীংমক্কী ওইনা মাগী মাগী মখল মখলগী ছন্দ-নিয়ম লৈ, হায়রবদি গ্রহ-উপগ্রহনচিংবশিংসু মাগী মাগী ছন্দ নত্রগা তালগী মখাপোন্না চংনবা ঙাক্কনি। অসিগুম্বা খোঙচৎকী তাল হেক কায়রকপদা প্রলয় হায়বসু ওইরকই।

অসিগুম্বা তালগী মরুওইবা অসি পুং-ঈশৈ-জগোই ( সঙ্গীত ) দসু অচু মঙায়। সঙ্গীত হায়বা অসি ময়াই কায়বা শামুগুম্বনি। তালনা মদূবু লাক্কবা কাতিনি। মন্নম অসিনা তাল কায়রবা জগোই-ঈশৈ-পুংদি—কাতি থাদবা শামু, হিনাউ শাদবা হিগুম্বনি হায়বসি সঙ্গীত শাস্ত্রশিংদা প্রমাণ কয়ামুক্তা লোয়ননা বর্ণন তৌরি।

মণিপুর ইমা লৈবাক্তা অরিবা মতমদগী হৌনা, শক্তি লৈরবা, লাইগুম্নবা ওঝাশিং কয়া হৌরকই অমসুং ওঝাশিং অসিনসু মথং মথং রামানন্দী ধর্ম্ম অমসুং গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম চঙলকপদগী অরিবা অনৌবা—স্বদেশ অমসুং নট হান্নচুনা তোঙাম তোঙানবা কজরবা পরম্পরা অনি পুথরকই। হায়রিবা পরম্পরা অসিদা শাস্ত্রদগী মচাকমথেল কয়ামুক থেংচিন্দুনা মপুং ফাহল্লকপদগী ঙসি মৈতৈ লৈবাক্কী ওইবা তোপ তোপ্পা জগোই-ঈশৈ পুংগী ইচেল অমা পুথরক্লুনা সংসারগী মফম খূদীংমক্তা মশক খঙনত্রে।

মৈতৈ হায়বা জাতি অসি ঈংবা পাম্বা, কলাদা থরায় লুপ্পা ওইবদগী পুং-ঈশৈ-জগোইগী হিরম অসিদা অমুক্তা হেন্না কন্নামুক পাক

থোক চাউথোকহন্দুনা ওসি মপান নাইজ্রবা সমত্রুগুম্না তম্না, থিজিনবগী লোইবা মাইদনা লৈখ্রি।

মণিপুরদা গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী সঙ্গীত-শাস্ত্র অমদি সাহিত্যগী লাইরিক কয়ামকুম ফংই। হায়রিবা লাইরিকশিং অসিদা তালগী মরমদা শাস্ত্রীয় ওইনা কুপ্প' নৈনরি। বৈষ্ণব-শাস্ত্রশিংদা লৌখৎলম্বা তালগী নিয়ম-শিং অমদি মশক মমিং অয়াম্বা ভারতীয় প্রাচীন শাস্ত্রশিংগী মথুংচনবা ওাক্তনি।

অসিগুম্বা তাল শাস্ত্রগী নিয়মশিং অসি মৈতৈ ওজাশিংনা ঐথোয়গী চৎনবীগী মতু'ইন্না থরা হেন্দোক হেক্তিন, শেমদোক শেমজিন তৌববস্ন শাস্ত্রগী চাউবাকপা নিযম অমদি অতুম্মক কায়দনা চৎলম্মী। অসিগুম্বা নিয়ম অসিগা মৈতৈ তালগা মরী লৈনবা থবদং মথাদা উৎলি—

**কালপ্রাণ**—কাল হায়বদি মতমনু হায়বনি। মতমনু অশাংবা অতেনবা চা' ওন্ননবগী মক প্রাচীন সঙ্গীত-শাস্ত্রশিংদা ক্ষণ, নিমেষ, লব, হায়বনচিংবা কুপ্পবা অবযব ( কাযাৎ ) কয়া থায়দোকই।

**ক্ষণ**—থম্বাল মনা চাম্মব মথং মথং লোনখৎনয়গা য়েৎতুম্না ফাও-নবদা থিনবদা চঙবা মতম অদুবু 'ক্ষণ' কৌই। মসিনা খ্বায়দগী কুপ্পা মতমগী মচাংনি। ক্ষণ, লব, নিমেষনচিবা অসি অমুক অভিধান থবগী মত মতুংইন্নদি নিমেষ অমগী অর্থ—পল অমা হায়বদি সেকেণ্ড ২৪ নি। নিমেষ নজ্রগা পল ৩২ না লঘু অমনি। অতুনদি লঘু অমদা মিনিট ১২ গা সেকেণ্ড ৪৮ ওইবা তাই। হায়রিবা মতম অসিদি যাম্নমক বিল-ম্বিত লযদা শরুবস্ন লঘু অমগী মতম অতুক শাংবদি ওইথোক্তে। মসি নত্তবা অতোপ অতোপ্পা মত কযাস্ন পীনৈ। মসিনা তাকপদি, সঙ্গীত শাস্ত্রদা, ককুলমলিবা মতমগী মচাং—ক্ষণ, লবশিং অসি মমিংতা পল্লম্বনি। শন্দোকনা উৎলম্বদি নজ্রবনিনা কৌজীকী যুগতা তৌনরিবা মতুগী অর্থশিং অতুগদি খেন্নরম্বা তাই। থম্বাল মনাগী প্রমাণ অসি-মকস্ন মতু ফাওনবা তপ্পা থিনস্ন য়াই, থুনা থিনবস্ন যাই।

ঐথোয়গী মৈতৈ ওঝাশিংগীদি মশা হৌবা মিপা অমগী মিতম অতুনা কাল ( মতম ) গী মচাং ওয়নবা অয়েপা পাইহেনি হায়না খণ্ডলম্মী। অমরোমদা মসিবু মাত্রা হায়নসু খণ্ডনৈ। মার্গী তালদা, লঘুদা মাত্রা অমগী মচাং—ক, চ, ত, ট, প —ময়েক মঙা অসি হায়বদা চঙবা মতমতুনি হায়না উৎলম্মী। দেশী-তালদদি ময়েকসু ৪, মাত্রাসু ৪ ওইরম্মী। মণিপুরদদি অরেপ্পা লৈতে। দেশী তালগী লঘুগী মাত্রা অমদা ময়েক অমদগীনা ৫ ফাওবা অতুম্মক শীজিন্নরম্মী।

**অঙ্গপ্রাণ**—তাল অমগী মঙুংদা লৈবিবা শরূক অমমমগী কায়াৎপু 'অঙ্গ' কৌই। মার্গী তালদা 'অণুদ্রুত' নচিংবা লৌখৎলমদে। লঘুগী মাত্রা ১, গুরুগী মাত্রা ২, প্লুতগী মাত্রা ৩ দমক উৎলম্মী। দেশী তালদদি অণুদ্রুত, দ্রুত, দ্রুত বিরম, কাক-পদ, লঘুবিরাম হায়বা অঙ্গ ৫ অসিগীসু খুদমগা লোয়ননা উৎলম্মী মতুদি—অণুদ্রুত U = মাত্রা ১, দ্রুত—O = মাত্রা ২, দ্রুতবিরাম Ȯ = মাত্রা ৩ লঘু I = মাত্রা ৪, লঘুবিরাম —İ = মাত্রা ৫, গুরু—S = মাত্রা ৮, প্লুত—Ṡ = মাত্রা ১২, কাকপদ—X = মাত্রা ১৬।

কয়া কবিগুন্না লাইরিক্তা 'বিরাম' হায়বা রাহৈ অসিগী মরমদা মত অনিথোক্না ফংই। মত অমদনা 'বিরাম' হায়বা রাহৈ পল্লিবা অঙ্গ অতুগী মচাংগী তংখায় লৌগনি হায়বদি লঘুগী মাত্রা ৪ নিনা ৪ গী তংখায়দি ২ নি। হায়রিবা তংখায় ২ অসি লৌরবদি লঘুবিরামগী মাত্রা ৬ ওইগনি হায়রম্মী। মখক্তা পনখ্রিব লঘুবিরামগী মাত্রা ৫ লৌবা অসিনা বিরাম'গী মাত্রা ১ তা লৌবগী অতোপ্পা মত অমনি। মসি মণিপুরদসু লৌখৎলম্মী, হায়রবদি লঘুবিরামগী মাত্রা ৬ কী মত অসি লৌরবদি ওঝাশিংনা শেমলমল্লিবা তালগী অঙ্গশিং অসি কায়গদ্রা হায়না খল্লি। অতুগা মথক্তা পীরিবা অঙ্গগী খুদমশিং অসিদি ওঝাশিংগী কোর্বেরক্তা থেংনদে। অতুমকপু মমাঙতৈদা, খণ্ডবদগি শোয়দনা খণ্ডলমগদ্রা নীʼই। ওঝাশিংনা অঙ্গপ্রাণ মশক খণ্ডলমদ্রবদি কমদৌগা

অমুক রাম্বা তালগী ভাগ্তায় অসি শেমলমগনি। মণিপুরদদি অঙ্গ-প্রাণগী মওঙ অসি মখাগী অসুম্না য়েক্লম্বা থোংনৈ—

চৌতাল - মাত্রা ১২, তাম্থা ৪, ফাঁক ২

| | | | | | | | | | | | ।

| ০ | ০ | |

নৈই অত্তেনবা মচাশিং অসিনা মাত্রানি (মথক্তা), শাংবা চিংলিবা মখাগী নৈইশিং অসিনা তাম্থানি, শূন্য অসিনা হাইদোকউ অত্তুগা অরোইবা নৈই মথক্তা ওয়রোমদা চিংখৎখ্রিবা অসিনা অমুক হল্লিল্লু চাম্নবনি হায়-তুনা অরিবা কে.র্বেবক্তা শন্দোক্লা তাক্লম্মী। হক্তৌক্তি কমাগুম্বনা হাই-দোকপদসু তালগী কায়াৎ পীনৈ। মতুদি তাল শাস্ত্রগী মতুং ইন্নদি কায়ব্রা হায়না খল্লি।

**ক্রিয়া প্রাণ** - খুং অনিনা পূম্না মখোল থোকহন্দুনা হায়বদি তাম্থা ফাঁক ( হাইদোকপা ) নচিংবা ভৌতুনা তাল অঙ্গগী মচাং উৎপা অদুবু 'ক্রিয়াপ্রাণ' কৌই। শাস্ত্রদা তাম্থা উৎপবুনা 'সশব্দক্রিয়া' অমসুং ফাঁক উৎপবুনা 'নিঃশব্দক্রিয়া কৌই। মখোয় অসিগীসু অমুক ধ্রুব, শম্পা-নচিংবা মমিংগা লোয়ননা মখল ৪ | ৪ থোক্লা খায়দোকলি।

মার্গী-তালদদি যথাক্ষর ( মশাগী অশেংবা অঙ্গ ) পরিংদা অঙ্গ খুদীংগী অহানবা মাত্রাদা তাম্থা থাবগী নিয়ম লৈরম্মী। অদুবু 'দ্বিকল' ( ২ক ), চতুষ্কল ( ৮রক ) হন্না শাংদোক্লা লাক্লবদি মশাগী অঙ্গ অমসুং তাম্থা হোংলকই। মসিদি মৈতৈদদি তৌনদে। যথাক্ষর' পরিং-তুদা 'দ্বিকল' ওইরক্লবসু অঙ্গ হোংদে অমসুং তাম্থাসু হোংদে। মার্গী তালদা তাম্থা থাবগী মখল ৪ | ৪ পীরিবা অসিসু হক্তৌক্তি মশাগী অশেংবা নিয়ম মতুং ইন্নদি কয়া তেনদ্রে।

মণিপুরদদি সশব্দ অমসুং নিঃশব্দ ক্রিয়াগী মওঙ অসি ওঝা ওঝাতুগী খুদোংচাবা মতুংইন্না খর খর খেন্নরবসু চাউরাক্লা মখাগী অসুম্না তাকপিরম্মী —

অনুক্রন্ত— তাম্থা ১, দ্রুত—অহানবা মাত্রাদা তাম্থা।

দ্রুতবিরাম—অহানবা মাত্রাদা তাম্থা, অনিশুবা মাত্রাদা খুৎচা কোনশিনবা অমসুং অহুমশুবা মাত্রাদা থাদোকপা।

লঘু— অহানবা মাত্রাদা তাম্থা, অহুমশুবা মাত্রাদা য়েৎলোমদা হাইদোকপা।

লঘুবিরাম—অহানবা মাত্রাদা তাম্থা, অনিশুবা মাত্রাদা খুৎচা কোনশিনবা অমসুং মরিশুবা মাত্রাদা মাঙদা থাদোকপা।

গুরু— অহানবা মাত্রাদা তাম্থা, অনিশুবা মাত্রাদা য়েৎলোমদা হাইদোকপা, মঙাশুবা মাত্রাদা ইশাগী মায়কৈদা খুৎচা কোনশিনবা অমসুং তরেৎশুবা মাত্রাদা হাইদোকপা।

প্লুত— অহানবা মাত্রাদা তাম্থা, মঙাশুবা মাত্রাদা য়েৎলোমদা খুৎহাইদোকপা, মাপন শুবা মাত্রাদা ইশাগী মায়কৈদা কোনশিনবা অমসুং তরামাথোইশুবা মাত্রাদা মাঙদা থাদোকপা।

কাকপদ— মসিদি শীজিন্নবা থেংনদে।

গ্রহপ্রাণঃ—পুং-ঈশৈ-জগোইগী তানকোকপু 'গ্রহপ্রাণ' কৌই। মসি মখল অহুমথোক্না থায়দোকই— সমগ্রহ, অতীতগ্রহ অমসুং অনাগতগ্রহ।

১। সমগ্রহ (থামিন্নবা)—মতম অমত্তদা পুং-ঈশৈ-তাল পুন্না হৌমিন্নরবদি মদুবু 'সমগ্রহ' কৌই। খুদমদি—

+ ০ ২ ৩
নৃ ত্য ম্ভি বি পি নে বন মা লী } ব্রহ্মতাল—
ত্রৎ খিন ধেই খিন্তা ধেই খিন্তা তাতেন-তা

২। অতীতগ্রহ (হাইগৎপদা লৌবা)— অহানবদা ঈশৈনা হৌরগা কোম্না পুং অমসুং তাল হৌরবদি মদুবু 'অতীত-গ্রহ' কৌই. খুদমদি—

+
রাই প য ন নি কুঞ্জ কানন (রাধা অভিসার)

৩। অনাগত (থাম্বগা হায়বা)—অহানবদা তাম্থানা হাম্লগা কোজা পুং-ঊৈশ লাকপথু 'অনাগত' কৌই, খূদমদি—

+ ২ ৩
S নী S র | নী S | র দ ··· (ব্রহ্মতাল)

অতুম অসি লত্তবা, 'বিষমগ্রহ' হায়বা অমসু শাস্ত্র থবদা পীরম্মী। মথু ঐগী মত ওইনদি য়ানীংদে। অতীত, অনাগত অসি 'বিষম-গ্রহ'গী মখল ওইগদ্রা খল্লি।

**জাতিপ্রাণঃ**—প্রাচীন তালদা চঞ্চৎপুট, চাচপুট—মার্গী তাল-শিংবু চতুরস্র অমসুং ত্র্যস্র হায়না বর্ণন তৌরম্বা অতু হুজীক্তি মথুগী পরম্পরা মাঙখিবা মরমনা থোইনা চৎনদ্রে অমসুং ঐনসু থোইদোক্লা নৈনজদ্রে। দেশীতালদা জাতি হায়হৈগী অর্থ অতোপ্পা মত অমদা পীরম্মী। তাল অমগী লঘু অঙ্গদা তোঙান তোঙানবা মাত্রাশিংনা ওস্থোক ওনশিন, শাংদোকপা তেনশিনবা তৌরবদি মদূবু জাতি-প্রাণ কৌই। মসি শাস্ত্র অম্বাম্বদা জাতি মখল ৫ তা লৌখৎলম্মী। অদূবু নোংপোকলোমগী শাস্ত্র থরদদি মখল ৮ লৌখৎলম্মী। মসিগী মনুংদা মণিপুরদসু থরা উবা ফংই। খূদম ওইনা—

একাকী জাতি লঘুগী মাত্রা ১ = ধেত্তা খিৎধেন (+ +)

পক্ষিণী জাতি লঘুগী মাত্রা ২ = ঘিত্তা তাগ্র (+)

ত্র্যস্র জাতি লঘুগী মাত্রা ৩ = ধিন ধেন তা ধিন ধেন তা (+ +)
ধিন ধেন তা ধেই ধিন গ্র। (+ +)

চতুরস্র জাতি লঘুগী মাত্রা ৪ = ধিন তেন — তুৎ তা ধেই ধিন ধেই (+ +)
খণ্ডজাতি লঘুগী মাত্রা =

+
ঋজুজাতি লঘুগী মাত্রা ৬= ধিন S তেন তা ধিন ধেই
মিশ্রজাতি লঘুগী মাত্রা ৭=
সংকীর্ণজাতি লঘুগী মাত্রা ৯=

মসি শাস্ত্রদা ত্র্যস্ত্রজাতি একতাল, চতুরস্ত্রজাতি একতাল-নচিংবা খঙনৈ। মণিপুরদসু ওয়াশিংনা জাতি মমিংদি পন্দে অদুবু তান্থা অমত্তবু হায়রববদি একতাল হায়না অহুম্মক খঙনরম্মী।

**লয়প্রাণঃ**—ঈশৈ নত্রগা পুংলোনগী অহুগা তালগীসু অথুবা অতপ্পগী মচাং তাকপবু 'লয় প্রাণ' কৌই। মসি মখল ৩ নি— দ্রুত, মধ্য, বিলম্বিত।'

মখল অনিমক্কী অমুক—চির, মধ্য, ক্ষিপ্র হায়রহুনা মখল ৩ | ৩ অমুক থোক্লা খায়দোকলি। তপ্পা তপ্পা লয় হোংলকপগী য়ানি—পুম্না মখল ৯ নি। মণিপুরদা অয়াম্বা ওইনা বিলম্বিত ( অতপ্পদগী ) হৌরগা তপ্পা ২ থুঙ্জিল্লকপা হায়বদি চির, মধ্য, ক্ষিপ্র ওইনা ( মধ্য-ময়ায় ওইবা— ) লয়দা চণ্ডলকপা অমসুং দ্রুতলয়দা ( অথুবা ) থায়। মসি থাঙ্গে শেংনা রাজমেলদা উবা ফংই।

**কলাপ্রাণঃ**—তালগী পল্লিং অঙ্গ কায়হন্দনা অনিরক, মরিরক নচিংবা শাংদোকহল্লবদি কলাপ্রাণ কৌই। মসি শাস্ত্রদা দ্বিকল, চতুষ্কল, অষ্টকল হায়না খঙনৈ।

অহুগা মথক্তসু হায়রগে—প্রাচীন শাস্ত্রদা মপাগী অঙ্গদগী দ্বিকল, চতুষ্কল ওল্লকপদা অঙ্গ হোংই অমসুং তান্থাসু হোংই। মৈতৈগী চৎনবীদদি শাংলোকপগী রাতনি অঙ্গসু হোংদে, তান্থাসু হোংদে। খুদম—

চতুরস্ত্রজাতি একতাল ( ভানচপ )=মাত্রা ৪, তান্থা ১

+
ধিন তেন —তাৎ তধেই ধিন ধেই।

একতাল অরাওবা 'দ্বিকল'=মাত্রা ৮ তান্থা ১

+

—গ্রগ্র ধেইগিন —গ্রগ্র ধেন গিন —তাং তাতা —তাং তাতা

নচিংবা—

**মার্গপ্রাণঃ**—মসিদি প্রাচীন শাস্ত্রদা বর্ণনা তৌরম্বশিং অমত্তু অয়াম্বদা মার্গীতাল—চঞ্চৎপুট, চাচপুট—তগী ওইনা তৌই। মত্তু হৌজীক্তি চৎনদ্রে। মরম অত্তুনা মত্তাং অসিদা নৈনজদ্রে।

**যতিপ্রাণঃ**—মথক্তা হায়খ্রিবা লয়প্রাণগী দ্রুত, মধ্য, বিলম্বিত লয় অহুম অসিনা ওস্থোক ওনশিন তৌত্তুনা শেম্বা তোঙান তোঙানবা মওঙবু 'যতিপ্রাণ' কৌই। শাস্ত্রদা মসিগী মখল ৫ ভাকলি মত্তুদি—সম', স্রোতোগতা, মৃদঙ্গা, পিপীলিকা, গো-পুচ্ছা। মৈতৈ ওঝাশিংগী পুংলোন্দা যতিপ্রাণ অসি য়াম্নমক শীজিন্নবা উই। মথ'দা পিপীলিকা যতিগী খুদম অমা উৎলি – ( অহানবদা মধ্যলয়, মথংদা দ্রুতলয় অমসুং মথংদা অমুক মধ্যলয়দা হনজিনবা )

মধ্য
গ্র গ্রতাং খিতা তা খিখি তাংখিৎ তাতা খিতা
খিত্তেন তাতা ঘিন্তা ধেট গ্র গ্রধেন —তা ধেন
—গ্র গ্রধেন —তা ধেন

দ্রুত
খিখিতাংখিৎ তাতাখিৎতা খিতেনতাতা ঘিন্ত ধেন
—গ্রগ্র—ধেই তাধেই — গ্রগ্রধেট তাধেই

মধ্য—গ্র গ্রতাং খিতা তা — গ্র গ্রতাং খিতা তা

**প্রস্তার প্রাণঃ**—তাল অমা হায়বা অসি অঙ্গ ১, ২ নত্রগা ৩ নচিংবা কয়ামুক তিল্লগা শেম্বনি। অঙ্গ অত্তু য়েংলগা তানশক অত্তুগী মাত্রা মচাং অমদি তাম্থা মশক থঙনরিবনি। অসিগুম্বা তালশিংদা মশাগী মাত্রা মচাং অত্তু কায়হন্দনা মাগী অঙ্গশিং অত্তুমখৈতা তোঙান তোঙানবা মওঙদা মাও ভুং হোংদোক হোংজিন তৌত্তুনা পুংলোনগী কান্নাৎ থেন্নহনবা মওঙবু 'প্রাস্তার প্রাণ' কৌই। মসি শাস্ত্রনদি য়াম্না কুপ্না নিয়মগী মখা পোল্লা গণিত তৌত্তুনা নৈনন্নি। মাগী গণিত ( অঙ্ক ) অত্তু হেক শোয়-

বদা তাল অমগী অয়েপ্পা প্রস্তার মথল ৬ থোককম অয়ুদগী হেন্না থোকপা য়াই নত্রগা য়াংনা থোকপা য়াই।

তাল শাস্ত্রদা প্রস্তার মথল ২ থোক্লা থায়দোকই—'চতুরঙ্গ প্রস্তার' অমসুং 'ষড়ঙ্গ-প্রস্তার'।

চতুরঙ্গ প্রস্তারদনা O I S Sँ অঙ্গ মরি অসিতা য়াওবা তালগী প্রস্তার। ষড়ঙ্গ প্রস্তার হায়বনা O Oँ I Iँ S Sँ অঙ্গ তরুক অসি য়াওবা তালগী প্রস্তার। অণুদ্রুতদদি প্রস্তার-প্রাণদা লৌখৎলমদে।

চাউরাকপা প্রস্তার শেম্বগী মওঙ অমা মথাদা তাকলি—

একতাল অরাওবা—গুরু ১ ( তাম্বা ১ ) মাত্রা ৮

S

1 1

O O 1

O 1 O

1 O O

O O O O O

সুরফাঁক মাত্রা ১০ তাম্বা ৩ ( মশাগী তাল অঙনা ০।। নি। অদুবু হায়রা অচৌবদা শাগৎকনি )—

OS, O।।, ।O।, OOO।, SO, ।।O, OO।O, O।OO, ।OOO, OOOO

মথক্তী অসিদা গুরু ১ মাত্রা লিপালডনা কোয়চা মথল ৬, মাত্রা ১০ সুরফাঁকনা কোয়চা মথল ১০ থোকলি। কোয়চা খুদৌংগী অঙ্গ মওঙসু মাল্লদে। মাগী অঙ্গ-কায়াৎ অমমমসিদা পুংলোন অয়ুক থেন্নহন্দুনা প্রস্তার কয়ামুক শেম্বা য়াই।

মসি শেম্বগী চাউরাকপা নিয়ম অমদি—

তাল অমগী মথুংদা অঙ্গ অমা লত্রগা অমদগী হেন্নবদি অহু ইহান হায়রা অচৌবা মশীংগী অঙ্গ লৌরপনি। অমসুং ওয়রোমদা লৈরিবা অঙ্গ

অহুনা ক্রুভ (O) ওইরমহুনা মঙোন্দগী অপীকপা অঙ্গ লৈত্রবদি মাগা থংনরিবা অঙ্গ অচৌবহুগী হেক মথাদা, মহুগা হেক থংনবা অঙ্গ মচা থম্নগা, মথক্কী শেমখ্রিযা প্রস্তার অহুদা ইহান হান্না থমগদবা অঙ্গ অহু মথাদা লৈই চিংলিবা অহুনি।

য়েংলোমগীদি মথক্কী লৈরিবশিং অহু অহুম হঞ্জিন্না থমগনি। হুঞ্জীক থমখ্রিন্না অঙ্গশিং অহুগী মাত্রা মচাংহু পুনশিন্দুনা য়েংলগা তাল অহুগী মাত্রা মচাংহু পুনশিন্দুনা য়েংলগা, তাল অহুগী মাত্রা মচাংহু ফাত্র-বদি ওসার হান্না থম্না হৌথিবা অঙ্গ অহুগী ওয়ৱোমদা য়াৱিবমখৈ অচৌবা অঙ্গ (মাত্রা মচাং অহুগী মহুং চন্না) লৌখত্তুনা মেনশিন্দুনা মপুং ফাহনগদবনি। অম্নুম্না মথা চথবদসু অহুম তৌরগা, ইলোই লোইবদা (অশুক্রুতদি লৌথংনমদবনিনা) অঙ্গ খুদোংমক কারখিহুনা ক্রুতদা লাক্নগা লোইগনি।

মসিগী খুৎশেম অসি চুমই চুমদে অমদি তাল অমগী মাত্রা অম্নুক্ক ওইরবদি প্রস্তার মথল অম্নুক থোক্কনি হায়বনচিংবা অঙ্গ নিয়মনচিংবা কুপ্নদগী কুপলেন কুপ্পা পাক চাউনা লৈরি। মৈতৈ পুংলোন্দা তানচপ, মেনকুপ, পরেং, অলঙ্কার, আখরনচিংবা হায়নরিবশিং অসি প্রস্তারগী মহুং চনবা য়াই।

মাণঃ—(মাণগী অর্থ তালগী মচাং ওনবা অমসুং অথাবা)

তাল অমগী মহুং চল্লিবা ঈশৈ নত্রগা পুংলোনগী লোইশিনফম অদুম্ন 'অথাবা' কৌই। মসি মথল ২ থোক্না থাযদোকই—ধ্রুবপদ হায়-বদি ঈশৈগী হঞ্জিনফম অহুদা ২শুবা তান্থানা থাদোক্লবদি 'বর্দ্ধমান' অমসুং তালহুগী অয়োইবা তান্থাদা থারগনা 'হীয়মাণ' কৌই হায়রি। থূদম ওন্না—

বর্দ্ধমাণ (তানয়ায়দা থাবা '—

চারতাল মচাগী অথাবা, ঈশৈনা 'স্তথা ভাথৈ ...'

| + | ২ | ৩ | ৪ |
| --- | --- | --- | --- |
| ধেন তা | ধেন তা খি তা | তা গ্র গ্র ধেই | S |

+ ২
গ্রগ্র তং তং | তাং S | তাং S |
মসিবু যুগলদা থাবা হায়নৈ।

**হীয়মাণ**—( তানমৈদা থাবা )—

তিনতাল অচৌবা—অথাবা, ঈশৈনা—'অপরূপ রাসবিহার…'

৩ + ২
ধিন তাতা খিতা ধিন | তাতা খিতা | ধিন গ্রগ্র

৩ + ২
ধিন তাতা খিতা ধিন | তাতা খিতা | ধিন গ্রগ্র

৩ + ২
তাখিং তাংখিৎ তাতা খিতা | গিনত্র গিনথেই | তাতা খিতা | ধেই

মথক্তা উৎলিবা 'হীয়মাণ' ( অরোইবা তাম্থানা লোইবা ) অসিগী মরমদা য়েৎনবা খরা লৈ, হায়বদি ওঝাশিং কনাগুম্বনা তিনতাল অচৌবা অসি অহুমশুবা তাম্থা অসিদগী অলঙ্কার লৌই অমসুং থাবসু মসিদা থায়। নট-পালাগী তিনতাল অচৌবগী মপুং লোংবগা মথাগী পুংলোন অসি য়ৈনৈ। পুংলোন অসিদগীনি ওঝাশিংনা অহুমশুবা তাম্থাবু তানকোকনি হায়রিবসে। মখোয়দি—

+ ২ ৩
ধিন থেই S তা | তাধে ধেনতা | ঘিনতা ঘিনগ্র… অসিনচিংবা

পুংলোন অসিবু ওঝাশিংনা করতাল মরোলসু কৌনৈ। মসি মশানা চালি ছন্দদা লৈ অহুগা মথাতাবা অলঙ্কারশিংসু চালি পুংলোন্না অহুম্মক য়ৈনৈ। মরম অহুনা অহুমশুবা তাম্থা অসিনা তানকোকনি হায়নৈ। অদূবু ঐগী মত-তদি তাম্থা অহুম শুবদা অলঙ্কার লৌবা অসিদি করিগুম্বা তালদা হাইদোকপদা লৌবসু য়াওই অমসুং করতাল মরোল তারকপদসু তিনতাল অচৌবগী হান্না লাকলিবা ছন্দ অহুদি পুমকায় কায়রক্লরনিনা, চালি নত্রগা করতাল মরোল হায়বনা চুমগত্রা খল্লি। মরম অহুনা মসি শাস্ত্রনা হায়বা 'হীয়মাণ' হায়বা অসি ওইগত্রা হায়না নীংই।

শ্রীবিপিন সিংহ

# গোষ্ঠ লীলা

( অক্টোবর ২৮ লুংথিল )

বিজয়স্তু রামকৃষ্ণৌ
সর্ব্ব সন্তাপহরৌ।
পরম সুখদ বর্ণৌ
শ্বেত-নীল প্রকাশৌ।
অভিনব-নব কান্তি
নীল-পীত সুচেলৌ॥

শ্রীমদ্ভাগভবতকী গোষ্ঠ-লীলা মওঙ—

শ্রীকৃষ্ণনা ভাদ্রকৃষ্ণ অষ্টমীদা পৃথিবীদা অবতার তৌবীখি। পোকপা মতুং হুমিং ১৫ নি শুবদা 'পূতনা' হাংলি, থা অহুম শুবদনা 'শকট ভঞ্জন' লীলা শান্নে। চহি অমা কাবদা 'তৃণাবর্ত্ত' হাংলি। চহি ২ থা অহুম শুবদা মেন্না থাদা উদুখল-লীলা শান্নে। মসিগী হেক মথংদা ব্রজবাসী পুম্নমক্না লোয়ননা গোকুল থাদোক্লুনা বৃন্দাবনদা লৈকম হোংখি। মকম অসিদা থা ৬ অমা লৈথরগা ভাগবাননা বন্নাউমচা শেনবা হৌখি। শ্রীকৃষ্ণগী চহি ৪ শুবা কাওবদা মথং মথং 'বৎসাসুর, বকাসুর' অনিমক হাংখি।

মথং চহি ৫ চওলকপদা শরদ থাদা 'অঘাসুর' হাংলি। 'বকাসুর, অঘাসুর অনিমক পূতনাগা পোকমিন্নবনি। মতাং অসিদা ব্রহ্মানা বন্নাউ মথৈগা সবা-মথৈগা হুহনা লোংখি। অসুম তৌনা চহি অমা মপুং ফাখি। চহি ৫ মপুং ফাহনা ৬ লানশিল্লক্লবদা হায়বদি কৌমার লাম্হোক্লুনা পৌগণ্ডগী মতাং হৌরক্লবদা মেন্না থাগী শুক্লা অষ্টমীদা শ্রীকৃষ্ণনা ইহান হানবা ওইনা বণবী শেনবা হৌখি—

শুক্লাষ্টমী কার্ত্তিকেতু স্মৃতা গোপাষ্টমী বুধৈঃ।
তদ্দিনাদ্বাসুদেবো ভূদ্ গোপঃ পূর্ব্বন্তু বৎসপঃ॥ ১ ( পাদ্মে )

মথংদা ধেনুকাসুর হাত্তুনা তালবন উদ্ধার তৌই। মতুগী মথংদা কালেন থাদা কালীদমন অমসুং দাবাগ্নি মোক্ষণ তৌই। মথংদা নোংজুথা লাক্লবদা হোরী-খান্দোং হাইত্নুনা ভাণ্ডীর বনদা শাগে। মথংদা প্রলম্বাসুর-বধ, দাবানল ভক্ষণ অমসুং বস্ত্রহরণ-লীলা শাগে। যজ্ঞ-পত্নীশিংদগী 'অন্নভিক্ষা' তৌত্নুনা সখাশিংবু পীজে। মত্তাং অসিদা ভগবানগী চহি ৭ মপূং কাবা ওই।

**লীলাগী মওঙ**—মথক্তা লৌপংলিবা থরা অসি শ্রীমদ্ভাগবতনা উৎপা ভগবানগী গোচারণ লীলাগী মসুংচনবা থোদোকশিংনি। গোচারণ-লীলাগী মওঙদি—

অগানবা কৌমার বয়সতা গোকুলদগী লাকপগা ইকুই কুইদনা যন্নাউ শেনবা হৌই। অনকপা মফমদা সখাশিংগা লোয়ননা শেল্লি, চরোম পুত্নুনা চংলগা ময়াম চামিন্নে। লমহাওঙ্গা উহৈনা খুং শাত্নুনা উংত্নুনা শান্নে, যণ শানা কৃষ্ণগা যণ খোংত্নুনা মহৈ মহৈ রাইনৈ, কেকু লোৎপী, নুং খুন্দুনা পন থোনবী, থোং শাবী, য়োংগী মতৌ ভমত্নুনা চোংবী অসিনচিংবা কথা শান্নে। মমা মমামথৈনা মণিমুক্তা, সনা-লুপা-নচিংবগী লৈচ্ছেং তৌরক্লুনসু লমলক্কী লৈ, উনা অমদি রাহোং মত্নুনা লৈতেংনত্নুনা শান্নে। অমনা অমগী শিকা হুরান্দুনা লংথোক্লে ( শিক্কা-চরোম হাপ্তুনা পুনবা নাকন্দা থাওন ওন্দুনা য়ানবা ঝুলিগুম্বা মথল অমা ) মপুনা তাল্লগা অমনা অমুক অমদা লংত্নুনা পী। কৃষ্ণনা থাপ্পা লৈগ্রবদা সখা মথৈনা মাবু হান্না শাকপা তান্নে। মখোযনা বেণু, শিঙ্গা খোংনৈ ( শিঙ্গা—কৃষ্ণসারমচি )। কনানা খোইমুগী মতৌ তমনা ঙৈশে ওংই, কনানা কোকিলগা খোন্থাও ফজবা তান্নে, কনানা উচেক্কী নত্রগা মশাগী মমিগা লমজেন তান্নে, কনানা কাংঙগী শাজং তম্মী, কনানা উরোকুম মনাক্তা তূমিন্না ফমলুই, কনানা রাহোংগা জগোই শামিন্নে, কনানা উশাদা য়োংগী মমৈ চিংলুই, নত্রগা মচা ফাগদবগী ভোকই। কনানা উশাদা য়োংগুম্না তোংত্নুনা লৈ, য়োংপা ওনশিনত্নুনা মম্না

খিগৎলম্নে, উশা অমদগী অমদা লামহুনা চোংই, অমনা হুণ্ডোইগুম চোং-খিহুনা কোংকূৎ লাম্নবা হোৎনৈ, কনানা ঈশিংদা ভাবা মশাগী মমিবু মপ্নিৎ মম্না কাক্তুনা লংনৈ, কনানা মশাগী খোম্নাঙ মখোল ভাবদা শাউনা শাপ তৌই। সখামথৈ পুন্না জগোই অমুক শামিম্নে, চোংই, ফন্নি, ঈশৈ শকই। লাকুবী-ফানবী শাম্নে। লাকুবদা রাম্নবা কৃষ্ণবু মখোম্ন মম্নাম চণ্ডহুনা সেবা তৌই। কম্নিগুম্বদা কৃষ্ণনা জগোই শাম্নগা সখা মথৈনা পুং-শেল মৈ, বেণু খোংই, ঈশৈ শকই। সখাশিংনা শাম্নগা ম্নামকৃষ্ণনা ঈশৈ শকই। কম্নিগুম্বদা হোরীবান্দোং হাইবী শাম্নে। কম্নিগুম্বদনা কৃষ্ণনা নিংথৌ শাহুনা লৈবাক ঙাকপগী লীলা শাম্নে—নিংথৌগী কাঙহাই চামর, শেকপিম্নচিংবা পুম্নমক মনা পুংবা উশানি। কম্নিগুম্বদা অমাংগায় (অস্পৃশ্যত্ব) ভাম্নে, মাম্নথুম্নী, থোঙ্গাওবী ফীবুন-হাবী, অম্না-শগোল-তোংবীনচিংবা কয়া কযা শাম্নে। অসিগুম্না মশাম্নশিং অসিগী মম্নুংদা ঋতু ঋতুগী অমুক খায়দোক'ল। মহ পুম্নমক পুম্নীং হুনবা মশক ঙাক্তনি।

ক্রমদা থক-খা ওন্নবা— মথক্তা লৌখৎলিবা শ্রীমদ্ভাগবতকী লীলা-ক্রম অমদি শাম্নবগী মওঙশিং অসিবু ঐখোয়গী গুরুজনশিংনা ম্নংথিল অমত্তগী কূপ্মে ওইনা শূপচিন্দুনা হুজীক ঐখোয়না উনম্নিবা গোষ্ঠ-লীলাগী মওঙ অসি তানবা শেম্নীম্নম্মী। ঐখোয়না উৎলিবা ক্রমদা ধেনুকাসুরনা হাম্না হাৎলি, বকাসুরনা কোম্নি। ভাগবত-নদি বকাসুর-বধ তৌবনা হাম্নি। অসুম্না থক-খা ওন্নবা অসিবু ঐখোম্ননা বিচাম্ন তৌরুবা ইত্তিক নত্তে। তৌবদি পুরাণ অমগা অমগা মত থেম্নবম্ন ম্নাওদবা নত্তে। ভগবান ব্যাস দেবনা পুম্নাণ পুম্নমক ইথিবা ওইহুনসু অম্নুগা ভগবানগী লীলাগী মাম্নবা মশক্তি উত্ত্নসু মত্নগী মথং মনাউ লেংশিম্নকপা মতমদদি পুম্নাণ অম্নগা অমগা থৈদোক থৈজিন তৌম্নবা মওঙ শেংম্না উবা ফংই। অদুবু মম্ন পুম্নমক ওসি কাওবদা কনানসু দোষ ওইনা লৌনদে। লীলা ম্নসতা মম্নুনা মম্নেং ভাহনবদি থক ওই-রবনা। অত্নগী মথক্তা অথঙ অহৈ পণ্ডিতশিংনেদি—থেম্নম্নিবশিং অসি

কল্প থেরবননি, ব্যাসনা তৌনীংবা তৌবা নত্তে—ভগবানগী লীলাদি নিত্যনি, তৌবিনবা লৈরিবনি। অস্রুমা ভগবানগী মিংকুপ মিংকুপকী লীলানা তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়দদি মশীং খঙনবা চঙ্গনা শাবা অহুগুম্বা কল্প কয়া কয়া কান্না থোকই। মরম অসিদগী লীলাগী ক্রমদা থক-খা ওনবা কয়া থেংনবনি। সনাতন গোস্বামীনা শ্রীমদ্ভা-ভগবতকী টীকা তৌবদা অস্রুমা হায়রম্মী মহুদি—

"বিরোধাস্তরবৎ কল্পভেদবিকল্পয়েতি কেশ্চিৎ —

১০ম্ ১১অঃ ১৯ শ্লোকঃ

শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদা বিরোধ—য়েৎনবা লৈবা কয়াবু কল্প ভেদদগী থোকপনি হায়না সমাধান তৌনবগুম মতাং অসিসু তেৎশিনগনি।

ঐখোয়গী গুরুজনশিংনা বকাসুর, ধেনুকাসুর অনিগী মথক মখা ওন্নসিসু অহুগুম্বা ঐখোয়না খঙবা ভমদবা লংজীন অমা লৈখিবনবা নত্রগা মরক্তা শেরান্নবা অমদগী অতুম্মক ওইখিবরা নত্রগা রামকৃষ্ণ অনিগী লীলাদা মরাম্বা থনম্লগা মনাত্তগী কৃষ্ণেনা হানখিবহ্ রস চুপ্পগী মত্তাংদা মীওইবা রাখন্দ। লকক্ তৌবা করিগুম্বা অমা থম্মোইদা ফাও-বদগী থৌ-ওইনমক তৌবীরম্বা হায়বহ্ ঐখোয়গী পীক্রবা বুদ্ধিনদি লাম্লুবা ক ত্রে। অস্রুমা অকোন অহানদা ওম্নবা অসিনা রস মরেং তাইনখিবদি করিসু থোকপা লৈতে। অতুনা মসি ঐখোয়গী চৎনজবী ওইমা লৈপ্রবনি।

কুংথিল মতেক অমগী লীলাদা শঙ্গোম শুম্বদগী হৌহ্না গোচারণ লীলাগী মশক উৎনবা হোৎনরকপদা কৃষ্ণে ওইনা উৎপদা পুংওাইগদবা থরদং লোৎথৎতুনা নৃত্য-নাট্য অসি শেম্লম্মী। ( শারদাত্তনগী 'ভাব প্রকাশ'নদি মসিবু উপরূপক-কী মখলদা 'গোষ্ঠী' হায়না মমিং থোল্লম্মী )। মমৈদা থোকপা বস্ত্রহরণ-লীলাগীসু মথংদা লাকপা 'অন্নভিক্ষা' অসিসু কৃষ্ণবু বণশেনবা চৎমিন্নবা হৌবা লাকপদা, মমাইবেম্মা যশোদানা পীত্রবদা সখাশিংনা হারজবদা পল্লি মহুদি—

লাম্লক্কা চাকন্থ নোংমা পীজখিনে······অসিনচিংবা

মসিনা অমুক তাকপদি—কৌমার, পৌগণ্ড অমদি কৈশোরগী মতম ফাওবদা ভগবাননা শান্নখিবা ব্রজলীলা পুম্নমক গোচারণ লীলাগী মচুংদা তাক্না ওইখিবনি। দাবানল ভক্ষণ অমদি অন্নভিক্ষাগী লীলা অসিগী মতুংদগী মথা য়াম্না চখনা গোষ্ঠ-লীলা শান্নখিবা ওইবনা, ওজা-শিংনা রস অসিবু যথবী শেনবা হৌবা হুম্ফিংমক্তদা পুক্ষত্নুনা হায়না ওইনা উবদগী শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহ মহারাজনা শক্কা তৌরবদা মতম অদুগী ওজা মৈয়াবা হায়বদুনা নিংখোবু বাৎসল্য-প্রেমদগী থোক্পা য়াহৈনা 'করি নিংখেম। নত্তনবু করি খওদুননো, ভগবানগী লীলাদি ওইদুনা তাক্কা লৈবা নত্তবন্না, হাপ্তুবা য়াদে হাপকদবনি' হায়বদগী সনা হাক্কক অদুদগী অদুম্মক হাপলকখিবগী য়াম্বী তাবা লৈ। ঈশৈ অসিমক ঐখোয়গীনস্থ পদকল্পতরুনচিংবা বৈষ্ণব-পদাবলীশিংদগী গোষ্ঠগী ক্রমদা অদুম্মক য়াওহন্না থেংনৈ। অসিগুম্বা মওওদা ওজাশিংনা, উৎপদা খুং-লোয়বা খুংলোয়দবা যেংনা খন্দোক খঞ্জিন কন্না তৌরগা শাংলবা মতমগী লীলাবু পুং খরত্তগী কুম্মৈ ওইনা শুপচিন্না শেম্বিরম্বনি।

## গোষ্ঠ-লীলা-ক্রম গোবিন্দগী )

হৌনবী মতুংহন্না প্রাতঃদা ব্রহ্মণনা য়াসোৎসর্গগী পূজা কৎলগা লীলাগী ক্রম মথং মথং তায়রকনি। য়াস অতেংগুম্না গোষ্ঠদদি নিপা-পালানা গৌরচন্দ্রিকা শক্কে। লীলা হৌদ্রিঙ্কেদা সূত্রনা শক্লগা লোইয়ে।

মাগুব ময়োলগী কৌজ্রুগী চিথেক্তা মায় নোংপোক ওম্না পুংয়েবা অনি ফমগনি। মকোক চৎপনা অরাং থংগনি। মখোয়গী য়েংলোয়দা মোইবুং খোংবা ফমগনি। অরাংথংবা নাকন্দা মায় মথা ওম্না সূত্রধারশিং ফমগনি। চন্দবনা পুংয়েবগী ভুংদা লৈগনি।

হৌনবী লৈ-চন্দন তৌদুনা অমদি মাগুব মপু বরণ তৌয়পা পুংয়েবা অমদি সূত্র শক্পশিংনা শ্রীগোবিন্দবু হায়না খুজেন্নগা মাগুব মপু অমসুং

নিংথৌবগী হৌহনা মকোক মথং নাইনা ভাবক পুন্নমকপু দণ্ডবৎ তৌনা থুকমগনি। অস্রুম্না থুকক্না লোইরবদা মাগী মাগী ফিজেৎ-লৈভেং ভৌনরগা মফম মফমদা ফমগনি। মখোয়বু ফিন-চিংবনা বরণ তৌবা লোইরগা পুংনা 'বৃন্দাবন-অহৌবী' য়েহনা রাগ হোৌগনি। মসু লোইরগা সূত্রনা গৌরপদ শক্কনি, গুরু অমদি বৈষ্ণব বন্দনা তৌরোই। মসি লোইরগা সূত্রনা নারদ লাকপগী উক্তি অমা ছাড়াদা থীরগা নারদ বালবাস্ অনিমক ঈশৈ শক্কা শক্কা চঙলক্কনি। নন্দালয় য়োৌরগা কৃষ্ণ-বলরাম অনিবু শঙ্গোম শুহা তম্বীগনি। মথংদা সূত্রনা উক্তি অমা শীবদা চিথেক মরিমক্তা সখাশিংনা মচীন্দা অবাবা' লাউনরক্কনি। মথংদা বন্দনা অমা পুন্না শক্কনি।

কৌক্রুগী কাওবুনা হান্না ঈশৈ শক্কুনা, একতালদা মখোঙ থীন্দুনা ঈশৈ শক্কনি, মখোয়না লোইরগা মৈরমগী কাওবুনা মথং ঈশৈ অমা অমুক শক্কনি। মথংদা মোইরাং লায়জি, চীংথৈগী কাওবুস্ ঈশৈ অমমম শক্কগনি। ঈশৈ শকপা লোইবা মতমদা পুন্না মচীন্দা অরাবা অমুক ল্যাউনগনি। ঈশৈ লোইরগা মরাম পুন্নমক মাগী মাগী মফমদা অমুক ফমগনি। দল খুদীংদগী মকোক ওইবা সখা ২ | ২ থোরক্কগা ময়ায় খা-রাং পরেং শানা লেপ্লগা মমায় নোংচূপ ওনগনি।*॥ মতম অসিদা রামকৃষ্ণস্ মায় নোংপোক ওন্দুনা লেপ্তুনা লৈগনি। সখা ৮ না ভোগান ভোগানবা শ্লোক অমমম থীনহনা রামকৃষ্ণগী নাক্তা চঙলুনা মোত ভৌনরুগনি। মখোয়গী মোত তৌবা লোইরবদা সূত্রনা উক্তি অমা শীরগা চিথেক মরিগী দল মরিমক কৌক্রুগী দলনা মকোক চিহনা মায় সখা ওয়া খোঙ থীন্দুনা, ঈশৈ শক্কা শক্কা মী অমমম লেংহনা চংলগা সখা ৮ অদুবুনা ময়ারদা থমগা ওয়ওইননা কোয়গনি। অতৈ দলসু ঈশৈ শক্কুনা, মখোঙনা তাল থাহনা হান্নদগী অতুম লৈগনি

---

*॥ মসি থাগনদি ভৌরমদে, মাগী মাগী দলগী লৈফমদা অতুমক লেপ্লরম্বী।

অহুগা পরেং জাক্লিবা দলনা মাগী মাগী মপা য়োৎলকপদা ভাল কায়দনা হায়গুন মখেংও অহুম থীম্লা থীম্লা চওশিন্দুনা পরেং ময়ক্তা য়েপশিনগনি। অস্তুম্না সখা পূম্নমক শীন্দোকপা লোইহুনা পরেং অমত্তা ওইনা কোম্বনা লেপ্লবদা নোংচূপকী মায়কৈদি থাদোক্তুনা থম্লগা 'অয়াবা' লাউহুনা কমথনগনি। (মী য়াম্মনবদগী হুজীক্তি পরেং মরি থোক্লা কোয়খ্রে, মসিদি কুইহ্রি, লান মতুংদদা তৌরকপনি। থাইনদি অহৈংহৈত য়েংহুনা মী খন্দোক খঙ্জিন তৌবম্মী। হায়া মথক্তা অমুক য়াওথ্রবশিংদি অহুম্মক য়াওহল্লি, মরমদি—জগোইদা মপুং ফানা ফজনা শাবা য়ানবা থোয়রাওনি। হুজীক্তি মসি থাদোকখ্রে)। ময়ায়গী ৮ অহুম্‌ ওসায়মথৈ ময়ামগা চপমান্ননা অহুম্মক তৌমিন্নহুনা লৈরমগনি।

সখা ৮ অহুনা মমায় নোংচূপ ওল্লগা য়ামকৃষ্ণবু থোয়ক্লবা ঈশৈ শক্তুনা কৌথোক্কনি, মোত তৌগনি। মথংদা ঈশৈ মথাও অমা ছাড়াদা অমুক শরম্লগা সখা অনি অনি চওহুনা রামকৃষ্ণগী মনাক্তা অমমম লেপ্লগা মশা শোক্লা মোত তৌরগনি। অস্তুম্না মখোয় ৮ মক্কী মোত তৌনবা লোইরবদা রামকৃষ্ণবু স্তুতি তৌগনি, জগোই শাগনি, মালা হুনগনি। মসি পূম্নমক মখোয়না শ্রীরামকৃষ্ণবু উজবদা অগদি মখোয়গা লোযননা যগশেমবা চৎমিন্নগনি পনবদা হয়াউজবা মতৌ কোংদোকপনি। রামকৃষ্ণগী স্তুতি অসি নত্তবা অতৈ মালা হুনবনচিংবা অসি থায়নদি মধুমঙ্গল থোক্লবা মতুংদা, শোয়দনমক মখোয়না কৃষ্ণবু লোয়নজবা ফংলগনি হায়বা খওলবদা হয়াউজবা কোংদোকপা ওইনা লৈরম্মী। অদুবু মধুমঙ্গলবু থোকথ্রবদি ভাবক কায়হুনা ঈরাও লাওবদগী মতাং অসি মাওবা তারহুনা স্যার চূড়াচাঁদ সনা হাক্তক্তা মথক্তা পুখৎখি।

সখাশিংনা হায়জবদগী কৃষ্ণনা মখোয়দা উক্তি অমা পীরবদা সখাশিং অহু থোকখিহুনা পরেংদা য়াওখিগনি। মথংদা কৃষ্ণনা যশোদাদা চৎকে হায়জগনি, যশোদানা য়াদহুনা পমহুনা থমথ্রবদা কৃষ্ণনা নাম্থোক্তুনা চেনখিগনি। যশোদা রোহিণী অনিমক্না তায়হুনা ফারগা ঈশৈ শক্লা শক্লা মোত তৌনা তৌনা পুশিল্লকনি।

মতম অসিদা পল্লেংগী ময়াম থওবা অচুম্বাইদগী সখা অমা লেপথংলক্লুনা শ্রীদামদা কৃষ্ণবু লৌরুনবা পৌদারক্কনি। শ্রীদামনা উক্তি অমা পীরম্লগা সুভ্রনা শকপা ঈশৈগী মতুংইন্না তাল চানা, কেনা মথোও থাংহনা কৃষ্ণগী নাক তান্না লাক্কনি। য়ৌরগা যশোদাবু খুকম-হনা খুকউ খুদক কুম্না খুৎ লোম্নহনা কৃষ্ণবু থাদোক্পিনবা হায়জগনি। যশোদানা পীথ্রবদা মকোক্তা মখুৎ হাপ্পুনা থোরক্কনি। ঈশৈ শক্লা শক্লা, মোত তৌনা তৌনা লাক্লুনা ময়াম মনাক য়ৌরক্লগা শ্রীদামনা সুবলবু অমুক চৎলুনবা হায়গনি। সুবলনা উক্তি অমা পীরম্লগা লাক্পা হৌগনি।

মচীন্দা শকপা ঈশৈগী মতুংইন্না মোত তৌনা তৌনা সুবল সখানা যশোদাগী মনাক য়ৌরক্লবদা খুকম্লগা খুৎ লোম্নহনা কৃষ্ণবু থাদোক-পিনবা হায়জগনি। মমা ইবেম্মনা পীথ্রবদা মুন্দুনা কৃষ্ণবু পুথোক্কনি, চীন্দা ঈশৈ শক্কনি, কৃষ্ণগী মশা প যনা পাম্বনা মোত তৌগনি। যশোদা য়োহিণীনা ঈশৈ শক্লা ১ তাম্নথক্লুনা অমুক মচাবু ফারগনি। অতুমক্তদা নাম্থোক্লুনা অমুক চেনথ্রবদা মমা মথৈনা অমুক তাংহনা ফাগনি। মতাং অসিদা 'স্তোককৃষ্ণ' সখানা ঈশৈ শক্লা শক্লা চঙলক্লগা কৃষ্ণবু মমাদগী অমুক মুন্দুনা পুথোক্কনি। মমা অনিনা কৃষ্ণবু অমুক মুনগনি। স্তোক সখানা যশোদা রোহিণীদা দণ্ডবৎ তৌহনা হায়জগনি। অসিমক্তদসু যশোদানা ময়াথ্রবদা কোয়না পরেং লেংহনা লৈথিবা সখা পুম্নমক হৌগত্তুনা অমগা অমগা মখুৎ শম্নহনা ঈশৈ শক্লা শক্লা, অহোবা থম্মদনা কোয়না থংক্কনি। মমৈদা খুৎ শম্নবা থাদোক্লগা খুকউ লৈতনা নীংথাওননা যমহনা পুম্নমক চপমান্নগা ঈশৈ শক্লা শক্লা মখুৎতনা মোত তৌনগনি। ঈশৈ লোইশিল্লকগা মাম্নমা মথোয় পুম্নমক দণ্ডবৎ তৌ-হনা যশোদাদা খুকমগনি। মতম অসিনক্তদা বলরামনা মখুৎ হাইহনা সখাশিংদা কোয়না চৎলগা উক্তি তৌগনি সখাশিংসু হৌগত্তুনা যম্লগা বলদেবদা খুৎ লোম্নহনা উক্তি তৌরক্কনি। মথদা বলরামনা খুকউ খুদক কুম্দুনা খুৎ লোম্নমা যশোদাদা হায়জয়ক্কনি ছাড়াদসু ঈশৈ শক্কনি

অমস্তুং ছন্দ ওন্দুনা অতোপ্পা ঈশৈ অমা শক্লা শক্লা কৃষ্ণবু কোন্দুনা পুথোরক্কনি। কৃষ্ণবু থনম্লগা হক্তিল্লক্তুনা ঈশৈ শক্লা শক্লা যশোদাদা দগুবং তৌত্থুনা অমুক হায়রজগনি ।

মতাং অসিদা সূত্রনা ছাড়াদা ঈশৈ অমা শক্তুনা যশোদানা য়াবীবা উৎকনি। মথংদা সূত্রনা বেশ-সাজনগী ঈশৈ অমা একতালদা শক্কনি। কৃষ্ণ বলরামবু খাত্রাও লেপহল্লগা যশোদা রোহিণীনা মচা অনিগী মশা পায়না পায়না বেশ-ভূষণ তৌবগী মোত্ত তৌগনি। মথংদা যশোদা রোহিণীনা কুমিংপু খুকমত্থুনা কৃষ্ণবু ওাকপি কনবীনবা ঈশৈ শক্কনি। মথংদা যশোদা রোহিণীনা ঈশৈ শক্লা শক্লা রামকৃষ্ণবু জগোই শাবা তম্বীগনি। মচীন্নাউস্‌ মমাশিংনা শাবা মতৌ যেংত্থুনা জগোই শা-গনি। ঈশৈ শক্লা ২ মমা অনিনা মচা মচাদা লৈ পরেং অমমম শিবীগনি। মথংদা রামকৃষ্ণ মচীন্নাউ অনিতনা পুন্না জগোই শামিল্ল-গনি, মালা হুন্নগনি, মমা অনিনা ঈশৈ শক্লা শক্লা মোত্ত তৌনা তৌনা মচাগী জগোই য়েংগনি।

রামকৃষ্ণগী জগোই হেক লোইবদা সূত্রনা ঈশৈ অমা শক্লিঙৈদা সখা ৪ | ৪ খক থোক্তুনা খা-য়াংদা, নোংপোক নোংচুপ ইন্না মমার ওনশিন্নত্থুনা পরেং লেপকনি, মথোঙনা তাল থাত্থুনা কে-না অস্থুম লৈগনি। বলরামনা অরাং অমস্তুং কৃষ্ণনা মখাথংবা পরেংগী মমাঙদা জগোই শানা শানা লৈগনি। সূত্রনা ঈশৈ শকপা লোইরগা সখা-শিংনা মদু ওক্তুনা অমুক শক্কনি অমস্তুং শক্লা শক্লা জগোই শাগনি। ঈশৈগী অরোইবা পদদা সখাশিংনা লোংলৈ লৈরিঙৈদা কৃষ্ণ-বলরামনা মালা ২ | ২ রক হুন্নত্থুনা বলরামনা কৃষ্ণগী, কৃষ্ণনা বলরামগী লৈকমদা য়োনরগা সখাশিংগা মতম মান্নবা উপলৈ জগোই শামিন্নগনি। অস্থুম্না উপলৈ লৈবা হেক লোইবদা সখাশিং অত্থুনা কৃষ্ণ বলরামদা লৈ চাই-শিন্নগনি অমস্তুং জয়কার লাউগনি। অস্থুম তৌনা মালা হুনবগী জগোই মপুম অসি হায়রগা চপ মান্নবা মওঙদা অমুক হুন্না শাত্থুনা কৃষ্ণ বলরামনা

মাগী মাগী হায়গী লৈফমদা অমুক ওনশিন্নগনি অমসুং অমুক হুন্না লৈ চাইহুনা জয়কার লাউগনি।

মথংদা রামকৃষ্ণ অনিনা মমা মমাদগী অচাপোৎ নিগনি, মমাশিংনা উক্তি অমা পীরগা অথুম অহাঙ পীগনি। মথংদা যশোদানা ছাড়াদা ঈশৈ শকুনা কৃষ্ণবু বলরামদা শিন্নগনি, সূত্রগী উক্তি অমসু পীগনি অমসুং মহুগা লোয়ননা কৃষ্ণ-বলরামবু নন্দদা পুহুনা শিন্নকগনি। মতম অসিদা নন্দনা উক্তি অমা তৌরগা কৃষ্ণ-বলরামবু লৌহৌগনি। নন্দনা কৃষ্ণবু পমহুনা পুরগা মচি অমদা মচীন্নাউ অনিবু লেংগোন্নহুনা লেপহল্লগা মচাশিংগী রূপবর্ণণ তৌগনি। মথংদা উপনন্দ সুনন্দসু আশীষ তৌনগনি, ব্রহ্মণ-পুরোহিতসু আশীষ তৌগনি।

মথংদা নন্দনা কৃষ্ণ বলরামবু শ্রীদাম-সুদামনচিংবদা শিন্নগনি। সখাশিংনা উক্তি অমা পীহুনা লৌহৌগনি। মথংদা মধুমঙ্গল-খেল অহুম্মক তারগনি। যশোদাদগী অচাপোৎ নিহুনা পুথোরক্লগা সখা ময়াম মমাঙদা লেন্ন-লেন্ননা চাবা, ময়ামনা লাউনরকপা, তাশিন্নদনা মফৈ নৌকুনা চাবা, হায়জমমল্লবদগী ময়ামদা য়েন্দুনা পীজবা। মরক্তা 'দেজে' শাবা অনিবুদি চিথবীবস্বা, লডনবা মখোয়না শাউবা অসিন-চিংবা নোক্লবা কূম্মৈ কন্না তৌগনি।

মতাং অসি ফাওবনা নন্দালয়দা তৌবা লীলাগী মওঙনি। মসিগী মতুংদদি লম অহুম্মক থোক্লগনি। সখা পুম্নমক পরেং অনি থোক্লা লেংলগা কৃষ্ণ-বলরামনা ময়াম্নদা চংকনি। সখা পুম্নমক চৈগু বাঁশী পায়নগনি। বলদেবনা লাঙ্গল পায়গনি। মন্দির মঙ্গুংগী শ্রীরাম-কৃষ্ণগী মূর্তিসু রথ মথক্তা লেঙথহুনা লমথোকপা য়াওগনি। ব্রাহ্মণ মচানা শাবা সখা ৪ না রথকী চৈথেক ৪ দা লেপ্পুনা চামর থোগন তৌগনি, পে-অঙৌবা অমনা রামকৃষ্ণগী কোকথক্তা খানগনি। অহান-বদা সূত্র শকপন্না ঈশৈ শকুনা মাঙ থানা চংকনি, মথংদা সখাশিংনা জগোই শানা শানা চংকনি, রামকৃষ্ণগী রথনা খায়গী তুং থংগনি,

ভাবকশিংনা কাং চিংগনি। মথকী তুংদা লাইগী থৌগন-পূজাগী-হুহোন-নচিংবা অমদি ঙাকপা শেনবা মী ময়াম চংকনি। অস্থুম্না সভাযাত্রা চংলগা লমহাঙ য়ৌরবদা নোংচূপকী মতাইদা মক্ত্রগা মখাগী মতাইদা রামকৃষ্ণগী রথ অস্থু থাদুনা নোংপোক নক্ত্রগা অরাং ওন্না লৈরগা মতুগী মমাঙদা সখাশিংনা কোয়না লেপ্তুনা জগোই শাগনি, রাম-কৃষ্ণ শাবা অনিনা ময়ায়দা লৈগনি। সূত্রনা কৌক্সরোমদা হায়গুম্না অহুম্মক লৈগনি।

অস্থুম্না পরেং শিন্দোক্লবা লোইরবদা 'গোষ্ঠ-ভঙ্গী-অচৌবা' শাগনি। মথংদা 'গোষ্ঠ-বৃন্দাবন-ভঙ্গী' অমুক শাগনি। জগোই শারিঙৈদা সূত্রনা ঈশৈ শকনি। জগোই লোইরমদাইদদি সূত্রনা হল্লগা সখাশিংনা খুমহুনা জগোই শানা শানা ঈশৈ শকনি।

মতম লৈতহুনা নক্ত্রগা অঙাংশিংনা ফাবা ঙমদহুনা পূম্না ভঙ্গী অনিমক শাবা ঙমলোইদবা লৈরবন্নি ভঙ্গী-অচৌবা শাবা লোইরগা বৃন্দাবন-পরেংগী অরোইবা জগোই ৪ দংদি হায়রবদি নং ২২. ২৩, ২৪, ২৫ লৌথস্তুনা শারমদবা য়াদে, মসি ওজাশিংনা থস্বীরস্বা নিরমনি।

অস্থুম্না জগোই শাবা লোইরগা 'ক্ষীবুন-হাবী শায়গনি। মসিগী ক্রমদি—পূংনা থায়কপা মতুংইন্না সখা পুন্নমক মকোকচিংবা অমমমগী মতুংইন্দুনা মঙ্গীং মায়না কাওবু অনি থোক্লা থাইদোক্লরগা কাওবু অমনা মাঙদা অস্থুম পূমচং চংখংখিদ্রনা লৈহৌরিবা পরেং অহুগা খা-রাং হেক্ক তানদ্রিবা ফাওবা জগোই শানা শানা চংকনি। মতম অসিদস্থু সূত্রনা হল্লগা সখাশিংনা খুমহুনা ঈশৈ শকনি। মকোকচিংবী অমনা নোংপোক, অমনা নোংচুপ থংনা খা-রাং লেপ্পগনি, রামকৃষ্ণনা অমমমগী মাঙদা লৈগনি। অস্থুম্না মীচঙ থায়দোকপা লোইরবদা পূং-লোন অমত্তদা কাওবু অনিনা স্তোপ্পা স্তোপ্পা জগোই শানগনি। মসিনা অনিরক হল্লবা তুংদা শক্লিবা ঈশৈগী মতাং চানা কৃষ্ণগী মায়কৈদা সখা অমনা মাগী কাওবু মমাঙদা থোক্তুনাময়ামমা তৌবগুম মখোঙ শিক্তুন্না চেল্লগা, ময়ামগা মায়না ওন্নগী থুকউ লৈতাহুনা নীংগাঙলা ফমহুনা

লৈগনি, মমায় মপায়া য়েংবা খুপাক লোংথোকুনা থমগনি। মতম অসিদগী শরক শিহন্দনা বলরামনা, মাগুদা কমলিবা সখা অমদা কৌবুননা থাগনি অমসুং লেপ্তুনা লৈখিবা বলরামগী মীচঙগী সখা অনিনা জয়কার লাউথুনা চেখোয়রগা কৌবুননা পাল্লিবা সখা অদুবু চিংথুনা মখোয়গী মীচঙদা পুশিনখিগনি। মথংদা হায়রগা চপমান্নবা মওঙদা অমুক হন্না জগোই ঊশৈ হৌরগা বলদেবগী মায়কৈগী সখা অমদা কৃষ্ণনা কৌবুন লংগনি অমসুং কৃষ্ণগী মীচঙগী সখা অনিনা জয়কার লাউথুনা সখা অদুবু পুশিনখিগনি।

অসুম্না কৌবুন-হাবী শান্নবা লোইরবদা কাঙবু অনিমক হায়গুম পয়েং পয়্যং অতুম্মক খাত্রাঙ নকশিন্নথুনা লৈগনি। শ্রীদামনা বিশাল-অর্জ্জুন সখা অনিদা যণ হোইগৎলুনবা থৌদাগনি। বিশালার্জ্জুননা যণগী মমিং কৌনা কৌনা খুং শন্নথুনা অসুম থিরকপদা 'ধেনুকাসুর' থেংনবদগী লাউথুনা কিনা চেল্লকনি। বলদেবনা সখাশিংবু কিদনবা হায়রগা ধেনুকাসুরগা লান্নথুনা লাঙ্গলনা কোৎথুরগা হাৎকনি, গোপ-মখৈসু চৈনা কুকগনি।

মথংদা কোয়না অমুক লেপ্তুনা হায়গা চপ মান্ননা কৌবুন-হাবী অমুক শান্নগনি, বিশালার্জ্জুননা যণ থিবা অমুক চৎকনি, হন্দক্লা 'বকাসুর' থেংনগনি। কিথুনা মখোয়না লাউনা খোংনা চেল্লক্লবদা কৃষ্ণনা চোংথোকুনা বকাসুরবু মথল্লাং শেগায়থুনা হাৎকনি, গোপ মখৈনা চৈনা কুকগনি।

অরোইবদা হায়গুম্না ঊশৈ শকুনা কোয়না অমুক জগোই শাগনি। মতম অসিদা গোপ পুন্নমক্তা কি য়েনবীগনি। চালি জগোই শাক্লনা থারগা পুজারী ব্রাহ্মণনা শ্রীরামকৃষ্ণগী মূর্ত্তিদা আরতি কৎকনি, সূত্র-শিংনা ঊশৈ শকনি। অসুম্না আরতি কৎপা লোইরগা লমথোকপদা তৌখিবগুম সঙ্কা যাত্রা চত্তুনা শ্রীমন্দির তাম্না অমুক লেঙশিন্নকনি। সূত্রনা কেন্না গোষ্ঠগী ঊশৈ শকনি। মন্দির প্রাঙ্গণদা শ্রীমূর্ত্তি অমুক

লেগুশিন্নপা অথুম অহাউ কন্তুনা অমুক হন্না আরম্ভ কৎকনি। অস্মন্না গোচারণ লীলা লোইশিনগনি।

স্নেংপদবা—মথক্কী ক্রম অসি খুল্লকস্সু অয়াম্বা অতুম্মক মাইন্নে। শ্রীগোবিন্দজীগা মান্নহনবা য়াদবনা ঈশৈনচিংবদি য়াম্না তোপনৈ, রস মপুং অমত্তা ওইরবস্সু পন্নেং লেংশিনবগী মওও থৈনবদি য়াম্না য়াওই। শ্রীগোবিন্দদা কৎপা ঈশৈ নোংমাই পুম্মক কম্না থিংলম্মী, খুল্লক্তা তৌহন্দে। পুংগী রাগস্সু খুল্লক্কীদি 'ঢপ' রাগনা হৌই।

শ্রীগোবিন্দগীনা কার্তিক শুক্লা অষ্টমীদা কৎলি, মসিগী মতুংদনা খুল্লকী কৎলি। গোবিন্দগী কৎপা হুমিংতা কৎপা য়াবদি লিংথৌ-লাইশিংতনি। অদুবু ওম্নদবদগী শ্রীবিজয়গোবিন্দগী অমদি লিংথৌখোং গোপীনাথকী নত্তনা অতৈদি গোষ্ঠ লীলা অসি চাং থমবা কৎপা ওন্নখি-দবগুম তৌখ্রে। অতুম ওইনমক হুমিং মান্নন কৎপা য়াব্রবস্সু খুল্লকুম্না ঈশৈনচিংবদি গোবিন্দগা মান্নহনবা য়াদে। অসিগুম্বা কম্না চেকশিন্না থিংলম্বগী নিয়ম অসি হুজীক্তি খরা খরা কোমথোরকুনা মান্নবা শব্দক য়াম্না য়াওবকলে। মরু ওইনা মমা শাবীগী মশীং য়াম্না লৈব্রক্তবদগী অমদি হেক্তিন্না তমশিনবা ওম্নদবদগী খেন্নবহু মপুং ফানা অস্সুম ওাকপা ওম্নরকখিদে। অতুমকপু হুজীকমকস্সু খেন্নবা মশক্তি মরাং কয়না লৈবা উরি। খুল্লক মশেনগীদি অপাম অপাম্বা তৌনবা য়াবা খবস্সু লৈবদগী মপুং ওইবা খরা নওনা অতৈ খেন্নবা কয়াম্ন উবা ফংই। মরম অসিনা শ্রীগোবিন্দগী ক্রমনা অরেপ্পা ওইগনি।

## গোষ্ঠ-লীলাগী রস

পৃথিবীদগী পাপকী অকাম্বা লৌথোকুনা সাধুজনশিংবু কনবীহুনা তাইবঙ পানবগী মঙ্গল পুবীরকুবা হোৎনবদা উজ্জ্বল ভক্তি-প্রেম-রস-তনা অথোইবা পাম্বৈনি হায়বসি জীবদা খঙহনবীনবা হোৎনবদা পোৎ-চঙ ওইনবিখিবা শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমস্সুং মধুর হায়না অথোইবা ভাবশিংগী মমুংচনবা, বাল্য-পৌগণ্ড বয়সতা শানবিখিবা সখ্য অমদি

ৰাৎসল্য রসনা থল্লবা শ্রীমদ্ভাগৱতনা লমজিংবা অতুগুম্বা শ্রীভগবানগী গোচারণ-লীলাগী অনুকরণ তৌদুনা শ্রীগোবিন্দদা চহি চহিগী কৎন-রূপা—নৃত্য-নাট্যগী মশক ওইবা গোষ্ঠ-লীলানি। লীলা অসিগী ক্রমনচিংবদি মথক্তা উৎখ্রে। লীলা অসিনা শ্রীমদ্ভাগৱতনা বর্ণন তৌ-রিবা মশক অদুগা করম্না মরী থম্লবগে, ভগবানগী ব্রজলীলা পূন্নমক মাগী মমুংচন্না পাওথোকখিবা অতুগুম্বা শাংলবা গোচারণ লীলাবু ঐখোয়গী ওজাশিংনা শূপচিন্দুনা ভগবানগী ইহান হানবা মণবী শেনবা হৌবগী লীলা শুমিৎরক্তদা কমদৌনা মপুংফানা উৎনবা হোৎনরম্বগে হায়বগী মরমদা অমুক য়েংসি—

গোষ্ঠ-লীলা—ভগবানগী বাল্য-পৌগণ্ডগী লীলানি। মসিদা দাস্য-সখ্য-অমদি ৰাৎসল্যনচিংবা অৰাম্বা রসনা থল্লা লৈ। ভক্ত-বৈষ্ণবশিংনা অসিগুম্বা শেংলবা মাধুর্য্য ভাবনা প্রধান ওইনা লৈবা; মতম্বা ব্রজ-লীলাগী মমুংদা খ্বাবদগী হেন্না থুম্লবা শ্রীভগবানগী লীলা অসিবু থরায় পেন্না চুপ্পে। অসিগুম্লবা ব্রজদা ওইখিবা বাল্য লীলা অসিদা ব্রজ-সখাশিং অমদি নন্দ-যশোদানচিংবা নিপা-নুপী পূন্নমক্না শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বর-ভগবাননি, মখোয়দগী হেনখিগ্না চাউরেন চাউবা মপুনি হায়বসি খক খল্লবা লৈখিদে।

সখাশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়গী মৰান্নবা, অকি-হুংগোই করিসু লৈ-তবা, অচম্বা অণ্ডাং অমণ্ডম অণ্ডম্বক লোয়নখি। শ্রীকৃষ্ণনসু ইবুংঙো মাগা অণ্ডাংশিং অতুগা খেন্নবা মতৌ খক উৎখিদে। সখা অমনা করি-গুম্বা পোৎ অমা চারুবনা হাউরম্বা থোক্লবদি—'এঃ হাউই হায়, কাহ্নাই নওসু চাও' অসুম হায়রনা কৃষ্ণদা মাগী লুখাক অতু হেক্তমক ইনশিন্নকই। অসুম তৌবা মওগুদা শ্রীকৃষ্ণনসু সখাশিংদা খুৎনা হেক হেক ইনবীদুনা পীজে। মীনাই ওইবীনচিংবা শান্নবদা পোরগা অথোইবদুবু শ্রীকৃষ্ণগী লেংবান্দা তোংহল্লগা তোংলিবা অতুনা থৌরকপদা রানা চেন্নবা, কৃষ্ণনা থোইরগনা মানা কৃষ্ণবু পুন্দুনা চেনবা অসিনচিংবা লীলা কয়া শায়রে।

ভক্তপা ভগবানগা অমত্তা ওইনা শান্নবা থুন্নবা অসিগুম্বা মসনা থনবা গোষ্ঠ লীলানি। ঐখোয়গী গোবিন্দগী ক্রমদা য়াওবা, কৃষ্ণবু বনশেনবা চৎসি হায়না হৌবা লাকপা সখাশিংনা শাকপা ঈশৈদা মতাং খুদীংদা কৃষ্ণবু মখোয়না ইচম চমনা থনবহ ফোংদোকই, মৈতৈ লোন্দা হন্দোকপা য়ন্থগী মশক্তি—

ফমদেংহুনা লৈথোকলিবোই
ক্ষীর-ননি চারহুনা
ঐখোয়বু নঙগী নানাইরনে ভাই
নঙগী নশল শেঞ্জারো = অসিনচিংবা—

মথক্তা উৎলিবসিনা শ্রীকৃষ্ণগা সখাশিংগা লোয়নবগী চাউরাকপা মশক্তি। অদুমদি ওইরগা সখাশিংগী মরক্তসু মখল মথেল নাইনা খেন্নবা লৈতবদি নত্তে। বৈষ্ণব সাহিত্যানা উৎপা মতুংইন্না মখাদা চাউরাকপা মশক অমা উংনবা হোৎনরি—

কৃষ্ণ সখা মখল মরিনি মহুদি—সুহৃৎ, সখা, প্রিয়সখা অমসুং প্রিয়নর্ম সখা। অসিগী মথক্তা বিদূষক হায়রবা অমসু লৈ মহুদি—

১। সুহৃৎ—কৃষ্ণগী চহি হনবা, মখোয়না কৃষ্ণবু অঙাংগুম্বা লুনা তৌবা, খুৎলাই পায়হুনা কৃষ্ণবু ঙাকপি শেনবীবগী থবক তৌবা অদুগুম্বা মীওইনি। সুভদ্র, মণ্ডলীভদ্র, বীরভদ্র, বলরাম অসিনচিংবসি সুহৃৎ-কাঙবুনি।

২। সখা—কৃষ্ণদগী চহি খরা নৌথখিবা, মনাইনি হায়বগী রাখল লোয়নননা মতম পুন্নমক্তা কৃষ্ণগী সেবা ফংজনীংবা, মখোয় অদুবু সখা হায়না খঙনৈ। বিশাল বৃষভ ওজস্বীনচিংবনা সখাগী কাঙবুনি।

৩। প্রিয়সখা—চহি লেংমায়বদগী মরূপ ওইনা লুনা তিন্নবা, অচেৎ অকোমদি তাখোক ত.শিন তৌনবা লৈতবা, মখোয় অদুবু 'প্রিয়-সখা' কৌই। শ্রীদাম, সুদাম বসুদাম, স্তোক কৃষ্ণনচিংবসি প্রিয় সখানি। শান্নবা মখল মথলদা মখোয়না কৃষ্ণবু পেলহল্লি।

৪। প্রিয়নর্ম্ম-সখা—মথক্তী মখল অহুম অসিদগী প্রিয়নর্ম্ম সখানা হেনগৎপদি—মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী মগুং ছুজিনবা, অরুবা থবক মথৈ তৌই। মখোয়না খঙদবা অরোনবা অমত্তা লৈতে। সুবল, অর্জ্জুন, গন্ধর্বনচিংবা—কাগুবু অসিগী সখানি।

৫। কাগী তৌহুনা মতম পুম্নমক্তা কৃষ্ণবু নুংঙাইহনবা কাগুবু অমম্ব লৈ। মখোয় অদুবুনা 'বিদূষক' হায়না খঙনৈ, মধুমঙ্গল, পুষ্পাঙ্গ, হাসঙ্ক—অসিনচিংবনি।

সখ্যরতি—অসুম্না মপ্লোন মবোন নাইনা সখাগী মখল মথেন য়াম্না খায়দোকপা ওইহুনসু মখল খুদীংগী সখা অমগুনসু শ্রীকৃষ্ণবু স্বয়ং ভগবাননি, হায়বসিদি খক খল্লদে। শ্রীকৃষ্ণদি হেক পোকপগী হৌনা অহুমক ষড়ৈশ্বর্য্যনা তিন্দুনা মীনা তৌঙমদবা থবক কয়া কয়া তৌথিবা লৈহুনসু অহুগা মদুবু ব্রজসবাশিংনা মমিংমক্তা ফনমক উহৌ খঙহৌবা লৈহুনসু ইবুংঙো মাবু স্বয়ং ঈশ্বরনি হায়বা রাখল অসিদি খক খল্লখিদে। মখোয়না ঙম্নদবা থবক লায়না তৌথোরকপগীদমক মখোয়বা কৃষ্ণবু থাগৎলি, মন্নাম চঙহুনা পাম্বোম পাম্বোম পায়নৈনা দোলাই শাগ্রগা য়েক্লবা ওম্বা মীনি হায়না হন্নাউহুনা কৃষ্ণবু কোয়না পুহুনা চৎলি, অয়কায় কয়া লাউনৈ, অহুম ফনা ওইহুনসু ইবুঙো মাবু ভগবান মকনি হায়নদি খক খল্লুবা লৈতে। মখোয়না অকিবা করিগুম্বা অমত্তং থেং-নন্নকপদা কৃষ্ণদা ভাকপি কনবীনবা হেক্তমক চৈনশিন্নৈ। কৃষ্ণনা মখোয়-গীদি অশূগ্রনি, মঙ্গপনি, মনাউনি, মন্নাম্বনি, কনবীবা ওম্বা অকনবনি —মথয়ায়দগীসু হেন্না নুংশিজবনি, মখোয়গী অপূনবা মথরাযমক্তী মশকনি। অহুনা মাগা খক কান্নজব' ওমদে। অসিগুম্বা মখোয়গী তিংলবা মপূক-চেন অসি ঊবীবদগী শ্রীভগবান মরুসু ভগবানমক্তি হায়বা কাউথোক-খিহুনা অচম্বা মঙ্গপকুম লোয়নবীথি ইবুংঙো মহাত্মা তাকপিখিবা লৈ—'ঐবু মখোয়দগী হুম্ববনি, করিসু লৈতবনি খনবা, মহুমক নত্রবসু ঐগা মাগা থোং মান্নবনি খনবা—কৈদৌঙৈদসু ঐবু থোইগৎনা খন্দবা, অহুগুম্বা মীওইশিং অহুনা মতম পুম্নমক্তা ঐবু মখা পোলহন্দুনা থম্মী।

অসিগুম্বা সখ্যরতি অসিদি থাজবনা মপুংফি। মথক্তম্ হায়রে, বলরামনচিংবা চহি হনবশিংনা কৃষ্ণবু মখোয়দগী হন্থবা মচা মনাউ ওইনা নীংথৃনা বনদা যণ শেনবা চৎপদা, মখুত্তা দণ্ড অমমম পায়রগা মখোয়না কৃষ্ণগী ভাকপি শেনবীবা ওইনা লৈ। ৺গোবিন্দগী গোষ্ঠ-লীলাক্রমদা মমাইবেম্মা যশোদানা কৃষ্ণ থাদোকউ য়াত্রবদা বলরামম্না থুরুমথুনা হায়জখিবা মতাংদা মসিগী ভাব ফোংদোকলি—

পীরো ইমা বংশীধারীবু ভাক্তনি ঐহাক্না

থুরুমজেনে ঐনা নখোও শোক্লা" অসিনচিংবা

যশোদানা বলরামদা কৃষ্ণবু শিন্নবা মরোল অসিদসু মসি ফোং-দোকই মথদি—

ভাও রাম ইমানা হায়বা

খ্বায়দগী কনবা নহাক্নি—

চৗংদা মান্দা ঈশিংদা

শেন্নৌকো মনাউবু নহাক্না ॥ অসিনচিংবা—

বাৎসল্যরতি—সখাশিংগী মরক্তা চহি হনবা বলরামনচিংবা থম্মানা শ্রীকৃষ্ণদা লৈবা প্রেম অসিদা 'বাৎসল্য-রতি' হাইফেৎ চগুই। বাৎসল্য-রতিগী মপুং ফাবা মশক্তি অতুম ওইনমক নন্দ-যশোদাতদা লৈ। সখ্য-রতিদা মথং মথং প্রেম, স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ অমসুং অনু-রাগগী অহানবা মতাং ফাওবা হেনগৎলকই।

বাৎসল্য রতিগী ভক্তশিংনা মখোয় মশাবু শ্রীকৃষ্ণদগী হেনবনি, থোইবনি হায়না খল্লি। মখে য়না ভগবানবু, শুনা চান্না তৌথুনা য়োকপি থাকপিগদবা মীশক্তি খনজে। মুংশিবনা থুক্নাৎখিথুনা মহাকপু য়েংথনা চৈথুনা ফাওবা রারক রাতেন্বগী থবক তৌই। থাজবনা য়ুক্ষম ওইবা সখ্য-রতিগা মসিগা খেন্নবদি—সখ্য-রতিদা কৃষ্ণবু মখোয়গা মান্নবা উবা, লুখাক পীজবা, মরেংবান্দা তোংবনচিংবা তৌরিবা পুন্নমক অতুনা কৃষ্ণবু পেলহন্জে হায়না মখোযমা য়ৌনা থাজে। অসিগী থাজবা মতৌ অসি হেক রাওদবদা মখোয়গী সখ্য-বতি অতু ময়েং তাশিল্লকই।

অমুগা বাৎসল্য-রতিদদি মসি ইয়াও য়াওদে, কৃষ্ণনা পেনগনি পেন্নোই, শাউগনি শাউরোই অসিনচিংবা য়াখল থক থন্থরবা লৈতে। মানা শাউগে শাউলম্লু, শাউরোই তোকসন্নু—ঐখোয়না তৌরিবসি মাগী অকবা ওইনবগী মমক্তনি, মাদি অপঙবা করি খঙদবা অঙাংনি, অক কন্নগী য়াখল মানবু করি খঙলমগনি—ঐখোয়নদি মন্নু খঙই, অমুনা মাগী ফননবা ঐখোয়না মাবু য়েবা চৈবগী থবক তৌদবা য়াদবনি। অসিগুম্বা ভগবানবু মতামক ওইনা লুংশিবনা থুদ্দৎপা বাৎসল্য-রতি অসিদদু মথক্তী 'সখ্য'দা লৈথিরগুম্না প্রেম, স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ অমসুং অনুরাগগী খমথেংবা অরোইবা মতাং ফাওবা য়োথংলকপা ওন্মী। মসিনি সখ্য-রতিগা বাৎসল্য-রতিগা অনিগী মশক।

ঐখোয়গী গোষ্ঠ-লীলা ক্রমদা নন্দ যশোদাগী উক্তি নত্রগা অভিনয়গা কোন্নবা ঈশৈশিংদা মতাং মতাংদা অসিগুম্বা বাৎসল্য-রতিগী মপূং ফাবা মঙৌ ফোংদোকই —

(ক) শ্রীদামনা কৃষ্ণবু থাদোকপিনবা হায়জবরবদা যশোদানা লাক্লিবা সখাশিং অদুবু মমা এমানা, মানা মচা গোপালবু পুনা তৌরগুম তৌবীদবা, মমল য়াওদ্রবা মচা ঙাক্তনি হায়বা ফোংদোকুনা থীনা চৈবীয়কথি—

তানীংদেনে শ্রীদাম তানীংদেনে
নঙবু ঐগী কক করি থোকপনো॥
নঙগী নমা নপাগুমদে ঐদি
মথোয়গুম থম্মোই কনবী নত্তে॥ অসিনচিংবা

(খ) মথংদা বলরামনা হায়জবদগী গোষ্ঠ-বিদায় তৌবা তারক্লবদা বনদা চৎথিহনা লুংশিরবা মচাবু উল্লবা ফংলমোই হায়রা য়াখল্লা থুদনা চাক্লবী যশোদানা মচাগী ফীজেং লৈজেং তৌনা তৌনা মিংতা পি মতুম মতুম শিন্থরকথি—

ফিজেৎ লৈতেংলকলে যশোমতী রাণীনা ॥
মচা লায়থোং য়েংনা য়েংনা
মিৎস্না ঈরা হৌনা হৌনা ॥
... ... ... ...
বনদা চৎকনি খল্লুবনা
থিংগুমথিদে পিরাং ঈফুৎ ॥ অসিনচিংবা—

(গ) মথংদা ফত্তবা লাইতোন্নচিংবা কল্লাগী অকিবদগী মচাবু কল্লনবা রক্ষা মন্ত্রনা মচাগী মশা পূন্নমক্তা কবচ ওইনা স্নোমবিথি—

ঙাকপিয়ু ইচাবু হে নারায়ণ
চঙজরি ননাইনা শ্রীচরণদা ॥ অসিনচিংবা

মথক্তা খন্নদা উৎলিবা চাউরাকপা মশকশিং অসি নত্তনা গোষ্ঠ-লীলাক্রম অসিদা 'হাস্য, অদ্ভুত, বীর, করুণ, রৌদ্র, বীভৎস অমসুং ভয়' হায়বা গৌণ-ভক্তি রস মখল ৭ অমসু য়াওই হায়না ভক্তিরসা-মৃতসিন্ধুনচিংবা বৈষ্ণব-গ্রন্থশিংনা প্রমাণ তৌরি। অসিগুম্বা ভক্তিরস মখল ৭ অসিসু শান্ত, দাস্য, বাৎসল্য-নচিংবা অথোইবা ভাব মখল মত্তাদগী পোকপা ঙাকনি। গৌণরস ৭ অসিদি কল্লিগুম্বা থোঁদোক অমা থোক্লকপা মতাংত্তদা ঙাইহাক্কী ওইনা লৈবনি, মতম পূন্নমক্তা লেঙদনা লৈবদি নত্তে। মসি ঐথোয়গী গোষ্ঠ লীলা ক্রমদসু মতাং মতাংদা খল্লা থবা অতুম্মক য়াওরি। মসি পূন্নমক ভক্তগা ভগবান-গতদা ওইবা রসমক্তনি।

## ঈশৈশিং শরূক

লোল—শ্রীগোবিন্দগী গোষ্ঠ-লীলাক্রমদা শীজিন্নরিবা ঈশৈ পূন্নমক সংস্কৃত, বাঙ্গলা ঙাক্তনি। মসিগী মনুংদা বাঙ্গলা পদাবলীগী লোন্দামা অমুক অয়াম্বনি। শীজিন্নবা লোন্দা হিন্দী অমদি ব্রজভাষাসু য়াওই, মখোয় অসিদি ছন্দ পান্দুনা ঈশৈ ওইন্নদি শরূদে।

ঈশৈগী মনুংদা ঐথোয়গী ওজাশিংগী লন্নাই ওইবা খুৎশেমশু থন্না য়াও-দবদি নত্তে।

ঈশৈগী ছন্দ অমসুং মনোহর সাহী ছন্দনা নম্মী। হুজীক উগ্বিবা গোষ্ঠ লীলাগী অমাম্বা ঈশৈনচিংবদি স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা হাক্তক্তা মপুং ফাবা ওইখি। জগোইগী শরুক্তা বৃন্দাবন-পরেংসু নিংথৌ অসিগী মতমদা শেম্লম্বনি। মচাইবুংঙো শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহ সনা হাক্তক্তা 'এক-দিনে দাবানলে অগ্রা মৈলে প্রাণদান পাই, ক্ষুধাকালে অন্ন কুথা হৈতে আনে। যাওগো ভবনে এনি দিব বেলি অবসানে।" হায়বসি ওজা মৈরাবনা হাপখিবগী রাগী লৈ। মচাইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তা মতম অদুগী ব্যবস্থাকারী কামপালনা পোকপা পৌলহা ঠাকুর (ব্রহ্ম-সভাগী রত্ন) না গোষ্ঠ বিদায়গী মতমদা বলরামদা শিন্নবা মরোল 'শৃণু মম বল বাক্যং বালকানাং বলিত্বং গিরি জল বনমধ্যে রক্ষ কৃষ্ণং মদীয়ং' হায়বসি হাপখি। মথক্তা উৎলিবা ঈশৈ অমি অসিমক পদাবলীদগীনি, পদকল্পতরুমচিংবদা তম্না থেংনৈ।

অসুম তৌনা অহানবা হৌখিবা মতাংমক্তদদি হেক্তুমক মপুংমথৈ ফাবা হায়বদু ওইরক্তবদগী মথং মথং কোল্লা অসুম অরাৎপা হাপচিন্দুনা মপূম ফাবা মওঙ ওইহল্লকপা অসি পোৎ পুন্নমক্কী হৌনবনি। জগোই রাসকী মতাংদসু অসি মওঙ, মতুংদা পান্নরকপা নিংথৌশিংনা অসুম অমসু অরাৎপা মেনশিন্নরকুনা হুজীক উগ্বিবা ফজরবা মশক অসি ওইথ্রিবনি। অসুম তৌনা স্যার চূড়াচাঁদ মহারাজ সনা হাক্তক ফাও-বনা রাস অমসুং গোষ্ঠ লীলাগী মশক শেমগৎ শাগৎপগী মওঙ অসি চথরম্মী। কুলচন্দ্র মহারাজগী মতমদা ওজা মাইবম কৈকা, স্যার চূড়াচাঁদগী মতমদনা নিত্যাইপাদ সনা, খোংলেন শেলুংবা—গুরুশিং অসিনা ঈশৈ য়াম্না হাপকংখি। মহু ঐথোয়না হুজীক উগ্বিবা অসিদা অচৌবা শরুক য়ারি।

অসুম তৌনা নারদনা রামকৃষ্ণবু শঙ্গোম শুম্বা তম্বীবদগী হৌনা মধুমঙ্গল খেল লোইবা ফাওমদা লৈরিবা নন্দালয়গী কুম্মৈ মথৈদদি

ঈশৈনচিংবগী ময়ীকচুম্না ফজবা থোকখ্রে অমসুং বাৎসল্য-রসকী অওকপা শুংশিবনচিংবসু মপুং ফাহনখ্রে অদুগা লম থোক্লগা শাবা গোষ্ঠ-ভঙ্গী অমদি গোষ্ঠ বৃন্দাবনগী মতা দদি ঈশৈ অসি ইয়াও য়াওদবগুম থোক্লুনা ওসি ফাওবদসু অদুম্মক ময়াইবক থীনা লৈরে। লমহাওগী কুম্মৈ ওইখিবনা অয়েংবা ভাবকসু, ওজাসু, অভাংসু পুমনাও অদুম্মক লাওমিন্নখরে—মহু গোষ্ঠ-লীলা অসিনা হেক পোকখিবা মুমিত্তুগী চৌনা-ওসি ফাওবা অদুম্মক তোকপা লৈতনা লৈরকলি। ময়ম অদুদগী ওইরমাল্লে—ঈশৈগী মতাংদদি ওজাশিং কনানসু মশোমদা য়েংশন্নবীখিদরে। পোকচৈদগী লোয়নজরক্লবা পদাবলীগী ঈশৈপদ অমথক্তং ছন্দ ওন্না ওন্না হন্না হন্না অস্থম শকপনা লোইরে। মসি শাকলিবা সূত্রমখৈসু তল্লে, তাল্লিবা মীনসু লুংঙাইত্রে—অসিমক্তদা মুংঙাইতবা মওঙ অসি কোক্লবা পাম্বৈদি কন্নিনো—কনানসু খন্থনবিদে। অরাবনি। অভাংশিংনা তম্বদা য়াজল্লিবসু মসিনি, মতুংদা চাউরক্লগা মশাগী ময়ল ওইনা অমদি মহুনা মাগী মিংচৎ ফংবা য়াবা পোৎশক অমা ওইনা লোয়নজরগদবদি ভঙ্গী-জগোই অনি অসিতনি। গোষ্ঠ-লীলা তম্বীবা ওজাশিংনা হুমাং তানল্লিবসু জগোই তম্বীবা মতাং অসিতদনি। অসুম্না য়ানা থা ১। ২ চওরা, ফীবুন চাবনখৈ তমহুনা হৈয়গা ঈশৈদি য়াওবা কৌবনা শাল্লিবা জগোই অদুগী মথয়ায় হাপ্পিনবা য়াৎপদগী শান্নবা ৬মিত্তুদি মহৈ য়ান্দবা, হামচৎনবা, অর্থ লৈতবা, চুন্না চোং-ফনবা অভাংগী কুম্মৈ ওইহুনা তোক্লে। য়াসকী ভঙ্গীশিংদা লুমলিবা, লেমলিবা, চীক্লা ঈংলিবা মতৌশিং অদুগা য়েংনরুববদি গোষ্ঠ ভঙ্গীদি তেরা মফোনদগীসু হেন্না য়াংখ্রে। রস অমম্নম ওইবনা খেন্নফম থোকপা লৈরবসু মাগী মাগী রস অহুদা অদুম্মক অরেন্বা ফজবা মশক্তি লৈফম থোকপনি। হান্নগী ঈশৈ অসিসু পদাবলীদগীনি, গোষ্ঠগী ক্রমদা য়াওবনি। ময়ী লৈনবা ঈশৈশিং খিরগা অচাবা রসদা, পক্লবা ছন্দদা অপাম্বা ঈশৈ অদুম্মক শীজিন্নবিহুনা মভিক চান্নবা ওজাশিংনা শ্রীগোবিন্দদা কৎপিরবদি মহু অচৌবা পুণ্যগী থবক অমা ওইগনি। তৌবতদি মহু, চৎনবী মতুংইন্না লৈবাক নিংথৌ খওনা ভৌপদবনি।

## জগোই

গোষ্ঠ-লীলা—নৃত্য-নাট্যনি। শ্যামকৃষ্ণবু শঙোম শুম্বা তম্বী-বলগীনা মধুমঙ্গল খেল ফাওবনা নন্দগী শঙাইদা তৌবা লীলাক্রমবু শূপচিন্না উৎপা নাট্যগী মওওনি। মসিদা অভিনয়গী শরুক য়াম্না য়াওই। অদুগা লমথোকপা মতাংদনা জগোইগী শরুক্তা অয়াম্বনি। মথক্তসু হায়রব্রে, মতাং অসিদদি ঈশৈগী শরুক য়াম্না য়াংলি। থরদং য়াওরিবা মহুসু জগোইনা মহুগী অর্থ তাকপগী থবক তৌদবনা মহু অয়াম্বনা অর্থ য়াওদবা জগোই—নৃত্ত ওইনা লৈ। লমহাওদা সখাশিংনা শাম্নবা শ্রীমদ্ভাগবতনচিংবনা বর্ণন তৌরিবা মওওশিং অদুগী শূপচিনবা মওওদা জগোই ওইনা পুথোক্নুনা উৎপা গুম্বগী অওকপা সৃজনশীল শক্তি অদু অয়েংবা মীনা কনমক খওনবা ওইদুনসু, অরুবা ভাল লয়নচিংবগী মায়কৈদা য়েংবদসু অরাংদা থোইনা উদহুনসু মতিক চাবা ঈশৈশিংনা মখোয়গী মথক্তাম্নদি হাপ্লিক্রবগী হোৌনবা অরাংপা অমদি হইরৈত মরৈবা ওইনা অউবনা পেন্নদে।

অসুম্না অহানবদা গোষ্ঠ ভঙ্গী শাবগা অকোনবদা গোষ্ঠ বৃন্দাবন পরেং শাগনি। ভঙ্গী অনি অসিমক রাসকী অচৌবা ভঙ্গীপরেংগা বৃন্দাবনপরেংগা হাইকেংমান্নবা পূংলোন য়াওরবসু জগোইগী মতাংদদি করিসু মান্নদে। মমিং মান্নবা উরবসু মশক্তি তোঙান্নবা মওওদা লৈ। রাসতা শাবা জগোইনা 'লাস্য'নি. গোষ্ঠগীনা 'তাণ্ডব' নি। অদুঅদি ওইরগা তাণ্ডব ওইরবসু অঙাং ভাকুনা শাবা ওইবনা মসিদদি অশেংবা 'শুদ্ধতাণ্ডব' শাদে, 'দেশী তাণ্ডব' হায়বা অদুনি। পার্ব্বতীনা শেন্নবা 'দেশীতাণ্ডব' হায়বসি অশেংবা তাণ্ডবতগীদি থোংপা নৌথবা অদুগা লাস্যদগীসু থরা কনথংপা নূপীনা শাবরবসু য়াবা অন্নুওম্বা মশক্তি। গোষ্ঠগী জগোই অসি হায়রিবা অসিমক্তি।

মক্রু্বা শরদ থাগী অশংবা লমহাওদা, কুমিদাং রাইমগী স্রেঙলবা মুংলা মওাম্ন য়ৈবদা ইমুং ইমুং লংলবা-নিঙথিবা নটবর বেশনা লৈতেংবা, মুংশিবনা চোম্লবা তনৌ তনৌব অঙাংগী ফুগায়না শাংপা

অমরথোং চৈয়াংনা লীক লেংবগুম কোয়না লেপ্পূনা সনাগী মণি পয়েংগুম মিক নিক লাউনা, মথ মথক্তা ওাল্লিবা শ্রীরামকৃষ্ণ অনিগী মাওদা, লৌ-থিবা জাল-লম্বদা চোংনা ফন্না জগোইশাবা মতৌ অহুদি অউবা মীগী পুক্লীংদা অণ্ডকপা মুংশিল্লবা রস অমা ফাওরকই। অসুম্না শারিবা অসী মথল অনিগী জগোই অসিবু কুপ্পা য়েংশিল্লবদি উবা ফংই—জগোইশিং অসিদা মণখেল্লহাশিংনা লমহাওদা কোয়না শারবগী মওঙ নীংথিনা মমি তাই। কাক মাওজোংগুম ফল্লগা খুবাক খুহ্না ফৈনা ফৈনা চোংবা, ফৈগন নামদা খোঙ-নামা থাংগৎলগা খুংনা বংশীমুদ্রা শাহ্না কোয়না লৈবা অসিগুম্বসি অমাংগোম্ব ( ভাগবতকী অস্পৃশ্যত ) তারবীগুম্বা শারবদা তাল্লিবা মীবু অচেনবনা থোইওইবীদবা—'নওগুম্বদি সে, হায়না লঙনবীবা অহুগুম্বা মওঙনি। মথক্তা হায়খিবগুম্বা শাম্বিবা জগোইনা চৈশে লোয়নদবনা অর্থ তাকপা জগোইমক ওইদহনস্ম শ্রীমদ্ভাগবতনা উৎজিবা গোষ্ঠ-লীলাদা ব্রজসখাশিংগা ভগবানগা শান্নখিবা অয়াম্বগী মতৌদি মসিদা মমি তাই। মসি মৈতৈ ওজাশিংগী অঙকপা খুংশেম্নি।

**গোষ্ঠ-ভঙ্গী অচৌবা**—মসিগী জগোই মপূম অসি জগোই মথল ৩৭ না শাই। ৩৭ অসিগী মনুংদা ঘাট ( অথায়বী ) গী মশীংনা ৯ থকনি। অথায়বী ৯ অসি পূংলোনতদা মায়বনি, মথং মথং চথম্বকপদা ভোঙান তোঙানবা লয়চংতা ভোঙানবা জগোই ওইনা লৈ। ভঙ্গী অসি অহানবদা বিলম্বিতনা হৌরগা মধ্যলম্বদা হৌহ্না দ্রুতদা লোই-গনি। অহুমদি ওইরগা মসিগী দ্রুত মথল অসিদি মধ্যদা খরা থুজিনবা অহুগী মখৈতনি, অশেংবা দ্রুতমকী মশক্তি নত্তে।

**চৈশেগী শরুক্তা**

কৃষ্ণনা হৌবা নোংগী লক্তা
কীজোন নোংথাঙ কুপলিয়ে
মথেক অক্রুমগী শাথেক্তা
চুড়ানা শেপলপ ওাল্লিয়ে॥ (শাম নবজলধরগী অর্থ)

পদ অসিনা ছন্দ ওন্না ওন্না লয়চংকী মখুংইন্না ভঙ্গী লোয়বা কাওবা শক্তনি। নং ৩২ শুবা জগোই—'গিন্ন গন্ন খিন থেনতা ভেনতা খিন' অসিনচিংবা যৈরকপদা শাবা জগোইগা কোয়না সখাশিংনা শ্রীদাম সুদাম বলরাম, দ্বাদশ গোপাল দ্বাদশ নাম' হায়রসি হেক হেক লাউগনি। (*)

**গোষ্ঠ-বৃন্দাবনপরেং**—জগোই মপূম ২২ নি, অহুগা চালিনা অহুমনি। ঘাটকী মশিংনা ৮খকনি। মসিদসু লয়চং অহুমনি। অহা-নবগী বিলম্বিত অসি ভঙ্গীদগী অমুক্কা হেন্না তপথৈ। লোইশিন্নকপা চালিগী শরুক অহুদি মথাদা খন্না থুজিনব। অহুগুম্বা ক্রুতগী চাংচত্তা দৈ।

য়েংগদবা—বৃন্দাবন পরেংগী নং ১৫ শুবা পুংলোন "গিন্নগন্ন খিন থেনতা ভাথেন তাখিন থেনতা তা" হায়বা অসিদা লোংলে জাগোই শারগা মাওদা চোংশিন্দুনা ফন্দদগীনা হৌগত্তুনা উপলে লৈবা লোইবা কাওবদা—'রামকৃষ্ণ গোবিন্দ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ গোবিন্দ' হায়রসি হায়গনি। মসি অহুমকনি। খণ্ডগদবা অমদি—গোষ্ঠ ভঙ্গীদসু, বৃন্দাবন পরেংদসু শান্নিবা জাগোই পূমমক্কী পুংলোন পুমমক ৬৩ লক হল্লিন্না যৈগনি, জগোইসু অহুমকনি।

ঈশৈগী শরুক্তা— গোষ্ঠবৃন্দাবনপরেংগী তোঙানবা ঈশৈ অমা লৈতে। গোষ্ঠভঙ্গীগী ঈশৈ অহুনা চানবা ছন্দদা অহুম্মক শকনৈ। ভঙ্গী লোইরগা চালি তারকপদা মথাগী অসি শকনৈ মহুখি—

শায়ে জগোই নীংথিজয়ে
শ্রীদাম সুদাম সুবল মধুমঙ্গল ॥
লুংঙাইরে সুংঙাইরে
হরাউ মথোই কানয়ে ॥

বৃন্দাবন পরেংগী জগোই অসি লোয়নবা ঈশৈ য়াওরমত্রবসু থোল্লিবা মিং অসিনা তাকপদি বৃন্দাবনগী বর্ণন ভৌবগী ভাবনি হায়না

(*) দ্বাদশগোপাল—শ্রীদাম, সুদাম, সুবল, মহাবল, সুবাহু, উগ্রসেন, স্তোককৃষ্ণ, অংশুমান, লবঙ্গ, মহাবাহু, গন্ধর্ব্ব অমসুং বীরবাহু।

লৌবা তাইদ রাসকী বৃন্দাবন পান্থেংগু হায়রিবা মওং অনিমক। মসিন অহুম বৃন্দাবন বর্ণনগী মত্তিক চাবা ঈশৈ "শেমখ্রুবা" মখোয়বাদি মশিংদু খোইনা লোকগী মখক ওইগনি নীংদে।

## গোষ্ঠ-লীলা কনানা হৌদোকখি—

শ্রীগোবিন্দগী গোষ্ঠ-লীলা "কনানা" হৌদোক্লকপে হায়বগী মতীদা শ্রীশ্যামসুন্দরগী "যুগল" আরতি খুদোংচবী ঈশৈদা শ্রীযুত গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মিংদা ভণতা তৌরকখ্রবা উবদগী নিংথৌ অমিনা গোষ্ঠ-লীলা হৌদোকখিবা ওইনা অয়ান্না লৌই। শ্রীশ্যামসুন্দরগী যুগল মূর্তি অসিদি মঙাইকুণ্ডো চন্দ্রকীর্তিসিংহ মহারাজনা খৃ ১৮৬৮ দা নিরূপণ তৌখি। লাই শাথিবা চুংখা লুংলা অমত্তং বাচস্পতি মাদ্রিক শর্মা কারিকর শওলাকপা অনিনি। চূড়াচাঁদ মহারাজনা পানবা হৌবা মতম ফাওবদা হিংলম্মী। মতুনা মূর্তি স্থাপন তৌচ্লনা অষ্টকাল সেবা কৎ-লবদা আরতি অমমগী ঈশৈ শেমদ্রুনা কংখি, মসিদা মঙাইবুখোগী মিংনা ভণতা তৌখি। নিংথৌ মশামক হিংলিঙৈদা মশাগী মিং হাপ্তুনা য়চনা কংপা অসি চংনদে। অতুনা চন্দ্রকীর্তিসিংহনা কংপা শোংলে। অমুগী মথক্তা লাংকদবা লাই লৈত্রিঙৈদা হায়না আরতিগী ঈশৈ লৈরম্বা রাগা মরুমত্তু লৈতে। মসিনা আরতিগী ঈশৈনা প্রমাণ তৌরবা অমা হায়বগী মরমনি।

অসিগুম্বা অমমা অরাবা মৈতৈ লৈবাক চাহিথারুনা চহি ৭ কুমথোককদবদগী গম্ভীর-নরসিংহ মচানুপাউ অমিনা অমা লাম্দা পুন্নক তাথুনা মণিপুরদু অমুক উদ্ধার তৌরবদা গম্ভীরসিংহনা ধর্ম-কর্ম অমদি লৈবাক মায়েল থৌদাগী মরম পুন্নমক হাল্লগী মওং ভাগবা হোৎনখি। গোষ্ঠ-লীলাসু অমম্মা পুমনো নোনা অমুক শেমগৎপা ভাগি। হায়রু মসি কংপদি কংলগা অমুক হাক্লা মপুন্ন মশৈদি কাবা লৈরানলগী; অমুগী মথক্তা চহি ৭ চুপা লৈপাক কায়রুবা লেপ্লুবদগী

হায়রগী মওঙ অহুমকস্থ য়ানা ফোংনহনা নীংশিংনরগা অনৌবা কয়াস্থ অমুক হাপকর্ণ্না মওঙ তানবা শেম্নগা ইনৌ নৌনা সনা হাক্তক অসিদা কংথিবদা মীরৈবাক মচাশিংনদি মহুনা অহানবা ওইনা উবদগী, লৈবাক অসিগী মীনস্থ লানগায়দ্রিঃভদা মখোয়না উনখিবা মশক অহুদগী অনৌবা শক্লোন ওইনা মপূং মথৌ কানা উনবদগী মসিবু গম্ভীরসিংহমক্তা হো-দোকপা ওইনা অহুমক লৌনবা য়াবা ময়ম চাউনা থোকখি। মথাগী মঙ্গলাচরণ ময়োল অসিনস্থ মসিবু অমুক্তা হেন্না চেংশিলগদ্রি—মহুদি—

"শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র-নৃপেন্দ্র-চূড়ামণি (ঃ) তস্য নন্দন (ঃ) শ্রীমৎ গম্ভীরসিংহ-মহারাজ-মানস তৎ কর্তৃক গোচারণ-লীলা বাল্য-পৌগণ্ড-কৈশোরভূত বিশেষ বিচার বর্ণনং শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহ মহারাজ-বরং-বলং অত্র প্রসঙ্গ (ঃ করোমি।"

মসি মজাইবুংডো চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহ সনা হাক্তক্তা কনাগুম্বা পণ্ডিত অমনা শেমহনা গোষ্ঠ লীলা-ক্রম তারমদাইদা সূত্রনা মঙ্গলাচরণ ওইনা ছাড়াদা থীনবা ওইনা অরিবা কোর্বেক্তা লৈরম্বা থেংনবনি।

অদুবু সাহিত্য পরিষদনা ফোঙবা চৈথারোল কুম্বাবা লামায় ১৭৪ দা মধুচন্দ্রনা পানবা মতমদা খৃঃ ১৮০৩ মেরাগী ১৩ নি পানবা ইরাইদা অঙোমগী বগশেনবদা মিরুথোং তেক্লুনা পালা অয়াম্বা তাহুনা মী ২ শিবগী য়া য়াওরি। হায়রিবসি গোবিন্দ নিরূপণ তৌবা মতুং চহি ১৪ অহুগা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা সিংহাসন থাদোকখিবগীদি চহি ৭ ডা ওয়ারিবা মতমগী য়ানি। মসিনা শেংবা তারবদি গোষ্ঠলীলা অসি গম্ভীরসিংহগী মথক্তীদি ওইফম থোক্লে। থোং তেকপা হায়বসি লম থোকপগী মীয়াম পুন্না লানবদা অরাম্বা পুবা ওমদহুনা তেকপনি। মায়বা থৌদোক অমস্থ স্যায় চূড়াচাঁদ সনা হাক্তক্তা চীংঙা লম্পাক্তা লম থোকপা লাকপদা পীগুম-থোং তেক্লুনা মী শোক্লখি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগা মধুচন্দ্রগা অনিগী মরক্তা পানখিবদি লাবণ্য মহারাজনি। লাবণ্য অমস্থং মধুচন্দ্র অনিগী মতমদা অসিগুম্বা অচৌবা কূম্ভ্র-কিয়োং

অমা নৌনা পুথোক্লম্বগী রাদি লৈতে। মরম অসিদগী গোষ্ঠ লীলা অসি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা হৌদোক্লম্বা ভাই হায়রবসি লায়না অন্নম্মক খঙনবা ঙম্মী। অহুম ওইনমক মথক্তা পনজখিবগুম্না অহানবা পুথোকখিবা সনা হাক্তক অসিদদি হুজীক উব্রিবা অসুম্না হেক্তমক মপুম মরৈ কাথিবদি নত্তে। মদুবু শাংলবা চহি ৭ লৈবাক কাম্ররগী তুংদা মজাইবুংঙো গম্ভীরসিংহনা পুমনোমক নৌই হায়বা মানা অমুক শেমদোক্লমা কংখি। মতুবু অমুক মজাইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহ মহারাজনা অনৌবা ঈশৈ নোংমাইনচিংবা কয়া কয়া অমা হাপচিন্দুনা নন্দালয়গী কুম্মৈদা মপুম কাররবা নৃত্য-নাট্যগী শকফম পুরক্লবা হোংনখি। অসুম তৌনা মথংদা পাল্লক পাল্লকপা নিংথৌশিংনা মাগী মাগী মতমদা অপাম্বা রসত্তা হাপনীংবা ঈশৈনচিংবা হাপকংনবকখি, মতু স্যার চুড়াচাঁদ মহারাজগী সনা হাক্তক কাওবদা অসুম চথরকখি। শ্রীভগবানগী লীলাদি বৈষ্ণব ভক্তশিংগী ভাবরাজ্যদা শাপ্লবা ওাক্তা ওইবনা বৈষ্ণবশিংনা মানা মানা পামজবা রসকী অনৌবা মশক কয়া কয়া পুথোক্লহুনা, মহুনা শ্রীভগবানগী সেবা পোৎলম শক্লুনা কংনবসি মতম পুম্নমক্তা লীলা অপূবদা ওইবা য়াবা, ওইহুনসু লৈরিবা মহুগুম্বা মশক্নি।

মথক্তা নৈনরিবা থবা অসিনা গোষ্ঠ-লীলা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র সনা হাক্তকীনি হায়রবসি খঙনবা ঙম্মী।

## গুরু প্রণালীকা

ঐখোয়না থিবা রাংপদগী জগোই অসিগী অহানবা ওজা কনানো উৎপা ঙমদে। তৌবদি মফম অহু রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা অধিকার তৌফম থোকই। থেংনবা কোর্বেক অনক্তদসু মসিদি উৎপিরম্বা মরৈরে। মরম অহুনা অখঙবা অহল্লম্মন্দা হংহুনা লেপচবা নত্তনা উপায় লৈতে। মওঙ অসুম্না থিজবদা পদ্মশ্রী গুরু অমুবীসিংহনা ভাকপিবা প্রণালী অমা উৎচরি মহুদি—

শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ

সনা অমীরাং

অয়েকপম লৈবাকমচা সিংহ

সনা চন্দ্রহাস   মাইবম কৈফাসিংহ   অয়েকপম চগেমতোন   মেরী শেলুংবা

কুলনমচাসিংহ   তোলেনমচা শেলুংবা   চকপ্রম তমাল   থাংজম উদ্ধব   শলাম চাউবা   মাইমজাউ

রেবতী ঠাকুর   খোমলেন শেলুংবা

হাওবম ইবোমাইমা   লাইশ্রম কুলবিধুসিংহ   নিংথৌজম থম্বোসিংহ (শ্রীবা)

হুইয়েম লালাসিংহ   লোংজম তোম্পোকসিংহ   মাইস্নাম অঞ্জল সিংহ

'জাইখক 'থিবদা গুরু 'অমুবী সনা সখীরাংগী মথক কাওবা মৈ-থংগদি শুমথিল্লে, অরাংপা অমা মত্রগা অনিডি যরেঙে হায়বা-বুডদে মতমদি—সনা সমীরাং অমসুং অয়েকপম লৈবাকমচা অথিবক স্রীর চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা হাতক্কা পুখোকথিবা তৌবট্টীস থবথিবা রাওবা ওজা 'গ্রকনি। অতম অহুদা মনমক অহল ওইরুসতু 'মখত্তা পত্তসাং খাংবা লৈকংলুবা মানা থোকই। মনবা ক্লাবা অমদি পণ্ডিত সিংদু মনা হাতক্কা ওজা মৈরাবা হায়বা অহল মমা লৈমবগী 'তা তাবা করই। মহাক্লা ঐপে হাপথিবগী রা মথক্তা পুম্রে। 'মহাক অমিনা গোষ্ঠগী ওজামক ওইরমরবদি অহাংবা অসি লৈরম্লোই। 'মদুবু ওজা অসিগী অশেংবা পরিচয় মক্তি ফংদ্রিবনা থোনা মাংনা লৈ।

## পাত্র-পাত্রি অমসুং ফিজেৎ লৈতেং

মথংদা শ্রীগোবিন্দ, গোষ্ঠ লীলাক্রমগী পাত্র-পাত্রি অমদি ফিজেৎ লৈতেংনচিংবগী ময়মদা শম্পংপা রারম থয়দং উৎলগা লোইশিল্লরি—

পাত্র-পাত্রি—গোষ্ঠ-লীলাক্রম অসিদা নন্দ উপানন্দ, সুনন্দ, নারদ, বাসুদেব, দ্বারী, ব্রাহ্মণ কৃষ্ণ বলরাম, শ্রীদাম, সুবল, স্তোক-কৃষ্ণ, মধুমঙ্গল, 'বিশাল, অর্জ্জুন অমসুং সখা ময়াম, ধেনুকাসুর, 'বকা-সুর, যশোদা, 'রোহিণী।

লেংশরবা অমদি—অচৌবা মাগুব ময়ায়দা 'মপীং 'জাকওয়বা তানক' মীয়ামগী মীনিল নমজ্জনবা অমদি' থেবদা থিং থয়বা 'ওজাদা, মী 'অসত্তগী মহুত্তা অনি অনিনা শাই। ঐপে শকপা অমদি অভিনয়-নচিংবা তৌবদা অনিলা মমা শাল্লনা তৌই। শ্রীদাম, সুবল অমসুং স্তোককৃষ্ণ, অনিনা অমা শাবা ওাকনি। নুপীগী শরত্তসু যশোদা রোহিণী অনিথোক্কুনা পুন্না যশোদা মথক্তগী শল্লক্তা অনি 'ওজলনা' তৌই। অতৈদি অমমতনা অতুম্মক তৌই।

### ফিজেৎ—

মায়ুর—গেরুয়া শগুবা কৈজোম শেংজি, মামাবন্দীনা থাওম ওয়া 'ইরগা কীজীন অনিমক মাডদা কিশি কিয়ুনা ইমগদি। শম অমসুং

অথাংবা কোই অঙৌবা হাপকনি। নামাবলীগী মহুত্তা কনাগুম্বনা গেরুয়া ইন্নফি শীজিন্নবসু নামাবলী অমনা অমুক মথক্তা কূপ্লে। তুলসী মালানা খুদাংদা য়েংশিনগনি, ওক্তসু শিগনি, য়েংকী খুত্তসু তানপুন্না থংনা থংনা জপ-মালা অমা খুৎ কায়ক্তা য়াম্বহনবসু য়াওই।

**বালবাসু**—মমায় মমিংনচিংবা মশা পুন্নমক উং তৈগনি, কোককাবী শম হাপকনি, কোই য়াওরোই। চেক মচুগী ফি মচা অমনা কৌপীন শেংকনি, ওইগী নাকন্দা ফিশি ফিগনি। লেংবান্দা ঝুলি অমদি কমণ্ডলু য়ানগনি। য়েংকী খুত্তা জপ-মালা অমা পায়গনি।

**দ্বারপাল**—চূড়িদার পায়জামা উপকনি, হুকচাং নপ্পী বগল-বন্ধিগী ফুরিৎ লীংকনি; কোয়েংমচা মমা য়েংকনি, লুত্তুং থাদগনি, নাকন্দা থাও য়ানগনি খুত্তা লেপমুক রাংবা দণ্ড য়াকক অমা পায়গনি।

**ব্রাহ্মণ-পুরোহিত**—অঙৌবা কৈজোমনা ভুংদা গুঞ্জা য়েপ-থত্তুবা শেংকনি, বগলবন্ধী হুকচাং নপ্পী, অমা লিংকনি নাপু মচুগী পাগড়ী অমা য়েংকনি, নামাবলী ওক্তা য়াম্ভগনি, লাইবিক পায়গনি।

**নন্দ**—চামায় অঙৌবা শেংকনি। অপাবা ফিগী বগলবন্ধী ফুরিৎ অচোনবী ( সকলিন্না হায়না খঙনবা ) লিংকনি। নাপু নত্রগা অঙাওবা মচুগী মুগাফি-মচা অমনা খাঙদা লাকশিল্লগা য়েংতা ফীজীন তান্থনগনি। কশেং হায়বা কোয়েং অতু য়েংকনি, লুত্তুদা ফীজীন থাদগনি। কোয়েং মথক্তগী য়েংকী লেংজুম থরা তেন্দ্রপ তৌনা লাতীন মন্ত্রী অত্তুম য়াম্বয়কনি। ( লাতীন—লা নত্রগা শংত্রৈ মনা নত্রগা য়ামতুলসী মনানা শেম্বা অপীকপা মরি জাৎ অমা )। অপাম্বা মচুগী মুগা ইন্নফি অমনা ফুরিৎ মথক্তা খাওন ওন্না ইনগনি। নিংথৌগী মনা মথুম ফংবা মীনা শায়বদি খামেন চৎপা শেংপা, খুজেংদা সনাখুজি পোপচাউবী, পাম্বোমদা সনাগী তাল পুনবসু চংনৈ।

**উপানন্দ, সুনন্দ**—অনি অসিগী ফিজেৎসু নন্দগুম্মী। থোয়বদি মখোয়না কোয়েং আজমেরী য়েংজি, নন্দগুম্না ফুরিৎ য়াম্না য়েন্না

চোনদে, লাতীনস্থ কোয়েংতা হাপ্তে। খাঙলাকস্থ পুল্লোই। নিংথৌগী মনা মথুম ফংবা মীওইমক ওইরবস্থ সনা খুজিদগী হেন্দুনা তানদি পুনবা য়াদে নন্দগা থেন্নহনগদবনি।

**যশোদা—রোহিণী**—য়াসক্কী পোংলোই ফুমিন শেংকনি, রেশম অশংবগী ফুরিং—থবাক খায়বী পাম্বোম তংখায় কফপী জিং-কনি। ফুরিং অসিদা মশা পুন্নমক চমকি থিনগনি, থাদিনগা, পাম্বোম অমস্থং খাঙদোনগনা মি শেল মখুমনা ফীজিন ওইনা হাপকনি। কোক্তা কোকুপ্পী হাপকনি, সনগী কুণ্ডলনাইন য়ানগনি, সনাখুজি পোপ-চাউপী শিগনি, পাম্বোমদা সনাগী-অনস্ত হাপকনি, থবাক্তা সনাগী লীকথাঙ পরেং শিগনি। থামেন-চংপা ফৈজোমনা ফুমিন মথক্তা কোয়না শেংলগা অরেম্বা মচি অমনা মান্ন উহন্দনা কোক খুমগনি। থোঙদা যাবোং থাগনি, অতৈ থোঙগী লৈতেংস্থ তৌগনি।

স্থায়র চূড়াচাঁদ সনা হাকুক্তদি ব্রজমাইপী ফিজেং চপচানা শেং-হনখি। মনাউ ইবেম্মা ধনপ্রিয়া মহারাণীনা যশোদা শাবদদি অচম্বা মওঙদা লুপাতনা লৈতেং শেমহনা থোনখি, সনা য়াওখিদে। থৌরাণী কুমারী চৌবীনা রোহিণী শাখি।

**গোপ-ফিজেৎ**—কৃষ্ণ-বলরামনচিংবা গোপ পুন্নমক শ্রী৺গো-বিন্দগী নটবর-বেশ অহুগা চপ মান্ননা শেংকনি। মুকুট, চূড়া, কজেংলৈনা কোক্কী লৈতেংনি, লুভুংদা চে অজৌব। শেম্বা শমজিরৈ য়াম্নগনি। বলদেবনা মুগা-ফৈজোম অশংবা, মধুমঙ্গলনা যুগী মৈম্রি মচু অহুগা কৃষ্ণনচিংবা সখা অতৈ পুন্নমক্তা সনা ফীগে শেংকনি, মপাল অশংবা চনগনি। সখা পুন্নমক্কী ফৈজোম গুঞ্জা মাঙদা চোম্না থাদগনি। খাঙদা ধড়া পুনগনি, ফৈগন মরু অনিমক্তা তাহনগনি। হকচাং নাকল অনিমক্তা থাওন অমি ওক্তা কারণ হুক্তুনা পাম্বোম মখা মখাদা য়েংনা নমহুনা য়াম্নগনি। (*)

(*) য়াস শ্রী-স্ত ভগবতন বর্ণন তৌরবা চযোংনাচ বা হাপ্পবা 'শিকা' হায়বা ঝুলিঙুদা থাউ অহুগী মশক্কি হায়না পাঁওতশিংনা মত্ত পীবি। থাওন অসিগী মহুংদা থাভ অমদি অহুমক য়াওবনা চুম্লহু য়াই।

মসিগী মথক্তা থাক্তনপ অশাংবা হায়বা অমা লাকপিন্দুনা ওয়া শকতা রাক্কুহনগনি, মথক্তা থাক্কগোম অমা অমুক লাকপিনগনিম লেংবান্দগী কারণ রাক্তরকপা থবাক মন্নারক্তা মিংশেল হায়না পিশিল্লগী মরী অনিনা শক্তা নাকল অমিমক্তা মরী মরী রাক্কুহনগনি। নাদা মুক্তানা লাইম রাক্কুহনগনি। থুজেল্লা সনাগী থুজি, পাম্বোম অমিমক্তা ওয়া পুনশনি। থুজেং অনিমক্তা কারংগা কিনাম্পা রাক্কুনা শেবা ময়াম্ব পুনশনি, মরী চোক্কুহনগনি, অসিগী মথক্তা খোঙ অমত্তুং থুংবী লৈতেংসুম্বা রাহক্তা শিগনি, নূপুরসু শিঙনি। বলরামনা লাঙল অমুদা থুক্কনচিংবা গেৎপ অতৈ পুন্নমক্কা থনশেত্তে অমত্তুং বাঁশী পান্নগনি। কৃষ্ণগী বাঁশীদি মতোম ওইরপনা শিঙ্গাসু নপশিনগনি।

সূত্র-কিক্লেং—কৈজোম অঙোবা শেংকনি, ওয়গী নাকন্দা গুরা মতোন য়েপথংকনি, অঙোবা মচুগী ফুরিৎ খুনাং লাওবী লিংকনি, হকচাং নাকল অনিদা কীজীম অনি তাহন্দুনা নমগন্দনা অঙোবা লা-ওয়া ইয়ক্কিনা কুপথগনি। কোয়েৎ শলাই য়েংকনি। ফি পুন্নমক অঙোবা মক্তনি।

মোইরুং খোংবা—সূত্রগা অমত্তনি।

ধেনুকাসুর- যণ-লাবগী মকোক মান্না শাবা কোমাঙ্ক অমা মায়মা উপকনি। কৈজোম অঙাঙবা নত্রগা সংগ্রামচু শেত্তুনা কোনা তাথংকনি। অতোপ্পা মচু অমনম্বু মথক্তা কিশি শেত্তুনা ফুংদা কীজীন লোংকনি। পাম্বোমদা থবাক্তা অমুবা মচুগী য়েথা ৩৩ য়েক্কথি।

চূড়াচাঁদ মহারাজগী সনা হাক্তক্তদি হিংচাবগী পোষাক তোপ্পা লৈরম্মী। অঙাঙবা মচুগী হোপ হোপ লাওবা খোঙগ্রাউ অমদি ফুরিংনচিংবা শীজিনবসু তৌখি।

বকাসুর—মচীন, মকোক অমত্তুং মশা পুন্নমক রাচেংনা শাহুনা শক্তক শেম্মগা মথক্তা অঙোবা কি য়োনশিনগনি। মচীন্দা নাপু মানাহনগনি মনুংদনা ওাঙহনগনি। মবুক্তা মী চঙনবা হান্নগী হৌনা

অহোবা অমা থমগনি। মখুলা মী চঙখুনা লেপথংকনি, মথাওদগীনা মথোঙ হাওথদং উইহনগনি। উয়োক মথোঙ মচু মানবা হুকচাং নম্বা খোঙগ্রাউ অমা শেংকনি। উয়োক মান্না চংকনি। মনুংদা, য়াচেংকী মচেৎলা মচীন মঙাক্কী ওইহল্লীংবা ফওঙদা হেক হেক শাম্নগনি।

যন্ত্র—গোষ্ঠ-লীলাদা মৈতৈ পুং অমদি ঝাল শীজিন্নবনা লোইয়ে

## মান্নদবা অমদি চুমথোকচনীংবা থরা—

১। উপলৈ—উপলৈ অসি নিপাস্থ নূপীস্থ মরুদা অমত্তা ওইনা লৈ। নিপানা চোংথংলগা লৈবদা নূপীনা চোংথক্তে—অসিতনি। মসিদা নূপীনা খোঙকম মরিনি, চোংথংপা অমা য়াওবনা নিপানা খোঙকম অহুমত্তনি মসি থায়নদগী অতুম্মক চৎনরক্লবনি।

অকনবা নিপা থোকপা জগোইবু 'তাণ্ডব', অতপ্পা অমেত্তবনা 'লাস্য' অস্থুন্না নিপা নূপীগী জগোই মথল অনিবুদি খায়দোকপা লৈরবস্থ নিপাগীনা য়েংনা শাগনি, নূপীগীনা ওয়না শাগনি হায়বগী নিয়মদি থোইনা লৈতে। নিপাগীনা কনবা, নূপীগী মা থোংপা, নিপানা চোংবা, নূপীনা চোংদবা—অস্থুন্না লাইগুরুনা য়াংগিরমক্তনা ভসি কাওবস্থ মখু ভাকলি।

অতুবু, নিপা নূপী খেন্নদবা য়াদে, নিপাদি য়েংকি খোঙ লৈতায়গা মখুগী মতেংনা হুকচাং পুন্নমক ওয়বোমদা লৈগদনি হায়বা মত্ত অমস্থ মপুং ওইবা লৈবাক্কী ওজাশিং থরদগী থোক্লনা মখুনা অনৌবা চৎনবী অমা ওই-রকপস্থ য়াওবে। মওঙ মসি থায়নদগী মশাগী ওইনা অতুম্মক শেংবা লৈরক্পনি, তাণ্ডবকী অশেংবা মশক্তি, অভাংনা ভমদবদগী থাদোকখিবনি হায়বসিনা অকনবা মসিগী মতনি।

ঘাটকী জগোই—'খিং গিন্নগর ধিন ধেনতা ধিন ধেনতা ........., হায়বা অসিনাচিংবা ঘাটকী পুংলোনগী জগোইদা খোঙ লৌ-কম অমদি লোইকম মান্নদবা। মত অমনা অহানবা লৌবদা য়েংঙ্কী খোঙ থুনীংনা ওয়গী মমাঙদা নেৎলগা হোৎবা অতুগা খোঙদোলনা ওয়গী

খোঙ নাকন্দা নেত্তুনা লোইরুবা। অতুগা মত অমনা মথক্কী মত অসিগী ওয়া ঠৈনবা চৎপা হায়বদি ওমগী খোঙনাকন্দগী ঠৌরগা ওমগী খোঙ মমাঙদা লোইশিন্দুনা লোংলৈ তায়কপা।

অহানবা মত অসিনা গোবিন্দক্রমগী চৎনরকপনি। অকোনবগী অসি কদাইদা কমদৌনা চোইথোক্লখিবনো কনাস্থু খঙনহৌদবা মওঙ ওইনা তৌই। খোইনস্থু থম্মরুদে মরমদি, তাল-লয়দা, জগোইদা কয়ি অমত্তা কায়দবগুম উনখিবদগী।

মথক্তা উৎচরিবসিনা জগোইগী মতাংগী রাসনি। অসি নত্তবা পেন্দবা খরস্থু থম্মবীনবা মথাদা উৎচরি—

৩। গোষ্ঠ-লীলাক্রমদা হান্নদি য়াওরমদবা মওঙ খরা খরা থেৎ চিন্নবা উনরে। থুদম ওইনা—রামকৃষ্ণবু তূম্বদগী হৌদোকপা, চাক ইনবীবনচিংবা। মহৌশাদি মসি উদূখল লীলাতদা লৈবনি। গোষ্ঠদা লাইগুরুশিংনা মতাং অসি থেংনবমদে। অমরোমদা মসি রস মপুং ফাহন্নবা ওইনা চাপ্পনি, দোষ লৈতে। অদূবু রাখল অমদি, শ্রীকৃষ্ণগী চহি ২ থা ৩ শুবদা উদূখল-লীলা শান্নখিবনি। কৌমারগী অনিশুবা মতাং হৌগৎপদনি। মতাং অসিদদি মসি রাম্নমক চুনবা হেল্লি অতুনা উদূখলদা ওজাশিংনা অহানবমক্তদা মতাং অসিনা হৌরম্মী। ঐথোম্না কৎলিবা গোষ্ঠ অসিদি মন্নাউ শেল্লম্বা তোক্লুনা বনবী শেনবা হৌর-ক্লবগী কূম্মেনি হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী চহি ৬ শুরবা মতমগী লীলানি। মরম অতুনা চহি মতাংনস্থু যাদ্রম্লুনা—অমরোমদা মমানা তূম্বা হৌ-দোকপা কাওববুদি চহি মতাং পূম্নমক্তা য়াবা ওইনা লৈরবস্থু ওজা-শিংনা থৌওইনমক গোষ্ঠদা মসি হাপলমদে।

মরম অমনা অমুক গোচারণ-লীলাগী অশেংবা মশক্তি লমথোকপা মতাংতদা লৈ। মাওব মতুংগী অসিনা নন্দ-যশোদাদগী বিদায় লৌনবা হোৎনবগী শরুক্তনি। অমরোমদা গোয়াল-আরতি নংনবা লীলা লোইশিন্দবস্থু য়াদবনি। মসি থায়নগী অকনবা নিয়মনি। ভগবাননা

যণশেনবা কারক্লবদা মমা ইবেম্মা যশোদানা আরতি কৎপবু গোয়াল আরতি হায়বনি। মরম অদুনা গোষ্ঠ-লীলা মতম চানা লোইদবা য়াদে। হুজীক্কদি মসিগী অথিংবা থোইনা থমথিদত্নুনসু ভক্ত-বৈষ্ণব-শিংগী শরণিদা অমদি নিত্য-অষ্টকাল সেবাদা কায়বা মওঙ লৈ। হায়দগীসু মাওবগী কৃষ্মেদি মপূক চোন্না লৈরিবনি। মসিনা মতম লৌমনখিবনা লমথোকপা থেঙত্নুনা অমুক্কসু মতম চানা লোইবা ওয়-ত্রিবনি। মসিদা তূম্বা হৌদোকপনচিংবা মতাংগা অমুক থোমজিল্লবদি গোষ্ঠদি ভোকলে। থেঙদা থেঙজিল্লক্লগা মাগুমতা অত্নুম্মক লমথোক-লগা ভোকলে। য়ানা তমজরকপা জগোইসু শাদ্রে, মসিমা গোপশাব-শিংগী অমদি মথোয়গী অহল-লমনগীসু নীংবা কায়হন্নবা ওইরে।

৪। **গোয়াল-আরতি**—মথক্কসু হায়জগ্রে, শ্রীকৃষ্ণনা যণশেনবা কারক্লবদা নন্দালয়দা মমা ইবেম্মা যশোদানা আরতি তৌত্নুনা লমলক চংলুবদগী লোয়নয়কপা তী-ল্লাই কক্তবনচিংবদগী মচাবু ওাকথোক্কবা তৌই। শ্রীগোবিন্দগীনা রামকৃষ্ণগী মূর্ত্তিদা পূজারীনা আরতি কংলি, খুল্লকীনা মমাশাবীনা কৎলি, মসি চংনবীনি। নিয়ম অসি থুগায়ত্নুনা মকোক-চিংবীবু ( শ্রীদাম ) আরতি কৎহনবসু য়াওনয়কলে। মসিসু অকায়বা অমনি, তৌবীদবা কৈ।

৫। **শঙ্গোম শুম্বদা মমাশাবী য়াওবা**—মসি থায়নদি তৌন-রমদে। ভগবানগী লীলাদা রস-পুষ্ট তৌননবা হোৎনবদা অপনবা, অরানবা করিসু লৈত্তে, মরম চারবদি মত্নুনা তৌদবা য়াদবত্নুম ওই-রিবনি। অদূবু নন্দালয়গী কৃষ্মে অসিনদি চাউমনখিবনা লমথোকপ-মতাংদা অকায়বা লাকই। মসি মথক্কসু পঙ্গ্রে। তৌরিবা থবক অত্নুগী মপুংদি যণশেনবনি, অতৈদি রস-মচা ওাক্কনি। লীলা লীলা অত্নুগী মুখ্যরসপু ঊত্থোক্কুনা থল্লগা গৌণ-রসভদা মপুং কাহনখিবা থোক্ক-নবা কাওবদি য়েংশিনবা চুম্মী।

৬। **ফি মন্দ্রগা শেল থাবা**—গোষ্ঠ-লীলা শাম্নরিত্তদা কৃষ্ণ বলরাম অমদি মমাশাবীনচিংবদা চঙত্নুনা শেল মন্দ্রগা ফি থারবা—

মসি চংনবী য়াংমা ল্লানবা থঝক্তি। রস পুগাইবা য়শকনি। মসিনা চংনরী এংঙ্খিবদি পৃথিবীগী অনিগুবা লাঙ্গাও মতুংতদগী হৌরকখি, মতুক্ষম সনা কোন্নুংদদি নত্তে, অরাপ্পা থুপ্রক্কগী চৌখি। চংনবী অসি সনা কোন্নুংমক্কদগী মওক লিংশিল্লকুনা হুজীক্তি মাবু খিংবীনরা কন্নায় লৈপ্রবগুম মনীং শোবা নোংমা নোংমগী হেল্লকলে।

কনাগুম্বা ভাবক-বৈষ্ণবশিংনা মানা পেনবা মতাংদা প্রেম-বিকার ফাওরক্লবদা থাপ্পা লৈদুনা মগুবং কত্তুনা মিংতম্বী প্রেম শিল্লক্লবা অমদি মুখীবা ওজা সূত্রধারদা চঙদুনা প্রেম তৌরুবা অসিগুমা থাম-নগী চংনবীনি। স্বর্গীয় বোধচন্দ্রসিংহ মহারাজনা লৈবাক্কী শাসন হেক থাদোকখিবদগীদি অনৌবা চংনবী অসি মপাঙ্গল অস্থুম কনখংলকখি। অসিগুম্বা চংনবী অসিদু মসিনা লীলারসতা অপনবা শীবা থোক্কনবা ফাওবদি চেক্কশিনবা চুম্মী।

৭। খিজেং-লৈতেংদা থোশানদবা—(ক) শ্রীভগবানগী লীলা শানবদা য়াওরিবা, উৎলিবা আহার্য্যগী শরুক পুমমক, উৎলিবা লীলা লীলা অদুগা মরী চপ চপ চানা লৈবা ওইগদবনি। যশোদা রোহিণী শাবীনা থূদাঙ্গা ঘড়ি শিবা, থাঘরী শেৎলগা মায়খুম হাইদোকপা, কুমিন শেত্তুনা কোক্তুম্বী হাপ্লগা থবাক য়েং হাপ্তবা, নন্দগী প্রোষ্ঠ-শগুকবা মুট-টাই তৌবা, আজমেরী য়েংপা—অসিনচিংরসি শাথীপ্রবা মওঙনি। মীনা য়েংবদা পেন্নগনি খন্দুনদি তৌবীম্বিবনি অদুবু ভাবক্না য়েংজনীংজিবদি অশোংবা থায়নগী যশোদা রোহিণী, নন্দগী মারুপালনা মতম মতম অদুগী ওইখি ওইখিবা মওঙ-মতৌ খিজেং-লৈতেং—এথোমগী লাইগুকশিংনা য়াংপিক্লম্বা অদুগুম্বা মশক মওঙ অদুদুনি, হুজীক্তী মতমগী থমথেংবী খিজেং-লৈতেং অদু নত্তে। শ্রীকৃষ্ণ লীলাগী অশোংবা অত্তুমক থওহৌদ্রবম য়াথল য়ুম্মা তৌদুনা লৈবাক লিংথোনা য়াংপিক্লবা অদু ফাওবতদি ভাকপিক্কম থোকই।

(খ) ধেনুকাসুর অমসুং য়াগী চরশিং—মতিক চাবা মথোয়গী খিজেংনচিংবা থগ্বীয়বদি মসিমক্তি থোক্কলোইদবনি। ওথোয়িটিনা

থম্বীয়ন্নবদগী মানা-মান্না থোক্কপা অম্মুম তৌনবা মওঙ্গদা চংখ্রে। মাগি মানবস্থ মাওঙ্গকলে। স্যার চূড়াচাঁদ মহারাজগী মখনা হাকচাংদি চিং-চায়নক্লিংবগী ফিজেৎ থম্বীরম্মী অমস্থুং মতুনা সনা কোম্বুংদস্থ খুমক্লম্ব অক্লম্মক হঙংহন্দা শীজিন্নরম্মী, হৌজিক্কি লৈখিদরে। ধেম্বকাম্বর শা-বগী কোমায় অতুতং নত্তনা মশাদা কাম্বস্থ পকখিদম্বে। মশা-মক্তি নোয়বা পেনবা মীনা তৌবমক নত্ত্রবদি মসি য়েংবা ঙমঙাইতে।

(গ) **পোৎলোই শুবনা কায়রকপা**—অথওবা, মরম কূপ্না থিবীবা অহল্লম্মন থরা নত্তনা নহায়োল পোৎলোই শূরশিংনা ফজবা, অলৌবা মশক হাপকৎনবা হোৎনবগী চাউরবা ঈহৌ অমস্থ হৌজিক শেৎনরিবা পোৎলোইশিং অসিদা উবা ফংই। পোৎ খুদিংমক্কী de-velop তৌববুদি তৌদফদবনি, অতুম ওইনমক পোৎ অতুগী অশেংবা মশক মচুদি থাদোকপুবা য়াদে। অমগী ফজবা মতৌম্ব অমদা হাপ-চিন্নুনা পোৎ অতুগী মশক মাওংনহদি য়াদে। অস্থম্না চথত্রবদি ঐখোয়গী তোঙানবা মশক অমা তোপ্না লৈজবস্থ মমৈদদি মাওংখিবা য়ানা লৈ।

৮। **ঈশৈ থুগায়বা**—শ্রী৺গোবিন্দগী গোষ্ঠ লীলাক্রমগী মশাগী ঈশৈনচিংবা চপচানা লৈরিভেদা কনাগুম্বী মমা শাবীনা মস্থ কাহৌম্রে, তমহৌদ্রে, থৌগনদি জোকপা য়াদে হায়স্থনা খুল্লক্কা কায়কপা ঈশৈনা, হেক্কমক মতাং চায় হায়স্থনা শকচিনবা, মদুবু থওনা থওনা উনা উনমক ওথোরিটিনস্থ উবীদবা তাবিদবা—চেৎনা থমত্রবা অকনবা নিয়মনা পুনত্রবা অস্থগুম্বা সেবাগী পোৎচওশিং অদুবু থৌশাদস্থনা সনা কোন্নুংমকনা মাওহনখিনবা হোৎনখিবা ওইনা থোক্লগদবা অস্থ-গুম্বা মতৌ অস্থ হৌজীক কয়া কয়া থোক্লরে। সনা কোম্বুংদি আদর্শগী মফমনি, ফিদম লৌনফমনি, খুল্লক্কী মতৌ তমস্থনা তৌশিল্লক্লবদি লৈবাক অসিদা জগোই ঈশৈগী মরাইবক লোইরে হায়বমক য়াবা মওঙ্ অস্থ থরগী মতুংদা থোক্লবা য়ানা লৈয়ে ॥ ০ ॥

থৌদা পাঙথোকচবদং শকচনবা, কন্নি থঙজদবা ঐথোয়না লাই-গুরুশিংগী থোঙ্গুল লীজবদা কংজবা খয়দংনা মচাক ওইনজহনা থেন্নবা বুদ্ধিনা লাম্বা কংজবা তৌহঞ্জনীংদবা খরস্থু থংচহনা সভাগী থৌগন তৌরে। অশোয় অঙাম য়াওবা খিবীক ঙাকপিহৈবা পুক্কচেন্না ঙাক্ক-শিন্নুনা চুমশিনবীরগা অরংবা মণি মতৃমগুম মঙাম চেলহনবীনবা সভাগী চরণদা হন্না হন্না চঙজরি। ইতি—

য়েংনখিবা লাইরিকশিং—

শ্রীমদ্ভাগবত, চৈতন্য চরিতামৃত, কৃষ্ণ ভাবনামৃত, ভক্তি-রসামৃত সিন্ধু, ওজাশিংগী কোর্বেক ( গোষ্ঠ ), পদকল্পতরু—অসিনচিংবা—

পুথোকপিবা ওজাশিং—

১। শ্রীহুইরেম লালা সিংহ শ্রীগোবিন্দগী গোষ্ঠ লীলা ওজাহন
২। শ্রীলোংজম তোম্পোক সিংহ " " ওজা য়াইমা
৩। শ্রীমাইস্নাম অঙাহল সিংহ " " ওজা তোন
৪। শ্রীঅকেসনা সিংহ রাজকুমার শ্রীবিজয় গোবিন্দগী গোষ্ঠ ওজা পুরেন

শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা

# রাস লীলা

( ওক্টোবর ২৯ অযুক )

## জগোইগী হৌরকফম

তাল, লয়, ছন্দগী মথক্তা হক্চাংগী ওইবা মওঙ মতৌবু 'জগোই' হায়না থওনৈ।

জগোইদি তাইবঙ অসি শেমগে হায়না ভগবান ঈশ্বর মহাক্না নীংবা অতুদগী জগোই হায়বসি হৌরে হায়নৈ অদুগা তাইবঙ মরোল অহুম, জীব, ঈ য়া—ঈশিংগী ঈপোমনচিংবা অসিদং নত্তনা মুখিং থা থরামমিচাকনচিংবা উরি তাম্বিবা পুমমক অসি ভগবান মহাক্কী জগোই অভিনয়নি হায়না লৌনৈ।

সংসারগী মশক অসিমক জগোইনি হায় মতুদি—বিষ্ণুধর্ম্মোত্তরগী "ত্রৈলোক্যস্যানুকরণং নৃত্তে সম্যক্ প্রতিষ্ঠিতম্"। অদুম্না তাইবঙ মীওইবনা ঈশৈ-জগোই হৈনদুনা লাকই, অসিগুম্বা জগোই ঈশৈদা শাদোং ওই-দুনা ভারতবর্ষদা ভরত মুনিনা নাট্য-শাস্ত্র, লেংদুনা ধর্ম্মগী কান্নবা থিবীকপু ফংবা গুম্বা 'জগোই ঈশৈ' হায়বসি শন্দোকখি।

মণিপুরদা মৈতৈনা তাইবঙ পানবগী মপুবু ঈপা অমসুং শক্তিবু ইমা হায়দুনা 'লাইনিংথৌ লাইরেম্মা' অনিগী লীলাবু লাই হৃরাউদুনা জগোই ঈশৈনা ধর্ম্মগী চৎনবী অদু তৌদুনা লাকই। মতমগী মতুংইন্না শকলোন মথং মথং ওইরকই।

## ধর্ম্ম তিন্নরকপা

৺অত্তোম্বাপু শর্ম্মনা গবেষণা শিবোয়গিগী 'মণিপুর রাস' হায়বা লাইরিক্কী থঙবদি ক্যাম্বা নিংথৌ ( খৃঃ ১৪৭০-১৫০৮ ) হাক্তক্তা মৈতৈগী ধর্ম্মগা বৈষ্ণব ধর্ম্মগা য়ানখায়নবা হৌখি। মৈদিংঙু চরাই-

য়োংবগী সনা হাক্তক্তা 'হরিনাম দীক্ষা' তৌখি, মৈদিংঙু গরীবনিবাজ সনা হাক্তক্তা রামানন্দী' ধর্ম্ম লৌখি। (চরাইরোংবা খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) ফাওবা নিংথৌ ওইখি, (গরীবনরাজ খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৯) ফাওবা নিংথৌ ওইখি।

**মণিপুরগী জগোই রাস হৌখিবা**—শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী স্বপ্নদা শ্রীগোবিন্দবু দর্শন ফংহৌবা অমগা শ্রীযুৎমকী থম্মোইদা শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী ভাব প্রেমবু ওাম্মোইহনা লৈখিবদগী শকাব্দ ১৭০১ (১৭৭৯ ইং) গী হিয়াঙ্গৈ থাগী কার্ত্তিক) তরামাথোইনি পানবা (একাদশী, ঈরাই থুমি ত্রা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌরগা লাংথবান কোন্নুংগী রাস মণ্ডলদা থুমিং মঙানি শান্নহনা কংখিবা রাস অসিবু শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা ইহান হায়া কংখিবা মণিপুরগী জগোই রাস হায়না খঙনয়কই।

**জগোইরাস কংপগী মরম**—'কলিযুগকী ধর্ম্মদি সংকীর্ত্তননি' হায়বা ভাগবতকী য়াথং মতুংইন্না মশাগী কান্নবা মাথল থাদোক্নুনা শ্রীগোবিন্দগী পেন্নবতা হায়হনা শ্রীকৃষ্ণগী রাস ক্রীড়াবু সংকীর্ত্তননা যজ্ঞগী মশক ওইহনা মীওইনা পোক্লগা ফংগে হায়না নীংবা থৌরদগী ফবা অহু ইরার লায়না পীবা ওম্বা 'জগোইরাস'—পর্ব্বযাত্রা মহোৎসবতা কংলি।

সঙ্কীর্ত্তনবু যজ্ঞনি হায়—'যজ্ঞে সংকীর্ত্তন প্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ।' (শ্রীভাগবত ১১। ৫। ২৮—২৯)

যজ্ঞদা ঘি হৈহনা মৈ থায়। মতুদা অশ্বমেধ, গোমেধ, অগ্নিনচিংবা যজ্ঞ পূন্নমক্কী মনুংদা কলিদা সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞনা অথোইবনি। কৃষ্ণগী নাম অমুক শোনবগা অশ্বমেধ যজ্ঞ কোটি অমগা মান্নে। (চৈতন্য চরিতামৃত)

ব্রজগোপীশিংনা অমকপা লৈত্রবা মশাগী ওইজবা মাওত্রবা কৃষ্ণভজক থম্মুনা পূন্নমক কখোক্নুনা শ্রীকৃষ্ণবু লেপহল্লি। মসিগী

মতুংইন্না মণিপুরগী জগোই রাস—যজ্ঞগী মশক ওইবা সংকীর্ত্তননা অশ্বমেধ-যজ্ঞ-কোটি অমদগী হেনবা যজ্ঞ অসি তৌই।

রাস—'সর্ব্বরসঃ কদম্বময় রাসঃ'—হুংঙাইবা রস পুন্নমন্না ঙিনবদু রাস কৌই। অসিদা নত্তনা অর্থ কয়া থোকনা ত্তৌহনস্ত্র হায়নৈ। মীওইবনা রান্না থাজনা শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজবধূশিং (গোপী) গা লোয়ননা শান্নখিবা 'রাস ক্রীড়া' অসি ভাগদবনি, চীনস্ত্র হায়গদবনি। মঙ্গমনা তৌরবা ধীর ওইরবা মী অতুনা শ্রীভগবানদা অথোইবা ভক্তি কংহনা থম্মোইগী লাঙ্গনা ওইবা 'কাম' থুনা থাদোকই। (শ্রীমদ্ভাগবত)

'অথোইবা ভক্তি'—ইশাগী হুংঙাইজনবা খনবা থাদোকুনা শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবতা খল্লবা অদুবু খঙনৈ। অদুগা 'কাম' হায়বনা মশাগী হুংঙাই-জনবা খনববু খঙনৈ।

৺অতোম্বাপু শর্ম্মা গবেষণা শিরোমণিনা হায়—"শ্রুতিনা হায়, সর্ব্ব খলু ইদং ব্রহ্ম"—শ্রীকৃষ্ণনা করম্বা কথবা মতমদা শ্রীবৃন্দাবনদা রাস-লীলা শান্নহনা জগৎবাসী মমাঙদা অসিগুম্বা ফিদম (আদর্শ) অসি থম্বীরম্বা। অসিগুম্বা মীওইবগী জড়দেহ অসিদা দিব্যপ্রেম থোকহনবনি। লাইবক ফবা মণিপুরাধিপতি জয়সিংহ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা অসিগুম্বা সুপ্রাচীন মণিপুর অসিদা পোকপিহনা অদুগুম্বা দিব্য-প্রেম পুথোক্কে হায়রহনা মহাকনা মণিপুর শেমগৎলি অদুগা শ্রীযুৎনা শ্রীরূপ পরমা-নন্দদা মধুর-প্রেম ভক্তিদা দীক্ষা লৌহনা ভক্তিব্যাস অমসুং থুম্বোং চন্দ্র সিদ্ধান্তগা লোয়ননা 'মৈতৈ ধর্ম্ম অমসুং ভাগবতধর্ম্ম' অনি অসি অমত্তা ওইনা তিনশিন্দুনা মবুংঙো শ্রীগোবিন্দদা অদুগুম্বা সর্ব্বরস-কদম্বময়-রাস' লীলাবু সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞগী মশক ওইনা কংলি।

মনিপুরদা রাস কংপগী নিয়ম—মরু ওইনা ঋতু ঋতুগী মতু ইন্না পর্ব্বযাত্রা মহোৎসবতা রাস-লীলা কংকনি। মরমদি শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবনদা গোপীশিংগা লোয়ননা শান্নখিবা ভুমিৎকা চান্নবা শানৈ। (বৈষ্ণবশিংগী চৎনবরূপা মওঙলি)।

১। শ্রীমদ্ভাগবত-তা শরদ-কী পুর্ণিমাদা মহারাস শাগৈ। অসি মনিপুরদা মেরা রাফুকপদা শাগৈ।

২। কুঞ্জরাস—মেরা রাথিনবদা কৎপগী মরম—ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিগী সারার্থ সন্দর্শীনী টিকাদা আশ্বিন পুর্ণিমাদা রাস শাগৈ হায়রবা মত অদুগু সম্মান তৌদুনা মেরা রাথিনবা আশ্বিন পুর্ণিমাদসু গোবিন্দজীদা 'কুঞ্জরাস, অসি কৎখি।

৩। শজিবুগী পুর্ণিমাদা 'বসন্তরাস' কৎলি। খুল্লক্তা রাস অসি কালেন পুর্ণিমা ফাওবা থা অমা চুপ্পা কৎনৈ। কয়িঙুমদা ইঙেন ফাওবদা চোঙনৈ।

৪। নিত্যরাস—শরদকী থা অমা, বসন্তগী থা অমা অসি নত্তবা থা খুদিংদা শাগৈ।

৫। কুঞ্জরাস, দিবারাস—অমুক কুংখিলগী মতমদা শারবা রাস মখলনি—নিত্য-রাসকুম্না মতম পুম্মমক্তা শাগৈ। শ্রীকৃষ্ণরাস সংগীত সংগ্রহ কৌবা লাইরিক্তা বসন্তগী দিবারাস হায়রবা মতাং অমা থাগৎরি। বসন্ত পাররবা অসিনা মসি বসন্তগী মতমদা অকনবা লৌশিন-দবরা হায়রবা রাখল অমা পোকহল্লি।

অসুম্না রাস মখল মঙা অসি হৌজিক চৌজীক মনিপুরদা নিয়মশিং অসি কয়াদনা কৎমল্লি।

রাসশিংগী মত—

১। মহারাস—শ্রীমদ্ভাগবত—রাস পঞ্চাধ্যায়গী মত কায়দনা ঈশৈ শ্লোক পুম্নমক অদুগী মতুংইন্না শাগৈ।

২। বসন্তরাস—ব্রহ্মবৈবর্ত্ত-পুরাণনা মপুং ওইরগা জয়দেব কবিগী 'গীত-গোবিন্দগী শব্দক থরগা রাগ্নতুনা শেম্বনি। পদকল্পতরু, সঙ্গীত মাধব, রাস-উল্লাসতন্ত্রনচিংবদগীসু ঈশৈ লৌথৎলমী।

৩। নিত্যরাস—নিত্তি লীলানি। গোবিন্দ-লীলামৃতগী মতাং। নিত্যরাসকী থোইদোকপা অমদি শ্রীকৃষ্ণনা অভিলাষ তৌরগা রাধাগা

লোয়রকনা লৈগী শথ্যা শেমহনা ইবেম্মবু ভাইবা অসি নিজ্যরাসতা তৌই। মতাং অসি গোবিন্দ লীলামৃতগী মত নত্তে। মতাং অসিদা অস্নুমনা লৈরকই মহুদি—শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা পুঙ্কিংঙ্গা নিত্তি-লীলা হায়রবা অসিদা ইবেম্মনা হান্না লেঙলক্নুনা শথ্যা শেমলগনা ইবুংগোনা লেঙলক্নুনা রাবা অসিদা থরায় রান্না রায়হুনা মসিগা ওয়রবা ইবুংঙোনা হান্না লেঙলক্লগা ভাইবা অমা লৈয়রোইদ্রা হায়রনা ময়ামদা তাকপিরবদা শ্রীযুৎকী রাথংদি ঈশ্বরগী রাথংনি হায়রনা নিত্য-রাসতা কৃষ্ণনা হান্না অভিসার তৌরগা শথ্যা শেমহুনা হুবেম্মবু ভাইবা মতাং অসি ওইখিবনি, অস্নুমনা গোবিন্দ-লীলামৃতগী মত পুন্নমক্নগী মতাং অসিনা ভোপই।

৪। কুঞ্জরাস অমস্মুং দিবারাস অনি অসি নিত্যরাসকী গোবিন্দ-লীলামৃতগী মতনি, খেন্নবা খরদি লৈ।

## জগোই রাস পুথোকপিরম্বা নিংথোরোল

১। শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র সনা হাক্তক্তা 'মহারাস', 'কুঞ্জরাস', অমস্মুং 'বসন্তরাস'—মথল অহুম অসি কৎপিরম্মী। রাকম অসি 'নিংথৌ চহি' কৌবা লাইরিক্স রাবি।

২। শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তা নিত্যরাস অহুগা গোপী বৃন্দা-বন পান্দ্রেং অমস্মুং থুরুম্বা পরেং, ভাঙ্গ মথল অনি অসিগা কৎপিরম্মী।

৩। শ্রীযুৎ স্যার চূড়াচাঁদ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা দিবারাস হায়রবা মথল অসি হৌদোকপিরকই। মথক্তা হায়গ্রে, 'বসন্ত-দিবারাস' হায়রবা অমদি গম্ভীরসিংহ মহারাজ সনা হাক্তক্তা সংগ্রহ তৌবিরম্বা লাইরিক শ্রীকৃষ্ণরস সংগীত-সংগ্রহদা লৈরম্মী।

হৌজীক জগোই রাস মথল মঙা অসি মণিপুরদা ইত্তৎতনা মতম মতমদা তৌবা কংলি।

## জগোই রাসদা করি করি ভঙ্গী শাবা

১। কুঞ্জরাসতা ভঙ্গী অচৌবতমক শাই।

২। মহারাসতা ভঙ্গী অচৌবা অমম্তুং বৃন্দাবন-পরেং শাই।

৩। বসন্তরাসতা ভঙ্গীঅচৌবা অমম্তুং খুরুম্বা-পরেং শাই।

( চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা হাক্তক্তা 'বৃন্দাবন-পরেং, খুরুম্বা-পরেং' হায়বা ভঙ্গীপরেং অনি অসি হাপকত্তুনা কংনরকখি )

চংনবী অমনা রাস খুদীংদা ভঙ্গী পরেং অচৌবদি শাদবা য়াদে। অতৈদি অকনবা নিয়ম থমদে। ভঙ্গী অচৌবদি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা ইহান হান্না কংপা রাসকা লোয়নরক্লবা ভঙ্গীনি। 'ভঙ্গী পরেং অচৌববু' সম্ভোগ, 'বৃন্দাবন-পরেংবু বৃন্দাবন-বর্ণন' অমসুং 'খুরুম্বা-পরেংবু'না যুগল-প্রার্থনা অমুমনা চংনৈ।

## জগোই রাসকী মথল

মণিপুরগী জগোইরাস কংপদা অহানবা মথল অনি থোক্লা থায়রবা য়াই মহুদি—গোবিন্দগী কোমুংদা কংপা অমদি বিজয়গোবিন্দ, খুল্লক্তা কংপা। অনি অসিগী খেন্নবদি—

(ক) কোমুংদা কংপা জগোইরাসদি মণ্ডপকী রাসমণ্ডলময়াদা ৺রাধাগোবিন্দ মূর্ত্তি অনিবু 'ভদ্রচক্র'দা লেওশিন্নগা গোপীনা কোয়না জগোই শাই। মরম অমুনা কৃষ্ণশাবা, রাধা শাবা য়াওদে। মহারাস শারবদদি গোপী অমনা রাধাগী শরক শিন্দুনা কৃষ্ণ অন্তর্ধান তৌরিঙৈদা কৃষ্ণথিবগী রারোল খরা ছাড়াদা থীবা শকপা ওইনা তৌই। অমুগা অহানবা বেণু নাদগী মুংদা অভিসার তৌনরকলবী গোপীশিংনা কৃষ্ণগী নাক য়ৌরক্লবদা কৃষ্ণনা স্বাগতম্ ভো' অসিনচিংবা শ্লোক থীরকপা শাত্তুনা ভদ্র-চক্রগী মথাদা হায়দগী চওত্তুনা লৈহৌরবা ( চওবা য়াবা মীওই ) মী অমনা ছাড়াদা থীরকই। কোমুংগী জগোইদদি গোবিন্দনা বিরাজমান তৌবীরবনা কৃষ্ণ অভিসার অমদি কৃষ্ণ-নর্ত্তন য়াওদে।

(খ) খুল্লক্কী জগোই রাস-দদি নিপামচা নুপীমচানা রাধা অমসুং কৃষ্ণ শারগা পুন্না অমসুং তোঙান্না জগোই শানৈ।

কোন্নুংগী রাসদা ৺গোবিন্দ নিরূপণ তৌরগা ইহান হাম্লা কংখিবা রাসভা শ্রীমতী রাসেশ্বরীদি নিরূপণ তৌবা নংদবদগী য়াম্না রানা খন্নবদা শ্রীযুৎনা মজাইবেম্মা বিম্বাবতী ( মমৈদা সিজ লাইরোইবী হায়না খঙন-খিবী) বু শাহনবা য়ারোইত্রা হায়না সনা য়াথং তাকপিরক্লবদা রাকম অসি শ্রীগোবিন্দনা থোক্কহনগে হায়ব ইচ্ছানা ৺রাসেশ্বরী-মূর্ত্তি অসি লোইশিনবা য়াহন্দ্রবনি, মসিমক য়াম্না ফরে হায়না ময়াম্না খন্নরকুনা হৈস্নাম থোঙমনা চৈথোবা কুম, অগ্রহায়ণ-থাগী শুক্লা দ্বাদশী ইয়াই লুমিত্তা সাপম লথব সিংহনা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌই। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মচা ইবেম্মা সীজ লাইরোইবী (বিম্বাবতী)বু অওঙ অহান তমহনা শ্রীগোবিন্দদা কংথোকই। মতুংদা অনুপ্রভু-নিরূপণ তৌরগা নবদ্বীপভা পুশিন্দুনা সেবা চংখি। রাকম অসিদা মণিপুর জগোই রাসকী মরু ওইবা শকুম উরে।

রাস শাম্নকম - মাওবতা রাস মণ্ডল অমা শেম্নগনি।

রাস মণ্ডল—মণ্ডপ ময়োন মখোঙ ১২ মুংই, মহুগী ময়াম্ন চানা মাম্নক্কে মরিদা থোঙ ওইনা কাংপা ইকোয় কোয়না লৈ-শুনা নেমতক্লা থাম্নুনা শেমই। কোন্নুংগীদি মসি ফি অঙোবনা চৈ য়ুংলগা কোয়না শেমই। অহুগা ময়ায় চপ চানা কোম তৌয়গা থমচেংকী মওঙ মাম্লা উপাকনা লৈমায়দগী খুহুপ ২ রোম য়াংনা শাবা ভদ্র-চক্র শেমই। খুল্লকীদি ভদ্র-চক্র য়াওবে। রাস মণ্ডল শেম্বা হায়বসিদি রাস খুদীংদা মফম খুদীংদা অতুম্মক মাম্নে, মসি য়াওদবা য়াদে।

অসুম্মা রাস মণ্ডল অসি বৃন্দাবনগী নিকুঞ্জ-বনদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা মতম লৈবা খিবীক্তা লেঙদনা বৃন্দাবনদা লীলা শাম্নহনা লৈ হায়বা মফম অহু সাধু বৈষ্ণবশিংনা ধ্যান তৌনবা যোগপীঠগী মওঙ লৌহ্নুনা শেম্বনি হায়না চৎনরমই। রাস লোইরগা মফম অহুবু রাস মণ্ডলমকী ধূলিনি হায়না চেকশিন্না লৌনৈ।

পূর্ব্বরঙ্গ—জগোই রাস মথল খুদংমক শাম্নবগী অহানবদা মিপা-পালানা গৌরচন্দ্রিকা শকুমা পূর্ব্বরঙ্গ তৌই। লৈ-চন্দন অমদি

কিনচিংবনা বরিরগা নিপাপালানা অহানবদা পুংগী রাগ অতৌবা হৌদুনা ঈশৈ হনবনা ঈশৈগী রাগ হৌরগা গুরুবন্দনা, সভাবন্দনা তৌরগা মথং মথং গৌরাঙ্গ ভাবিদগী কৃষ্ণ রূপ ফাওবা শরুরি। মসিদা সঙ্কীর্তনগী হৌনবী তিনতাল, মেল, তাঞ্চপ মেনকুপ পঙ্কি অসিদা শকই। অমুম্না নিপা-পালা শকপা লোইরগা রাস ভঙ্গিগা রাসধারী ওজানা সূত্রধার পুংয়েবা ওইনা লৈরগা সূত্রধারী ঈশৈ-শকপী অমদি যন্ত্রখোংবা পুন্নমক মণ্ডপকী অল্লাং নোংচুপ থংবা চিংথেক্তা —৺রাধাগোবিন্দ অমদি ভাবক বৈষ্ণব-সভা পুম্বা থুরুম্মগা, মথা মপানী যন্ত্র লোয়ননা ফম্বুনা লৈগনি। পুং-য়েবা ওজা মকোক্তা চিথেক অসিগী য়েং ওইননা ফমগা মাগী য়েংতা ওজা ভুইনবা পুংয়েবা লৈগনি। অসিক্কক মায় নোংপোক ওমগদবনি। পুংয়েবা ভুং-ইনবকী য়েংতা 'মোইবুংখোংবা' ফমগনি। মোইবুং থোংবদি নিপাপালাদগী হৌনা অতুম্বক লোয়নরক্নবনি। চিথেক অসিগী ওয় থংবদা মায় মথা ওন্দুনা সূত্রধারী-ঈশৈ শকপী মকোক ফমগনি অমসুং মাগী ওজদা ভুংইনবী অতৈ ফমখিগনি। বাঁশী খোংবা অনিনা পুংয়েবা মকোক অমসুং ঈশৈ শকপী মকোককী মতুং ওইরপনা য়েং-শুয় লাইনা ফমগনি। অদুদা ফম্নরবদা মখোয় পুন্নমকপু লৈ চন্দন অমদি কিনচিংবনা বরিরগা রাস হৌগনি।

জগোই রাস অমা কৎপদা নিপাপালা সংকীর্তন য়াওজবা য়াদনা চৎনরকই। অমুমনা শান্নগদৌরিবা রাস অসিগী অকায়-অতোই খোক্তনবা অমদি শান্নগদৌরিবা লীলা অঙগী মতাং ফোংদোক্তুনা ঈশ্বরগী নাম-গুণ শক শোন্দুনা হান্না তৌবা পূর্ব্বরঙ্গ হান্না চৎনবা অসি তৌই।

**গৌরাঙ্গ ভাবি**—শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী মতম পুন্নমক্তা রাধা গোবিন্দগী শান্নখিবা লীলা পুন্নমকপু ফাওখিবা মতৌ অদুবু নিপাপা-লাবা মথাদা ল্যাক্তনবা কৃষ্ণগী লীলা মতাংবু পন্দুনা শ্রীগৌরাঙ্গদা ফাও-রবলে হান্না হৌদুনা গৌরাঙ্গ ভাবিদগী হৌবা পূর্ব্ব-রঙ্গ তৌই।

কোম্নুংদা শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরদা কৎপা রাসদি পূর্ব্বরাজ অসি যোজিরগা ছত্রচন্দ্রনা লেঙশিল্লবা শ্রীরাধা গোবিন্দবু ব্রাহ্মণনা কুঞ্জআরতি তৌজনা কৎলগা, গোপীশিংনা প্রার্থনা শক্লগা রাসকী হৌনবী মথং মথং তাই ।

**মণিপুর জগোই রাসকী মত**—মণিপুর জগোই রাস, ঋতুগী মতুংইন্না অকক্নবা পর্ব্বদিনদা শাইরে। 'দ্রষ্টব্যো নাট্য-নৃত্যে চ পর্ব্বকালে বিশেষতঃ' ( অভিনয় দর্পণ )

মমাংঙদদি সনা কোম্নুংদা গোবিন্দগীদা কৎপা রাস পুম্নমক্কা নুপী মচা নৈশাবী কুমারীশিং নত্তনা মো-নুপীশিংবুদি য়াওহন্নরম্মদে। অমুম্না রাসতা নৈশাবী মচা গোপীশিংগা কৃষ্ণ শাবা অমগা শাইরে। মহা-রাসতা গোপী খুদীংগী কৃষ্ণ অমমমগা জগোই শাই। কোম্নুংদা শামনা রাধা গোবিন্দ লেঙথোক্লগা শাইরে ।

**রাসকী ঈশৈ শৈরেং**—রাসপঞ্চাধ্যায়, গীতগোবিন্দ, গোবিন্দ-লীলামৃত, বৈষ্ণব-পদাবলীশিংনচিংবা লাইহৈরিকশিংদগী লৌখত্তুনা রাস পুম্নমক্কী ঈশৈ শেমখি ।

**জগোই রাসকী রস**—গোপী ভাবকী মরু ওইবদি মধুর রসনি। মসিবু মুখ্যরস কৌই। মরমদি সাত্ত্বিক ভ'বনা স্থায়ীভাব ওইবদগী রস ওইবা মথলনি। মধুর-রস মথল ৬৪ থোক্না খায়দোকই। ( ভক্তি রসামৃতসিন্ধু ) ।

**জগোইনা ফোংদোকপা**—জগোই শাবদা থুংপী মতোনগা খুদোম্বী মতোনগা শম্ননা পাম্নবা খুং অসিনা মরুওইবা থুংকম ওইবা, মিংয়েংনা নাত্তোন নাকচি হাইবপ উনা খুত্তপ মরিগী লম লাপ্পা মাঙদা য়েংবা অসিগুম্বা মওঙনি। মসি শান্ত ভক্তি রসকী অনুভাবকা চাইরে—

নাসাগ্রন্যস্তনেত্রত্বমবধুতবিচেষ্টিতং ।
যুগমাত্রেক্ষিত গতিৰ্জ্ঞান মুদ্রা প্রদর্শনং ॥

( ভক্তি রসামৃত সিন্ধু )

চৗম্না ঈশৈ শকই, খোঙদা তাল থমগনি, নতোল নাকচি হাইবপ উনা থূংতা মিং থমগনি। থূংকা মিংকা থানদে, থূং ম্নাংবা লেপ্পা মওঙ মতুংইন্না মিংকা লোয়্‌ননা ওক য়াওগনি। মসি অভিনয়-দর্পণগী—

'যতোহস্তস্ততো দৃষ্টির্যতো দৃষ্টিস্ততো মনঃ।
যতো মনস্ততো ভাবো যতোভাবস্ততো রসঃ॥

মসিপুর জগোই রাসকী থোইদোকপা থূং-শা অমদি হকচাং পুন্নমক (জগোইগী কায়াৎ থূদোং) লয় অমসুং তাল অদুগা ইয়োন্নৈ। মথল অসুম্না শাবা জগোইবু ঐতিহাসিক রহস্য' কৌবা শ্রীরামদাস সেন'গী লাইরিক্তা 'চালক' কৌই। মতুদি বংশী নত্রগা অতোপ্পা যন্ত্রগী লয় মতুং ইন্না থূং লেওবা ওৎপবু 'চালক' কৌই। অসিগুম্না মতৌং মতৌং নাইদনা মরী মরী শম্ননা, ইপোম নাইনা শাবা অসিনা 'মধুর রস' কোংদোকই।

নিপাগী জগোই, নূপীগী জগোই মথল লৈবনা নিপা জগোইদা অকনবা জগোই ওইবদগী মকক নাইবা খন্না য়াওবগুম উন্নবন্না জশেংনা মকক নাইনা চপ লেপ্পমক্তি নত্তে।

জগোই রাসদা নূপী জগোইদা নিপাগী জগোই অকনবগী শরুক খন্না য়াওনা শাবা, নিপা জগোইদসু নূপী জগোইগী অমেঙবা অথেংপা খন্না য়াওনা অনি অসি থোক্না শাই।

জগোই অসিগী অকরুবা থূংফম, শাথেক, মিংফম খোঙফম, ফিতুপ্তা চালি, অকৈবী, হাইদোকপী, চপ্রাওকপী, লশিংকাপ্পী থাঙ-য়ানবী, থূজেং লৈবী, চক্র লৈবী—অসিমচিংবা কন্না শাই।

মনিপুর জগোই-রাসদা জগোই শারিবী গোপী অমদি কৃষ্ণ শাবনা ভাব অমবু কোংদোক্কে হায়না মায়-মি কী অকনবা বিকার শীজিন্নতুনা মানবা উৎনবা হোংনবদগী ঈশৈ অংদগী ভাব অদুনক্কা জগোই শারিবী অদুগা পুক্নিং হকচাং মশা অমত্তা ওইথিতুনা থাম্বা য়াদনা পি তাবা, ভু চুম্বনাচিংবা সাত্বিক বিকার ওইবা মতৌ অদুনা মনিপুর জগোই রাসকী

ভাব কোংদোকপা—শাস্ত্রশিংগী মতকসু কায়নদবা মনিপুরগী হায়দগী লোক্কনজয়রকপা জগোই ঈশৈগী ইচুদা অমত্তা ওইনা তিন্নশিন্দুনা ইত্তোপ তোপ্পা মওঙগী জগোই মখল অমা ওইনা থোকলকখি। ঈশৈনা মপুং ওইবদগী মসিবু 'গীতি-নাট্য' হায়নসু খঙনৈ। মসিদা আঙ্গিক, বাচিক, সাত্বিক অমসুং আহার্য্য অভিনয় মখল ৪ মকী অভিনয় তৌই।

মণিপুরগী জগোই রাসকী অভিনয় মখল পুম্নমক্তা ইত্তোপ তোপ্পা মখল অমা ওইবা মশক উবা অমসুং মতম থরদতা জগোই-রাসকী মপুং ফাবা শক্তম অমা শাগৎখিবগী মরমদা ওজাশিংনা খঙনবগী মতুংদি—মণিপুর মচাশিং—মী পুম্নমক থাঙ-তা-মূক্নাগী বিদ্যা নীংথিনা হৈরকই, ঈশৈ শকপা হৈনরকই, মহু পেনা শকপনচিংবা তৌহনা লাকই—লাই হারউবগী জগোই শাবা চৎনরকই। মরেক থোকপা ফি মখল মখেল শাবনচিংবা লৈবাক অসিগী লেমজনীংঙাই ওইবা মহৈ-শিং অসি অমত্তা রাংঙনা লৈরম্বা জাতি অমা ওইবদগী ধর্ম্ম হোংবগী মতুংইন্না লাইনীং লাইশোনগী পম্বিং অত্তুদা জগোই ঈশৈ পানশিনবদা থোইদোক্না অনৌবা ওইদে। মরম অসিদগী ওসিগী জগোই রাস অসি মতম থরদংগী মতুংদা জগোই-ঈশৈ পান্দুনা জগোই-রাস শ্রীগোবিন্দদা কৎপনি। জগোই ঈশৈগী মমুং মপান কাওনা অমুক হন্না বিদ্যা অসিগী মখোঙ শেমগৎপগী থবক্তি চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্না থায়দগী হৌখি। মতম অমুগী মী পুম্নমক জগোই-ঈশৈ হৈবা হায়বসিনা মীওইবগী অখোইবা বিদ্যা ওইরম্মী। পুং ঈশৈ-জগোইবু হৈররা মী অত্তুদি কম অচৌবা ওইহল্লি, মনা মথুম চাউনা পীত্তুনা সন্মান তৌবি। তারভকী মকম কন্নাদা মী থাত্তুনা সঙ্গীত বিদ্যা তমহল্লি। সনা হাক্তক অসিদা জগোই-শাবী' লোয়শঙ হায়না থঙনবা লোয়শঙ অসিদা ধুলোক, তবলা এসরাজ, বেহালানচিংবা যন্ত্র ময়াম থোংবা, নিপানা নুপীগী ফিজেৎ (চামার) শেংভূনা ঝুলন, দুর্গাপূজানচিংবদা শাবা জগোই মখল অমা মসিবু 'মার্ব্বাক জগোই' হায়নসু খঙনবা অসিগুম্বা মখল অসিমসু হৌরোকপিরম্মী।

## অনৌবা মণ্ডপ থরা

জগোই রাসদা ভক্তি কংপা, খুকন্থা হায়না চংনবা অসিদগী অচাউরম কা-বগী ভাব ওইবগী মতৌ ওইবা শেল অমম্তুং কি লংশিন্দুনা থাবা অসি চংনবী মণ্ডপদা কংপা ওইনা কংলিবা রাসকা চুনবা মণ্ডপদা নত্রবদি রাস-গী মরু ওইবা ভাবতা বৈষ্ণবশিংগী থম্মোইদা অনাবা রাখল অমা পোকপনা রাসকী চেকশিনবা অরুবা অতু লায়-থোক্লরক্লগনি। করিগুম্বা মফমশিংদা শড়ী শেংলপা পোৎলোই শেংপী মরক্তা রাস রাওবী মখল অমগা উরে। মসিস্তু চংনবীদা পোৎলোই শেংপনা মণিপুর জগোই রাসকী মগুণ ভাকপা ওইগনি।

অসি নত্তনা মণিপুরগী জগোই রাসদা করিগুম্বা মতাং কয়া হাপচিনবা অমদি ওন্থোকপা তারবদি অহল্লম্মন শঙহল্লমকম থোক্কই। মচুদা ঐখোয়না ঐখোযগী ইজ্জং থম্বা থোক্কনি। জগোই শেম্বা হায়ব-সিমকপু মৈতৈ জগোইগী মথীবোঙ খঙলবা ওজা গুরুশিংতনা শেম্বা ওয়গদবনি। হোংলকপগী মন্নুংদা হান্না সংস্কৃত অমদি বৈষ্ণব পদাবলী-নচিংবদগী মযেক শৈরেং লৌতুনা শকলম্বা অতু স্যার চূড়াচাঁদ মহা-রাজগী সনা হাক্তক্তগী মৈতৈলোন্দা শকপা হায়বসি চংনরকলে। মরমদি—হান্না মণিপুরদা ইরোম্না—মৈতৈলোন্না ঈশৈ শকপা লাই হাক্তক্তগী চংনতুনা লাকপতু নিংথৌনা পাম্বগী মতু ইম্না অনৌবা ধর্ম্মগী মশক লৌবগা লোয়নননা ঈশৈশস্তু ধর্ম্মগা মরী নৈবা লোন্দা শকই। অহুঙমনা নিংথৌনবু পামলবদি প্রজাশিংস্তু চংপা হায়বসি মণিপুর প্রজাশিংনা নীংথিনা ভাকলকই। মসিগী মতুংইন্না তৌজিক জগোই রাসকী ঈশৈ মৈতৈলোন্দা শক্লখি।

গৌড়ীয় সম্প্রদায়না মৈতৈবু থাগংলি। রাকম অসি খগেন্দ্রনাথ মিত্রনা মহাক্কী কীর্ত্তন ( লামায় ২৪ ) দা হায়রম্মী— মৈতৈমা গৌড়ীয়া ধর্ম্মদা দীক্ষা তৌরবা মতমদা তৌবা সংকীর্ত্তনগী রাম্বেন পূন্নমক অসি গৌড়ীয় সম্প্রদায়নচিংবা ভারতীয় সম্প্রদায় অমদগী লৌবা অমত্তা

য়াওদে, সুপ্নগী মৈত্তৈনা মণিপুরদা মহৌশানা তৌরকপা ওাক্তনি। মহুগী মক্তদি বেদনচিংবা প্রাচীন শাস্ত্রদা ওয়া লৈরম্দা উগনি।

## অনৌবা ষ্টেজদা জগোই উৎপা

হৌজীক চৎনরিবা অনৌবা মখলগী জগোই ষ্টেজদা উৎপা কন্না চৎনরে। মসিদা খল্লবা য়াবদি মণিপুরগী জগোইদা লাই হরাওবগী জগোই অমসুং জগোই রাস মখল অনিমক অসি মথক্তা পনগ্গবা থোইদোক হেন্দোকপা সুমিৎ—পর্ব্বদিনত্তদা শাবা জগোই মখলনি। মসিগী মপুং ফাবা হৌনবী শুবা জগোই মখল অতুদি পর্ব্বদিনদা মাওবত্তা ফংলিবা মত্তম মতম অতুদা নত্তনা উবা ফংদে। ষ্টেজদদি মতু নত্তবা মওঙ্গ খরদং উৎপা ওইনা তৌই। অতুনা ষ্টেজদা ভজী পল্লেং য়াওনা শানদে, মপুং ফাবা জগোং রাস ওইবা য়াদে।

মণিপুরদা ফংপা রাস অসিদা রাধাকৃষ্ণগী রসদা মুখ্য অমসুং গৌণ হায়না ভক্তিরসদা মখল অনি থোকই। নাট্য-শাস্ত্র অমসুং অভিনয় দর্পণদা মুখ্য-রস অসিগী মখল য়াওদে, 'শৃঙ্গার'দি য়াওই। ভক্তিরসদা শৃঙ্গার-রসবু মধুর-রস হায়না স্থায়ী ভাব মহাভাবনা ওইহনা লৈ। মসিদি অশেংবা মীওইবনা সংসারদা হৌগদবা সাধনাগী অথুপ্পা অমৃতগী মশক ওইবা রসবু ভক্তিগ্রন্থ কয়ানা লাউরি। নাট্য-রসসু শৃঙ্গারগী স্থায়ী ভাব রতিনা ওইবনিনা মধুর রসগা মরীদি অমত্তনি। ষ্টেজদা উৎননবগী জগোইদি 'নৃত্য'—মতম হ য়বা নাইদনা উৎপা য়াবা মায়-মিৎ অমদি হকচাংগী খুংথেক শাথেক অভিনয় কয়ানা মখল মথাগী বিকার উৎপা মণিপুরগী জগোইনা ষ্টেজগা থোইনা চুনবা, মত্তমগা চানবা চাং-য়েং কন্না লৌখৎনরি। শুমাঙদা অমদি মাওবতা ধর্ম্মগী মশক ওইনা লৈবা জগোই রাসকী মত্তেক খরদং ষ্টেজদা উৎনরবসু অশেংবা মপুং ফাবা মশক উৎপদি য়ায়া লুনা থোক্তনি।

অসুম্না লাই হরাওবসু অসি মওায়—ষ্টেজদা চানবা অশেংবা উৎপা খুদোং চাদে।

## জগোই রাসকী মরু ওইবা মথং মনাউ

১। নিপা পালানা হৌনবী রাগ হৌদুনা গৌরাঙ্গ ভাবিদশী কৃষ্ণরূপ ফাওবা শকই।

২। রাসকী সূত্রধার ওজানা পূংগী রাগমচা হৌদুনা ঐশেংগী রাগ, গুরুবন্দনা, সম্ভাবন্দনা শক্তুনা বৃন্দাবন বর্ণন তারগা রাস হৌগনি।

৩। অহানবদা কৃষ্ণ অভিসার তৌগনি, জগোই শারা শারা কুঞ্জ য়ৌনবা চংকনি। মসি গোবিন্দজীদদি য়াওদে।

৪। অহুমনা কুঞ্জ য়োবগা কৃষ্ণনা মুরুলী-নাদ তৌগনি। নিত্যরাসকীনা বৃন্দাগা শয্যা শেম্মিন্নবা লোইরগা কোম্না বাঁশী খোংই।

৫। মুরুলী খোঙ্লেল তাবদা গোপীশিংনা 'বাঁশী অনুরাগ' তৌগনি। মহারাসতদি বাঁশী অনুরাগ অসি য়াওদে।

৬। গোপী অভিসারদা কৃষ্ণ কংনৌংবগী রাখলনা রারবী মবেম্মনু সখিশিংনা নাক-যেত্তা চামর থৌগনগা লোয়নননা কুঞ্জ তমনা লেঙই।

৭। কুঞ্জ য়োহুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা পুম্না লেঙশিন্নবদা সখিশিংনা সেবা তৌদুনা প্রার্থনা তৌই।

৮। মতুংদা রাধাকৃষ্ণ অনিনা মন্নায়দা লৈরগা সখিশিংনা অহোক মথং নাইনা কোম্না লেপ্তুনা মণ্ডলী-সাজন তৌরগা গোপীশিংনা রাগ হৌদুনা শকনি।

৯। গোপী রাগদগী জগোই মপোপ—মসিদা তিনতাল, মেম অমমুং তানচপা অহুম অসিদা বৃন্দাবনগী নীংথিবা গুণ, কৃষ্ণগী গুণ অমমুং ময়ামনা জগোই শাবগী ফজবা থাগৎপা ঐশেশিং অসিদা জগোই শাই। মথাদা চালি তাই।

১০। জগোই মপোপ লোইরগা 'ভঙ্গী-পরেং শাই'।

১১। ভঙ্গী লোইরপা কৃষ্ণ-নর্তন ( তাণ্ডব ) অমমুং রাধানর্তন তৌই।

১২। মথক্তা আত্মসমর্পণ, পুষ্পাঞ্জলি— প্রার্থনা তৌরগা আরতি কৎখুবা গৃহাগমন তৌরগা লোইশিল্লি।

ভঙ্গী-পরেং শারগা বসন্ত রাসতদি আবির-খেল, মান-নচিংবা তৌই। মহারাসকীনা কৃষ্ণ অন্তর্ধান, এক-গোপী-এক-শ্যাম-নচিংবা মতাং শাই।

পূর্ব্বমক অসিগী মপুংদা চালি জগোই হায়বসি মরু ওইবা শরুক অমনি। ভঙ্গীপরেং অতৈ শাত্রবস্থু চালিদংদি শাদবা য়াদে। কন্যাগুরনা আইমাতদা জগোই মতেক অমসুং শাগে হায়রবদি চালি অসি শাগনি।

## ফিজেৎ—( পোৎলোই )

**জগোই রাসকী ফিজেৎ**—পোৎলোইদা কৃষ্ণগী অমসুং গোপীগী পোৎলোই মখল অনিনি। অসিগী মথক্তা কোতুম্বী অমসুং ঝাঁপা হান্না গোপীগী ফিজেৎ মখল অনি ওই। অকোনবগী ঝাঁপা ফিজেৎ অসিদি গোবিন্দগী কংলিবা মহারাস কুঞ্জরাস অমসুং বসন্তরাস মখল অহুম অসিমদি শেংতে। নিত্যরাস অমসুং দিবারাস হায়বা মখল অনি অসিদা শেংলিবা ফিজেৎ অসিদি চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাতলক্তা নিত্য-রাস হৌদোকখিবা অমদা হৌদোকখিবনি।

সত্যযুগতা ধ্যান, ত্রেতাদা হোম, দ্বাপরদা পূজা অমসুং কলিদা সংকীর্ত্তননা ধর্ম্মনি অহুনা ধর্ম্ম তৌবদা ত্রিকচ্ছ শেংত্রবদি মাংই। মথম অসিনা নাচৈনে, গুঞ্জানে অমসুং ওয়গী কীরৈনে অহুম অসি গুত্রবদি মাংই। অহুগা ইরুফি য়াওত্রবসু ফি শেংবা কৌই, ধর্ম্ম তৌবা য়াদে। কোকসু থাদোকপা য়াদে। অসিগুম্বা ধর্ম্মগী নিয়ম মতুংইন্না জগোই রাসকী ফিজেৎ শেংলি। ( মৈতৈ কীর্ত্তন লাঃ ২০৬ )

## কৃষ্ণ-পোৎলোই ( নটবর বেশ )

১। কোকী শম থাউ তৈদুনা শমজেং হাংলগা মায়দা চন্দন থিরগদি। চন্দন থিনবদা হুকতাংগী মথম ১২ দা থিনদি। মাল,

পান্থোম মরু, অমসুং থবাক্কী মফমশিং অসিদা মরু ওইনা শেংনা থিল্লগা অতৈ মফমশিংদি হৌনবীগী মতুংইন্না মফম মফমশিং অদুডং শোক্লগা পুল্লীংদা হুকচাংগী মফম ১২ দা চন্দন থিল্লে হায়না নীংগনি। হৌজীক্তি মতমগী মতুংইন্না মায়দা পাউডারনচিংবা কয়া থাহনা শক-চু শেমনৈ।

২। সনাফীগে কৈজোম গুঞ্জা থাদম্লনা শামু নাতান শানা শেংলি। কৈজোমগী গুঞ্জা নামৈ অমসুং নাক য়েংকী কীরৈশিং নাম্থোক্তনবা লংনা ফাজিল্লি।

৩। কৈজোমগী মথক্তা মচু মচুগী পয়েংনা শেম্বা ধড়া হাপকনি (পুনপনি)।

৪। নাক-য়েং অনিমক্তা খুকউদগী খুদোল অনিয়োম চোম্হনা খাওন হাপকনি। খাওন অসিদা হায়নবদি শ্রীকৃষ্ণনা মণশেনবা লেঙবদা স্নারক্লগা হাননবা অচা অথক হাপ্পা খাউগী মওং অদু লৌহনা শেম্বনি। হায়নৈ, ভাণ্ডবম ৺উদ্ধব সিংহনা তাকপিবম্বদি, ইন্নফি খাওন ওন্দুনা নাক য়েংতা তাবা ফীজীনগী করুবা অদুদগী লৌহমা ফিগী মহুংত্তা খাওন অনি অসি নাক-য়েং অনিদা হাপলিবনি। অদুগা ইন্নফি য়াও-ভ্রথজি য়াদে হায়বসু লৈ। (ইন্নফিদা খাওন ওন্দুনা চাপ্পা জগোইগী ফিশেং য়েক্সুন্দা মৈতৈনা শাবা জগোইদা উরকই)।

৫। খাওনপ অশাংবা (গুঞ্জা হায়নস্থ খওনবা) না মাঙদা মাম্থনা হাপ্লগা মহুগী মথক্তা খাঙ্গোয় অমা অমুক লাকশিনগনি।

৬। শিশিন্দ্রাই—সনা মচুগী ঝিঙুর পবেংনা মথং মনাও অঙেল অশাং নাইনা শেম্বা থবাক্কী নাক-য়েংতা শব্দ পোলাং লৈখিবা অদুগী মথক মথক্তা তাহনবগুম বাস্থহনবা য়াননবা শেমহনা, অদুগা থবাক ময়ামগী শব্দ অদুগী মপাদা মণি মপাক (কৌস্তুভ) শানা মিংশেল থিনবা অকোইবা মপাক মচা অমদগী শিশিন্দ্রাই মরীগী মচীনশিং অদু হৌকম ওইনহনা য়ান্তগনি। মাঙদা তৌরিবসি মপা মান্নমা ভুংলোমদসু চপ মান্নবা অদুম্বক তৌরুপনি। লেংজুম অনিমক্তা শিশিন্দ্রাই মরীনা য়াম্নুরগা হায়রিবা মওং অসি তানবা হাপকদবনি। মসিগী মপাক্তা

খাওন কারনগী মরক্তা লৈবা থবাক্কী অহাণবা মকমশিং অদুবু মেন-শিনহল্লি, অমরে মদা কৌস্তভ অহুসু মকম লেগুহন্দে।

৭। থবাক্তা লীক শিগনি। লীকশিংদি— ( গুরুপম পকপী ) লীকয়ান পরেং, ক্যাংলীকদাং, হৈগ্রুপরেং ( লীকখোম ), লৈপরেং অণৌবা অমসুং মচুগী পরেংশিং অসি থবাক্কী মতা চানা শিগনি।

৮। **থুংকী লৈতেং**—পাম্বোমদা তাল, পাম্বোম য়াই ( তাল-থক তালখা ), খুংনমদা খুংতোপ ( রতন চূড় ) খুজেংদা রক্ষা ( লৈখা )। লৌজীক পাম্বোম অফাংবী হায়বা মখল অমসু হাপনরে। খুংচাশিংদা খুদোপ শিগনি। খুদোপশিংদি রুবী খুদোপ, চরোং খুদোপ, পরৈ খুদোপ, লাইরেন মখোয়, খোই মহুম, অসিনচিংবনি। পরৈ খুদোপ, লাইরেন মখোয় খোই মহুম অসিদি মরু ওইনা নুপীনা শিনৈ। অদুবু অগোয়দদি কৃষ্ণ শাবনা শিবসু অমুম চৎনৈ। খুজেংদনা খুজি শিগনি।

৯। **কোক্কী লৈতেং**— ফি অমুবদা চীরোঙ মুকুট হাপ্পুনা মশা'পুম্বসু লৈতেং তৌবা ( থিনবা ) নাথুম হাপকনি। খ্বাঙদা হাপখিবা খ্বাঙনপ অশাংবা অহুগুম্বা অমা লূখমদা য়ান্থনা হাপকনি। মথক্তা মায়গী মঙও তানা কোকনম হাপকনি। মথংদা লৈত্রেং—( কজেংলৈ ) হাপলগা তুংদা য়াম্থবা শমজিরে হাপ্লগা য়াহোং মকুনা ইকোয় কোম্বরা মঙওদা শেম্বা চূড়া হাপকনি। নাদা লৈ চিনগনি, চোমায় য়াম্বগনি। লাইপক ময়াম চানা তাবা' চিত্রাবলী অমা হাপকনি, হৌজীক কর্ণফুলসু হাপনরে।

১০। **খোঙগী লৈতেং**—খুজেংদা নুপুর অমসুং খোঙদোপ হাপকনি। নুপুর হায়বসি হৌজীক খঙনবা শরীক পরেং অসি নত্তবা খোঙগী খুজেংদা হাপ্পা লৈতেংনি। শরীক্কি মঙঙনি হায়বা য়াবা, লীক-মচানা মতোন্দা পরেং শানা য়াম্থবা ( শরীক য়ানবা ) য়াওই। কৃষ্ণগী ওইনা শরীক ( শেঙ্গাই শরীক ) পরেং মচা অমমম রেং-ওইদা শিন্না চৎনরুকই।

## নুপী পোৎলোই ( নোপী ফিজেৎ )

১। থাউ তৈথ্রমা শমজেং হাংকত্তুনা কোকী শম অরাই মথক্তা পুম্থম্ফিন্দুনা 'কোক্তুম্বী' শেমগনি। মসিগী মথক্তা ফি অপাবা অমুবা অমনা মথক্তা অমুক মগুও নীংথিনা তাহন্দুনা য়োমশিল্লি। ( হৌজীক্তি ফিমু য়েংপা অদি কয়া তৌনদ্রে। ষ্টেজদদি অনিমক তৌদ্রে, কোক্তুম্বী শমগী মথক্তা খাঙ্গা লৈতেং শমজিখোঙ শেমদুনা ( চিথেক নাইবা মগুঙদা ) হাপলয়ে। মথক্তা কোকনম—মাগ্নগী মথক্ত চানা গুরগী চুম্বাইগী থাগদবা মপান্দা মচীন অনি কাহুনা হাপ্লগা কোক্তুম্বী মতোনদগী খাম্ন্দুনা অমবা চুম্বাইগী গুরগী নাপন্দা হাপকনি। চন্দন থিমগনি।

২। ফুরিৎ—পাম্বোম অককপী ভকসম মচা অাকিং থায়বা য়েনাম অশাংবগী ফুরিৎ লীংকনি। অমুবা মচুম্ন লিংনৈ অহুবু অশংবনা নমনা চংনৈ। ফুরিংকী মথক্তা ( খাওগী মথক্তুনা ) সেগা য়োনা ফি অতৌবনা চেংনা থবাক য়েং য়েংকনি। থায়নদি মসি য়াম্না শাংবা ফিনা তৌনম্মী। হুজীক্তি শাংনদ্রে।

৩। কুমিন ( পোৎলোই ) - খাওদা কুমিন পোৎলোই শেং-কনি, খুমিং য়োনা চোনগনি। মসিগী মথক্তা শুপ্তুনা তাবা পশবান হাপ্লগা থাওন অমথক য়েংলোমদা ওন্দুনা হাপকনি। মাওদা অাবা খাওনপ অপাংবা অমস্থং খাওগোয় হাপকনি। মথংদা পিশিন্দ্রাই মরী হাপ্লগা, লীক—খুজি অমস্থং নাপী লৈ চিনগনি। নুপীগী লীক মথলদা ময়ৈ পয়েং, থদ্বোই মনীং, তাঙ্গোয় অমস্থং শদ্রেম্বী পয়েং—অসিনচিংবনি।

৪। খোঙ খুংকী লৈতেং— কৃষ্ণ শাবগী হাম্না মথল অচুওমা মক ওইমা মাধা শাবীগী হাপই—অতৈগ্ন হাপনৈ।

কোকী লৈতেংগী মনুংচনবা মায়থুমদি অয়োইবা ওইমা হাপনৈ, মদি খদাঙ মথা য়োনা মায় পুমথুম থুমজিন্দুনা অপাবা ফীজো অসিনা কুপই। মসিগী মতাংদা হায়নবদি মৈতৈগী লাই ঈকোবা, লাইগুদী

থিবা অমসুং লাইমাঙ ফম্বদা মায়দা ফি কুপশিন্দুনা ধর্ম্মগী চৎনবী মওঙ অমা লৈরকপা অহু থাদোক্কুনা মায়থুমফি অসি হাপই। হিন্দু নুপীগী কোক-ফি থাদোক্কবা অমসুং মায়দা খুম্বা চৎনবীগসু অমত্তা ওই। নুপীদা খাওন হাপ্পসু ইন্নফি য়ানবগী মওঙদা মসিসু থাদোক্তে। অমনা, স্যার চূড়াচাঁদ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা ফিজাও হাপ্পা হায়রবা অমা চৎনরকই—সিদা থবাক-য়েং য়াওদে, খাওন য়াওদে। খাওন মরীগী মওঙদা ইন্নফি থুপ্পুনা ফু'মাঙ হাপ্লগা মথৈগী ফি অহুনা কুপথৎ-লকুনা মায়খুম্মী। মসিবু 'ফিজাও হাপ্পা' হায়না অনৌবা মওঙ অসি থঙনৈ।

কৃষ্ণগী নটবরবেশ অমসুং গোপীগী কোক্কুম্বী ফিজেং অসি মণিপুরগী জগোই-রাসকা লোয়নরকপা ফিজেংনি। চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তা নিত্যারাস ফিজেং হায়রবা অসিমগা চৎনৈ।

## নিত্যরাস-ফিজেং

কোক্কুম্বী ফিজেংতগী নিত্যারাস-ফিজেংনা মওঙ তোংত্তানবদি—থবাক-য়েং য়াওদবা, কোক্কুম্বীগী মলুৎতা ফুংদা শম পুপ্লগা সনা মচু তক্পা শিনবা ধাতুগী অমদি চমকি কিনাররনচিংবনা থিন্দুনা শেম্বা লাইপক মপাদা ঝাঁপা, নাকোংও অনিদা কর্ণকুল, শমজিদা শমজি ময়োল, শম-জিচপ, শমজিথেৎ, কুরাক খেৎপা ফিজেং মখল অসি নিত্যারাসকী ফিজেং হায়না খঙনৈ ইন্নফিদি লৈ মচুনা ফিজাও হাপ্পগী মওঙদা হাপ্লগা মায় খুমদনা শমজিদং খুমহনা হাপই। অতৈ পুম্নমক্কি লোইনা মাংমৈ গোপী পাংলোই মচুদা—রাধা, চন্দ্রাবলী অনিগীনা অশংবনি, গোপী অতৈগীনা অঙাংবনি।

অমম্না রাসগী ফিজেং শেৎপা লোইরবদা রাই তৈথোকলবা মফম অশেংবদা পূজাগী ধর্ম্ম, ঘট, ধূপ-থাউমৈনচিংবগা লোয়ননা মতুগী মাঙ ওইননা ফম্নণ ব্রাহ্মণনা পূজাগী হৌনবী তৌহনা শান্তিনচিংবা তৌরগা সংকম তৌহনা কংলগা পুংকম অকবা য়েংহনা রাস কংকম ( শায়কম )

মাগুব ভাম্না যাত্রা তৌহ্না চংলি। পোংলোই শেংলিবা মীস্থ ফীখেং শেক্তুনা ধর্ম্মগা মরী লৈনমা নূপীস্থ নিপাস্থ অনিগী পোংলোই ফিজ্ঞেংতা ত্রিকচ্ছ হায়বা মওঙ অসিদা কায়দনা শেংলি। চেকশিনগদবদি—ফিজে শিং অসি শেংপদা হকচাংদা চৈনাখোল য়াওহন্দনা চেংনা মওঙ ভানা ফজনা শেংপা হায়বসিনা পোংলোই শেংপগী মরুনি। মসিগী অকুপ্পা ময়ম কল্লানি। মরু ওইনা থূং-চেংনা ফজবা হায়বা অসিনি।

## অনৌবা মওঙ থরা

কৃষ্ণ শাবগী ধড়া মচু মচুগী পরেং ওইনা শেমহনা চংনবা অসিগী মচুমতা বুলা ছুব্বমানা লিনলঙ্গা অপাক অপাকপা লৈরোংনা নাক্কল্লেংতা (মাওরী) ফাপ্পা অমস্থং ওক্তস্থ মওঙ অসিগী ওকপকপী ওইনা শেং-চাবা মঙ্গম থরদা উঙ্গরে। গোপী মরক্তস্থ শাবি শেংলগা জগোই য়াওনরি। অসিগুম্বা মওঙ অসি মণিপুরগী মরু ওইবা রাস কৎন-রিবা মকমশিংদদি তৌদে হায়বর থূরক্তা তোঙ্গনা ঈবা ফাই অতুগা ফুল্লিং ওকশম মচা পানবা লিংনবদা ওক-কোৎপী লিংনবদি পূন্নক্কী ওইনা তৌখ্রে। শাবি শেংপা যিজ্ঞেং অসি মথায়া পান্নবা রাংলি হায়বসিদি শোয়ন্দ্রে। অদুবু ওসি ফওবা পোংলোই শেংনবগী থোই-দোকপা ময়ম লৈতবগুন লৈনরি।

মথক্কী পোংলোইগী মথং মনাটগী পরেং অসি নন্তুনা চন্দন কোন্না থন্নবস্থ য়াওই। অদুবু চন্দন হান্না থিল্লগা ফিজ্ঞেং লৈতেং তৌবনা চংনবীলি হায়রন খঙনৈ।

[গুরু অমুবী, গুরু অতোম্বা, গুরু অমুদোন শর্ম্মা অমস্থং গুরু লোকেশ্বর সিংহনা তাকপিরকপা]

শ্রীহুইড্রোম চিত্রসেন সিংহ



শ্রী ডি. আব. কোহলিনা
সভা হৌদোকপা



হৌবা নুমিৎকী সভাপতি
গুরু অমুবী



সেমিনাবগী দাইরেক্টব
শ্রীনীলকান্ত সিংহ



দা. কে এম. বর্ম্মা
শান্তিনিকেতন



লাইহবাউবা সেসনগী সভাপতি
পণ্ডিত শ্রীমাধব সিংহ



লোইশিনব নুমিৎকী সভাপতি
পণ্ডিত শ্রীকালাচাঁদ শাস্ত্রী



লাই হরাউবদা নিপা জগোই



গোষ্ঠ লীলাগী মতাং অমা



রাস লীলাগী মতাং অমা



লোইশিনবা মীমিংকী সভা

( জাতীয় সংগীত )



পেনা ডিমোনস্ট্রেসন

ওজা ইবোম্চা সিংহ



খুম্বং ঈশৈগী সেসনদা

সভাপতি ওজা শ্রীপরশুরাম



বাসলীলা সেসনগী সভাপতি
গুরু শ্রীঅতোম্বা সিংহ



বিদায় ভাষণ পীবিগী
কুমারী সবিতা মেহতা



পুংগী সেসনদা সভাপতি
গুরু শ্রীকোহবেং সিংহ



চোলোম সেসনগী সভাপতি
গুরু শ্রীথাংজম চাউবা সিংহ



চোলোম ডিমোনষ্ট্রেসনদা
ওজা শ্রীমাইবম ইবুংতোহল



গোষ্ঠ-জগোই উৎপদা
গুরু হুইবেম লালা সিংহ



থাঙ্গী জগোই তাকখিবা
ওজা শ্রীতরঙ্গ সিংহ



তা খোঁশাবগী ডিমোনষ্ট্রেশন



খোংজোম পর্ব্ব শকলিবি
শ্রীমতী ইবেমনি দেবী



সংকীর্ত্তন ঈশৈ ডিমোনষ্ট্রেশনদা
ওজা লক্ষ্মণ সিংহ



লাই হরাউবগী লৈম জগোই



পুং চোলোম

# AN APPROACH TO MANIPURI DANCING

**Nayana Jhaveri**

Art is the expression of man's highest aesthetic sensibilities. It enables man to experience and express inexplicable creative joy which represents universal harmony.

All the arts begin unconsciously and spontaneously and end by being conscious and scientific. In the arts, it is emotions that precede logic that follows. The irresistible creative impulse is inevitable, intellectualisation is an after-thought. Though this creative impulse is still a mystery, its result, namely the work of art, is not. Man creates, perhaps without knowing exactly what he creates, but begins to speculate about what he has created. The moment man begins to contemplate on the nature and value of art, he begins to classify and theorize, regulate and systematize. He evolves at the end what is called technique or science. Technique is merely a means to preserve and perpetuate a living art.

Science teaches us analysis, classification and systematization of thought. Religion and ethics teaches us to be good and help us to regulate and organise our social life. While art gives us a meaning of life, a sense of harmony, a sense of basic oneness, a peaceful co-relation between the inner and the outer self, and a sense of social solidarity between man and man.

Dance is the oldest art known to mankind. Man danced even before he realised his own human entity. Religion and love were the two elemental emotions experienced by man and he expressed these emotions through this primary art of dancing.

Dance is the expression of an aesthetic expeirence through rhythmic body movements by conscious and ordered manipulation in time and space. Being three dimensional dance is perhaps the only art which has the capacity to incorporate the essential elements of all the other sister arts and to become a complete, integrated and a unified experience of art. Dancing, body being its medium, is an extremely difficult art. It requires a long, and intense training, immense patience and hard work before one can command it. Apart from innate artistic sensibilities, it also requires a highly developed skill and the demands made on a dancer for exactness in details are uncompromising. Dance is an extremely difficult medium which expresses aesthetic and idealised dance patterns through human body which is so static and innert.

The study of a technique is to establish a co-relation between existing art forms and the available knowledge on dancing, and understandng the spirit of a classical and traditional art is not the end but a begining for a creative dancer.

A classical dancer must be conscious of the technical problems and the artistic responsibilities involved in the traditional art of dancing. Technique or tradition should not mean mere exposition or repetition, but a significant creative transformation of art in terms of new impulses. New Dance compositions and choreography must be continuously created to suit the numerous demands of the modern stage without polluting the technical form and the traditional spirit of the dance. All artistic expressions must have their roots in the technique and tradition but the artist must be alive to create newer interpretations in order to justify his individual genius.

He is also required to study the art of choreography and ingenius mechanical devices of the modern stage to satisfy the requirements of the modern theatre arts.

Since last 4 to 5 decades dance has enthused the creative sensibilities of artists all over the world and it has achieved international attention, recognition and status as an art form. Considerable amount of conscious and creative work is undertaken all over the world and the Jet age has made it possible for the world dancers to communicate and exchange their views and sentiments and seek inspiration from the dance styles of the world. India was doubly fortunate as in the wake of political freedom cultural renaissance was generated and the styles of Indian Dancing laudably achieved international position.

In order to understand and evaluate each dance style in its scientific as well as aesthetic entity, it is imperative for a dancer to redfine, re-evaluate and re-assess dancing in relation to all the available knowledge on dancing. It is also obligatory for him to clarify the terms and concepts involved in the art of dancing.

Apart from the study of dance as a form involving body movements and the structure, involving dance patterns the dancer will be required to imbibe the spirit of a particular dance style by also understanding the secondary aspects of the dance style like History, Tradition, Sociology, Religion, Philosophy etc. to enable him to scientifically contribute towards a meaningful international dialogue on the art of dancing.

A classical dance style must establish its unique entity in relation not only to other classical dance styles but also in relation to folk dance, tribal dance, traditional dance etc pervading in the place of origin from which the style hails. It will enable a classical dancer to create dance compositions and choreography for the theatre without polluting the true form and spirit of a classical dance style, by functioning within the scientific and aesthetic limitations of a particular dance style.

Manipur has been specially fortunate as Manipuri dance style has been preserved and perpetuated by the Manipuris from generations to

generation. It was also fortunate in having an imaginative and a visionary personality in Raja Bhagyachandra who during the late part of the 18th century invited all the scholars, teachers and performing artists of Manipuri dance and music in order to consolidate and evolve a scientific system for teachers and performers of Manipuri music and dance.

The subsequent generation of Kings continuously patronised Manipuri Dancing and evolved a laudable institution called Loisang—a Committee of reverent Gurus each specialising in a particular aspect of Manipuri Dance and Music to inspire and encourage creative work in various aspects of Manipuri dance and music on scientific basis. Though the Loisang system still continues it is necessary to incorporate greater study and deeper research on various aspects of Manipuri Dancing.

It is needless to say that a free exchange and communication of information and knowledge of this art would go a long way in establishing this art of Manipuri Dancing into a coherent and an integrated art form.

Art being both self expression and communication, a two-way traffic, is equally dependent on critical and cultivated audiences—the process of art is complete only when its communication is achieved. The real understanding and appreciation of art is also a result of an equally long

and intense training. It is here the critic, the scholar, the writer who can help the artist in creating such an audience by continuously interpreting and evaluating various aspects of Manipuri Dancing and enabling him to maintain its proud place among the dance styles of the world.

## BALLET IN MANIPURI

**Rajkumar Singhajit Singh**

Ballet as a form of theatre or theatrical concept as we find today, originated in Europe—as did drama in relation to modern theatre and even orchestrated music. It is an amalgam of many artistic ingredients in which each is found at its best. At the same time, it is a completely independent art, capable of expressing effectively the ideas of the creative artiste wishes to convey, utilising dance, drama, music and painting, yet free of the basic elements of all. It gives a stylised abstraction to the otherwise more lifelike drama ; a dimension to dance by interjecting a basic theme and an interrelation of dancers on the theatrical canvas ; a new meaning to music by providing a visual interpretation of sound, and to painting, by providing sets liberated by abstract conception unfettered by the realistic requirements of the conventional drama. It is almost a total theatre. It is like a bouquet, artistically arranged, in which,

though each flower is expressive, that gives the total effect of beauty to the bouquet

How effective then, is the Manipuri dance for ballet? As a dance style, this school has perhaps the greatest range, covering the whole gamut of expression from the softest, lyrical feminine to its most vigorous, masculine counterpart. Unlike other styles in which a single dance technique forms the basis, Manipuri is comprised of many different parts, like the Ras Lila, Sankirtana, Lai Haraoba and Thang-ta-each one complete by itself with a whole set of typical movements and immense rhythmic variations. It is indeed a many faceted jewel

Formerly, when attempts were made to compose dance dramas in this style, it was the Ras technique that was mainly used. The other aspects, if utilised, were employed in a very disjointed manner, almost like a variety performance strung together without much meaning. In our experiments in composing ballets at Triveni, we found that a proper use and an even blending of all the techniques, as and when the occasion demanded, opened up immense possibilities. Since ballet is a creative art, all these parts are used unconsciously as it were to give spontaneous expression to the choreographer's imagination.

At one time, it was felt by many, that Manipuri may not be able to effectively convey a story because of its lesser use of mudras and elaborate facial expressions. They evidently did

not have a thorough knowledge of ballet and of the potentialities of the Manipuri style Mudras in fact have very limited use in the unfolding of a theme and are certainly not the only way to convey the story. In choreographic expression, it is the total concept of how things are placed on stage, even the position of one dancer in relation to others, that can subtly convey various things for which a gestural representation would be too gross. This statement is not made to rule out gestures completely as they too have their uses, placed in the proper perspective. There are also many natural gestures employed universally for which no country, nation or style can claim ownership. These are used most spontaneously in any style. It is not the amount of representational symbolisms used, that is important, but to forcefully convey the dramatic subtleties that counts.

Dancing anyway is an abstract art. Conformity with actual conditions and insistence on symbolic representation are things which can become an impediment to aesthetic presentation if carried too far Manipuri, by its very nature, is suggestive rather than blatantly expressive. Comparatively, it certainly makes much less use of codified mudras and elaborate facial expressions, but this is done with a purpose. Realistic symbolisms are most unsuited to this style and if thrown in, detract from the basic flow 'and graceful quality of the Manipuri dance. Some misguided

enthusiasts, in their unfounded fear that failure to conform to some of the well known treatiese would result in Manipuri being described as a folk dance, started to superimpose lots of codified mudras and South Indian mannerisms on the Manipuri dance. Needless to say, this was disastrous. We should be proud of our own subtly suggestive way because it is one of the factors that gives the style a character. No dance style should try to emulate or compare with another. Each should be viewed for its own value as a world complete in itself. For example, that way we hold the flute is vague and not at all realistic. The logic of the flute is not important—only the suggestion and aesthetic element is. In a recent documentary on Manipuri dances, Krishna was shown holding a "Pichkari" for a Holi sequence. This was not only contrary to tradition, but also reflected a bankruptcy of imagination and good taste. How can aesthetics be guided by material exactness and crude logic ? Even in the West, pantomime is an independent art form different from ballet. Technically, pantomime expresses in a down to earth manner, which is not suitable for the more subtle ballet.

Subdued eloquence should not be used as a cloac to hide lack of expressive ability. In fact, it means tremendous expressive potential presented with maximum restraint, an electrically charged undercurrent as it were.

Besides the various technical aspects, an interesting factor is the absence of ankle bells in

